# অৱাং নোংপোক লৈলহৌবগী মরুশিং

— প্রফুল্লা রোয়চৌধুরী —

ইবাবোত মেমোরিয়েল প্রেস
ইম্ফাল — ১৯৮৬

# অরাং-নোংপোক লালহৌবগী মরুশিং

— প্রফুল্লা রোয়চৌধুরী —

ইবাবোত মেমোরিয়েল প্রেস
ইম্ফাল — ১৯৮৬

Published by :
Dr M Nara Singh
Ministers' Flat
Babupara
Imphal — 795001

Printed by :
Irawat Memorial Press ( Pvt. ) Ltd
B T Road, Irawat Bhavan Complex
Imphal — 795001

Price — Rs. 12 00

# য়াওক্নশিং





অহানবা

# ৱাহৌদোক

ভারত ইতিহাসকী অরিবা লাইবিক অমগী ইহান হানবা ৱাহৈ পরেং "ভারত অসি পৃথিবীগী অপিকপা শক্তম অমনি" হায়বস্থু অহাম্বনা নিংশিংগনি। লৈবাক অসি খ্বাযদগী ভল্লবা সভ্যতাশিংগী হৌরককম্নি। ফনা কুইনা শিথকরে, অহুগা নিউক্লিয়ার অমসুং স্পেসকী যুগ অসিদা ভসি অমুক ফাওগৎলক্তে। লমদম অসিদা খ্বাযদগী ভন্না লৈবম্বা জাতিশিংদি নেগ্রিটো (নেগ্রোশিংগী ফুরুপ) শিংনি। মথং মথং লাকখিবনা ওষ্ট্রেলোইড, মোঙ্গোলোইড অমসুং অরাং নোংচুপকী অতৈ জাতিশিংনি।

মখোয়গী সিভিলাইজেসন্দি খ্রীষ্টগী মমাং চহি ২৯০০ দা লৈবম্বনি। দ্রবিড়শিংগী মমাংদসু লৈবম্মী, দ্রবিড়শিং অসিদি কাযনথংদা আর্য্যশিংনা মযায়থংবা এসিয়াদগী লাক্তুনা "তুরেল তরেংকী লম" (Satta Sındhu) হায়না মখোয়না কৌজবা অরাং ভাবতকী লম অসিদা মতম চুপ্পগী ওইনা খুন্দাশিন্নরগা মখাবোমদা তাম্থোরকপনি।

খ্বায়দগী ভন্না মীওইবগী লৌশিংবু অইবা ওইনা ফোংদোরকপসি হিন্দুশিংগী সংস্কৃতকী বেদশিং অসিনি। বেদ মখল মরি অহুগী মনুংদা ঋগ বেদ হায়বসিনা অমুক্কম্নু অহানবনি। ঋগ

বেদগী মতুং ইন্না অর্য্যশিংগী লাই ইন্দ্র হায়বসিনা খৃষ্টগী মমাং চহি ৫০০০ দা ভারত্তা লৈরম্বা সহর মচা অচৌবা পুন্নমক থুগায়খি। মবন অতুনা মতমদগী মাগী মমিং "পুরাণ্ডব" হায়না কৌনখি। কাযনথংদা গ্রীক, শকা, হুন, মোগল অমসুং পার্সিযানশিং ভারত্তা চংলকখি। যুগ কয়া হৌখ্রে, মতমগা লোয়নবা জাতিশিং অসিনা অরাং নোংপোক ভারত্তসু চংশিল্লকখি।

অমরোমদা মঙ্গোলিয়ান য়ুপকী জাতিশিং অসি মথং মথং শল্লুপ শল্লুপ ওইনা ভুতান অমদি খা নোংপোক এসিয়াগী লমদমদগী ভারতকী অরাং নোংপোক চিংজাওশিং অমদি লৈহাও চেল্লবা তমপাকশিংদা লানশিল্লকখি। লমদমশিং অতুবু কবো, মৈতৈলেঙ ( মনিপুর ), কামরূপ ( অসাম ), টিপেরা, সিকিম, নেপাল, ভুটান অমসু, লাহুল, অতুগা হিমালযাগী লমদমদনা স্পিটি অমসুং লাদাক হায়না খংনবকখি। অসিগুম্ব ওল্লিঙৈ মতমদা চংলকখিবশিং অসি কয়া অমনা বেঙ্গল যৌশিনখি অতুগা দ্রাবিড্যান অমসু আর্যাশিংগা তিনশিন্নখি।

মতমগী মতুংইন্না চারো-মৌবৌনবা, কলচর শিন্ন-ওন্নরকপা অমদি মহৈ মশিং মগুন অমদি হ্রাখল্লোন কয়া সৌনরকপদগী তোঙাল তোঙালবা জাতিশিং অসি মযান তুয়ানগী শক্তম অমা লাকখি। অসুম্না অনৌবা জাতিগী শক্তম অমা ওরিষ্যা, অসাম, বঙ্গলাদেশতা শন্দোরকখি অতুগা ভারতকী অরাং অমসুং অরাং নোংপোক লমদম য়ৌরকখি।

খৃষ্টগী মমাং চহি ২০০০ দগী মতুং তারকপদা ভুটানিজ অমদি

টিবেত্তানশিংগা নক্কবা মঙ্গোলিয়ান ফুরুপকী মীওই খুৎপু কয়া টিবেটো-বর্মন অমদি মোন-খমের লোন লোনবা ভাক্কা অতেৎ-অথম লৈতনা চংশিল্লকখি। মখোয়না খুন হোংনবকপসি চিনদ্বিন, ইরাৱাদি অমসুং ব্রহ্মপুত্র তুরেলশিংগী খোংগুন লীহুনা লাকপনি। অসিগুম্বা জাতিশিং অসি মতুং তাবকপা ইতিহাসকী তাক্কত্তা তোঙান তোঙানবা মমিং কৌনবকখি মহুদিঃ কিরাত, সিন, কোখ হাজোং, ডালু, গারো, খাসি, মিকির, দিমাচা, আলেং চুটিয়া মোরান, কাচাড়ি, টিপেরা, লাম্পুং, বাভা মেখ, লুসাই, লাখের, পোদ, আর্কানিজ, পারি, চকমা, কুকি, নাগা, মৈতৈ, আদি (আভোর), অপাতানি, মিসমি (মিশিং), নত্রগা মিরি (মিচিং), আহোম, সিংফু, খমতি অসিনচিংবা। হায়বিবা জাতি-শিং অসি ব্রহ্মপুত্রা সুর্মা মনিপুরগী তম্পাকশিং, চীংজাও অমদি চাংনচাশিংদা থুন্দাখি। অহুগা চীংশিং অসিদি বঙ্গাব সগরগী মনাক্কা লৈরিবা চিতাগোং, কাছাব অমসুং অসামগী তমপাক্কগী তোবকপনি, অমরোমদনা বুর্ম্মা অমদি অতৈ থংনবা লমদগী হৌরনি। অসিতা নত্তনা অতৈ খুল হোংলকপা জাতি মচা কয়া বর্মন, আর্কানিজ, সান, কচিন, করেন, চিন, কাযাহ, ব্রাস, পলাউং, মোন অসিনচিংবসিনা বুর্ম্মাদা লৈহৌখি। অহুবু মখোয়শিং অসি হৌরকফম পুন্দে, ট্রাইব অমসুং সব-ট্রাইব কয়ামরুম খায়দোকই, অমদি শাগৈ ফাওবা খায়দোকই। হৌরকফম পারি-পুরি, লোল, হকচাং-শাবানি, মুত্তি, লমচৎ, শাজৎ, কলচর, যুম্বান-কৈবান পুম্নমক খেন্নৈ। লৈরু লৈরুবা মফমহুগী লম্মিৎ-তুমিৎকী মতুংইন্না চান্নবা

লৈ। মেরুবা কয়া লৈত্নবস্থু মায়দবা যাদবা মায়বা কয়াগুম্মু লৈঃ ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোন, কটম, পোং-চৈ, চৎনবী অমসুং লৈবাক মচাতাবা অমসুং নিংথাতম্বা পাম্বা অসিনচিংবা। অদুগা মায়জবা কয়া লৈনা লৈনা জাতিশিং অসি মইহৈ মমৈ তাথিমরক্কই, মখোয় মশেল অমনা অমবু "মীতোপ" (outsider) হায়না কৌনরক্কই।

মখোয়শিং অসি লৌউ-শিংউদা খুদোংচাগদবা অমদি শক্তা বুং থিনবদা তোঙান তোঙানবা মযমশিংদা থুনাগনরকই। তশুম্মা মখোয় শরদি মনৈথংদা মখোয়না থুনাশিন্নিবা লমশিংগী মমিং লৌহুনা মখোয়গী ট্রাইবকী মমিং ফাওবা থোন্নরকই। অমুম্মা যুগ কয়াদগী হৌনা ভসি থংনবিবা জাতিশিং অসি থোক্লকখি।

ভসি থম হেংবা অয়াং নোংপোক ভারতকী মেপতা হেঙ্ভুব-দা ষ্টেট অমদি ইউনিয়ন টেরিটোরি কয়া— আসাম, মেঘালয়, নাগালেণ্ড, মনিপু, ত্রিপুরা, সিক্কিম, মিজোরাম অমসুং অরুনাচল প্রদেশ অসিনচিংবা উবা ফংই। অসিগুম্বা ষ্টেট অমদি টেরিটো-রিশিং অসি ভারতকী অতৈ শরুক। নোংপোক বিহার অমসুং বে ঙ্গলগা অথুবা অশিকপা লম অমনা শম্নরি, থেক্লা খোয়না অমুক্তসু নেপাল ভুটানগাসু শম্নরি অদুগা খারোমদা বঙ্গলাদেশকসু শম্নরি।

অয়াং নোংপোক ভারতকী লৈবাকশিংঃ ষ্টেটশিং অমদি টে-রিটোরিশিং অসি ময়ম সুক্কে লৈতনা আসামগী সাসন-মখাদা লৈ-হুক্কই। মসিনা তাকপদি বৃটিশ কোলোনিয়ল সরকারনা ভারতা কুপি প্রাশি তৌনা পায়খদগী কললি। নিং-খাউম্বা কললবা মতুং অমিরদি বাঙ্গল লৈতবা বৃটিশ সাসনগী সেমজোথক কয়া মুখংপা

তাখি; মহাক্সী কস শুইনা হৌজিক হৌজিক ওইরক্লিবা রাজনিতি-গী লৈন্তাক শাসিন মশিং হেঙ্গৎলক্লিবা রাজ্য অমসুং টেরিটোরি-শিং লৈরক্লিবসিনি ।

অসুম্না অমুক হন্না লমদমশিং অসি শেমদোক্লিবা মতুংদা ফাওব-দসু জাতিশিং অসিনা মশাক তাকচনিংবা অমদি ভারত জাতিগী মতুংদা মখোয় পুনশিন্নকপগী রাথোক হৌজিক ফাওবদা লোইশ-নবা ঙমদনা লৈরি । লমদম অসিগী স্টেট অমদি টেরিটোরি-শিং অসিদা মখল মখলগী খুদোংথিবা কয়া'মা লৈরি । ইচম চম্বা অন্দোলনগী হৌবহনা অয়ৌবী লালহৌ হাযবদি একষ্ট্রিমিজম অম-সুং ইন্সর্জেন্সি কয়ানা লমজিংহনা তোখায় তানিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লি ।

ভারতকী অরাং নোংপোক্তা হৌরিবা অন্দোলনশি অসিগী তোপ তোপ্পা মওং অমদি প্রজা সেক্সন খরনা লম অমদা (এরিয়া অমদা) মহৈ মহৈ য়ানদবা, পেন্নদবা ফোংদোক্লরিভেদা খুদোংচাবা লোনহনা মমা লৈবাক ভারত অসিগী মায়োক্তা পুন্নপ পুনশিন্নবসু হোৎনরকই । মসিমদি পুন্নমকনা উনরবা রাকন্নি মহৈদি নাগাশিং-না মনিপুর, আসাম অমসুং অরুনাচল প্রদেশ অসি মখোয়-গীনি হায়হনা দাবী তৌরি, অহুগা অমুকসু লমদমশিং অসিদা মখোয়গুমনা অন্দোলন তৌরিবশিংনসু ভারতকী মায়োক্তা পুনসি হায়রক্লি । অসিগুম্বা রাখল অমদি মিংয়েং অসি মনিপুর অম-সুং মিজোরামগী অন্দোলনকারিশিংনসু চপচানা চৎথরি ।

মতুতশু মত্তে, অরাং নোংপোক্কী লালহৌবশিং অসিনা ভারতগী তোখায় তানিংবগী অপাম্বা উৎপদস্থ নত্তনা জাতি অতেগী মথক থোংনিংবা, গুপনিংবা অমদি মখোয়না মহেল্লে তাকপা অকল অরিং শাবগী মতৌস্থ কোংদোক্লি। অতুগা মীরৈবাক্কী লমশিংস্থ লৌখিগনি ( বুর্মা অমসুং বঙ্গলাদেশ পুস্থ ) হায়না দাবী তৌরি।

পুন্নমকসি বৃটিশ লোয়লম লৈঙাক লোম্না থম্বিরম্বা খুদোল পোংনি। ফংখিদ্রবা কয়াসি নিংখা তম্লবা ভারতনা লোইশিন্নহৌবা তারি। বৃটিশনা শেম্বিবমইবা পুন্নমকসি থমথেংনা লুই অমসুং চয়েৎনৈ। সাসন পাযরম্বা বৃটিশশিংনা মনিং তম্লা পংখায় খায়দোক্লমই, খায়দোক্লমইবা এরিয়া পুন্নমক অসি মখোযগী খুদোংচাসদবা যেংহনা তৌবম্বা ঙাক্তনি।

খায়দোক্লমইবা মীওইশিং অসি যুকপ তামত্তা ওইনা লৈজরম্বনি খুদম ওইনা হৌজিক লৈরিবা নাগাশিং অসি নাগালেণ্ডদা পুন্না লৈজরবপনি। মনিপুরগী নাগা তাবা চীংগী লমশিং, কাছার (আসাম) গী অরাংথংবা শঙ্কক অমসুং মিকিরহিলস, লক্ষিমপুর, সিবসগর অমসুং আসামগী নাওগোং অতুগা অরুনাচল প্রদেশকী অরাং-নোংপোক অমদি বুর্মাগী মনুংচন্না লৈবা সোমরা ট্রেক্ট হায়রিবা মফমশিং অসিদস্থ নাগা তারি। অতুবু নাগাশিংদা মখোয়গী ময়ুম লমদম (হোমলেণ্ড) অসি হৌজিক নাগালেণ্ড হায়না কৌরিবা অসিদদা পীরে। মরম অতুনা নাগাশিংগী অরাবা অমদি পেন্দবগী খোল্লাও মথাক লৈরিবনি। অতুগা না–

গাশিংগী মরক্তা ফুরুপ অমমুক লৈরি, মখোয় অহুদি জেলিয়াং-রোং হায়না খংনৈ- মখোয় অসি নোর্থ কাছারি হিলসতা জেমৈ; মনিপুরদা রোংমৈ, জেমৈ, লিয়াংমৈ অহুগা নাগালেণ্ডদা জেমৈ, লিযাংমৈ লৈ। মখোয় পুন্না জেলিয়াংবোং হাযরগা খংনৈ। মখোয অসি হৌরকফম ইস্মুং অমত্তনি অহুবু বৃটিশশিংনা মচোই মচোই তাহনখি। অহুগা অসিমম্নু পল্লিঃ জেলিয়াংবোংতগী ওই বা স্টেট নত্রগা ইউনিযন টেরিটৌবি অমা হাযরিবা লমশিং অসি পুল্লগা শেম্লনবা দাবীম্নু হন্না হন্না তৌরি, অহুগা হায়বিবা দাবী অসিবু নাগালেণ্ডনা যাদে হাধনা যেৎলি অহুগা মনিপুবনসু য়াদে মবমদি জেলিযাংবোংগী বাজনীতিগী ওইবা লমদম অমা থোরকপা তাবরদি নাগালেণ্ড, মনিপুর অমম্নুং আসামগী লম ককথংখিবা তাবি। অমবোমদনা বুর্মাদা লৈখ্রবা "কাবো ভেল্লি" গী মতাংদম্নু মনিপুরগী পেন্দবা কযা ফোংদোক্লি মবমদি হাযবিবা কাবো ভেল্লি অ স থাযনদি মনিপুবগী ওইবমই হাধরি। বৃটিশনা মনিপুর-দগী কাবো ভেল্লি লৌথোক্লগা বুর্মাদা শোক ১৯৩৪ দা পীখিব-নি মতম অহুদি ভারত অমম্নুং বুর্মা অনিমক বৃটিশ ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী মখাদা লৈরমই।

আসামগা নেফা (অরুনাচল প্রদেশ) কা ভমথৈ মতাংদা ম্নুংঙাইনদবা রাফম কয়া লৈরক্লি। চিল্লপ ফ্রোন্টিয়ার ডিভিজন্থা লৈবা নাগাশিংনা দিওমেল্লি এরিয়া অসি মখোয়গী লম্লি হায়রিনা ক্লেম তৌরি। সিয়াংগী মক্লুংচনবদা লৈবা পাসিঘাট সব-ডিভি-জনগা তাইনরিবা জোনাই অরিয়াদা নেফাগী অফিস অমদি

শায়মগী মিরিলশিংনা স্কয়ার মাইল ৫,০০০ [illegible] [illegible], মপোগ মখোলগী লমনি হায়না ফংলি। লোক্লাইদগী নম্বাইদু এরিয়া অমমুক্কী ডিওরিসশিংনা নেকপগী লম স্কয়ার মাইল ৪০ লেপ্পা খোংদাগিনা হায়নবা মখোল সিরি। অদুগা অমরোমদা চিক্লপ কেন্দ্রিয়ার ডিভিজনগী মসুং চনবদা লৈরা মিং অমদি নোবো ডিহিংগী মী তাংরিবা তম্পাকী লমদা চকমাশিংনা শায়দাংশিনরবা ট্রাইব, ফিংকু অমদি অরুনাচল প্রদেশকী নাগাশিংনা মুংঙাম্লতরা ফোংদোক্রি। হায়রিবা চকমাশিং অসি নোংপোক পাকিস্থানগী মসুং চনবদা লৈবা চিত্তাগোং হিলস ট্রেক্টতা খুন্দাবম্বদগী তানখায়রকপদা ইন্দিয়াদা চেলক্লুনা লৈশিল্লবনি। পুন্নমক অসি বৃটিশকী ফত্রবা ডিভাইডিং পোলিসি অসিনা পুন্না লৈজবম্বু তোখায় তোখায় তাহনবদগী থোকপা ফলনি মসিমক্না চকমাশিংবু ইষ্ট পাকিস্থান অমদি ভাবত্তা অনি থোক্না খায়দোকলুবদগী হৌজিক বঙ্গলাদেশ অমদি ভারত্তা মতুগী লেমহৌখাক লৈরিবসিনি।

অসুম, হায়না মীজোশিংসু চোইনা চোইনা মফম কয়াদা তারি, অযাম্ববুদি মীজোরামদা লৈ, অদুবু মীজোরামদা লৈরিবা রাজনিতি দল পুন্নমকনা ত্রিপুরা মনিপুর, বর্মা, অমসুং বঙ্গলা-দেশতা লৈবা মীজো তাবা লমমখৈ মীজোরামগী মখাদা লৈহন-গদবনি, অদুনা হৌজিক লৈরিবা মীজোরাম অসি পাক্লখোক্লবদা ভারত্তা লৈরিবা স্টেটশিং, টেরিটোরিশিং অমসুং বর্মা অমদি বঙ্গলাদেশতা লৈরিবা টেরিটোরি অমসুং স্টেটশিং [illegible]-[illegible] হায়রি।

অসাম অমসুং নাগালেণ্ডগী মরক্তা বর্গমাইল ২৭৮৫গী উমংগী লম মুনুবদগী তত্তনা থংনরি, রাজ্য অনিগী পুলিস ফোর্সশিংগী মরক্তা নোংমৈ ফাওবা কাপনরক্লি ।

আসামগী মনুংদসু কাছারি অমসুং মিকিরশিংগী দাবী কয়া লৈরি ঃ মিকিরশিংনা নাগালেণ্ডদা তিনগদবনি অতৃগা কাছারি-শিংনা ডিমাপুর অসি নাগালেণ্ডদগী ককথংলগদবনি মরমদি ডিমাপুর অসি থায়ুনগী কাছারী নিংথৌগী কোন্নুং ওইবম্বনি হায়না দাবী তৌরি ।

মায়কৈ অমবোমদনা বর্গমাইল ৭২গী মনুংদা লৈবা আসামগী গ্বালপাবা, দারাং অমসুং কামরূপ জিলাশিংগী খুন্দং ৩৬২দা চোয়না হাঁরিবা মীশিং ৬৫০০০ লৈবা গারোশিংনা মেঘলযাদা তিঙ্গ্রগে হায়রি । অতৃগা গারো অমসুং খাসিশিংনসু বঙ্গলাদেশকী মনুং-চনদা মথোয়গা থংনবা লমখব মথো ।গীনি হায়না দাবী তৌরি ।

শোক ১৯৫১ দা ভারত সম্বিধানগী ত কত্তবা সিত্যুলগী মখাদা মিকির দিষ্ট্রিক্ট শেম্মুবদগী অসামগা গারো-খাসি-জাইন্টিয়া হিলসগসু সিমানাগী রাথোক লাকখিরবনি । অনৌবা ডিষ্ট্রিক্ট অসি নাংগোং, সিবসগরগী গ্বালাঘাট সব-ডিভিজনগী শ ক থর য়াওনা জয়ন্টিয়া হিলসকী জরাই সব-ডিভিজন মনুং চনবদা রোক অনিমসু শেনখিবনি । পিনাব নত্রগা সিন্টিয়াংশিংবু মিকির হিলসতা য়াও-হল্লুবসি মথোয়না হোংদোক হোংজিন পামদে হায়রি । অসুম্না লমদম অসিদা সিমানাগী রাথোকসি লৈখায় তাদনা লৈরি । কুনা চৈনবা অমসুং খুৎথোকুবা অন্দোলনশিং অমসুং গারোশিং

খাসিশিং অমদি অসামিসশিং ফুগাইনখিবত্থু তশেংনমক খুদোংথি-নিঙায়নি। অদুগুম্বা অরাবা মতম অদু হৌরে অছুবু মুঙাংনদবা মরমশিং অদুদি হৌজিকফাওবদা লৈরি। মমাংদা পানখিবগুম্না বৃটিশ লোযলম লৈঙাক্না থম্বিরম্বা খুদোল অসি হৌজিক ফাওবা লোয়দ্রি। লোযশিনবা যাগদরা হায়না পাযখৎলুবা থবক থরনস্থু রাথোক অসি হেন্নহুম ফংচিনহখিদে। মতাং অসিদা আসামগী সাসন্নস্থু অবানবা কযা হিবমসিদা থোকহনখি। চীংগীলমশিংনা প্রশাসগী লৈঙাক সাসন অসিবু য়ান্না লুশিন্না চিংনখি, অদুগা সাসন পাংবিবা অসাম সরকারনস্থু চিংনবা অদু কোকহন্নবা ইহোং হোংনখিদে। মতুগী ওন্ন-তৈনবদা শোক ১৯৬০দা অসাম সরকারনা ষ্টেট পুম্নমক্ক ওইবা লোল ( ষ্টেট লেঙ্গুইজ ) ওফি-সিয়েল লেঙ্গুইজ অসামীনা ওইরনি হাযনা লাওথোকখি। মসিমক্কস্থু মথাঙানা অসুক্ক হেন্না চিংনবা পোকহনখি অদুগা যেংথিনবস্থ হৌনখি। চীংগী নীংশিংনা অমদি অসামগী তম্পাক্তা লৈবা ট্রাইবেলশিংনস্থু মখোযবু নমতুনা আসামী ওনহনগদৌবে হাযনা নিংবা কাযনবি। অদুগা অসিমস্থু মখোংনা থল্লি মছুদ মখোয়গী শৈন থুমগী ফিভম, রাজনিতি অমদি কলচবদা ফাওবা অকাযবা লাক্রগনি অসিনি মরম অসিনা চীং অমদি তমদা লৈবা ট্রাইবেলশিংনা অসামদগী খাযদোক্কবা দাবী তৌরি। নপুং ওইনা তম্পাক্তা লৈবা অসাম ট্রাইবেলশিংনা হেন্না থরায যাওই। মখোয অদুদি বোদো, কাছাড়ি, রাভা হোজাই, হায়-জোং, দুত্ররিস, মিরি, লালুংশিং অসিনচিংবসিনি। মখোয়গী

অপুনবা মীশিং অসি মিলিয়ন অমদগী হেল্লি, মখোয় অয়াম্বনা গ্বালপারা, কামরূপ, দারাং, লাক্ষিসপুৰ অমদি ব্রহ্মাপুত্রাগী অরাংথংবদা লৈবা সিবসাগরগী জিলাশিং অসিনি। হায়রিবা মীওইশিং অসিস্তু অসামদগী খায়দোকপ পাম্লরি। হৌখিবা চহি শোক ১৯৬৭ তা লিংখৎখিবা "প্লেনট্রাইবেল কাউন্সিল অফ অসাম" কৌবা সংস্থান অসিনা অসামদগী খায়দোক্লগা ষ্টেট অমগা ইউনিয়ন টেরিটোরি ওইনা "উদায়াচল" কৌনবা দাবী তৌখি।

মতাং অসিদা মসিমস্তু পনবা যাই, বোদোশিংনা অসামদা খুন্দাবকপা নোংবিতুগী রাবি। শোক ১৮৫২ দা লৈখিদবা মখোগী ইংকোন কোনবা নিংথৌ টৃবান সেনাপতি ফাওদি বোদোশিং হসি নিংগা তম্বা জাতি অমা ওইবনই। বোদোশিংসি মশাগী করাল মচু অহৎনা লৈতেংবা অমা চিংৎলমই। অদুগা মখোগী শোল ইবদা শিজিন্নবা বোমান মযেক চৎনবস্তু যানবমই।

অহোমশিংগী রাকম অমুক হায়রে। মখোযশিং অসিনা শোক ১২২৮ দগী ১৮২৬ফাওবদা অসাম জয় তৌদুনা সাসন তৌবকপদগী লমদমসিগী মীশিংগা তোংশিন তিনশিন্নখি। অদুবু মখোযস্তু সিবসাগর, লক্ষিমপুর অমসুং ডিব্রুগর অপ্পর অসামগী জিলা অহুমসি পুন্নগা তোঙানবা জিলা অমা শেম্নবা দাবী তৌরক্লি। মসিনা মখোযগী অরাবা কোকপা ঊমগনি, হাযবগী রাখল য়াওনা তৌরকপনি। মখোযস্তু মখোয়গী ওর্গেনাইজেসন "উজানী আহোম রাজ্য পরিষদ" কৌবা অমা শেমদুনা আহোম

ষ্টেট তাল্লকই।

অমুম্না লক্ষিমপরগী সিরিশিংনা সিরিলেগু তানর্থংলাক্লি, অরু-নাচল প্রদেশকী চাংখোংদা লৈবা আভোরশিংনা আভোরলেগু তাল্লি। আসামগী খালপারা, বেঙ্গলগী কুচবিহার, জলপাইগুরী জিলাশিংদা লৈবা রাজবনশীশিংনসু মখোয়গী ষ্টেট তাল্লি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা থর অসিদগী ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমগী অবস্থা কয়া য়াম্না লুশিল্লবগে হায়বহু লায়না উরগনি। অদুগা মসিনসু রারি অসি লোইবা নক্তে।

বৃটিশ লোয়চল্লবশিংনা অরাং নোংপোকী প্রজাশিং অসিদা অমগা অমগা পুকচেল তিল্লদনবগী মরুসু হল্লমই, মহুদগীসু হেন্দুনা তোখায তানিংবগী রাখলসু অরাং নোংপোক লমদম শিনবা থুংনা চায়রমই। বৃটিশশিংনা লমদম অসিগী প্রজাশিং অসিবু ভাবত্তগী অতৈ প্রজাশিংগা তিল্লবা থক য়াহনখিদে। হৈশিংনা মখোংবু ভারতকী মপুং ওইবা রাজনিতি, সমাজ, কলচরনচিংবা ইচেল পুল্লমক্তগী থায়দোক্লুনা থনম্মী। অমুম্না থায়দোক্লুনা থম্লবা লম-দমসিদা খৃষ্টান মিসনরীশিংনা লমদমসিগী প্রজাশিংদা নোংচুপ-লোমগী রাখল নম্না চংহল্লকখি। লোয়নবা নোংচুপ লোমগী খ্রুষ্টান কৈবান অমদি পুস্তি থুংলেন চংশিল্লকখি। মহুগী ফলনা অরাং নোংপোক লমদমগী প্রজাশিং অসি পাক চাওনা "ভারতবাসি নত্তবা" (ডি-ইন্দিয়ানাইজ) ওইরকখি। ভারতকী চংনবাদগী থৈদোরকখি, ভারতকী ওইবা কলচর অমত্তা খংখিদ্রে।

খৃষ্টান মিসনরীশিংগী থৈবক থুত্তো থর শম্নুবা আর্সনা কনাগু-

স্বর্গী সুর্ম্মগী ওইবা রাথলদা অমাদি থাজারিবাশিংবু অপনবা পীবগী রাথম নাঁচদে, লমাই ওইবা রাথমনি। নুরিবদি মিসনরীশিংগী থবক্কী লৈবাক্কী ওইবা অপুনবা পুথিদা অকায়বা থোকহল্লিবসিবুনি।

কেলিক্স গ্রীননা হায় "সম্রাজ্যবাদিমা চংউ চংউবা মকম খুদিংদা হাল্লা মাংথারম্বদি ধর্ম্মগী ওইবা মিসনরীশিংনি হায়বসি নথোয়না ইরায় লায়না হৈক্লা থংগনি।" ফেলিক্স গ্রীননা নেপোলিয়ন বোনাপার্ট রাকমুন্নু পল্লি ধর্ম্মগী ওইবা মিসনরীশিং অসি এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং অমেরিকা জয় তৌবদা ঐগোম্পা কায়বা য়াই, মখোয়না চওলুবা মকম খুদিংদা লাইঙ্গিং লৌহন্নগনি। মখোয়না শেংলিবা ধর্ম্মগী ওইবা অচম্বা কিজোগ অহুনা মখোয়বু কনবীবদা নত্তনা মখোয়গী রাজনীতি, কল্লোন ইতিকী থিগৎপগীদমক চংলিবা থৌদাং অহুবুন্নু লোংশিনগনি" গ্রীননা মসিমম্ভু হায়—"নেপোলিয়ন্না মতমহুদা হেন্না শেংনা হায়রমলবসু মহাক মথন্তুদি নত্তে। স্পেইন, বেলজিয়ম, বৃটেন, ইউনাইটেট স্টেটশিং অসিনা ঈশ্বরগী ওইবা মীশিং অসিবু ফজনা শিজিন্নরকই।"

ভারতকী অরাং নোংপোক লমদম অসিদা খৃষ্টান মিসনরীশিং অসি মতম অহুগী বৃটিশকী লৈভাকপশিংমা প্রজা মরম্না লাইরিক লাইগু তম্নবা থৌদাং লৌহনখি, অসুম্না চহি কয়া চুপনা অরাং নোংপোক ভারতকী লমদমশিং অসিদা খৃষ্টান মিসনরীশিং অসিবু মহৈ তম্বীনবগী বৃটিশ সরকারনা মথাদা এজেন্সি অমমা ওইহল্লকখি। মহুনা মহৈ মশিং শম্নোকপগী থবক চলাতাম্না তৌরমম্না হায়বসি থং তুপনা লৈংশিনাদিত্তারাখি। ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমগী

প্রজাশিংনা বৃটিশ সরকারগী মথা পোন্নিংখিদে, মখোয়বু থিংনবা হোৎনখি, হিংসা ফাওবা শিজিন্নখি। হিংসা শিজিন্নরক্লিবা প্রজাশিংবু ইংথহন্নবা থবক পায়থত্তবা য়ারকখিদে। ধর্ম্মগী ওইনা মিসনশিং অসিনা ইংথহন্নবগী থৌদাং অত্থু মপুং ওইনা লৌখি। অত্থুগা বৃটিশশিংনা অরাং নোংপোক্কী প্রজাশিং অসিবু মহৈ মহৈ মচেৎ মচেৎ তানহনবদা নত্তনা অমগা অমগা থেংথিনহনখি মত্থুদগী ফল অহুম তারকখি ঃ

অহানবদা ঃ অরাং নোংপোক লমদম অসি ভারতকী রাজনীতিগী মরুওইবা যাওনদবদগী তোথাংনা থমহনা কহিমত্তা শোক্ক শন্নহন্দনা লৈহনখি, মত্থুগী ফল ওইনা লমদম অশোমগী ( ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমগী ) প্রজাশিংনা ভারতমচা ওইবগী রাখল (ইন্দিয়ানেস) পোক্লবকখিদে।

অনিশুবদা ঃ—খৃষ্টান মিসন্নরীশিংনা লমদম অসগী সমাজ মখোয়না পামজবা মৎংদা শেমদোক্লবা খ্বাইদগী যবরা অমত্তা ভাংবরা তাপ্পা যংখি। অত্থুগা নোংচুপগোনগী পুন্সি মওং, রাখল, পোৎ-চৈ, কলচর অমদি যুম্বান-কৈরান খুদিংমক্কী মওন পুম্নমক পুশিল্লকখি। প্রজাশিং অসিবু অনৌবা য়াওন অমদি মওমদা সমাজ অসিবু হিংহন্নবা লম্বীদি পীরমদে। হায়রিবা মিসনশিং অসিনা শাগৎলম্বদগীদি থুগায়রম্বনা হেনখি। মসিগী মতাংদা বৃটিশকী লাইব্রিক ইবা মুপা অমনা বৃটিশকী শাজৎ অসিবু কন্না য়ানিংদবা ফোংখি। এঃ জিঃ মেককোললনা ফজনা কুপনা য়েংশিল্লবা মতুংদা মহাক্না হায়খি—"অরাং-নোংপোক লমদম অসিগী প্রজাশিংগী থৌনাগী যুদ্ধী

অসিবু ফুক্তোক্লগা চপমান্নবা অমা অমুক শাগৎলগা বৃটিশশিংনা মীচুংশি খংবা শাজরিবনি"। তশেংবমক মিসনশিং অসিনা মখোয়নসু অমুক হন্না শাগৎপা ঙম্মরোইদবা ক্‌ামরুম মাংহনগ্রবনি। এঃ জিঃ মেককোলনা অমুক্সু পল্লি —' অমা মুত্থংলগা মান্নবা অমা শাগৎপতনি"।

অহুমশুবদা—শেল থুম শিজিন্নবগী ইকোনোমি মথক্ত অমা বৃটিশনা ভারতকী অরাং-নোংপোক লমদমগী সমাজদা হোদোক্লুবা অহুনা প্রজাশিং অহুদা ইকোনোমি ডিভেলোপমেন্ট অমা পান্নরকখি, অহুগা মপুক লুরবা মৃটিশনা অসিগুম্বা ইকোনোমিগী পোত্থোক তৈলনবা লমদম অসিগী ওইনা কবিসু তৌখিখি। মহমক্না প্রজাশিংদা পাক-চাওনা নিংবা কান্নবা অমা পোক্লরকখ। শন্না হায়রবদা বৃটিশশিংনা অরাং-নোংপোক্কী প্রজাশিংবু পোত্থাফম থংদ্রবা, গোয়রাং-খোয়শাওনরবা, মপা-মপুগী চংনবী কয়াদগীসু ফুক্তোক্লবা, অহুগা সমাজগী ইকোনোমি, রাজনিতিগী লমদ মীমান্নবদি পামজবা অহুবু ভারতকী অতৈ লমদগীদি য়াম্না হেন্না শোত্থহৌবরা থাক-অমদা হুন্দোকপিরম্মী।

অসিগুম্বা থবকশিং অপিতনসু বৃটিশ সোয়চল্লম্বশিং অহুনা পেল্লমদে, মখোয়না কত্তুবা খুজিন থৌরাং অমসু পুথোরকখি। ভারতকী নিংতম লড়াইদা মখোয়না মায়থিরহুনা ১৯৪৭ তা হল্লনদাইদা অরাং-নোংপোক ভারতকীদমক শীল্লুবনি। খুজিন থৌরাং অহুদি অরাং-নোংপোক লমদম পুম্নমক ভারতগী খায়দোক্লনবা লৌতুনবা থৌরম্মি মশকনাইরবা প্রস্তাবনি। অরাং

নোংপোক্কী লম অসি-নিংথৌ অমা [illegible] কুম-য়ুম্না, [illegible]-
নবনি, ভারত [illegible] কুর্বানী হপেংনা [illegible]নি, [illegible]
হায়রিবা [illegible]শিং অসি ব্রুটিশ নিংথৌগী মখাদা [illegible]পেংনা চৈরা
[illegible] [illegible] ( পোলিটিকেল কোলোনি ) অমা ওইহনখিবনি ।
প্রস্তাব অসি পুখৎলকইবা নিপা অতু আর. [illegible] কৌই, মহাক
ব্রুটিশকী [illegible]পার্ট-মেন্ট মহাক সার [illegible] [illegible]গী সেক্রে
টরি ওইনা ভারতদা [illegible]খিবনি । প্রস্তাব অসিবু শেম্গৎখিব-
শিং অসি মকুওইবা ব্রুটিশ পোলিটিকেল ওফিসারশিং খুদমক ওই-
না মতম শাংনা আসামগী গভর্নর ওইরম্বা রোবার্ট রেইড অম
দি 'মতম শাংনা লুসাই হিলসকী সুপেরিন্টেন্ডেন্ট ওইরম্বা এলঃ
পিটর অমদি মফ ওইবা ব্রুটিশ ওফিসারশিং য়াওরি ।

প্রস্তাব অসিগী মখুংগী থিওরিনা অরাং নোংপোক লমদম
অসি চৈথাক অনি হায়বদি ইন্দিয়া অমদি বুর্মা অসিদা য়াও-
হনবা য়ারোই, মরমদি অনিমক অসিনা অরাং নোংপোক লমদম
অসি পুংতোপ তোপই । অসিগুম্বা ব্রুটিশ সম্রাজ্যবাদিগী রাথ-
ক্লোন অসিনা মমৈথংদা লমদম অসিগী প্রজাশিংদা তোথাং তা
নিংবগী রাথল পোকহনকথি । মতুংদা ব্রুটিশকী রাথক্লোন অসি-
না মখল মথেলগী থিওরি পুখৎলকুনা ইউনাইটেদ ষ্টেট ওফ আ-
মেরিকা অমসুং চিনানা তোঙান তোঙানবা মওং পুথোককুনা শি
জিনখৎলক্রে । ইউনাইটেদ ষ্টেটনা মৌওইনা অরাং নোংপোক
লমদম অসিবু ভারতকী থাঙ্দোকপা লমদম অসিগী [illegible] ব্রু-
প্রিন্ট পুথোককই: মহুত্বু প্রোজেক্ট [illegible] হায়না কৌই । মহ-

গা লোয়ননা "লমদম অসিগী মচাশিং" হায়বা থিওরী অমসু পুথা রকই, লাইবিকশিং অমসু আমেরিকাগী অইবশিংনা অ.াম্বা ওই- না। তৌই, মসিগী মমুংগী অর্থনা বৃটিশনা থনস্থা অরাং নোংপোকী লমদম অসি চংনবা অমদি রাথক্লোল ভারতকী অতৈ মফমদমগী .তাওাল্লি হাযরম্বা অতুমক অমুক নৌনা শাগংনকপনি । মতৌ অসুন তৌনা ভাবতকী অরাং নোংপোককীদমক্তা নুংশিবীবা উং ত্থন। তোওান তোচানবা মশক মালহন্নগা তোখায তাহম্নবগী থি ওগী কযা শাগৎলব্রি । মীওই খবনা লমদম অসি ইন্দিপেন্দেন্ট ইন স্টেট ওইগদবনি কাংবু খবনা নেপাল অমদি ভুটান যাওনা ভা নোংপোক লমদম অ স তোওানবা সোভরেইন লৈব াক অমা শেন্দ্র পামলি । মীওই খর'মনা টিবেট যাওহনগদবনি হা না ন্গ্ন শেম্বগী মং অনা ম.ফাওনবি । অতুগা কা.বু খবনা অরাং নোংপোক লমদম অসি খু ান স্টেট ওইগদবনি হায়না শম্পো- রি, মসি বুর্মা অমদি ভারতকী মখা পোল্লোইদবনি হায়রি। তারাসিদা কাংবু খবনা অমুকসু থেচিল্লকই— প্রস্তাব তৌরিবা চ.ী স্টেট অহ্‌দা দার্জিলিং অমসুং অরাংথংবা বেঙ্গলগী শরুকসু হাপ চিনগদবনি হাযবি ।

অতুদগী চীনানা প্লান অমমুক তৌবক্লে, টিবেতগী অরাং- পোক লমদম অসি ফাওরগা বুর্মা অমসুং থাইলেণ্ড শম্নবগী থৈ- রাং তৌরি । অসিগুম্বা মন্নাইশিংগী প্লান অসিদা শক্তি মচা মশু পকিস্তান, বঙ্গলাদেশ অমসুং থাইলেণ্ডমচিংবশিংনা অরাং নোং পোক লমদম অসিদা খুংথিংজিন্নুনা অম্নাবা খুদোংথিবা কয়া থোকহন্নি ।

ভারতপু য়েংথিবা মথল মথাগী ওইবা য়াথয়োন কয়া শন্দো কপসিনা লমদম অসিগী মীওই কয়া উখৎলক্রে, বৃটিশপু য়াবা, আমেরিকাবু য়াবা, চিনাবু গাবা, পাকিস্টানবু য়াবা, থাইলেণ্ডবু য়াবা কয়ামা থোরক্রে। মতুংদগী থোরকপা ওইনা ভারতকী অয়াং নোংপোক লমদম অসি লৌতুনফম অমদি চাক্লিবা য়ুমফম অমা ওইররে।

হায়রদি ইবাং অসি তোঙায়া অপিকপা মফমশিংদা থোক্লমই, অহানবদা নাগালেণ্ড, তুংইনবনা মীজোরাম অমসুং মনিপুর, মথংদনা জাতিগী বিরোধ ওইবা জনতাগী সাসন মতমদা খুদোংচাবা চৈঙাক অমসু কংগ্রে, জনতা পার্টিগী "ভাবতকী জাতি শেনগংলকপা" হায়বা য়াফম অতু মথক মথা ওনগ্রে, "জাতি খুনাযর কপগী" মওংতুম লাকপ্রে। মতম অমদা আসাম কাংথোং চাথবা হৌথি, মতম অদুদা আসাময়া ইরাংগী মকোক থোংখি। অসিগুম্বা খুদোংথিবসি মতম অদুদা ত্রিপুরাদসু শন্দোকখি। অমুম শন্দোকখিতুনা অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মেঘলয়া ফাওবা খুদোংথিবসি থোকখি।

মেপ্তা য়েংবদা মী অমনা শেংনা উবা ঙমই, অয়াংনোংপোক মমদমদা লৈরিবা স্টেটশিং, ইউনিয়ন টেরিটোরিশিং অসি ভারতকী দিফেন্সকীদমকতা য়ায়া মরু ওই, স্টেট অমদি টেরিটোরিশিং অসি মীরৈবাকা তাইনবা ঙাক্তনি, খ্বাইদগী হেয়া লুরিবদি ঐথোয়গী অয়াংথংবগী য়ুমলোয়বা চীনাগা তাইনবা অসিনি। লমদম অসিবু য়ুম্না নৈনবা হায়বসি মরু ওই, অহুনা ভারত জাতিগী

অপুনবা ( ইন্দিয়ান নেসনেল ইউনিয়ন ) গা ভারতকী ওইবা দি-ফেন্স অমসুং একতাগম্ব মরি লৈনৈ ।

## NOTES AND REFERENCES

1. Essrys in political ,Geography: Edited by Charles A. Fisher: London, 1968, pp 161 -- 76.
2. The Rising Nagas: By . soso Yunao, Delhi, 1974: P 1.
3 Nagas Stuggle Agoiust British Rule: By Asoso Yunao, Delhi, 1982. p. 173.
4 The Boundaries of Manipur: By Dr. L. Chandramani Singh Imphal, 170. pp-10.
5. Economic and political Weekly: Bombay, December 22, 1974.
6 The Enemy: by Felex Greeve, Calcutta, 1974, p 109.
7. Adwivistrative Repoat of the Lushai Hills for the year 1898-99, Government of Assam: Shillong, 1899 p 14.
8. Lushai Chrysalis: By A.G Ms Call, Loudon, 1949; p 199.

9. **Mizoram: Dynamics of Chance: By Dr Animesh Ray, Calcutta 1982, p 286.**

10. Future of India: By R Coupland, London, 1944, p 160.



# বৃটিশনা জয় তৌখিবা

ভারতকী ইতিহাসতা শোক ১৭০৭ অসি অনৌবা মতম লাকপা চহিনি। মোগাল শক্তিগী অয়েংবী পাঙ্গল কনবা মতম নি, দক্ষিনাত্য, বিজাপুর, গোলকোন্দা অসি ঔরঙ্গজেবনা জয় তৌখিবা মতুংদা কনখৎলকপনি। পিক্রবা মনিংতম্বা নখা থৈতুং নত্রব্রা পাক চাওরবা উপমহাদেশ ভারত অসিদা মোগালগী শক্তিবু শাংনবা ওম্বা থুং অনত্তা লৈখিদ্রবনি। অতুবু মতমগী চহি অন্দা সুলতান ঔরঙ্গজেবনা হেক শিখি। মহাক শিখিবগা লোয়ননা মোগালগী শক্তি থৈদা তারকপদা নত্তনা ভারতকী অপুনবা শক্তিসু শিথরকখি।

ঔরঙ্গজেবনা হেক শিখিরগা মরাঠাশিংনা হৌগৎলকুনা দক্ষিনাত্য, খা ভারত, অয়াং ভারত, গুজরাট, মধ্যপ্রদেশ অমসুং ওরি-

বা য়াওনা পাক চাওরা [illegible] শরক অসি [illegible]খি। মতুং দা [illegible] [illegible] অমসুং [illegible] [illegible] গভর্নর[illegible] নিং খা তম্লে [illegible] [illegible]খি। অদুগা শোক ১৭৩৯ দা নাদির শাহনা লান্দারকুনা মপুংফানা ভারত অসি মচেং তাখি।

ভারতনা অপুনবা মপু ওউবগী শক্তি ১৮ শুবা শতাব্দীদা মচেং মচেং তারকপদু লৈবাক মচুংগী য়ানদবা য়েংখিনবদু উৎপন্নি, মতুদা মীরৈবাকশিং লান্দারকপশিংনা খুদোংচাবা লৌখিবনি। মীরৈাক মচাশিংনা চহি ২৫০ রেম্না ভারতকী অকোয়বদা লুনদু নালাকপনি। অদুগুম্বা য়ুরোপকী শক্তিশিং অদুদি পার্টুগীজ, ফ্রান্স অমসুং বৃটেন্নি লৈবাকশিং অসিনা ভারতপু শেন্দোংগী পেবে থোরকফম ওইনা উখি, অদুগা সমুদ্র তোর্বান্দা খুন্দাজবশিংনা সমুদ্রদগী কাখৎলকুনা লুত তৌববশিংগী শারাকফম ওইখি।

শোক ১৪৯৮ ইংদা পার্টুগীজশিংগী লল্লোন-ইতিক তৌফম কোলোনিশিং গোয়া অমসুং বোম্বেবা লিংখৎখি অদুগা শ্রীলঙ্কা, দমন লিংখৎখি। চহি চামাগী মতুংদদি দচশিংনসু কলকত্তাগী মখাদা খুন্দাবা হৌবকখি। অদুদগী শোক ১৬০০ দদি লণ্ডন ইষ্ট কম্পনী সিতি মার্চেন এণ্ড কোং লিংখৎলক্লে।

শোক ১৬০০ কী ডিসেম্বর তাং ৩০ দা ইংলেণ্ডগী মহারানি ইলিজাবেথনা নোংপোক লমগী রেগম, লশিং অমদি মমল যাম্বা মুঙশিং লল্লোনবা অয়াবা পীখি। মহারানিগী অয়াবা ফংলবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানী অদু গভর্নর অমসুং কমিটি কুনমরিনা শিনথা লাংবা তাখি। মখোয়গী অহানবা জহাজনা শোক১৬০১ দা ভারতা

হোল্লকখি, মোগাল সুলতান জহাঙ্গিরনা ইংলিস লল্লোনবশিং অহুদা সুরত্তা লল্লোন ইতিকী হিথাংফম পীখি। শোক ১৬৩৪ দা সুলতান জহাঙ্গীরগী হুকুম ফংবদগী বেঙ্গলদা ইহান হানবা কল কারখানা লিংখৎখি।

শোক ১৬৩৪ অসি বেঙ্গল অমসুং ভারতকী ইতিহাসকী ওইনা য়াম্না লুবা চহিনি। লোর্ড পালমাষ্টোন্না মরিক চুম্না হায়খিঃ "খুল্লাররিবা কাংবু অহুনা ফেক্টরী অমা লিংখৎখি, ফেক্টরী অহুনা লানবন (ফোর্ট) ওল্লকখি, লানবন অহুনা ডিষ্ট্রিক্ট অমা চাওথোরকখি অহুগা ডিষ্ট্রিক্ট অহুনা প্রদেশ অমা ওইনা পাকথোরকই" মসিমক ভারত্তা থোক্লবনি। শোক ১৬৮২দা ই:

শোক ১৬০০ কী দিসেম্বর তাং ৩০দা ইংলণ্ডগী মহারানি এলিজাবেথনা নোংপোক লমগী রেশম, লশিং অমদি মমল পাম্বা মুঙশিং লল্লোন্নবা অয়াবা পীখি। মহারানিগী অ াবা ফংলবা ই: ইন্দিয়া কম্পনি অহু গভর্নর অমসুং ক মিটি কুনমরিমা শিনবা শা: বা তাখি। মখোয়গী অহানবা জহাজনা শোক ১৬০১ দা ভা- রত্তা হোল্লকখি, মোগাল সুলতাল জহঙ্গিরনা ইংলিস লল্লোনব শিং অহুদা সুরাত্তা লল্লোন ইতিকী হিথাংফম পিখি। শোক ১৬- ৩৪ দা সুলতান জহঙ্গীরগী হুকুম ফংবদগী বেঙ্গলদা ইহান হানবা কল কারখানা লিংখৎখি।

শোক ১৬৩৪ অসি বেঙ্গল অমসুং ভারতকী ইতিহাসকী ওইনা য়াম্না লুবা চহিনি। লোর্দ পালমাষ্টোন্না মরিক চুম্না হায় খিঃ "খুল্লারিবা কাংবু অহুনা ফেক্টরি অমা লিংখৎখি, ফেক্টরী অহুনা

লানবন (কোর্ট) ওন্নকই, লানবন অহুনা ডিষ্ট্রিক্ট অমা চাওখোরক খি অহুগা ডিষ্ট্রিক্ট অহুনা প্রদেশ অমা ওইনা পাকখোরকই" মসি মক ভারতা খোল্লবনি। শোক ১৬৮২ দা ইস্ট ইণ্ডিয়া কম্পনি গী কোর্ট ওফ ডাইরেক্টর হায়না কলকত্তাদা লৈবা কাউন্সিল গভর্নর অমনা পুবা প্রেসিদেন্সি অমা লিংখৎখ্রে। (প্রেসিডেন্সি হায়বসি মতম অহুদা খঙনরমইবদি ফেক্টরী খরগা লল্লোননবা নফন খরগা প্রদেশ অহুগী মনুংদা ইচায চাযনা তারিবা অহুবনি) বেঙ্গল প্রেসিডেন্সি গভর্নর অমগা কাউন্সিল অমগা লৈবা তাখি। মসিগা চপ মান্নবা সুবাত্তা লৈবিবা ইংলিস ফেক্টরী অহুদা চখ-বকখি। সবাতগী ফেক্টরী প্রেসিডেণ্ট গিরান্ড ওঙ্গিয়ারনা বোম্বে প্রেসিডেন্সিগী গভর্নর ওইবকখি। মহাক্না ইস্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিগী কোর্ট ওফ ডাইরেক্টর অহুদা অসুম্না ইরকখি: "হৌজিক্কী মতমদা দনকার ওইবক্লাদি সাধাবন লল্লোনবগী থবক অহু নখোয়গী নগত্র থাংশাংশিং পায়রগা চথবগদবনি" কোর্ট ওফ ডাইরেক্টর না অমুক মখোয়গী প্রেসিডেণ্ট অমদি কাউন্সিলশিংদা দিসেম্বর তাং ১২ শোক ১৬৮৭ ইংদা অসুম্নাঃ "প্রজাগী অমদি মিলিটরি শক্তিগী অসিগুম্বা থবক পায়খৎনবা খাজনা চাওনা ফংনবা থবক চংশিল্লু মত্তুনা ভারত্তা লাক্কদৌরিবা মতম পুম্নমক্কী ওইনা ইংলিসনা খুত্থুম চনবা উন্নবা" হায়না ইখি।

ফারত্তা চংশিল্লকপা মীওইশিংগী মিংয়েং অমদি রাখল লো ইনা মানৈ। গোরাদা লৈবা পার্টুগীজকী গভর্নরনম্ন শোক ১৫-৪৫দা "মখোয়না মখুং নামনা যীশুবু পাংথিবগী নিংশিং খুদম

অমা অহুল। মথুং মায়না খাংশঙ্ সায়রগা মালতা ফাকখি, মখোয়
না শাসন তৌবগী অশেংবা পুক্কচেলদি লোমাখা লৌরিবা ভাইলপ্নৌ
ইগী মুক্তি অপাবা অহুনা উৎলি, মুক্তিহুগা লোয়নবা মুক্তি অমা য়া-
ওরি, মহু লম্বোইবা অমগী শক্তাঙ্গি, মহাক্কী মখোং মামনা লাংজ্রাং
না তুম্বিবা ভারতবর্ষি অমগী মঙক্রা নেংলি, অদুগা মহাক্কী মথুং
না শক্তোক্লবা থাংশাং অমা পায়হুনা ভাবতসোমদা থিল্লি”।

অসিগুম্বা পোলিসি অসি চুম্না ভাকুমা বৃটিশশিংনা ভারতপু
অহুম অহুম চংশিল্লকই, অদুগা শোক ১৬৮৮ দা কলকতা লিং
থংখিবা যোব চার্নোক হায়বহু অসিগুম্বা পোলিসিগী মরাল লৈ
খি। মোগলশিংনা মাবু বেঙ্গলদগী তাম্বোকখি, শিবা কিবদগী তা
ম্বোকমিন্নরক্লবা অতৈ লম্নোনবশিংগা তুংনদপোমদা চেম্থখি। অদু
বু শোক ১৬৯০ ইংদা ঔরঙ্গজেবনা লোৎখ্রবা “গুইশিং” অহুদা হা
য়বদি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনি অহু অমুক হন্নকপা যানবা পার্মিসন
পিখি। হৌজিক্তি চার্নোকনা কলকতাদা মতম পুম্নমক্কী ওইনা খু-
ন্দাফন শেমগ্রে, লানবন কযা শেম্নবা থৌরাং তৌগ্রে। ঔরঙ্গ
জেবনা অমুক্কমু অয়াবা পীবিহুনা “গুইশিং” অহুনা খুঙ্গং অহুম
লৈখি, কলকতা, সুতানুটি অমসুং গোবিন্দপুর। অদুগা মফমশিং
অহুদসু লানবন শেমগাংখি। লানবনশিং অহু ফোর্ট উইলিয়াম হা
য়না মমিং থোনখি।

ঔরঙ্গজেবনা পার্মিসন পীরোকপুম্নবসু লম্নোন ইংলিশ তৌ-
রিবা ইংলিশশিংগী মওং মতৌ অহুবুদি খঙ্গমেন্না পাক্কমদে।
মহাক্কা হাপথিবা বেঙ্গলগী গভর্নর মুর্শিদকুলিখানসু ইংলিশশিংবু য়াথদে।

ওরঙ্গজেববা লেপ্লু, শিখিবগা। জিজিনা পাংলজিব। সুলতানগী মকনগা ইংলিশ লয়োলমশিং অহনা মুর্শিদ কুলিখানগী মায়োক্তা য়াকংখি।

শোক ১৭২৫ ইংদা কুলিখান লৈখিদ্রে মাগী মচা অহং মমা মুপা শুজাউদ্দিননা শিনখি। মাগী মতম অসিদা ইংলিশশিংগী মখোয়গী লম পাকথোক চাওথোকপগী পোলিসী চংবরকখি। মহাক হেক শিবগা বেঙ্গলগী গভর্নর অসি অলিভার্ডি খান্না ওইখি, মহাক্না বেঙ্গল, বিহার অমসুং ওরিষা মহাকী মখাদা পুনশিনখি। আলিভার্ডী খান্নসু বৃটিশশিংবু য়াখিদে। অদুবু খুংথোকনবদি হোংনখি। অদুগা মাগী মহুৎশিনহৌবা শিরাজউদ্দৌলা দি মহু য়াখিদে। শক্তি হেক পায়বগা শিরাজনা বৃটিশকা খংনবা হৌখি, কত্তু লৌশিংদা হৈশিংনবা বৃটিশপু মহাক্না লাখা চাবাদি ওইখিদে অদুদসু নত্তনা মহাকী মীওইমক্কাওবা মতোপ্না থাজবা ব্রাংখি। রোবার্ট ক্লাইভনা ভারতনচাযক্তগী মতেং ফংদুনা বেঙ্গলদা মায়পাক্নুনা বেঙ্গল লৌশিনগ্রে। চহি অদু শোক ১৭৫৭ ইংদনি।

বেঙ্গলগী গেভর্নর অসি মফম অতৈদদু হুন্নকখি মহীশূর মকুদা হায়দর আলি অমদি টিপু সুলতান্না কন্না হোংনখি অদুবু বৃটিশপু খিংবদি ভনখিদ্রে, মহুসু মখোয়গী মতুংগী লৌচুনবশিংনা মতেং পীরক্নদবনি। মথংদা মদ্রাজদা হৌখি, অদুসু বৃটিশকী মখুত্তা ভাখি, অদুগাদি মখং তাবগা ভারতকী মনিং তম্বা খাগ মুরমক মখং মখং বৃটিশকী খায়াত্তা ভাখি।

জাবা মোকনিধা পৌর্তোকশিং ... বেঙ্গল ...

মহীশুর থোকখিবসি ইউরোপ্তা থোকখিবা অর্থ লৈরবা থৌদোক থরগা মৰি লৈনৈ । শোক ১৭৪৪ দা ইংলেণ্ড অমসুং ফ্রান্স অনি-গী নবক্তা অচৌবা লাল অমা থোকখি। মতু মাদ্রাজদা ইংলিস অমসুং ফ্রেন্সকী লাল্লোং মমি তাখি। ফ্রেঞ্চকী লান্মী লুচিংবা লেবরডোনেইজ অহুনা বৃটিশপু মাযথিবা পীরগা মাদ্রাজ খুদুম চন্খি। অদু রোবার্ট ক্লাইভনা মৈবাকী সরকারদগী ফংখিবা মতেং অদু ফ্রেঞ্চশিংদি ফংদে অহুনা ফ্রেঞ্চ মাইথিবা তাখি। মসি পোন্দিচেরীগী গভর্নর ডুপ্লেক্সনা উখি হায়বদি লেবর ডোনে-ইজ অমসুং ফ্রেঞ্চ অসি লৈখা তাবরনি।

মহীশুরদসু ফ্রেঞ্চ হন্দোকখি, মতুনা মরম ওইবতুনা হায়দর আলি অমসুং টিপু সুলতান অমদি কার্নাতকী মনিংতম্বা লৈঙাক-পশিং অদু তুবা তাখি।

কুপনা লেংউবদি বৃটিশনা বেঙ্গল লৌখিবসি মীবৈবাকনা তংশংনা জয় তৌখিবা নত্তে, বেঙ্গল মনুংগী কাংথোং চাইবা অম-দি মপু পান্দবদগী থোকপা ফলনি। অপুনবা মপুনা নিংথায়রবদি লাগ অমসুং খংন চৈনবা হায়বসি ইতিহাসকী হৌনশানি। রাজনীতিগী ওইবা অরাজক থোক্লবদি লান্দারকপশিংনা যোং-খিবা মশানা তাবনি। মতুমক মোগল নিংথৌ মরাই চাইথরক পদা ভাবত্তা থোকখিবনি। সরকার অমা কায়থরক্লবদা মপু পা-ন্দবা রাজনীতি (পোলিটিকেল এনার্কি) হেক্তা ওইবকই হায়বসি ভারত্তা তশেংনমক চখথ্রবনি। ইংলিসকী ইতিহাসকার অমনা অমুন্না "মীবৈবাকী মচাশিংনা ভারতপু জয় তৌতুনা লৌখিবনি

হায়বা য়ারোই মশানা জগ তৌহল্লবনি" হায়না ইরি।

বেঙ্গলদা ক্লাইভনা লাল হৌরকপদা মমাং পাকখ্রিবহ্ মির্জাফর অমসুং খ্বায়দগী ইনাক খুল্লবা কাংবু জগত সেথ কুম্বা থবনা খৎনা চৈনবকপা অদুদগীনি। অদুগা অসোমদা ইংলিস লল্লোনবশিংনসু লুট তৌখৎলকপননি। কাপ্ন নাক্সনা হায়খি "লল্লোলবগী শেল্লেপ অসিনা মক ওইখৎলক্লবদা মফম খুদিংদা 'ফিমুন চাকমুন্নবগী থবক তৌখৎলকই"। রাফম অসি অমুক্কী মতিক চুম্না মবেক শেংনা বেঙ্গলদা ইংলিসশিংনা উংখ্রে। মদু রোবার্ট ক্লাইভনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানি অসি মাগী মখাদা অমুপ্পগী শক্তি পাংবক্লবদা তৌখিবনি। লুট পাংকী পথাপ অসিগী মখাদা ইংলিসশিংনা ইকাযবা খঙদনা শাওবীবকখি, মিরজাফবগী মমাক নুপা ইংজ তপচখ্রবা মিব কাসিম ফাওবা অথাং কনবগী মগুন মাংখি। মিব কাসিমনা ইংলিসশিংদা পাউন ২০০০০০ শেন্নুং পীবমই, অদুগা মাগী লমগী শকক অহুম থোকগী শকক অমাঃ মিদনাপুব, ববদৱান অমসুং চিত্তাগোং জিল্লা অহুম যাওনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিদা পীখি। অত্তবু বোবার্ট ক্লাইভকী মহুৎশিনহৌবা কম্পানিগী গর্ভর্নব ভানসিত্তার্টনা খুৎথিংজল্লক্লুনা শাওহল্লকপদগী মিরকাসিম্না ইংলিসনা লুট তৌবিবত্ত থিংদুনা মহাক্না লম অদুগী মপুনি হাংবহ্ তাক্লবা থবক পাংখৎখি। রাথোক অসি হৌরকখিবনা মীরৈবাক্কী পুশিল্লকপা লল্লোলপোৎশিংদা খাজনা লৌবা যাবোই হায়রকপদগীনি। ইংলিসকী লল্লোলবশিং পুম্ননকনসু অসিগুম্বা খুদোংচাবসি লৌগদবগী তৌখৎলকই। মিব কাসিম্না মাগী

ওফিসারশিংদা মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকইবা খাজনা খিদবা পোৎ খুদিংমক ফাজিল্লনবা হুকুম তৌখি। মতুনা ইংলিস লম্লোঁ বশিংগা থাক মাল্লহনখি। মিব কাসিম্না শোক ১৭৬৩ দা ফোংনা খুংথোক্লতুনা ইংলিসকী ফাদোকশিং অমসুং মুর্সিদাবাৎকী বেঙ্করশিং লোইশিনখি। শোক ১৭৬৪ দা ইংলিসশিংনা অরোইবদা মিব কাসিমু মাযখিবা পাখি। চহি অসিমক্তদা পাত্তনাদা সিফাইশিংনা বৃটিশকী মাযোক্‌ঃ খেংনবা অহানবা লাল হৌখি। মেজব মুনরোনা লাল অদু নবর্থবগা লুচিংবশিংবু নোংমৈনা কাপতুনা হাংখি। মসিনা বৃটিসশিংগী অহানবা তমথিবা মীহাং হৌখ।

বৃটিশনা মিব জাফববু বেঙ্গলগী গভর্নব অমুক হন্না হাপখি, মরমদি যৌজাল অদুগীদমক হন্দোক্লবোইদবা শেল্সং লুপা লাক্ক যাখ্রে হুমদোই পীবা তাখি। চৈবক অসিদা রোবার্ট ক্লাইভ অদু অমুক হল্লকুনা ই ইন্দিয়া কম্পানিগী গভর্নব কাউন্সিল অদুগী প্রেসিডেন্ট অমসুং কমাণ্ডর ইন-চিফ ওইতুনা পুরমক অসিগী প্রেভুা ওইবরে, মহাক্না খুদিংম অসিগী প্রোভু ওইবসি শোক ১৭৬৫ দনি। মহাক্না খুদক্ত কম্পানিগী লম অমদি সম্পত্তি হেঙ্গংনবা, পাকথোক চাওথোক্লবা লনজেল হেনগংহনখি। মহাক্কী হোংনজমন্দগী শোক ১৭৬৬ তদি কম্পানি অসি মী মিলিয়ন কুনমঙাগী মথক্তা অমুল্লা সরকারগী মীওই ওইরকখি অতুগা চহিগী ওইনা সবকাবদা কাখিবা বেভেনিউ শেল ওইনা লুপা ক্রোর মবিদগী হেন্না খাজনা ফংখি।

তৌইগুমদুং শোক ১৭৬৬ কুম অসি বোবার্ট ক্লাইভ অসিগী

ওইনা লৈখা তারকপা চহি ওইখি। লাম্মীশিংনা লৈজবম্বা শেনফম অদু মহাক্না থিংখি। মসিদগী বেঙ্গলদা লৈবা ওফিসাব-শিংনা লাল হৌরকখি। হায়রিবা লালহৌ অসিদা লাম্মীশিংসু যাওশিন্নিংলমই। অদুবু অউকপা ৱাফম অমনা লালহৌরিবা বৃটিশকী ওফিসারশিং, লাম্মীশিং অদুবু ভারতকীসিফাইশিংনা থিজিন হুমজিন্দুনা বিংখি। ইকুই কুইদনা রোবার্ট ক্লাইভ শোক ১৭৭৪ ইংদা মথন্তা আত্মাঘাত তৌদুনা শিখি।

ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানি অসিদা থবক তৌরিবা সেবকশিংনা শেন-থুমগী খুদোংচাবা যাম্না ফংববু উরগা ইংলেণ্ডগী মন্ত্রংদা কল্লক কঞ্জাওনবা পাক চাওনা শন্দোক্লখি। মন যাম্না পাষথংলক পগী মকদি ভারতকী নিংথৌশিংনা তুংশিল্লম্বা শেল পুম্বা মংখিবা, নিংথৌগী খুভমশিং লৌথোকখিবা যাম্না চোপথ্রবা মওংদা ওং-নৈ-বগা শৌশিনখিবদগীনি। অসিগুম্বা লৈচং অসিবু বৃটিশ পার্লি-যামেণ্টতা ক্রিটিসিজম অমা লাকখি। অদুবু থৌদোক অদুগীদমক তা থৌ রা ওইনা লৌখিদে। মহুগী ওন্ন-তৈনবদা কম্পানি অদুগী ডাইরেক্টব অমা ওইবা ফংননবগীদমক রাচং রানোম, শেঙ্গা থুমজা রোমদা কন্না চথনখি। মতম অমদা শ্রী সুল্লিভান্না মীখন্দা ডাইরেক্টব ফংখিবদুদা লোর্ড শেলবোর্নে ডোল্লাব লাক্ষ অমা হেন্না শিজিন্নখি। ইন্দিযা হাউস অসিবু শৌতুনবা মন্নুংগী থবক ওইরকখি।

কার্ল মার্ক্সনা এনালাইজ তৌরম্বদু তশেংনমক ওইরম্লে: "আমেরিকাদা সনা অমসুং লুপাগী খনি পুথোরকপা, হায়দগী লৈজরকপা

মীওইশিং অহ্ মফঙ্গংনা মাংহনবা, মীনাই ওইহনবা অমসুং খরবুনা খনি মন্নংদা ফুমজিনবিবা, ইষ্ট ইনিজপু জয তৌবা অমদি লুত তৌরগা লৌশিনবা, উনশা অমুবশিংবু লল্লোল ইতিকী কান্নবগী-দমক্তা আফ্রিকাবু শাদানফম ওইহনবা পুম্নমকসিনা শেঙ্গাও পাংবগী পোথোক মপুথোক্কী মুত্তায়রবা ফুগ চংবগী নোংঙাল্লকপা ওইরক্লবনি"।

লুত তৌবগী মওংসি হেন্না পাকথোক চাওথোক্কা তৌবা য়ানবা বৃটিশনা আইন (রিগুলেসন) কয়া শেমখি মত্নুনা ভারতকী লৌয়াম চাবশিং (জামিন্দরশিং) বু করিশু লৈতবা ইচম চম্বা খাজনা থোম্বা কাংবু ওইহল্লকখি, শোয়বগনা মরাল পীশিল্লগা দণ্ড তৌবসু য়ারমই। ইংলিশকী রায়েল থৌদাবশিংনা হাং রিবা আইন অসিবু চেংনা জাক শেন্নরমই, মপাঙ্গল লৈববা লৌয়াম চাবা অমদি মহারাজশিংবু ফাওবা ফাদোক পীরমই, অত্নুগা মথোযবু মীহাং-পগী মরাল লৈরবা মীওইগুম্না লোয়নরমই মসি হাযফেঙ্গং মরাল লৈবদংগী ফাওবনি। অস্নুম তৌত্নুনা লৌযাম চাবশিংগী ইজৎ লোইশিনখি, অত্নুগা মথোয়গী লৌ উবিবা প্রজাশিংনা লৌশান পীষু হায়বদা তোয়না যারকখিদে., মত্নুদগী লৌযাম চাবশিংনা অৎৎ-অনৈ কয়া তৌত্নুনা লৌমীশিং অহ্ লাক্লরকখি. লৌমীশিংনা কাহেন্না অরাবা নংখি। থর লৈরগা বৃটিশনা মথোয়গী আইন অহ্ লৌথোকখি অত্নুগা লৌয়াম চাবশিং অত্নুবু স্বত ফংযম থোকপা লৌযাম চাবনি হায়না অমুক শকখংখি।

ইকাই খংখিত্রবা ইংলিশশিংগী লুত-পাংকী রারি ময়ামসিবু বৃটিশ সরকারমক্লা মতেং পাংখি, শেন-শান্দোক্লগা শেন্দোই চাবগী

পথাপ অসিবু শৌগংখি। কারনাতক্কা চহি কুনগী মহুংদা শেন্দোই লৌবতদা লুপা লাক্ক চামরি খোক্কুনা লৌখি।

বেঙ্গলদা শেন্দোই চাবশিংনা জামিন্দর কাওবা ওইখৎলক্কুনা প্রজাশিংনা উজরিবা লৌফম কা৲বা শেন তোনবগী পাওখোংকমদা সক্কুনা লৌনবা বৃটিশ সবকাবনা যাহনখি। অহুগী মতুংদা লোর্ড কোর্নৱালিসনা পুখোবকপা তুক্কচবদা মমিং চৎলবা পার্মিনেণ্ট সেটল-মেণ্ট কৌবা আইন অহুনা বেঙ্গলগী লম পুম্নমকসি জামিনদার-শিংগী লম্নাই স্বতগী লম ওাক্কনি হা৲না লাওখোবকখি, বিক্ল অসিবু বৃটিশ পার্লিযামেণ্টকী লুচিংবা ৱিল্লিযম পীটনা "মপা মপুগী হাক্কক্কগী জামিন্দবশিংনা ভাবত অসিগী লম মপু ৎইরকই" হায়না পাস তৌখি। মহু উকুরগা কার্ল মাক্সনা হাযখি, "অস্নুমনা কোর্নৱালিস অমসুং পিটনা বেঙ্গলগী থুঙ্গং প্রজাশিংগী মরম মংখি" লৌমী কয়াগী মরম চাববা লালহৌ কযা খোকনি। অহুবা মমৈথংদা জামিন্দাবশিংবু তাম্বোকখ্রগা মখোযগী মহুত্তা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা শিনখি, নমহুনা মপু ওইখি। মসি কারনাতক্কা খোক-খিবা হান্নগী এক্সপিবিয়েন্স অহুদগী বেঙ্গলদা মহুমক চপচানা চৎ-খিবনি। অসুম্মা হিবম কযাদগী লৌযাম চাবশিংবু লায়রহল্লকবা শীনখি, তোল্লিবা শেন্দোল অমদি খাজদা কয়া শীংদোক্লবা লম্নাই ওইনা মশা মশাগী লমশিং য়োম্থোক্লরকখি। অসুম তৌহুনা মখোয়না পাযরম্বা লম কধা সহরদা লৈবা কেপিটেলিষ্ট খরখকী মখুত্তা তাখি। মসিগী ফলদি লৌয়াম চাবশিংনা মশা লৈতনা লৌয়াম চাবগী পথাপ অমুক লাকখিবননি।

থবক পুম্বনমক অসি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী সিভিল ওফি- সারশিংগী মতেংনা তৌবা তাখি। মহূনা সিভিল অমসুং লাম্মী ওফিসারশিংগী মরক্তা সিভিল ওফিসারশিংনা মিলিটরি ওফি- সারশিংদগী হেন্না চাওনা থাগী শেল ফংলমই, মসিদগী সিভিল অমাদি মিলিটরি ওফিসার অনিগী মরক্তা খুদোংচাবা মাম্নদবগী য়ানবক শিদে। রাক্ষম অসিদগী কলকতাদা লৈবা কম্পানিগী মিলিটরী ওফিসারশিংনা লাল হৌখি, চহি শোক্তি কুমজা ১৭৯৬ দনি। মখোয়গী দাবানা তলব হেন্ধংহন্নু হায়বা অসিনচিংবনি। থৌদোক অসি রোবার্ট ক্লাইভকী মতম হাযবদি শোক ১৭৬৬ ইংগা হন্দক্কীগা থারগা লাম্মীগী লালহৌ অনিশুবনি। মসিদগীদি কম্পেনিস্ পারা অমা ফাখি, অতুদগী হৌনা কম্পা নি অসিগী মিলিটরী ওফিসারশিংগী দাবী অমদি অপেন পেন্দ মপুং-না য়েংশিনবা হৌখি, লোয়নননা কম্পানি অসিগী সিভিল ওফিসারশিংগী খুদোংচাবা ফংবদৌনা মিলিটরী ওফিসারশিংগীসু খুদোংচাবা ফংহনখি।

মথং শতাব্দী চংলকপদা বেঙ্গল অমসুং ভারতকী অতৈ লম কং। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী মথাদা লৈরিবদা বৃটিশশিংগী মামং মথাম অহু অরাং থংবা ভাবত্তা ওনশিল্লকখি। মরু ওই না অযোধ্যা (ঔধ) দনি। লোর্ড ৱেলেসলীনা অযোধ্যাগী লম অসবু মচেং মচেং ওইনা শোশিনবগী অহানবা গেম হৌদোকখি।

তৌইগুম্বসুং কম্পানি অসিগী মতাংদা পৃথিবী অসিগী মসুং-দা যাম্না শাথাবা অবস্থা অমা লাকখি। শোক ১৮০০ দা কাবুল-

গী নিংথৌ অসি জামান হায়বত্থনা ৎইরমই, শোক ১৭৬১ দা পানিপতকী পাম্‌ নতুং দিল্লিগী মায়থিবা পীরিবা আহমদ খান অব্‌দালীগী মশুত্থপানি। মহাক্না টিপু সুলতানগা য়ানবা খর পুরকখি, মত্থনা কম্পানিস্মু খরদি ককথংখি। ভারতকী মতাই থংবদা লৈবা সিমানা মকম কয়াদা জামান্না মাগী লাম্মী কারক পুরকখি, ভারত লৈবাক অসিগী হিন্দু অমদি মুসলিম অনিমক্তগী তেংবাং ফংনবগী হায়রক কয়াস্মু ফংখি। মতম অসিদা নেপোলি-য়নস্মু লাম্মাবক্তগী থোবাং লাংলমই। শক্তি অনিনা লাম্মা বক্তবগী ধনকা অত্থ য়াম্না মপাইনিঙাযমক ৎইরমই, ফ্রেঞ্চ, পার্সিয়া অমস্থং আফগানিস্তান অসিনি। বৃটিশকী কেপটেন মা-লকমগী মথাদা লৈবা বৃটিশ এজেন্সি টেংবাললনা পার্সিয়াগী সিংগী সাহত্থ খান কা তিনা লৈখি। অত্থগা পার্সিয়াদগী ফ্রেঞ্চশিংবু তান্থ হায়নবা তেংবানদা সন্ধি অমা তৌনখি, মত্থগী পাম্বৈনা ভারতা লাম্মাবা তোকপা য়াহনবতা নত্তনা মথোয় না ভারত লাম্মাবক্তবদি পার্সিয়ানস্মু মাথোক্তগনি হায়হনখি, মখাদ্‌থুংনাব পায়হনদবা। অত্থগা ইংলিসকী মীবৈবাক্কী লল্লোন নশিংগী মতং চত্থখি পাবা হায়না য়াহনখি।

লোর্ড ৱেল্লেসলিনা ভারত অসিদা বৃটিশনা সুপ্রায় পায-রবী মতাপ্ন পাম্ব অনস্থ পাযথংখি। মত্থগী ফলদি খুদিংমক্তা নাইম খুদিংনা ইংলিসকী চংনবী হেন্সংত্থনা লৈঙাক সাসন পুন্নমক পাযখিবসি মত্থগী পাম্বৈননি। মহাক্না বেঙ্গলদা কোর্ড ৱিলিয়ম কোলেজ লিংখংখি, মত্থগী পান্দমশিংদি (ক) মহৈমশিংগী

শেঙ্গাও পাযবর্শংগা থেংনরবপা লুরবা চথেংনরবা অবস্থাদগী পোক্লবপনি যেংন যানদযা তনি অসিগী লাংদাই ওইবা কাংলুপনি। অদুগা অনি তাসী অমক যেংন-যানববোইদবা মওং অদুসু মপোযন। মহুং শা ম

লোযননা ণ্টে নাগী অসিংহ্বা ব্যাবোক্রেসি অওম্বশিং অমস্তুং মখোংগী খুনায পা বা নলিটবী পুম্নমক অসিনা মযেক শেংনা ভাবত অ স মান।- ওইবে, অমসুং ব্টেম্না মানাইমপু অমদি মাওংপনি হাযনা উংলে।

সমনা হাযবদা, বৃটি না ভাবতপু জ। তৌখিবসি তশেংনা ভাবতপু চপচানা ওংলে হাযবনি। অঙং অনৈ অদু হে জিক্কি মমি শানি ওইবক্রে। শোক ১৮৭০ ইংদা দাদাভাই নাওবোবীনা হার্যাবহুনা শকাযং নিংশন ওইহল্লগা তাবিবা শক্তমশিং অদু অদুক্তুং নিংশিংবা কৈ ?

ভাবতনা পুথোকচবিবা পুম্নমক মশাগী লমদগীনি। লমগী খাজনা শোক ১৮৭০-৭১ ইংগীদমক লেপ্পীবনা পাউন ২১০০০০০০ কেল্লি। হৌজিক ঐহাক্না পঙ্খিবসি সবকাব অসিনা ভাবতনা পুথোক্লিবা অপুনবা নিপান থোকপী অমদি চাওরাক্না লৌশিনখ্রে। লৈবাক অসিগী পোথোক ওইনা হাংবদা পাউন ১৬৮০০০০০০ অসিগী কার্নাদগী কাবকপা খাজনানা পাউন ৭০০০,০০০ অদুগা থুমদগী কাবকপা পাউন ৬০০০০০০ অদুগা উমংগী পোথোক্তগী কারকপা খাজনানা পাউন ৬০০০,০০০ রোমনি। অদুগা শুংদোকত্রিবা অতৈ পুম্নগনা পাউন ১৮২০০০০০০ অদুগা খোংদগী থোকপা

থেমজিন্নবা হোংনখি । মতুগীদমক্তা লোর্ড মিন্টোন্না কাবুলদা মিসন অমা থাখি, মিসন অতু মাউন্ট ষ্টুরাট এলফিন্টোন্না ওইগি । তেং ইগুম্বম্সুং মিসন অতু মায পাকখিদে মবনদি মতম অতুদা পাম্রম্বা আফগানগী নিংথৌ মুহমদ অতুদি ফ্রেঞ্চ অমসুং রুসিযানা ভাক-শেন্দুনা লৈবা হাযনা যাবমই । মুংভাইতবা মসিদগী লোর্ড মিন্টোন্না মেকাওদা চিনাগী নিংথেমা ভাকশেনবগী মথাদা লৈবা যুমলিং খুল্লিংতুনা লৈবা পাচুগীজশিংবু থুগাযনবা লানগী জহাজ কযা থাখি । মথংদা ফ্রেঞ্চকী মথাদা লৈবা মাউরিসিযস লৌখি, অমসুং মাউবিসিংসপু বৃটিশনা লৌশিনখি । অসুম্না এক্সপেদিসন অসি জাভা অমসুং ইষ্ট ইন্দিজগী অতৈ মফমশিংদসু যৌখি । অসুম তৌদুনা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানি অসিনা ছুতচশিংগী ললোন ইতিক-শিং লমদম অতুদগী মুনখি ।

লোর্ড মিন্টোন লৌথোকপ্রবা মতুংদা শোক ১৮১৩ দা হাষ্টিংস লাকখি । হাযরিবা চর্টর অসিদদি ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিবু কল্লক থম্বনবা হুরানবশিং অসিনা ইংলেণ্ডদা কম্পানিগী অসুপ্পা শক্তিবু শীংনরকখি । বৃটিশ পার্লিযামেন্টকা খন্ন-নৈনবদা অকনবা শাধু পীখি । হাউস অতুগী বোর্ড অফ ডিরেক্টরশিংনা ভারত অসি ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিনা পাযফম থোকই মখাযগী হক লৈ হাংবি বৃটিশকী নিংথৌনা পাযফম থোক্তে হাযরি । কাংবু খবনা ভারত অসিদি ইংলেণ্ডগী মথাদা লৈবনি কম্পানিগী মথাদা লৈবা নত্তে হাযরি । অসুম্না মথা তাবকপদা ইন্দিযাগী লম্রোল পোং পুন্নদক নিংখা তম্না তৌজসম্নু, অদুগা কম্পানিগী মোনোপোলিশিং মুথংলু হাযরি,

মসি হায়বসী মরমদি বৃটিশকী নিংথৌগী মখু-মক্তা ভারত সরকার পুম্নপ পায়শিনখিবগী মহক্তা হা ররকপনি। অদুম্না মাগী মাগী অথোকপা মহৈ মহৈ যেংনখি।

তরোয়বদা কম্পানিগী চাটির অহু চহি কুংগী ওইনা মতম শাংদোকহনখি। কম্পানি অসি চিনাদসু মনিংতম্না লল্লোলনবা য়াখিখি। ভারতকী লল্লোল ইতিহাস মীয়েংবা কশিংবু চংলবপা য়ানবা চাওনা হাংদোক্লমই অদুবু ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিদদি লোক্তুনবা চেকশিঞ্জখি, কম্পানি অহু লাম্নীশিংগী মখুক্তা নিংতম্লমই লোয়নবা শিম্নীশিং সিভিল অমদি লাম্নীংগী লৌশিনবা ওফুবগী ভবতিসু শিম্নরমই।

চাহি অসিমতদা কলকত্তাদা ধর্ম থেংশিন্নবা বিশোপ অমা হাপতুনা ভারত মফম খুদিংদা খৃষ্টান ধর্ম শন্দোক্লবা শিননি।

লমমুংবা বৃটিশশিং অসি ভারতকী মথংদা মখোয়গী রাজ অসি নেপালদা থমখি। অহানবক্তদা বৃটিশ অমদি গুর্খাশিং ওমজবা থাদুনা থেংনখি। ডেভিদ অচটের্লোনিনা বোম তোপ শিজিন্নদুনা গুর্খাশিংগী অকনবা লানমনশিংদা অমার সিংদুনা লু-চিংদুনা থা চুপনা থেংনখি। অরোয়বদা নেপাল লৌশিনখি মদুগী মিংশিং ফুরা ওইনা কলকত্তাদা অচটের্লোনীগী মুক্তি য়ুংখৎখি। মৈ থক্রবা পিঃ দব্লিউঃ ডিঃ গী মন্ত্রি শ্রীসুবোধ বেনার্জি (বেঙ্গলগী ইউনাইটেদ ফ্রোন্ট সরকার ১৯৬৭) না নেপাল জয় তৌখিবা অচ-টের্লোনীগী মিংশিংফুরা অদুবু "সাহিত মিন্নর" হায়না মিং ওন্থোকখি। অসিগুম্নবা গুর্খাশিং আসনা মমৈথংদা ইংলণ্ডকী লাম্নীশিংদা

যাওখি ৫ য়েননা শোক ১৮৫৭ তা ভারতকী নিংখাতম্বা লালদা শিখশিংনা বৃটিশকী সিকায় ওইখিবগুম বৃটিশকী সেবাদা খ্বাযদগী ফবা ওইখি ।

শোক ১৮১৮ ইংদদি ঐখোযগা যুমলোম্নবা মশানা মশাবু “শাম্ন অঙৌবশিংগী প্রোভু অমদি সমুদ্র অমম্নুং কংফানগী মপুনি” হায়না মশাগী ৱাযেলশংদা অমদি কোম্নুংদা পোংজরম্বা অৱা (বুর্ম্মা) না ফাওবা করাম চাওবা বৃটিশকী মমিং অহু মখোয়দা যেংশি-ল্লক্কদেরে হায়বা থংখি । বুর্ম্মানা হাম্না লাম্দানবা পাম্লমই । অহুগা বুর্ম্মাগী মীশিংনস্থু মখোয়না ৎমগনি হাযনা থাজরমই । মবম অহুনা বুর্ম্মাগী নিংথৌনা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানি কলকতাদা চিঠি অমদা চিত্তাগোং অমস্থুং অতৈ জিলাশিং অহু বুর্ম্মাদা পী-গদবনি, মরমদি লমদমশিং অসি বুর্ম্মাগী মম্নুংচনবদা লৈবা আবা-কানগী শরুক ওাক্তনি হায়না ইরকখি । অহুগা কম্পানিদগী বিপ্লাই ফংলদম্ন বুর্ম্মাশিংনা মখোযগী অপাম্বহু হেক্ত লৌখৎখিদে অস্নুম্না চহি মরিচুপ্না ঙাইৎকখি । শোক ১৮২২ ইংদদি বুর্ম্মাগী কম্মাণ্ডর ইন-চিফ মহা বন্দুলাগী লমজিং মখাদা অসাম লৌশিনখ্রে । অহুদগী মখোযনা অবাকান অমস্নুং কাছার জয তৌখি । মতম অহুদা কম্পানিগী গভর্নর জেনেরেল ওসি লোর্ড ওমহষ্ট্না ওইরমই । মহাক্না থাংবিবা সিফাইশিং অহুনা ৎৱাগী লাম্নীশিংবু মনিপুর লোমদা ভাম্ভোৎকখি । অহুগা কলকতাদগী সিফাই তেঙ্গোল অনি থুনমক থাখি, তেঙ্গোল অমনা ৎসাম অহুগা অতোপ্পা তেঙ্গোল অহুনা রেঙ্গুন অমস্নুং বুর্ম্মাগী ছিথাংকমশিং লৌশিল্লবনি । থৌদোক

অসিদা বুর্মাগী লাম্মী লুচিংবা কম্যাণ্ডর-ইন-চিফ শ্রীমহাবন্দুলা রো-কেংনা পান্দুনা শিখি। অস্লুম্মা রেঙ্গুনদি বৃটিশনা যাম্না লাযনা লৌশিনখি। অস্লুম্মা মথং মথং লৌশিল্লকপনা বঙ্গপুব অমস্লুং শি-লেংগু লৌশিনখি। হৌজিক্কি অল্লা লাম্মী পুম্নমক মাযথিবে। লোয়ননা য়াম্দাবোদা সন্ধি অমা তৌনখি। অল্লা নিংথৌনা বৃটিশকী মফমদা লানশিনখি। অস্লুম্মা শোক ১৮২৪-২৬কী এংলো বুর্মাগী লাল লোযশিনখি। য়াম্দাবো সন্ধি মতুং ইন্না বুর্মা নিংথৌনা অসাম, টেনাসসেরিম অমস্লুং অবাকানগী লমশিং অসি কম্পানিদা পীথি। মসিমস্লু যাখি: কাছার প্রোভিন্স অসিদা খুং থিংজি-রোই অমদি লালগী স্বেতিপুবন ওইনা পাউন মিলিযন অমা পীবা হাযনা য়াশকখি। বৃটিশ সবকাবস্লু লাল অতুদা পাউন নি-লিয়ন তবাহুমদোই খরচ তৌখি, অতুনা লাল অতু ইংলেণ্ডদা থোইনা শিংথানখিদে।

অসাম অসি ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিগী মথুক্তা চনখ্রবা মতুংদদি থংনবা লমশিং অতু অমমম ওইনা মথং মথং লৌশিন্নবা পথাপ অমা নাইনা চংশিনখি। মসি অল্লাং নোংপোক লমদমদা অওনবা অমা ওইখি। অল্লাং অমস্লুং অল্লাং নোংপোক লোমদস্লু মসিগা চপ মান্নবা পোলিসি চথখি হাযবদি পোথাবা লৈতনা মথং মথং চথে। অস্লুম তৌহুনা কাশমিবস্লু বৃটিশকী মথুক্তা যাম্না থুনা তাখি। ভাবতকী থা অমস্লুং নোংচুপ লোমদস্লু মসিমক চথখিবদুনা শাক্কিনি, অরোযবদা কানাওক অমস্লুং মরাথা লমশিং লৌশিনখি। পঞ্জাবস্লু বৃটিশশিংগী মথুক্তা তাখি। হায়রিবা মতম অতু ইকায়

বৃটিশকী ফত্ত-লৌশিংনা অরাং-নোংপোক লমদম লৌশিনখি হাযবসি ইখোযনা কুপনা যেংশিনবদা উবা ফংই। অত্তুগা অনিশুবা এঙ্গ্লো-বর্মিস লাল ( ১৮৫২-৫৩ ) দনা বৃটিশনা পেগু লৌশিনখি।

প্লাসসীগী অহানবা লাল শোক ১৭৫৭ জুন ২৩ দগীনা মতুং ভাবকপা চহি চামগী মনুংদা হিন্দুস্তান পুম্নমক বৃটিশকী ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী মখুত্তা তাখি। ভাবতকী মাযামনা মবক মবক্তা তোঙানবা মফমশিংনা বৃটিশকী মাযোক্তা লাল হেক হেক হৌনখি। অদুবু অমত্তা ওইনা পুন্দুনা জাতিগী নিংতম বিভোলুসন তৌবদি ঙমখিদে। তোখায তাবা মচেং মচেং ওাক্তা ওইনা থোকখি, ন সমকনা বৃটিশশিংগী মপাঙ্গল হাপ্পা ওইনা থোকখি।

ভারত মচাশিংনা বৃটিশকী মাযোক্তা লালহৌবগী অহৌবা থাক অমা যেংখিবদি শোক ১৮৫৭তগী ১৮৫৮ ফাবা থেংনখিবা অচৌবা সিকাই লালহৌ অত্রবুনি, মসিবু মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা ভাবতকী অহানবা নিংতম্বগী লাল হাযনা মশক তাকখি। মসিদগী ভাবত প্রেজা মাযথিখি। শোক ১৮৫৮ আগষ্ট তাং ২ দা বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা ইন্দিযা বিল পাস তৌখ, মতুদগী ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী পুন্সি লোইশিনখি। ভারত অসি ইংলেণ্ডগী মহারাণী ভিক্টোরিযাগী শকক অমা ওইখি। তৌইগুম্বসুং ইষ্ট ইন্দিয়া কম-পানিনা বৃটেনগী দমক করিদি তৌরমই ? ভাবত প্রেজাশিংগী হমাং পিরাং অমসুং ঈনা অসুক্কী মতিক মশিং যাম্নবা শেল ওনখি, মতুনা বৃটেনদা থায়নগী অরিবা শেল্লেপ তাশিন তুংশিন্নবগী থ্বায়দগী করবা পাম্বেশিংগী মরক্তা অমা ওইখি। মতুনা বৃটেনদা কেপিটেলিজম

চাওখৎলকপদা খুমাং চাওশিনহনখি, অদুগা বৃটেনবু মতমদুগী পৃথিবীগী মকোক থোংবা ইন্দস্ট্রীয়েল শক্তি অমা ওইহনখি। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা ভারতকী লন থুম হোনবা গাডি ওইরগা বৃটেন্দা হৈদখি। মদুগী মরমনা ভারত লৈখা তাথরক্লগা বৃটেন্না শক্তি অমসুং মপাঙ্গল কনখৎখিবনি। খুদম মচা অমত্তংদি বৃটিশ লোঃ-চল্লশিং চহি ৫৫ খক্তংগী মনুংদা (হায়বাদ শোক ১৭৫৭ তগী ১৮১২ ফাওবদা) ভারত্তুগী হুবথেংননা যংখিবা ইনকমদদা পাউন ১০০০০০০০০০ (কোটি তরা) খোমগৎখি।

১৮শুবা শতাব্দী লোয়রকপা মতম অসিদদি বৃটিশনা ভারতপু ওৎ-নৈবগী তনৌবা খুদম অমা অমুক লাক্লে। বৃটেনদা শেঞ্চা ও পায়বগী চংনবী অসি খুমাং চাওশিনবগী খুদম হেক্সৎলকখি। বৃটিশকী কল কারখানা মহাজনশিংনা শেন্দোংগীদমক্তা ভারতপু মখোংগী পোৎচৈ ইন্দস্ট্রীগী পোৎচৈ, অমসুং শুংদোক্লিবা পোৎচৈ যোনফম কৈথেল ওন্দোক্লবা তৌখৎলকই। মদুগী শাক্ষিদি বৃটিশকী লাশিংগী পোথোক পুবা জহাজশিং হোল্লকপা হৌখিবনি। চহি কুন হায়বদি শোক ১৭৯৪ দগী ১৮১৩ ফাওবগী মনুংদা বৃটেনদগী অরাং থংবা লমদম, মরু ওইনা ইন্দিয়াদা শক চাত্তরেং হেন্না হোল্লকখি, ১৮১৩ দা অপুনবা মমলনা পাউন ১০৯০০০ সৌখি।

মিলিটেরীগী পাম্বৈনা নম হান্নুনা লম পৌশিনবা, শেন-থুমদগী খুদোংচাবা লৌহুনা লম মৎপা ভারতকী লম অসি মখোয় কোলোনিয়েলিষ্টশিংনা পার্মিনেন্ট রিভেনিউ চানবা মথল মথাগী পাম্বৈ শিজিন্নহুনা ভারতপু ওৎ-নৈবা হৌখি। বৃটিশ কোলো-

নিয়েলিষ্টশিংগী থৌশিং মখল হন্নম থোকনা টাগে. তমখি : (ক) ভারতকী মীযামদা মখোযগী শেল্লেপ থাজিনবা, (খ) বৃটিশকী শেল্লেপ অসিনা ভারতকী শেন-থুমবু ওৎ-নৈবা মানবা সো অমস্তুং "ড্রেইন" শেল্লা, (গ) বৃটিশকী মখা পোনবা জামিন্দরশিংগা কাংলুপকী ওইনা মিচং চুংশিন্নবা চংশিনবা। ভারতকী লৌমীচাশিংবু বৃটিশকী শেল্লেপপু সেবা তৌহনবগুনা খ্বাযদগী মরু ওইবা হাকন্নি।

অগুম্না বৃটিশকী শক্তি ভারতা কনখৎলকপাসিনা ভারতকী সমাজিক অর্থনিতিদা অমাং অতা চাওনা থোকহল্লকই। মোগাল নিংথৌনা মপাল ফরিবৈদা লম অমস্তুং ঈশিং অসি ষ্টেটনা পায়রমই, লম্নাই লৌমীচাবশ্রু খর খবরু দি লৈরমই অদুবু মপুংদা ষ্টেটনা পায়শিন্নমই। মোগাল নিংথৌনা লৈখা তাখিবগা লম অসি লুচংবশিং লৌনম চাওনা পাযবশিংনা মপু ওইনরকখি। ষ্টেটনা লমগী মপু ওইবগুনা সমাজগী থবক শিনফম খাযদোক্লবগী থবক অদু তপথহনখি। সমাজগী ইকোনোমিগী খোংচং মথা তানা চাওখৎহনবদা অপনবা ওইহনখি। মতুংগী যলনা কবি ওইরকখিবগে হাযববু ভারতকী সমাজদা মীপান তাংদবা সমাজিক-অর্থনিতিগী তাংহোংবা অমা লাক্কদবগুনি চবম মেপ্থংখি। মথা তানা বৃটিশ শক্তি অদু ভারতা অদুম মখা তাথবকপনা ভারতকী মরায়বক অসি কোলোনিয়েলিষ্টশিংগী লম্বীদা শাংনা চংহনখি। চহি কুইনা চাওখৎপা যাহনখিদে অদুনা ভারতকী ইকোনোমি, কলচর অমস্তুং রাজনিতিগী চাওখৎ খোংথাংদা শাথিনা শোকহনখি।

বৃটিশনা ভারতা নমশিল্লকখিবা অমনা লমগী মপুনা ষ্টেটনা ওইবা, জামিন্দরশিংবুনা খাজনা খোমহনবা "নিয়ম অসি আইরিশ-তা লৈবা ইংলিসকী লৌয়ামচাবা ময়াই ওইরপনা ইনাক খুনব-শিংগী পথাপনি. মসি অষ্ট্রিয়ানশিংগী চংনবীনি, হাযবদি লৌয়াম চাব-শিংনা খাজনা খোমহনবসিনি অমসুং এসিয়াটিক সিষ্টেমনা ষ্টেটনা অশেংবা লম মপু ওইহনবা অসিনি। অতুনা বৃটিশ লোযলম মপুশিংগী মথাদা শেমদোরকখিবা লমগী মরি অসি অওং-অনৈ থর হেঙ্গৎনা অনৌবা মওংদা শেমদোরকখি। অতোপ্পা অমনা ভারতকী লৌয়ামচাবশিংবু পাযশিল্লগা লৌউ-শিংউবদগী খোবকপা অমদি খোংদগী খোবকপা পোথোক পুন্নমক বৃটিশনা পাযশিনবা অসিনি। মসিনা লৌমীশিংবু মখোযনা পুথোকচরিবা পোথোক্কী অহেনবদু লল্লোনবা ঊমহনখিদ্রে, অনৌবা খুৎজু খুলায অমসুং লম লৈজবা ঊমখিদে।

বৃটিশনা ভারতকী লৌয়ামচাবশিংবু মখোযগী খাজনা খোম্বা ওল্লোকখিবতা নত্তে শোক ১৭৫৭ তগী '৮৫৭ যাওবদা বৃটেনগী ইনাক বৈবাক খুনবা কাংলুপশিংনা ভারতকী পাউন মিলিয়ন চাম ডাদগী শিশিং অমা ফাওবা খোমখি। বৃটিশনা ভুপলিতৈদা পুথো-ব্রম্বা অহুমশুবা মক ওইবা হ্রাফম অমনা ভারতপু হেন্না ওংনৈনবা অমদি মীনাই ওইহন্নবা লোযলম লৈঙাকী মীনাই ওইহন্নবা শেম-গংলমই। লোইলম লৈঙাকীদমক থোরক্লিবা মেচিন্নরীশিং অতু ভারতা নত্রগা বৃটেনদা শেঙ্গাও পাংবা কাংলুপ থোক্লবপা অতুদগী ইচম চম্না পোক্লবপা নত্তে। ভারতকী লৌয়ামচাবগা বৃটেনগী

ইন্সটিট্যুসন হাংদোকপা অসিনা ইংলেণ্ডদগী নহারোল কয়ামা থা বকপা য়ানবা (খ) থারক্লিবা মীওইশিং অদুগা ইন্দিয়াদা লৈ বা মখোয়গা ইন্দিযাগী চংনবী (লো) অমদি ধর্ম্মগী মবমদা খন্ন নৈনবদা মীত্তিং হোৎ ওইনা শিজিননবা যাবনি। হাযরিবা ফোর্ড রিল্লিযাম কলেজ অসিবু ইংলিশ ওফিসাব খবনা থৌওইনা বেঙ্গলী লোলগী মহৌশাগী চাওখংচবন্থা অদুবু মাংহন্নবা হোংনখি। অন্ন মনা বেঙ্গলী লোন অসি ইত্তোং ত্তোংশিন্নবা লোল অমা ওইহল লকখি। কাইনথংদা বেঙ্গলীগী নৃচিংবশিং অখণ্ড অহেশিংনা ইং- লিসকা বেঙ্গলী লোলগা ত্তোংশিন্নবন্দগী চেংদোক্লবা হোংনবদা রাথোক অমা ওইখি। মতুনা অত্তোপ্পা রাবা অমা ওইবে।

ৱেলেসলীগী খুবম শিলহৌবা কাংবুনন্থ ভারত্তা বৃটিংকী শক্তি মবা চেংননবা হোংনরবপদা ভাবত মচাশিংবু মহৈ মহৈ যেংথ- নহনখি। মরাথাগী লু চংবশিংনা বৃটিশকা লাল থেংননবা পুখ - নবক্লবদা লিংজেল মান্নদনবা ইনশিল ইনশন্নগা মখোয মশেৎ ফগাযনহুনা কাযহনখি। পঞ্জাবকী নিংথৌ বজিৎ সংহগী মত্তেং লেৎরগা অতৈবুনা মায়থিবা পীখি। কাযনথংদা সাখ নিংথৌ অসিবু মাগী ফিভম ফগংনবা হোৎনখি, অদুবু ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পা- নিনা হাযরকপদগী মহাকন্থ হায়বা ইনবা ভক্তি লৈবা মা ওইনা তুমিন লৈখি। অদুবু পঞ্জাবন্থ ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিনা অত্ত মফম কয়াবু লৌশিনবগুম লৌশিনখি।

অদুমকপু ফ্রান্সপু কিবহুদি অদুমক লৈরমই। অদুণা রুসি- য়াবুন্থ কিবদা ফাওরমই। মরম অদুনা বৃটিশনা আফগানিষ্টানবু

কয়লানচিংবা অতৈসু পুল্লপ হাপচিল্লগা হায়বদি কয়লা মিলিয়ন টন তংখা, অমগা হাপচিল্লগনা পাউন ২০০০০০০০০ বোমনি। হৌজিক ইন্দিয়াদা লৈরিবা বৃটিশশিংগী মশিংনা ১৫০০০০০০০ নি। অদু ওইরবদি হৌজিক পীরিবা মশিং অসিনা চহি অমদা মীকোকতগী শকক কুনতরেং হেল্লি।

শোক ১৮৭৬ ইংদা দাদাভাই নাওরোজিনা উখি মহুদি শেন-ফম অসি তঙাখদনা পোত্থোক্কগী গোমগংখিবসি পাউন ২০০০০-০০০০দগী পাউন ৩০০০০০০০০ হেন্গৎপা তাখি। মীকোক্তা থুংবনা শিল্লিং ৪০ থুংনবা ভারতকী পোত্থোক্কগী ফংনবা অরাংবা ইষ্টিমেট পুথোকখি।

চহি মঙা লৈবগা শোক ১৮৮০ ইংদা কার্ল মার্ক্সনা ইখি "বৃটিশনা ভারত মচাদগী চিথখিবা শেনফম চহিগী ওইবা খাজনা ভাংবা কবিমত্তা কান্নদ্রিবা রেলরেগী শেন্দোংদগী, মিলিটরী অমসুং সিভিল সার্ভেন্টশিংগী পেন্সন ওইনা আফগান অমদি অতৈ লানশিং খবচ ওইনা তহুগা মমল পীদনা লৌবা পোত্থোক কযা চহি খুদিংগী বৃটেন্দা জহাজ মপোং মপোং থাবক্রিবা পুম্নমক্সি থাবনা ইন্দিযাগী লৌমী অমসুং ইন্দষ্ট্রিদা শুবিবা শিন্মি মিলিয়ন ৬০ অহুদগী অপুনবা ইনকমদগী হেল্লি। মসিদি ঈ থৌবাংবমখৈ শাং-নিংবনি। মফম অহুদা চাক তাংবগী চহি মথং মথং লাকখি, চাক তাংবহুসু ইউরোপনা থংনদ্রিবা চাংদনি।"

ভারতপু বৃটেন্না জয় তৌবসি মথো, বৃটিশশিংগীদি পেরেনি, হায়বদি লমদম অসি শুংদোক্লিবা পোত্থোকী মফমনি, মহুনা

শেপ্পাওপায়বা বৃটেনশিংগী কৈথেল অমা শাগংখ্রে, অমসুং অম্মন্না পাকথোক চাংথোক্নুনা ইউনাইটেট ষ্টেটশিংগীসু ওইরে। মতম অতুমক্তদা লন্নোনবা অম'দি শেলেপ থাদরগা মীনাই ওইহন্নবা হোৎনরিবা লৈযাম চাবশিংনা ভারতকী খুঙ্গং পাযশিল্লমই। অসিগুম্বশিং অসিগী মথক্তা কোলোনিয়েল মেছিন্নবাশিংগী থু থাং দগী তোঙানবা লমগী খাজনা থোমগৎনবা বৃটিশশিংনা অনৌবা মওং অমা হাংদোক্লি।

ভাবতকী শেন-থুম চিথবগী মেকানিজম অসি অসুক্কী নত্তিক চাওখৎলমই, মসিমক্তা লৈবাক অসিগী নিংবা কায নিংডায ওইবে হা বগী প্রমান লৈবে। আব সি' দক্তনা মেকানিজম অসিগী শক্তম মথল ক। উংলি।

মহাক্কী হাব:—

চহি খুদিংগী ওইনা ভাবতকী লন থুম গ্রেট বৃটেন্দা হৈথবিবসি হাকথেংননা ভারতকী লমগী খাজনদগীনি। ভাবতকী লৈহাওবু মখোযগী খাজনা ওইনা লৌবি। লমগী খাজনা অসি অযাম্বদি খা-ভারতকী লৌমীশিংদগীনি. লৌমীশিংনা লমগী খাজনা থিবদগী মশাগী পোথোক্তু মশাগী শিজিন্নবদা কোন্নহনদ্রে। মীবৈবাক্তা পোং থাদোকপা লন্নোশবশিংনা লৌমীশিংদগী লৈরগা মীরমদা থাদোক্লবা লৈবাক অসিদা মখোয়গী এজেন্টশিং শরা শম্মা লৈবে, মখোয়না রেলগাড়িদা হাপ্পগা সমুদ্রগী হিথাংফমদা থাদরগা ইউরোপ্তা থাদোকখি।

বৃটিশনা ভারতপু ওং-শৈনবগী পাম্বৈ অসি রেলরে অসিনু অমনি। হৌখিবা শোক ১৮৪৭ তা মিটৈ ব্রাইট কৌবা অম না বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা ভারতা রেলগাডি লম্বেল শেমগংনমবা অথন্নবা বোম্বেদগী লশিং যাম্না থাবা মফমশিং ফাওনবা হায়শি। মতুনা খ্বায়দগী মরু ওইবনি হায়বা পনখি, মরমদি আমেরিকাগী লশিং অহ্ কত্তবনা লানকেশায়রনা রেলগাডি লম্বেল শেমগং-পদা চংগদবা থরচতগী হেন্না যাংখ্রে। অসুম তৌনা বেলরে অসি-না ভারতা লাকপসি বৃটিশ লন্নায় কম্পানি অনিগী মথাদা লাক-খিবনি। শোক ১৮৫৩ দা মাইল কুনথক শেমগংখি, শোক ১৮৫৭ কী মীযামগী লালহৌ মতুংদদা বেললম্বাসি পাকচাওনা শেমগৎখিবনি, লালহৌ অতুদতা লোয়নম মপুশিং তত্নুনা লৈবাক অসি শুপতুনা পান্নবা হোংনবদা লম্বী-থোংগী মরু ওইবহ্ থং-লকখি। কৈথেলশিং অমদি লাম্মীশিংগী খুদোংচাগদবা মকমদতা রেলরে শেমগ লমই, মসি কৈথেলদা যোনবা অমসুং শুংদোকত্রিবা পোৎলম কযাদা খুদোংচাবা যেংলগা শেম্বনি। শোক ১৯১৩-১৪ দতা মাইল ৩৬৬০০ শাংনা শেনখি। ( মাইল ১৭৬০০ না ব্রোড গেজনি, মাইল ১৪৪০০ না মেটর-গেজনি অমসুং মাইল ২৬০০ না নেরো গেজনি।

রেলরেশিং অসিনা বৃটিশকী শেন্দোং অমদি পোৎ-চৈগী কা-ন্নবা হেন্গৎহনখি। ভারতকী অয়াম্বা লমদি পোথোকসি অমম-মতা থোকপা লমনি। পঞ্জাবনা গেহুদা, বেঙ্গলনা লিমোন্দা, মহারাষ্ট্রানা লশিং, আসান্না চা, মাদ্রাসনা লৈবাক হন্নাইদা

অসিনচিংবা অসিনি। মরম অছুনা রেল লম্বীশিং অসি অচৌবা হি-থাংফমদগী রোমেটরিয়েল ফংবা লমশিংদা চুমজিং চংশিল্লি, মসিনা বৃটিশকী কোল কারখানাগী পোথোক ওইনা কৈথেলদা য়োম্লগী মচাক ওইহল্লি। অছুনা লমশিং অসিগী পোং চৈশিংসি বৃটেন যৌননবা অছুগা অমুক বৃটেনগী পোং-চৈনা মখোয়দা য়োনশিন্ন-বা বেলগী লম্বী শেমজবনি। হাংরিবা রেল লম্বীশিং অসিনা ইন্দিয়া অমদি ইন্দিয়াগী মীয়াম্বু ওং-নৈননবা শেম্বনি। ডিঃ বুচানন্না রেল লম্বীশিং অসিগী মরমদা হায়ঃ "রেলরেশিং অসি-নাঃ ভারতকী পোং-চৈশিং অসি পৃথীবীগী কৈথেলশিংদা যৌহল্লকই অমম্বুং বৃটেনবু ভারতকীদমক খুংশাইহবগী পোথোক পুথোকপা অমা ওইহনবদা মতেং পাংখি, অছুগা ভারতপু মশাগী পোথোক পুথোকচবা অমদি ওইহনখিদে"। অসিতম্বু নত্তনা বৃটিশশিংনা নমম অমম্বু পুথোকখি নৈবাক মমুংগী পোথোক সমুক্রগী হি-থাংফম য়ৌনা গাড়ি নত্রগা রেলগাড়িনা হোনবদা নিয়ম অমা লেপখি। পোং-চৈ লৈবদা হায়বদি ভারতকী পোংথোক নৈবদা হোংনা লৈরগা থাদোকপা যানবা অহোনমন তাংহল্লমই। ভারত-কী পোংচৈগী মমল হোংহল্লি অছুগা মখোয়গী গাড়ি ভারাদি লৈবাক মমুংসিদা রাংহল্লি।

অতোপ্পা অমনা রেল লম্বী (মলটি-গেজ) সিংমে অসিনা মায়াম্না হৈ-শিংনা লৈবাক অসিবু শোইনাইনহল্লি। খুদক্তা পাও ফাওনবা ট্রেক লাইনশিং শেমলি— পোংচৈ লৈকমগা হিথাং-ফনগীনরক্তা শুংদোক্রিবা পোংচৈগী মরমদা পাও ফাওদোক

যাংজিন তৌবদা খুদোং চানবা লাইন কযা লৈবাক মন্নুংগী মফম-শিংদগী অতোপ্পা মফম কযাদা মরি লৈমহল্লি। হায়রিবা তঙায-ফত্রবা পোংচৈশিং অসি লৈবাক অমদগী অতোপ্পা লৈবাক অম দা হোন্দোকহল্লি, অস্নুন্না হোন্দোক হোক্লিল অসিদা শেল যাম্না রাংনা তিংহল্লমই। মহুগী ফল ওইনা কযলাগী মমল বুটেনদ-গী অকোয়বদা শৈবিবা যুমলোন্নবা লৈবাকশিংদনা হেন্না হোংহল্লি।

মমৈথংদদি মেজর লিঙ্ক লাইনশিং অসি ভারত্তা মপুংফানা চাওথং লকপনা বৃটিশ লোয়লম মপুশিংগী মতুংশিনবা ওমখি। অসগুম্বা কয়াসিনা চাওথংপদা মীমান্নবা ওমহনখিদে, ভারত মফম খুদিংদা বৃটিশকী মথল মথলগী উপায শিজিন্নহুনা ওংলক-পসিনা সমাজিক বাজনিতিকা ফিভম কযাদা চাওথংলকপা ওমদ-বসি বৃটিশ লোয়লম মপুশিংনা তমলম্বা খুদোলনি।

অতোপ্পা থমথেংনা খুদোংথিবা থৌশিল অমনা বৃটিশশিংনা ভারতকী শেন-থুম ওস্লাং ওনশিনগী ভবতা অমুক হন্না শেমদোক-খিবা অহুনা শাখিনা ভারতপু ও ফি। সনা অমসুং লুপাগী মগুন দস্তু বৃটিশনা কাহেন্না খুদোংচাবা লৌগে। পৃথিবীগী ওইনা শেল গী মগুন হস্তবয়ম্র ভারত্তদি হম্নহনখিদে। মহুনা বৃটিশ লল্লোনব-শিংনা খুদোং চাবা লৌহুনা অহোংবা লুপা মবাং কায়না ভারতকী প্রজাশিংদা যোনখি খব লৈরগা ভারত্তা চংনরিব। লুপা মযেক অতু থিংজিনখি। মহুনা ভারত্তা সিলভরগী মগুন অতৈ লৈ-বাকশিংদগী হেন্না হস্নহনখি। মসিনা ভারতকী প্রজাশিংনা তুং-শিল্লম্বা শেং অযাম্বা অহুম থোকপগী অমদি মংখিবা তাখি।

শোক ১৮৮৩ ইংদদি লোয়লম সরকার অসিনা শৈশা ওই-না মরাংকাযনা চংনরমবা সিলভর অসি ককথংখ্রে। শেল অসি থিংগ্রগনি হাযবা মীয়ামদা মাংজোননা খংহল্লমদে, মসিদি অরাং-বা থাক্তা পোং লাকপা অমদি চাওনা ওং-নৈরগা বৃটিশশিংগী শেন্নেপ হেঙ্গৎনবনি। মতম অতুদা চাওরাক্লা পৃথিবীগী সিলভর শকক অহুমথোকপগী অমা (হাযবদি আউস মিলিয়ন ২০০০) বোমদি ভারতগী খোমগংখি।

তশেংনমক বৃটিশশিংনা ভাবতকী মাযোক্তা চংশিল্লকপা ওপ-বেসননি। চহি অসিমক্তদা ভারতা চাক তাংবা থোকহনখি। অসিগুম্বা বৃটিশকী অওৎ অনৈসি তমথিববা জুহাবহাবদগী অমদি উচিগী লাযনা (প্লেগ) অমস্থুং লালদগী হেন্না তমথিখি।

হান্না শৈবম্বা ইকোনোমীগী মওংদগী শেমদোরকপা অতুদা লুপা অমগী ভেলু অসি সিল্লিং অমা, পেনি মরিদা (1s 4d.) লেপখি। মসি খুংশেম্নি। মসিনা লৈবাক অসিদা পোৎ চৈগী মনম হেঙ্গংহনখি। শেমদোববপা অসিনা ভাবতকী শেল অসি সিলভবনা ওইরমবদগী থিংখিবগা এসিযাদা লৈবিবা লৈবাক কয়াগা ইন্দিযাগা মতম শাংনা চৎনবকপগী মরিদগী তোথায় তাহল্লখি।

শেল থুমগী চংনপথাপ নৌনা শেমলকপসিগী অশেংবা শক্তনদি অহানবদা ভারতপু নমথনবা অনিশুবা খোংজং হাংদোক-পা, অনিসিগী মম্মুংদা অমদি যাম্না চাওনা নমথখ্রে, মহুদি লৈ-বাক অসিগী শেল থুম তাংহনলগা বৃটিশ মোনোপোলিশিংগী খুদোংচাবা লৌখি। মহুদি লোয়লম মপু অসিনা মাগী সরকারগী

চেফোংশিংদা অমুম্না ইরিঃ 'ইংলিশকী শেঞ্জাও পারবা, লম্প্রোল ইতিক তৌবশিংনা সরকার অসিগী থৌশিলবু শৌগৎকদবনি" হায়রি।

পুম্নমক অসি শোক ১৭৫৭ ইংদা রোবার্ট ক্লাইভনা থুংলায় পায়রুনা ভারতপু জয় তৌখিবগী মহৈনি। বৃটিশকী শেল্লেপ যাম্না হেন্না ভারত্তা চেনশিল্লকখি, মতুগী পাম্বৈনা ভারতগী কযা যাম্না লুট তৌখিবগে হায়ববু আরঃ পালমেদত্তনা অম্নম্না পীবি "শোক ১৯১৩ ১৪দদা বৃটিশ ইম্পেরিয় লিষ্টশিংনা ভারতগী যাম-দ্রবদা পাউণ্ড ৭৮,০০০,০০০ নমতুনা লৌখি, মতুগী মনুংদা পাউণ্ড ৫০,০০০০০০দি মখোযনা থাদখিবা শেল্লেপকী শেন্দোং অমসুং হবৎথেননা কাবকপা কাঙ্কনি।

ভারতপু জয় তৌখিবা আকোনবদা আম্নাথাত তৌখি রোবার্ট ক্লাইভকী থবক্কী ফলদি ইন্দিয়াত্রবু নত্তে, ইন্দিয়াগী ঈথং মচা কযাসি লৌখিলগা ইউরোপকী ওইনা পৃথিবী অসিগী তরুম থোকপগী অমা অতুগা মীশিংনা শকক নওা থোকপগী অমা লৌ-শিনবনি। মাম অসি বৃটিশ নিংথৌগী মথাদা লৈহনবনি, থায়নবী তবিবা হ্রাইদা ইংলেণ্ডদি "হ্যমিং ঙক তাদে" হায়বি, অত্তবু মাইকী অসিদা বৃটিশকী বিভোলুসনবী কবি ইর্নেষ্ট জোন্সনা "হ্যমিং তাদবা লম অতুদা ঈঠু ঙক কংদে" হায়না পল্লি।

বৃটিশকী স্কুলশিংদা যাললিবা মেপ অতুদা থিললগা ওজা-শিংনা মখোযগী ছাত্রশিংদা তম্বীবতু ফেলিক্স গ্রীনা হায়ঃ "পৃথিবীগী অকোয়বদা কোযচা, চাযনা তাবিবা জাতিশিং অসিনা ঐখোযগী

ফিবালদা থুরুম্বা" অমসুং "ঐখোযগী নিংথৌবু ঈশ্বরনা ভাবপী কনবীবা ওইসনু" ( গোড সেভ দি কিং ) হায়না শকপা ঈশৈ অসি শল্লুবদা অঙকপগা লোয়নননা মুভাযবা অমা যাওই। অদুগা সম্রাজ্যবাডি অসি শিল্লাংবগী খরচবী মতাংদসু ঐখোযনা তাথি। মসিবু "অভৌবশিংগী পোংলুম" হায়না ঐখোযনা কৌনৈ ) তৌইগুম্বসুং শেন্দোং অমসুং শেন্দোয ওইনা চহি খুদিংগী পাউণ্ড মিলিযন কযা কযা বৃটিশ শেন শান্দোকপশীং অসিদা হঙ্গিললক্লিবসিগী মবমদদি কনানসু তাকপীদে অমদি কৈদৌউদসু তাখিদ্রি। মত্রগা বেঙ্কবশিংনা শাগংলিবা মিলিযন কযা, ইন্সুবেন্স অমসুং জহাজ শাবা কম্পানি নত্রগা লোযলনগী যগুম্বগী বৃটিশশিংগীদমক্তা পীবক্রিবা তলব অমদি পেন্সনগী মতাংদসু। সম্রাজ্য অসিগী চাদিং খুদিংমক লোযলম মীশিংনা মশানা পুডবনি হাযদসি ঐখোযদা কনামক্তনা শগাযনা তাকপীখিদে"।

মংক্তা পাপ্রিবা যেলিম্ম গ্রনগী কলম মচিন্দগি উবা যংই, হুদানবা বৃটিশশি, অসিনা বৃটিশকী নহাক্লালব কযা চেকশিল্লা। ব্রেনব্রাস তৌখিবগে হাযবা, লুট তৌবিবা বৃটিশশিং অসিনা নোংমি হ্যসকী অমসুং বাইবে বু লোযলমগী প্রজাশিংগী ঈ হুনাং অমদুং পীদাংগা লম্নেলখি। বৃটিশকী স্কুল অম্নবা অডাংশিংবতা নত্রো বৃটিশ সর্ব্বহাবাশিং অমদি শু নোম্নিবশিংবুসু ব্রেনব্রাস তৌখি। মতাংসিংদা ভি. আই লেনিন্না মপুংযাবা জ্ঞানগা লোয়ননা যোংদোকখি।

লেনিন্না হায় : সমাজ পুম্নমকপু ( াকপা-থাকপীরিবা সর্ব্বহাবা

শিংতনা সমাজগী রিভোলুসনদা যাওবা অমদি পাংথোকপা ভম্নই। অদুবু লোইলম শম্নোকপগী নিতি চাওখৎলকপগা লোয়ননা ইউরোপিযান (বৃটিশ সর্ব্বহারাশিং অসি মশাগী নোমজবনা পুরকপা থাক নত্তবা অদুবু মীনাযগুম শীজিন্নববা লোইলমগী সর্ব্বহারাশিংদগী পুরকপা থাক অমা ৎমগি। খুদম ওইনা বৃটিশ বুর্জ্জুরাজীশিং অসিনা বৃটিশ শিন্মীশিংদগী শেন্দোং তানবদগী ভারত অমসুং অতৈ লোইলমগী মীওই মীলিযন চাম্ম চাম্মদগী শেল হেন্না তাল্লি। মতুম তৌবদগী লৈপাক খবদি শেন-পুম অমসুং পোৎ-চৈগী অসিগুম্বা যুম্ফম অমা শাগৎলি মতুনা মখোযগী সর্ব্বহাবাশিংবু লোইলম পাম্বগী অওাওবা রাখলনা লৌনগনবা লাযনা নাইল্লি।”

লোযলমশিংদা অথম্নবা ভারত্তা বৃটিশনা অসিগুম্বা অবস্থা অসি চপচানা শাগৎশি। অদুবু বৃটেন্দা শিন্মী কাংলূপকীদমক্তা লডাই তৌগদবা কম্যুনিষ্ট মুভমেণ্টস্ম ৎমথেংনা শোল্লমই, অদুনা লোযলমশিং অদুদগু শোনাখ।

ইতিহাসকী ৎইনা ভাবতনা ইকোনোমিক, সোসিযেল, পোলিটিকেল, কলচবেপ অমসুং ইণ্টেলেকচুয়েলগী লমদা মনিংতম্না চাওখৎচবক্কদবদু বৃটিশনা থুগাযখি। অদুনা মানায ওইবগী হৈ-নবী রাখল অমা ভাবতকী প্রজাদা শাগৎলম্বদু হৌজিক ফাওবদা কোকত্রি, অদুনা মখোযনা বৃটিশ যৌদবা মওংদা রাখল খনবকাওবা রাবি। মসিমগু হৌজিক মুথংখিবা তাবি। অসিগুম্বা বৃটিশকী থুদোর্নাস হৌজিক ফাওবা ভাবত্তা লৈবি। অতৈ পুম্নমক্কগী পুক্কং অমসুং রাখলদা জয তোখবসীনা অতৈ কয়াদগী হেম্না থুদোংখী।

লোইলম নিংথৌগী চুননা বৃটিশশিংনা ভারত জয় তৌরবা মতুংদা তোঙাময়না তারা মফম খব শাগংখি। মহু মখোয়না হক-থেংননা খুংথিংজিনবা য়াননবনি অমদি ইকোনোমিদা থোং মাল্ল-দনা চাওখংপা হায়বহু থোকহল্লনবনি। অমুল্লা ভারতকী লমশিং অসিদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা অহানবা চাংয়েং তৌখি, মথংদা অসিগুম্বা চাংখেংহৌদবা লমশিং অসিনা ভারতকী খাযদোক্লবা লাওবকখি।

মথক্তা পীখিবা বৃটিশকী স্বর্থগীদমক্তা বেঙ্গলদা লিমোনগী ইন-দষ্ট্রি লিংখংখি, অমসুং লিমোনগী লৌ উখি। অহুগা বৃটিশকী বেলরেশিংদা কযলাগী কল কারখানাশিং লিংখংখি। মসিগা চপ মান্ননা অসামদা চা পাম্বী থাবগী থবক পাযখংখি, অকোনবদা অরাং-নোংপোক ভারতকী মফম কযাদা শন্দোকখি। শোক ১৮৩৯ ইংদা অসামদা বৃটিশকী চা মনাগী কবখানা অহানবা ওইনা উবকখি, চহি তরাহুমদাইগী মতুংদদি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগী চা মনাগী কল কারখানা ওইখি।

মখাগী পারাশিং অসিদগী থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা মুল্লা অমদি শেংনা উবিগনি।

## NOTES AND REFERENCES

1. Notes on Indian History : Karl Marx,
   Moscow P 55
2. History of the Freedom Movement in India–
   Vol 1 : Dr. R.C.

Majumdar,
Calcutta, P 4

3 India Office Record O C 4258 ( quoted in History of British India : P E. Roberts, London, P 43—4

4 Modern India and the West L.S S O'Malley ( ed ) P 44

5. Notes on Indian History Karl Marx, P 57

6. ibid, P 72

7. ibid, P 79

8 Expansion of Endland : Seeley, P 209

9. Capital : Vol 3 : Karl Marx, Moscow, P 325

10 Notes on Indian History : Karl Marx, P 84-89

11. Capital Vol I : Karl Marx, P 751

12 Notes on Indian History : Karl Marx, P 110-12

13 ibid

14 ibid P 115-120

15 ibid P 87

16 ibid P 135

17 idid P 139

18 idid P 186

19. Handsard's Parliamentary Debates, in Capitalism in India Vol. 25, P 28, Quoted : A : L. Levkovsky, Delhi P 10

20 The War Question – Doing of parliament—India. Karl Marx, Daily Tribune, New York, Aug 5, 1833

21 Poverly and Un-British Rule in India : Dadabhai Naor Leader, P 14

22 Selected Works Marx and Engels, Vol. 27 Moscow, P 113

23. The Economic History of India : R. C. Dutt, PP 348-9

24 Quoted in Capitalism in India : A L Levkovsky, P 46

25. The Development of Capitalist Enterprises in India : D Buchanan, New York, 179

26. Quoted in Capitalism in India

: A L. Levkovsky, P 50

27. idid P 51

28. India Today : R. Palme Dutt.

29. The Enemy : Felix Greene.

Calcutta, P 52

30 The addition of the word 'British' in the bracket in by the author

31. Against Revisionism

: V I. Lenin, Moscow, P 91



অহুমশুবা তাঙ্কক

# বিস্বাসঘাতকী মমায়

বৃটিশনা ভারতক জয় তৌখিবসিদি বিশ্বাসঘাত অমস্তুং চপাক্কীগী ইতিহাসনি। অসাম অমস্তুং অতৈ অৱাং-নোংপোক লমদমগী মবমদা নকশিন্না অমদি কুপ্না খন্নহুনা যেংসি। অৱাং নোংপোক লমদম অসি ভাবতকীদি যাম্না মরু ওইখ্রবা লম্নি, অনস্তুং অসাম অসিনা লমদম অসিগী মরুনি। কমদৌনা বৃটিশনা লমদম অসিদা চংলকখিবা? করম্না ইণ্টেরেষ্টকী লমশিং অসিবু জয় তৌ-দুনা মথং মথং লৌশিনখ্রিবনো?

হৌখিবা অসামগী ইতিহাস অমুক হন্না যেংঙবদা হৌজিক লৈরিবা অসাম অসিমক অমদি ব্রাহ্মাপুত্রগী তম্পাক্কী লমশিং অসি শানগী রাহৈদা অহোমশিংনা চহি চাতরুক লোম পাল্লবপনি। অহোম হাংবসি শান কাংবুগী মশা অমনি। মখোয়না বুর্মাগী অৱাং থংবদা লৈবা শানগী লমদগী হৌখিবা ১৩ শুবা শতাব্দীদগী মখোদগী লুচিংবা সুখাপাগী মখাদা শোক ১২২-১ ৩৮ গী মন্থদা খুল হোংলকখি। অদুগা ব্রহ্মপুত্রগী তম্পাক পুম্নমক অস্নুম অস্নুম জয় তৌরকখি।

মতম অদুদগী অৱাং নোংপোক লমদমদা লৈরিবা মরু ওইনা চীংগী লমদা খুন্দারিবশিংগা অহোম নিংথৌশিংগী মরক্তা লৈনবিবা

মবিশিং অদুদা অহোংবা লাকপা মতমস্থ ওইখি। সার য়াদু নাথ সরকার অমদি মুগাল ইতিহাসকার শিহদ্দিন টালিশকী পাওতাক মতুং ইন্না লম অদুগী ট্রাইবেল অযাম্বা অহোম নিংথৌগী মখা পোন্নবকখি অদুবু দক্কলা হাযবা ট্রাইব অদুদগী যাখিদে। অহোম-শিংগী শাসন শক্তি পুন্নমক নিংথৌদা শিন্নরমই, নিংথৌ অদুগী মখাদা সেক্রেটরী অহুম্না শাবা কাউন্সিল অমা লৈরমই, কাউন্সিল অদুদা চীফ সেক্রেটরি অহুম লৈরমই ঃ বুবা গোহাইন, বার পত্রা গোহাইন, অমসুং বার বারুরা (চিফ সেক্রেটরিশিং) অসিনি। মখোয়গী মখাদা খোয়া গোহাইন, মোয়াঙ্গী খোয়া অমসুং বাজ খোয়াস, হাজাবিকা, সাইকি। অমসুং লোডাশিং অসিনি। মুহম্মদানশিংনা লান্দাবকপদা লাচিং বার ফুকান্না লুচিংবগী মখাদা অহোমশিংনা থিংখিবগী য়াবি ইতিহাসতা মযেক লানা লৈবি। ওসি যাবেদা অসামীশিংনা মমিং চংলখা লাচিং বার ফুকানগী-দমক্তা চাওথোকচৈ। শোক ১৯৭৯ ৮২ মন্নুংসিদা চথখিবা অন্দোলন অদুদস্থ "লাচিং সেল" কৌবা ফজনা শেম-শারবা ওর্গেনাইজেসন অমনা লুচিংখি।

অহোমশিংগী মখাদা অসামগী লৌমীশিংনা বৃটিশনা পাযরিবা বেঙ্গলগী লৌমীশিংদগী ফিভম হেন্না ফরমই। মতুগী শাক্কিদি গোভর্নর জেনেরেল (ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানি) গী এজেন্ট অসামদা লৈবম্বা ডেভিট স্কোটমক্তা য়াফম অসি ফোংদোক্লমই। স্কোটনা অস্তুন্না ইরমই ঃ "অসামগী লৌমীশিংনা মখোযগী খুৎশুমন পো-থোক্তগী য়াম্না চাওনা লৌই" (বেঙ্গলদগী হেন্না) অদুতস্থ নত্তে

ঘুদ্বান কৈবান অমসুং পুন্সি অসি অসাম্না বেঙ্গলদগী হেন্না মুণ্ডায়। অতুবু বর্মীজশিংনা অসাম, কাছার অমসুং মনিপুরদা লান্থারক-খিবদগীদি অসামগী ফিভম হোংলকখি। অসাম নিংথৌগী দরবার মনুংদা অমগা অমগা মুক্কবা বার্ত্তোন তৌবা ওইনা থোক্লে। শোক ১৮১৮ ইং চন্দ্রকান্টনা পানবা মতমদা তাশিংনা অসাম অসি বুর্মাগী মশা পোনখ্রে। চন্দ্রকান্ত অমসুং মাগী মুক্কবিবা পুরন্দর সিংহ অনিমক বর্মীজশিংবু লাল তৌদুনা অসামদগী তানথোক্কবা ইষ্ট ইন্ডিয়া কম্পানিগী ফোর্ট উইলিয়মদা লান্মীগী মতেং নিজখি, বৃটিশ শিংনসু মতিকচানা দরবার ওইবমথৈ পীবমই, অতুবু চন্দ্রকান্ত অমসুং পুরন্দর সিংহগী স্বর্থদা মতেং পীবা ওইরমদ্রে, মপুং ওইনা কম্পানিগী সেবাদা ওইবমই।

বর্মীজশিংসু বৃটিশ খুং থোক্কবগী মহুত্তা বৃটিশকাদমক্তা খুদোং চবা পীখি, মতুদি অসাম, কাছার, মনিপুর, অরাকান অসি অহানবদা বর্মীজশিংগী খুত্তা লৈবমই, অতুবু বর্মীজশিংনা লুট তৌকদুনা হায়বিবা লমদমসিগী প্রজাশিংবু শাওহল্লমই। শোক ১৮২৪ দা বৃটিশকা বর্মিজশিংগা খুং থোকনখি, অরাশিংনা মায়-খিবা নংলদুনা শোক ১৮২৬ তা লাল লোইশিনখি। অমুগা 'যান্দাবো সন্ধি" (ত্রিটি ওফ যান্দাবো) হায়না তৌনদুনা অরানা অসাম অমদি অরাং-নোংপোক লমদমশিং অসি ইষ্ট ইন্ডিয়া কম্পানিদা পীথোকখি।

লাল অদু মায় পাকপগা খুদক্তা বৃটিশ ওফিসারশিংনা অসাম গী জিলাশিংঃ কামরূপ, দরং অমসুং নাউদ্বারনচিংবা সর্ক্কে তৌ-

ছুনা থবক পায়খৎপা হৌখি। সর্ভে অসি খাজনা খোম্‌গৎপা যানবা উপায পুথোক্লবা থৌরাংনি। অহোম নিংথৌশিংনা থন্নবা পথাপ অদু পুমহোংদি হোংদোক্লনা খাজনাগী চাংদি হেঙ্গৎহনখি। অহানবা চহিদা লুপা লাক অমা লিশিং হুম্ফুতবামঙা অদুগা কউম দগী খোমলকপা লুপা লিশিং অনি য়াওনা খোমগৎখি। বর্মিজ-শিংদগীসু ক্ষতিপূরন ওইনা লুপা ক্রোর অমা কাখি, আসাম, মনিপুর, কছার অমসুং জযন্তিযাদগীসু হেন্দাক্লনা অবাকান অমসুং তেনেসশেরিমগী প্রোভিন্সশিংসু বর্মীজশিংনা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিদা পীথোকখি। হান্না বর্মিজশিংনা পাযবম্বা টেরিটোরিশিং অসিগী মীওইশিংবু বৃটিশশিংনা লোকেল মিলিসিযা (লোকেল পুলিশ) ওইনা লৌশিনখি, মখোয (বৃটিশ) গী পান্দমদি লমদম অদুগী চীংমীশিং হাযবদি দাফ্লা, গারো, খমতি, খাসিনচিংবশিংবু লান্দাননবনি। মতুদগী হৌবতুনা অহানবা ওইনা চীংমী তম্মী মুংশিনদবা হৌবকখি।

ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিনা লমদম অসিগী নিংথৌ অহোম রাজাগী মহুৎ শিন্নকপগা অহোম নিংথৌনা লাইনিং লাইশোন্দা হাযবদি কামাখিয়া লাইশংনচিংবদা শিঙিন্নবা শেল য়াম্না পীরা থাদখি। বৃটিশনা থাদরিবা শেনফম অসিনদি ইরাৎ-পুজাদা কোন্নবগী রাদি লৈতে, মরম অদুনা লাইশং অদুগী প্রোহিতশিংনা লাইথুরুম্বা লাকপশিংদগী খাজনা ওইনা ওফেরিং লৌগদবনি হায়না হুকুম পাখি। মতম অদুগী বৃটিশ মথাদা লৈরিবা লাইশং

শিংগী স্বপেরিনটেন্দেন্সনা বেঙ্গালি ব্রহ্মন কালি চারন ভাস্তচা-
রিযানা ওইরমই ।

এংলো-বার্মিজ লাল অহু চথরিডৈদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পা-
নিনা রাশকখিবা রাকম অমনা বার্মিজশিংবু আসামদগী তাম্থোক
খ্রগা ফংহৌফম থোকপা স্বতশিং অহু অহোমশিংদা সিংহসোন
পাগনি হাযবা অসিনি, "তৌবা ঙম্বা শক্তিদি কম্পানিনা পায়গ-
নি"। মথোযনা মসিমম্থ রাশকখি আসাম মন্নুংগী ওইবা থৌদোক
পুমক্তা থুংথিংজিল্লোই অসিনি । অহুবু অশেংবদি কম্পানি অসি
গী থৌশিপ অসি ওন্ন-তৈনবা ডাক্তনি ।

আসামগী প্রজাশিংনা চাবিবা থুম অসিবু বেঙ্গলদগীনি, ব্রহ্মা
পুত্রাগী কষ্টম হাউসকা খুংথাংদা খাজনা পীরগা পুবকপা ডাক্তনি।
অহোম সরকাবনা থুম হোল্লকপগী কঠিন দিউটি যাম্না রাংনা লৌ-
বনই । অহুনা বেঙ্গলদা লৈবা বৃটিশ লল্লোনবশিংনা শেল য়াম্না
পুথরমই । অহুনা এংলো-বর্মীজ লাল অহু মপুং ফানা লোই-
শিল্লক্লবদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা অহানবমক্তদা অহোম সর
কাবনা লৌবম্বা কষ্টম লৌবগী নিযম হোংদোকখি, মসিনা তাক-
পদি খুংথিংজিল্লোই হাযখিবহু তশেংনা খুং থিংজিনবগী খুদমনি।

অতোপ্পা রাশক অমা হাযবদি আসামগী টেরিটোরি অসি
অহোম নিংথৌদা অমুক হন্না শিন্নগনি হায়খিবা অহুম্থ পুমকাও
কাওখি । কলকত্তাদা লৈবা কম্পানিগী কাউন্সিলনা আসামগী
খা থংবা ব্রহ্মাপুত্রা তোর্বানগী শরুক অয়াম্বা পায়শিন্নবা তৌখি,

অহুবু অঙ্গর আসামগী মতাংদদি কম্পানিনা য়ৗ। থংদবনা খুদক্তা য়ারেপ লৌবা উমখিদে।

মরু ওইবা য়াফম অমনা "জয় তৌগ্রিবা আসাম" অমসুং "জয় তৌরবা আসাম" হায়বা অনি অসিগী মরক্তা যাম্না চাওনা মত খেন্নবা অমা লাকখি। চহিদা লুপা লাক অহুম খাজনা কাম্রক্রিবা মথা থংবা আসামগী শরুক অতু মতম চুপ্পগী ওইনা লৌশিনখি। চহি অনিগী মনুংদা কলকত্তা কাউন্সিলগী মিংলেং অসি পুমহোং হোংখি। মখোয়না সরকার অমা ওইনা য়াপক-খিবা অমদি লাউথোকখিবা হায়দি আসামগী নিংথৌ খুভম অমুক পীবা হায়বতু থবক ওইনা পাংথোকপা উমখিদে। নোংপোক থম থেংবদা শদিয়া খামাতি, খমতি অমসুং সিংফোগী লমশং অসিতা নত্তনা ব্রহ্মাপুত্রা তমপাক পুম্নমক বৃটিশশিংনা খুহুম চনশিনখি।

অসুম্না লৈবাক মনুংগী যানদবশিংগী মবক্তা অমদা তোংশিল্লগা নত্রগা মহৈ মহৈ থংনহন্নগা লম লৌশিনবা বৃটিশকী পোলিসি অসিবু ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা শোংখি।

নিংবা কায়বা অহোমশিংনা মনৈ থংদা ভাব তানরক্তুনা বৃটিশকী মায়োক্তা লালহৌ কখা তৌখি (ক) আসামগী প্রজাশিং অমদি (খ) সিমানাদা লৈবিবা ট্রাইবেলশিংনা মতেং পাংখি, মবম দি বৃটেন্না নমহুনা লৌথংলক্রিবা লেভিশিং অতু মখোয় য়াম্না শাওনখি। অতুগা ট্রাইবেলশিংনসু মীরৈবাক মচাশিং অসিগী মথক্তা যাম্না চিংনবা পোকখি।

খুদোংখিবা কাংবা লৈজুনসু দবকার লৈবা মতুংইন্না বৃটিশশিং না লাকশিনখি। হৌবক্লিবা লাল কয়া অতু শেল অমদি মনা মথুমগী মিহৌহনবা কয়া পোকহন্দুনা ফাজিল্লগা মখোয মশেশ যেংখিনহন্দুনা অমদি বৃটিশকী হৌনবা লৈবা থাবা কাংলুপপু লৈবা, যাদবা কাংবুবুনা লাম্মী থাজিল্লগা হৌশিনবা অসুম তৌদুনা লালহৌ পুন্নমক বৃটিশনা মাযখিবা পীখি।

বৃটিশনা শান্নখিবা অতোপ্পা মওং অমনা মীওই কাংলুপ কযাবু লল্লোন ই তক্নগা শেং যান্না ফংহল্লগা মিহৌহনবনি। মতু না পোংথাং অনি লৌখৎখিং: (১) সাদিযাদা কৈথেল অমদি লল্লোলম (২) সিংযো টৌবটোরিদনা লল্লোলবগী সেন্টর অমা হাংখি। (হাযদিবা লম অসি হৌজিক অরুনাচল প্রদেশকী মতুং চনবদা লৈবনি) সাদিযা মার্কেট অসিদা কান্নবা ফংগনি হাযনা থাজবা অমনা পাংথংবা বুর্মাগী লমদগী যাওবগা বৃটিশকী পোং চৈ হোন জনবা নাগনি অসিনি। ট্রেদ সেন্টর অসি হক-থেংননা ভাবত অমদি চিনাগা লল্লোলনবগী অহানবা হাংদোক পা সেন্টর ওইবমই। সিংফো টেবিটোরি অসিগী অরাং থংনদগী খা থংবা চিনা প্রোভিন্স যৌবসি যেংগদবা মাইল অনিমুক্তা ওয রে। মতম অতু বৃটিশকী রেশম খি অরাং নোংপোক ভারত্তা পুশিনবা য়ানবা কন্না হোংনবা মতমনি, মবমদি ভারত্তা বৃটিশকী শামতুগী পোং-চৈ হোজিন্নবা চংবা যাবা খোংনাও অমফাওবা লৈরমদে। অতুগা ইং ইন্দিযা কমপনিদগী মীহুং থাতুনা পোং চৈশিং অসিগী থাজনা খোমগংনবগী লম্বীসু লৈরমদে, মরম অসিনা

ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগা পার্লিয়ামেন্ট হাউস অনিনা হিরমসিদা খন্নখি। খন্নবসিদগী ভারত অমদি চিনা মরক্তা লল্লোলবগী লম্বেল অসি অসামদগী চিনা চংবা হায়না লেপখি।

শোক ১৮২৬ ইংদা গোভর্নর জেনেরেলগী কাউন্সিল মেম্বর অমনা ভারত অমদি চিনা মরক্ত লল্লোল ইতিক্কী মবমদা কুপনা খন্নবা মতুংদা অসামদগী হৌফম থোকই হায়খ্রবনি, "ঐখোয়না মনান অমসুং চিনাগী অতৈ খা-নোংচুপ থংবা প্রোভিন্সশিংগা অসাম ফাওবগা মনিপুর যেনা লল্লোল ইতিক তৌনবা অনৌবা লম্বা অমা হাংদোকপা যাবে" হায়খি।

বুর্মাগা লল্লোলনবগী খোংথাংস্থ লোখৎলে। ইকুই কুইদনা লাল্লোল ইতিক চাওখৎখি, অমদি মতম খব শৈরগা লল্লোলবা মার্বাবিশিংবু ভারতকী নোংচুপ থংবদগী নোংপোক খমথেংবদা লল্লোনবা চংলকখি। মখোয়না সাদিয়া অমদি বীসাদা কাবখানা কয়া লিংখৎখি। কাংলুপ খবদি বুর্মাদা হাংজিন্দুনা হুকোং তম্পাক্তা কাবখানা অমা লিংখৎখি। মখোয়না অপাকপা অশাংবা যর্শিং, মসলিন, মচু শংলবা কমালশিং থুম, কানি, যু, চেং, গ্লাস, পুখম-তেঙ্গোং, হিদাকমনা, ক্বা সুপারী মীরমদগী পুশিল্লগা অসামগী তকোইবদা লৈবিবা ট্রাইবেলশিংদা সনা, সনামকুপ, শাম্মা, লুপা অমদি চিনাগী উপুশিং, বুর্মাগী ফিনচিংবা অতৈ পোৎ কয়াগা এন্নৈ। পেম্বরটোন অমসুং কেপটেন জেঙ্কিন্সকী রিপোর্টতা অস্থমনা ইরমই "অসামদা লৈবা সিংফো অসিগী লল্লোল ইতিক্কী

মতাংদগী অরা ( বুর্মা ) না মুঙায়তবা লৈবগাই মরমদি সান অমদি চিনাগী য়ুনান প্রোভিন্স ফাওবসিদা লুপ্লোলবগী থার্কাস ফজনা চথরি, অরাগী কাংবুনসু শোগংপীনবা হায়খ্রে'।

অসুম ভসমদা ... য়বক থুপচিললগা মনিপুর, জয়ন্তিয়া অমসুং কাছাব লৈশিংবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা হোংনরকপদদি মতম যাম্না চংখ্রে। কাছাব অসি মনিংতম্বা লৈবাক ওমা ওইনা শিন্নারক্নি, অমুক্তনপাঙ্গনদি লোনবা ষ্টেট অমা ওইরমই। বৃটিশনা পাশিনখ্রবা সিলেত জিলাগা মনিংতম্না মীথা পোম্বা মনিপুরগী নবক্তা কাছাব অসি য়াম্না মরু ওইবা মফম অমদি ওইরমই। লৈবাক মসা অমিগী ইতিহাস অসি নুঙায়। ওল্লিলৈগী ইতিহাসতি নমরক লেংলে। কাছারিশিংনা হা জবদি মখোয়গী লৈবাক অসি লেমলংখংলগী ইমুং মমত্তা শাসন তৌরকই। মহাভারতকী পাদরকী অনিশুবা ভীম অতুগী ধারানি। কাছারিশিং অসি কামরূপকী অরাংথংবা শরুকুগী হোংনকপনি অতুগা কাছারগী মচুং চনবদা লৈবা মাইবোং চীংদা অনোবা ৫ ট অমা লিংখৎখি। মখোয়না মপান ফরিউ কাছার নিংথৌগী লম অসি মনিপুর ফাওবা শম্দাক্রমই অতুগা অমরোমদনা লুনাই হিলস ফাওবা শন্দোক্রমই।

নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রগী হাক্তকুগী খুদোংথিবশিং হৌরকখি। মতম অতুগা মনিপুরবসু অরাবা মতম ওইরমই। মরমদি সিংহাসন মুন্নবগী য়াথোক লৈরমই। মনিপুরগী নিংথৌমচা অনিথক কাছারদা চংজকম লৌছনা লৈরমই, মতুংদা লম অমু য়ুনশিল্লগা মখোয় অনিগী মরক্তা য়েন্থোক্লহনা গোবিন্দচন্দ্রবু করিমত্তা থৌশানবখে

পাল্লমই। কাছার নিংথৌ অসিনা বৃটিশকী মতেং নিবমই, অদুবু পীরকখিদে, মরমদি মনিপুরগী নিংথৌমচা গমভীরসিংহ অসি ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা নুন চান্না তৌবা অমা ওইবমই। কছারনা লমগী অমদি কষ্টন থাজনা যান্না কাবমই। মতুংতমু নত্তনা কাছাব অসি লানগী ওইবা লাম্ব্লোচাদা মফম অমসু কাছাব অসিনা ওই-বমই। মরম অদুনা গোবিন্দচন্দ্র সিংহবু লেথোক্লগা গমভির-সিংহ শোগনদুনা কাছাব অসি বৃটিশকী মখাদা পুশিন্নবা থোঙ্গালদগী উরমই। শাজিন্নবা মবাল কয়া পীবগা গোবিন্দচন্দ্র সিংহবু জেল পীখি। অসিগুম্বা বৃটিশকী বিশ্বাস ঘাত শাজং অসিবু যানিংদবা ওইনা কাছাবিশিংনা লাল হৌখি, অদুবু লালহো অদুবু থেঙ্গায-বগা লোয়ননা পুম্নমক নমথখি।

মথংদা জয়ন্তিয়াশিংগী পালি থোকখি। মসিমসু সিলেতকা চমখৈদা যান্দুনা লৈবা মনিং তমজবা অপিকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমনি কাছাব অমদি খাসি হিলসকী মবক্তা লৈবনি। খাসি হিলস খুত্তম চনখিবা মীওইশিং অদুমক মফম অদুদা লৈরমই, মপুং ওইনা কাবকপা ইনকম অসি লেণ্ডরিভেনিউদগীনি, চহিদা লুপা লাক্ষ অমদি কারমই।

জয়ন্তিয়াদদি ষ্টেট অতেণুন্না নিংথৌ খুভম মুন্নবগী অন্নাবা লৈবাক মনুংগী ওইবা ব্রাথোক কম্পানিগী নাতোন্দা মনমফাও ফংখিদে। মরমদি বৃটিশ লাক্রিঙৈগী মমাং চহি হুমফু শান্তিদা পাল্লক্রবনি। লৈব্রাক অসিনা লাম্লোংচাবা মফম অমদা লৈবসিনা বৃটিশনা যান্না কল্লক থম্বনবনি। মরম অদুনা সন্ধি অমদি তৌনসি হায়না ইষ্ট

ইন্দিযা কম্পানিনা মতম অদুদা পাল্লিবা নিংথৌ রাজা রামসিংহদা হাযরুই ঃ মহাক্না কম্পানিগী ওফিসারশিং অক্তা ইনা ডেভিড স্কোটপু মহাক্কী এডভাইজর ওইনা লেপখি, অবোইবদদি কাছাব নিংথৌ পানবা লৈবাক্না চংখিবগুম জযন্তিযাসু কম্পানি অসিগী মখুংদা চংখি। সন্ধি অদুগী রারোলদি বর্মানা লান্দারকপদা কম্পানিনা মখোযবু ঙাকপী শেনর্বানবা, মদুগী মহুত্তা জযন্তিয়ানা কম্পানিদা কাক্কৎ কাবা হাযরসিনি। মদুদা রাজা রামসিংহনা হানিংখিদে মবমদি মহাক্না বৃটিশপু যান্না থাজখিদে।

মনিপুরগী মবায়ববকস্ম অতৈগা তোঙানখিদে। মতম অদুদা গমভিরসিংহনা নিংথৌ ওইরমই। মহাকপু বুর্মানা লান্দাবক্কনি হাযবগী অকিবা লৈরমই। মনিপুর অসিমকসু ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিগীদমক্তদি লাল্লোং যাম্না চাবা মফমদা লৈবনা যাম্না মরু ওইবা লৈবাক্নি, মরমদি লৈবাকসিনা কম্পানিনা পায়বিবা লম-শিংগা বুর্মাগা হেক তাইনবদা মরক থংলি। মনিপুরদি মপা মপুগী হত্তক্কুগী বুর্মাগা য়েংথিনদুনা লাকই। মরম অদুনা মনিপুরনা বুর্মাবু কিবদু শান্নবা যারে অমদি গমভিরসিংহবু থেমদুনা বৃটিশনা "ঙাকপী শেনবীগনি" হাযবা লায়রে হায়না ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিনা চংশিল্লকখি।

তৌবমক্তি মমাং চহি খরদা বুর্মানা লান্দারকুনা মনিপুর গুপ্তুনা নৈথাযদুনা পাল্লম্বদগী অচৌবা লাঞ্জাও অমদা মায়থিবা পীদুনা বুর্মা লাম্মী পুম্নমক কাবো ভেল্লিগী রাংমদা তাম্লোকখিবদু গমভিরসিংহননি। তোংইগুম্বম্নুং গমভিরসিংহনা মাগী-লৈবাকপুস্ন

বৃটিশতা পীথোকখিবা তারমই। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা মতুংদা বুর্মাস্থ লৌশিনখি। মনিপুরদদি নমথাক অমস্থ বৃটিশনা ভৌরকখি, মাখোয়না কংবা ভেলি অসি বুর্মাদা পীথোকখি, লম অসি হায়া মনিপুরগী ওইগরবদ্রনি, অদুগা মনিপুরদনা দুপা চানডা ংক্তো ক্ষাতি-পূরণ ওইনা পীখি।

অস্সুন্না রোবোর্ট ক্লাইভনা হাল হৈদুনা শাগংচরম্বা মল অতুনা অরাং নোংপোক ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাক পুম্নমক্তা শম্পোরকখি। মহং চংশিনগদবা লোংথাংদি অরাং-নোংপোক্কী চীংশিংদা থাদবা ইনাং কম্নবা ট্রাইবেলশিংবু লাকশিন্নবনি। হায়-বিবা শক্তম তসিনা নীংহৈশিং অসি হায়া বৃটিশনা পাংশিনখ্রিনি অদুনা মমাং না বৃটিশকী তঙ তনৈ অমদি মচুংগী চারা হেরেম-কদবাস্থ তান তানবকখি। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা অসাম, মনিপুর অমস্থুং অযন্তিযাগী অচৌন অথৌ অমদি নিংথৌগী ইমুং মন্নুং কয়া, হায়রি সম্পত্তি বৃটিশনা লৌশিনখি, অদুগা পেন্সন ওইনা সেল থক্তিক্কে পীখি। অডম অমৌ নিংথৌ মচা মগুতা নত্তনা মীথাম ব্রানখি, লেঙ্গদা লৈবা সুসাংগী নিংথৌ অমস্থুং ত্রিপুরাদা শেল খায়দুনা লেন্নখি।

নিংথৌ অমা নত্তে ব্রাবসি, অসিংম্বা মীওেপনা নমদুনা পান বিরিবস্থ প্রজা মীয়ায়া যাবা ওমখিদে। ভারতকী অতে মফম কয়াদা তৌরিবগী লাল কয়া বৃটিশকী মায়োক্তা হৈখি, বৃটিশ তাম্বাকনবগীদমক্তা প্রজা কাংলুপ থুনিংশুনা য়া খি। অসাংগী ল্যালহৌ অদুদা খাসি অমস্থুং সিংফো অমদি চিংমী ইরাংকনবা

খুদিংমক্কা অরাং নোংপোক লমদম মফম পুম্নমক্তা ইরাং হৌখি। অসামগী লালহৌ অহুদা বুর্ম্মানস্ন মতেং পাংলকখি। অরো-বদা বৃটিশনা বুর্ম্মা লৌশিনখি। মহুদগী লালহৌবশিং অহুগী মপানগী মতেং পুরা মাংখি।

লালহৌবা নমথবদা বৃটিশনা য়াম্না মীনুংশি খংখিত্রবা শাজং চংখি। থুদম ৎইনা বৃটিশনা খাসিদা লাক্লবিখিবহু। খাসি হায়বসি য়াম্না সভ্যতা রাংলবা জাতি অমনি, ষ্টেট তরাদা মখোয়না পাল্লমই, সরকারস্ন যাম্না গনতন্ত্রিক ওইরমই। মখোয়গী লুচিংবা পুম্নমক প্রজাশিংনা খনবনি, নিংথৌ যাওবা প্রজানা খল্লি। লৌউ শিংউ চাওখৎপদা নত্তনা যোৎ মহি লায়না চেলহনবা ঙম্বগী পাম্বৈস্ন লৈবমই হায়না ডাঃ লেম্বনা হায়রমই। ডেভিদ স্কোটমক্কা খাসিগী চৎনবীবু শিংথাহুনা হায়বমই "খাসিগী গনতন্ত্রগী পথাপ অসিদি থ্বাইদগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী পার্লিয়ামেণ্টকী হৈ-শিংবা ফাংবনা লাম্বা ওইবা ঙম্মোই" হায়খি।

খাসিশিংনা মনিং তম্না পানবা য়াম্না পামজে, অহুনা মীরৈবাক্কী মীনা চংলক্কুনা গুপ্পবহু কৈদৌঙৈদস্ন খাংবা ঙমখিদে, অহুনা চহি মরি চংনা মখোয়গী নিংথৌ টিরহুত সিংহগী লমজিং মখাদা বৃটিশকী মাযোক্তা থেংনখি। নিংথৌ অহুনা অকোয়বদা তারিবা অতোপ্পা নিংথৌশিংবুস্ন পুনশিল্লগা বৃটিশকা থেংননখা হোৎনখি। খাসিগী লমজিং মখাদা গারো জয়ন্তিয়া সিংফো অমস্তুং অতৈ ট্রাইবশিং পুনশিনখি। টিরহুত সিংহ অসি মিলিটৈরীগী মতিক চাবা লুচিংবা অমস্ন ওইরমই, লমদম অসিদা লাল থেংনবদা ৎরেরিলা অসি

মহাক্না বৃটিশকী মায়োক্তা হৌদোকখি । য়েক্লবগী মথুক্তা তাখ্রগদবা লন-থুম পুন্নকস্থ মৈ থাদোকখি ।

অতুবু অরোয়বদা বৃটিশনা ঙমখি,, মহুস্থ পুনশিল্লক্লিবা প্রজা মীয়াম অতু মচেং মচেং তাহনবগী পোলিসিননি, মহুগীস্থ মথক্তা তোকঙা কং। শন্দোকতুনা ৎেপা নৈবা, মীহাং মীপুন কয়া তৌখি। বৃটিশনা খুঙ্গংশিং মথং মথং মৈ থাগংলকলি, মতুনা খুঙ্গংশিং অতুদা শাখিনা অকিবা অমা ফাংহনখি । অস্থুম তৌতুনা পাক চাওববা বৃটিশ সম্রাজ্য শাগংখি, ইষ্ট-ইন্দিয়া কম্পানিগী মীহুৎস্থ নিফুমঙা বৃটিশ পার্লিযামেন্টতা যাওবা ঙমখি । কম্পানি অসিবু বৃটেনদা য়াম্না ইকাই খুম্নখি । সিং এচঃ ফিলিপসনা হায "বৃটিশ সম্রাজ্য অসি রোম নিংথৌদগী হেল্লি"।

অরাং-নোংপোক লমদমদা নেপাল অসিস্থ বৃটিশকী মখা পোনখি অতুবু বৃটিশ সম্রাজ্যগী মনুংদদি চলহনখিদে । ভূতান অমস্থং সিকিমদি বৃটিশকী পোলিসি তোঙানখি । মরমদি মখোয অসিগা চিনাগা মরি লৈনবা ডাক্তনি । মতম অমা অরাং নোংপোক লমদমদা গভর্নর জেনেরেলগী মীহুৎ ওইবম্বা রোবার্টসন্না অস্থুমনা হায়খি—"চিনাগা খুৎ থোক্লবদি ঐখোয়গী স্বার্থাদা খক ওইবোই । মরম অতুনা ভূতান অমস্থং সিক্কীম অনিমক অসি বৃটিশনা খুতুম চনখিদে । শোক ১৯৭৩-৭৫ দদা পিক্লবা ষ্টেট সিকিম অসিগী মীয়ামনা অন্দোলন তৌরকপদগী ভারত্তা পুনখ্রিবনি, অতুগা ভারতকী ২২ শুবা ষ্টেট ওইরকখিবনি ।

অদুবু ভুতানদা বৃটিশকী শক্তি উৎনিংবদগী অসাম অমসুং বেঙ্গলগী তম্পাকতাবা চীংলম্বী দ্বার হাযনা খংনবা কথা অমা বৃটিশনা নমহুনা লৌশিনখি। অশেংবদি দ্বারশিং অসিনা কোল্লিবা তম্পাক তেরাই হাযনা খংনবা লমশিং অদু বৃটিশনা কল্লকখিবনি। দ্বাব খবদি ভুতানগীনি, অদুগা চিনাগস্থু নক্রবমই। কল্লক-খম্বনবনা হেনমনখিহুনা বৃটিশনা মমৈদা চিনা কিখিদে, অদুগা দ্বাব পুম্নমক লৌশিনখি অদুগা মুঙায়রিবা অমনা চিনাস্থ তুমিন্না লৈথোকখিব- সনি। খবকশিং অসি থোকখিবদি কেপ্তেন পেম্ববটোন, লিট- টেনেণ্ট ব্লেক অমসুং ডাঃ গ্রীফিথনা ভুতান অমসুং মহুগী অকোয়- বদা কোযববা মতুংদা থোকখিবনি। মখোযগী রিপোর্ট অদুদা মফম অসি লল্লোল ইতিক্তা, খুৎশা-হৈবগী থবক্তা, খোংদগী থোকপা পোথোক্কী রারি রাংনা লৈ হাযনা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পানিদা পীখি।

অমুম তৌহুনা অসাম অমদি অরাং-নোংপোক লমদম লোম্র- চনশিনবা লোযববা মতুংদা বৃটিশনা চংলকখিবা পোলিসিনা লমদম অসিগী প্রজাশিংগী তুংকোয়না মরায়বক থিহৌই। খুহুম হেক চনবগা অসামদা অরাবা পীবসি হকথেংননা খাজনা খোম্বা পথাপ অসিনা অহানবনি। মখোযনা লাকত্রিবৈদা অসামগী প্রজাশিংনা মখোযগী সরকারদা কাবা খাজনাদি পোং-চৈ, ফৌ-চেং ওইনা চংনরমই। বৃটিশনা শেল ওইনা হকথেংননা লৌবা খাজনা পথাপ হৌদোকখি। মহু পায়থংনবা চৌধুরীশিংগী চংনবী হায়রবা বৃটিশনা হৌদোকখি। চৌধুরিশিং অসিদা খাজনা খোমসংগদী থবক শিন্নরমই, অদুগা হয়রান চিন্দি, মীহাৎ-মীপুনগী কেশ মচা

নগুশিংগীস্থ রায়েল মপু ওইহল্লি। দেভিদ স্কোট হায়বতুনা বতুনা হায়রিবা পথাপশিং অসি হৌদোকখিবনি। মমৈদা দেভিদ স্কোটনা চৌধুরিশিংবু ভোত্রা খলহনখি, ভোট অতুদা নুপা নুপী পুন্ননক চপমান্ননা অধিকার লৈরমই।

পথাপ অসি কান্নখিদে, ভোটতা হেক খনবগা চৌধুরিশিংনা মখোয়না অপাম্বা এবিযা পাঁবিবক্নবা কোর্টতা পৈশা পীজহনা রানোমখি হেক ফংবগা প্রজাশিং অতু শুমতুনা চাই। ভোট থাদবীনবস্থ ভোটবশিংদা পৈশা যেল্লি। অস্থম তৌতুনা অসামদা উত্তাংবীগী মশক ওইরবা প্রজাগী ঈ চূপ্না হালেংঙবা অনৌবা কাং লুপ অমা বৃটিশনা শাগংখি। "লাইরিক লাইশু হৈতবা অসানী লৌমীশিংদদি শেলগী হিসাব হাযবসি কবিমত্তা থংজদবনি। অতুনা চৌধুরীশিংনা চাংাক তৌতুনা ওংপারিবনা লৌমীশিং অতুনা পী যম থোকপা খাজনাদগী শরুক মন্তা নত্রগা তকক হেন্না হেক হেক পাহল্লি"। হায়না ওফিসিয়েল ওইবা রেকোর্ট কয়াদা ইরমই।

অশেংবা অওং-অনৈ তৌরিবদি বৃটিশ লোয়লম শম্পোকপ-শিং অতুনি, অতুগা বৃটিশকা হেক ডমথংদা চৌধুরিশিং অসিনি। কাংলুপ অনি অসিনা নৈনবদা অসামগী প্রজা কুচু ওনখি। মরম অতুনা মীওই কযা খুল হোংনখি। খুল হোংবা ডমদবা কয়ানা নখুল থাদোক্লগা লৌউনত্রিবা অমাংবা লমশিংদা চংতুনা লৌউ শিংউনখি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা লমশিং অসি শেংদোক্লুনা উবদা অহানবা চহি অহমদি খাজনা লৌখিদে। অতুনা চহি অহম অতু লোইরগা অতোপ্পা লমদম অমদা হেক চংখি। মতুং পামজতুনা

চংপ দি নত্তে, তমথিরবা খাজনা অত্তদগী নাম্বোকপা ওন্নবা চেন্নবনি। যেংথিনগ্রবা/যেংথিনববা ভুতিযাশিংনা তাবা লম ফাওবা চেন্নখি।

মতুং চহি খব লৈরগা বৃটিশশিংনা মপান্দগী লৌমী অসামদা পুশিন্নকখি, মক ওইনা বেঙ্গলদগী লৌউহম্নবগীদমক্তো পুরকখি। মবন দি অসামগী লৌমী মশিং তাকশিন্নক্লবদা বৃটিশকা খাজনা হন্থ-বনপদগী মপান্দগী লৌমী পুশিন্নকখিবনি। মসিনা মমদা অসামদা মীতোপ চংলকপগী রাখোক লাকহনখি। চহি তরুক তরেং অসামগী নহাবোলশিংনা মীতোপ তাম্বোকপগী অকনবা রাখোক থোকহল্লকখ্রিবসি বৃটিশ লোইচল্লম্বশিংনা শিনবিবম্ব। লিলানি তমদি মংগানা থৌদোক রাখোক অসি থোক্লনবা মক হুন্নম্বনি। অসামদা বেঙ্গলি তাথিনবগী ইহুন (এন্টি বেঙ্গলী ফিলিং) অসি বেঙ্গলদগী পুশিললকপা বেঙ্গলীশিংখক্লনম্ব নত্তে, মরু ওইনা খাজনা লোম্বা তম্বাখ্রিবা চৌধুরিশিং অসিনম্বনি। মরমদি অযাম্বনা বেঙ্গলী ডাক্তনা চৌধুরিশিং অসি ওইরমই। বৃটিশশিংনা য়াম্না ইন্টরেষ্ট লৌবনইদি শনগী ।।জ। (রেভিনিউ) য়াম্না ফংবখক্তগীনি। বৃটিশ ইকোনোমিক ইন্টেরেষ্ট অসিনা অসামগী প্রজা মীয়াম্বু লৈথা তাহন্নি, অসামিজ অমদি বেঙ্গলী মরক্তা মীহাৎ-মীপুন (হোষ্টাইলিটি) থোকহনলি।

হাৎন-শুনবা অমদি হুরাল চিম্থিগী থবক অসামদা মতমত্তুদা য়াম্না হেন্সংলখি হায়না ইষ্ট ইন্ডিয়া কম্পানিগী রেকোর্টতা উং মই। অহুবু মহু ফগংনবা করিমত্তম্থ তৌরমদে। অসাম হা,বসি মথোয়না খুহুম হেক চনথিবদগীদি য়াম্না থৌ-রা শাবিদ্রবা প্রোভিন্স অমা

ওইরকখি। মমৈথংদা থেংথবক্লবা মতমদা চা পাম্বী থাবকপদগী অসান অসি মক ওইবা প্রোভিন্স ওইরকখি, মতুম্ন চা পাম্বী থাক্নন অতুতদনি, অতৈ মফমশিংদি অতুমক নেক্রেক্ট লৌখি। চা পাম্বী থাবা অমস্লুং থারিবা মীশিং অতুগী অকোযবদা লৈরিবা মা-শিং অথন্ননা চীংগী লমশিংদা কাহেন্না অমাং অতা থোকহনখি। অসানগী অকোযবদা লৈরিবা চীংশিং অসিদা ট্রাইবেলশিংনা খুন্দা বমই। চীংগী লমদম অসিগী মতাংদা খংবা যাবা অমনা জিং দনববনা হাযবমই "চীংশিং অসি উজাওনা চঙংননা হৌই, নাকল অনিমক ফক্লাংদোনা চপই, মক ওইনা তনেম্বা মফমদগী খজিক খজিক ৱাংখংশিন্থনা অৱাংপাংনা চংলি। লমদম অসি পৃথিবীগী ওইনা নোং য়াম্না তাবা লম অমনি, লমদম অসিগী তুবেলশিং অসি এসিযাগী মন্নুংদা শিংথাবা হাবা তুরেল কয়া লৈ টিবেত্তগী, হেঁ ব-ক্রুনা অসানগী তম্পাক ফাওবগা বঙ্গোব সাগরদা ইতিনখি। মশোং নাইবা চীংশিং অসি উমংনা পুমযোম যোমই, লমদম অসিদা শর্মাজিরৈ ( ওর্কিট ) য়াম্না হোক, লৈবাক্তা লৈবা নাপী শিংবীদনা কাবফৈ য়াম্না লৈ। চীং অনেম্বা কযানা তম্পাক ফাওবা শন্দো-কই, মফমশিং অতুদা খুঙ্গং ওইনা খুন্দাই অমস্তুং মখোয়না লো উই। মখোয অসি ট্রাইবেলশিংগী লমনি। মখোয়শিং অসিবু অসানশিংনা ইনফ্লুরেন্স তৌই অমস্তুং ভারত অমদি নোংচুপকী য়ুম্বান কৈবান লৌই, মখোয় অসি থায়নদগী হৌনা ধর্ম্মগী মওংসি টিহেংকী ওইনা তৌই"।

ট্রাইবেলশিং অতুদি অকাস, মিকিব, মিসমি, অবোব, দফ্লা, নাগা, সিংফো, খমটি, লুসাই, খাসি, কুকি, চকমা, ত্রিপুর, জয়ন্তিয়া, মিবি অসিনচিংবশিং অসিনা মফম অতুগী মীওইশিংনি। ট্রাইবেলশিং অসিগী মনুংদা সব-ট্রাইব কয়ামকমস্ম লৈরি, ট্রাইবেল মশেন হাংন শুনবগী রাবি কয়ামশু লৈবি। ট্রাইবেল মশেন লাপ তৌনখিবসি যাম্না শাংই হায়না বেকোটতা লৈ।

মীওইবগী অহানবা মওং তানা লৈমিন্নবকখিবা ফুচপ অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ফেমিলি অমসুং ট্রাইবনি। অহানবদা ঈ মবিদগী হে তুনা পুনশিন্নবকখি। মখোয়না লুকপ নাইনা লৈমিন্নবকখি। মক ওইনা ইকোনোমিগী দিভম্না পুনশিনহললই। মসি মাখোয়গী ইকোনোমী ফগংনবা, লৌশিং তানশিন্নবা, অতৈবুস্ খংহন্নবা অমদি অনৌবা মীবোল যোকখংনবা তঙাযফদবনি।

অসিগুম্বা যুকপশিং অসিনা চা-খংলকপদা কাংলুপ কয়া কয়া মখোয়দগী অমুক খায়দোকখি। মবি থোক্লবা কাংলুপশিংনা ট্রাইবশিং শেম্লকই। ট্রাইব অমা হায়বসি মহৈশানা মী চাম্মা চাম্মা নত্রগা লিশিং লিশিংনা শাই। মখো না অখন্নবা মফমদা লৈ, অতুগা শা তান্নে। মখোয়না লোল অমতমক লোললি। কষ্টম, ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোন চপ মান্নে। অরাং নোংপোক লমদমসিদা তোঙান তোঙানবা ট্রাইবশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা নাৎ-চৎনবী, লোলনচিংবা কয়ামকম লৈ। লুসাই (মীজো) অসি নাগাশিংগা মান্নদে। লম খবদনা ইমুং অমনা মরু ওইবা শাখানি, মহু অরুনাচল প্রদেশকী মফমশিংদা লৈ, অতোপ্পা মফমশিংদনা খুঙ্গংনা শাখা শাই।

মীবোল মীরোল হৌখ্রগা মবিথোক্লবা ট্রাইবশিংনা তিন্নবা থু পু অমমম শেম্নবকই । মরু ওইনা ইকোনোমী অমসুং লাম্নীগী তংাফবক্রদনা পুনশিল্লকখিবনি অওগা মতাং অসি যেংবকপা ফাংবসি ঈ মবিনা মরু ওইবা নিপুন ওইবকপনি ।

ট্রাইবশিংনা পুনশিল্লকপসি তচৌবা ওর্গেনাইজেসন অমা ওই-রক্লবনি । অতুনা ঈ মবিদদা পুনবা, হিংনিন্নবা হায়বতু অমুক ওই-থোক্লকখিদ্রে । ঈ মবিগী রাংমদা ইকোনোমীগী পুল্লকপনা হেন-গৎলকখি । মতুগী মল ওইনা লৈযম নক্লবা হাযবসিনা তেন্না মরু ওইশিল্লকখি ।

অহানবদা মীওইবগী ফুংপ, অতুদগী ইমুং ওইবকই । ইমুংদগী পাকথোবক্তুনা ট্রাইব অমা ওইবকই, ভোঙান ভোঙানবা ইমুংশিং অমগা অমগা চান্নৌ নৌরৌনবক্তুনা ট্রাইবতা তিন্নখি । কার্ল মার্ক্সনা অসুম্না উৎলমই : "এদো যনা অসুম্না খনবা যাই মফম হোংহোংতুনা চৎপা অসি হিংননবগী অহানবা মওংনি, ট্রাইব হাযবসি অবেপ্লা মফম অমত্তদা খুন্দাদে, মফম অহুদা অফংবা পুম্নমক লোইনা শিজিন্নথোক্লগা অতুদগী অতোপ্পদা হোংনৈ । মীওইববু প্রকৃতিনা খুন্দাহল্লে, ( যোংশিংনা উ অমত্তদা হিংবগুমনা নৈহাংচেনবা এন-ভাইরোনমেন্টবু লৈরবদি হোংদে , নত্রগনি মথোয়না কোইচৎ চৎকনি লম্নক্কী শাওম্না ) । মরম অতুদগী ট্রাইবেল কম্যুনিতি অসিনা মশানা তানা পুল্লকপা ওইথোরকপনি"।

"লোলম্নু (মতম খরগী ওইনা) পুম্না শুমিন্নবা" হায়বসি হৌজিকসু অরাং-নোংপোক লমদমশিংদা তান্নিবা ট্রাইবেলগী লমদিংদা চৎনরি ।

অরুনাচল প্রদেশ অমদি মীজোরামগী মফম কয়াদা ঙসি ফাংবেদা ময়াযগী লম লৈনব্রি। লম অছু অপুনবা অমত্তা ওইবা সম্পাতি ওইনরি। মতুনা ঙসি সবকাবদা খুদোং থিহল্লিবা অমনা লায়বদা লৌমীশিংদা বেক্কী লোল পীবা ঙমদ্রি।

সোসিয়েল সাইন্সকী ছাত্রশিংদা মীওইবনা থবক্তা হিংই হায়বসি খংই। হিংলিসসিস্থ হুমিৎ খুদিংগী শুবা থবক, স্বর হোনবা, চিঙ্গাক থিবা, চংজফম থিবা, মুংশিবা অসিনচিংবনি। মসি মখোয়না প্রকৃতিদা তৌবা ডাক্তনি, মসিগীদমক্তা প্রকৃতিদগীস্থ লৌই (অমসুং জ্ঞান তানা প্রকৃতিবুস্থ হোংদোকই) মসি মখোয়গী হিংননবগীদমক্তনি। অস্থুম্না মীগী প্রকৃতিগা তকনবসি সমাজগী যাওন্নি। যাওন তত্তুবুস্থ পুথোকই। অসিগুম্বা থবক অসিনা অস্থুম অস্থুম ট্রাইবেলশিংবুস্থ শেমদোবকই। অস্থুম্না ট্রাইবেলশিংনা টেরিটোরি অমত্তদা মতম শাংনা লৈবকখি। চহি কয়া কোযকরবা মতুংদা মখোয়না লোল অমত্তা ওইনা ঙাংননবা তম্লকখি অমসুং মখোয় ময়ামগী ওইবা চংনবী কষ্টম লৈহল্লকখি। মরম পুম্নমক অসিনা ফুরুপ অচৌবা অমগী অপুনবা ইতিহাসকী পনথুং লেপলকখি, অছুগা মখোযগী অমত্তা ওইবা মান্নবা রাখলগী মওং অমদি কলচর শেমগৎখি।

পুম্নমক অসিনা জাতিগী ওইবা ফুরুপ হায়বছু ওইরকখি। অসিগুম্বা জাতিগী ফুরুপশিং অসি থায়নগী এসিয়াগী ওইবা মীনাই লোইবা অমদি লৌয়াম চাবগী সমাজশিংদা পোক্লকখি।

জাতিগী ফুরুপশিং অসি মরা চেত্তবা কাংলুপ অমা ওইরমই।

অদুনা মমাংদগী কাংলুপ কযা কায়নখি, অদুগা অতৈনা মপুংফাবা জাতি ওইনা চাওখৎলকখি।

অদুনা নেসনেল গ্রুপশিং অসিনা মরা চেংশিল্লকপা অমস্তুং ম ং তাবা মপুং ফাবকপা জাতি ওইরকপা হায়বদু কেপিটেলিজম পোক্লকপগা মরি লৈনৈ। লমদম অদুগী মীওইতগী ওইবা ঙমখে লৌখোক্লুনা কেপিটেলিজম্না জাতিগী ওইবা কৈথেল অমা শেম্লকই, মদুনা জাতিগী কাংলুপ নত্রগা ফুরুপ কযাবু শেন থুমগী মরিদা পুনশিল্লকই। মদুগী ফল ওইনা লম অমগা লম অমগা পুনশিল্ল-কপদু শেন থুমগী পুনশিল্লকপনা হেন্না মপাঙ্গল কনখৎহল্লকই। মদুনা অপুনবা অমত্তা ওইবগী জাতিগী কলচব, জাতিগী সাইকো-লোজি অমস্তুং মরৈবাক নিংবগী মশা কথোকপগী রাখল্লোল হেন-গৎহল্লি। জাতিগী কাংলুপ অমা মান্নদনা জাতি অমা হায়বসিদি মরা চেংলবা মীওইবগী ফুকপ অমনি, মদুগী তচেংপা লিপুন অদুদি শেনথুমগী, লৈবাক্কী, লোলগী, কলচব অমস্তুং সাইকোলোজি অসি-নচিংবা অসিনি।

ঐখোয়না অহানবমক্তদা উবা ফংই লৈবাক অসিবু লোই-চল্লম্বা বৃটিশশিংনা ভারতকী যাওন অমদি লমদম অসিগী প্রকৃতি পুম্নমকপু মওংথিহললমই, অদুগা অরাং নোংপোক লমদম অসিগী প্রকৃতি য়াওনবুস্নু বৃটিশ লোয়লম মপুশিংনা থুগায়রমই। অমেরি-কানা রেড ইন্দিয়াবু অয়োনপোৎদোনা তৌখিবদুমক ভারতকী অরাং-নোংপোক লমদমগী ট্রাইবেলশিংবুস্নু মাংহললকখি, মরম অদুনা মীরৈবাক্কী মীতোপশিং সাসন তৌরকপবু মায়োক্লবা তাখি।

লোইলম মপুশিংনা থুগাযখি। পবিং অছু মহৌশা ওইনা মথন্তা চাওখংলকপা, ওললকপা ডমখিদে, মখোযগী হান্নগী থাক অছুদা অতুমক থম্বীখি, মশিংস্ন হন্থহনখি, হাংখি অমস্নং চেলহনখি।

চহি চা ক্যাগী মমাংদা খুন্দায পাওহনা প্রজা মীযাম্বু পাক-তক্লা হাংখিবসি আনেবিকানা অহানবা লৈবাক্কি পৃথিবীগী মনুংবা ওসি ফাওবদা নোংচুপ লৈবাক্তা লৈবা রেড ইন্দিযাগী অভাংশিং অসি লমলক্কী শাদৌনা সিকাব তৌবিবি। শোক ১৭৬৩ ইংদা ইউবোপকী খুন্দাবা চংপশিংনা অব্রাং অমেবিকাদা লৈরম্বা পুক-চেল ফজবা বেড ইন্দিযাশিংদা কম্বল যাম্না যেনশমই, কম্বল অছু লাইথোকপা (মোল পোক্স) না নাবা মীওইশিংদগী লৌবকপা অপাংপগী মকু, নাই কযা ফিশিং অহুদা তৈশিনলি। মবুক চম জবা রেড ইন্দিযানশিংনা খংজদবনা ফিশিং অছু হবাও হরাও লে-বগা খুন্দাবা লাকপশিং অতুবু খুন্দা লৈতা হনখি অমদি দরকার ওইবা মতেং পুন্নমক পীখি অহুগা বেড ইন্দিয়ানশিংনা লাইনা অছু পক্লকুনা শিখি।

লাইবক থিবিবদি আমেরিকানশিংনা রেড ইন্দিয়ানবু লা-ন্নখিবা অছুগা মান্নদবা মওংদা অব্রাং নোংপোক লমদম অসিগী ট্রাই-বেলশিংদা চথখি। অব্রাং নোংপোক লমদম অসিগী ট্রাইবেল শিংদি বৃটিশ লাকপদগী থাজদবা অমত্নং য়েংথিবা হৌখি। খুং-থোক্লখি, মখোযবু য়ান্নাস্ন হাংখি' অতুবু পুন্নপ হাংপা অমদি মুথংপদি শুমখিদে। বৃটিশনা ইহান হান্না য়েংখিথিবা অব্রাং নোং

পোক্কী ট্রাইবেলশিংদি জয়ান্তিয়াশিংনি। মথোয়গী ন। অদি বৃটিশিংনা শোক ১৭৭৪ দা লৌশিনখি। অতুগা ১৮ শুমা শাতাব্দী লোয়রকপদা কাছার লৌশিনখি।

বুর্মানা লান্দারুবদগী আসামদা অহোংবা অমা লাকখি। লাল অসি লাকপগী ফল ওইনা আসামগী মপাঙ্গল গোস্থহনখি। অতুদগী লাল হৌরকুনা য়ান্দাবোদা সন্ধি তৌখি। শোক ১৮৭৪ দা অসাম প্রোভিন্স শেমখি অমসুং বেঙ্গলগী লিউটেনেন্ট গভর্নরনা য়েং-শিনবগী থবক পুখি। নৌনা শেম্নকপা প্রোভিন্স অসিগী মকোক ওইনা "চিফ কোম্মিসনর"না পুখি। শোক ১৯০৫দা লোর্ড কার্জোন্না নোংপোক বেঙ্গলগী ডিষ্ট্রিক্টকা অসামগা পুনশিল্লুই অমসুং অনৌবা প্রোভিন্স অমা নোংপোক বেঙ্গল অমসুং অসাম হায়না মমিং থোনখি, তৌইগুম্বসুং শোক ১৯১২দা অমুক খায়-দোক্লুনা অসামগী লম মথৈ হান্নগী অসাম প্রোভিন্সতা অমুক তিন্নখি। শোক ১৯২১দা ভারত সরকারগী এক্ট ১৯১৯গী মতুং ইন্না অসাম প্রোভিন্স অসি গোভর্নর অমগী মখাদা লৈবা প্রোভিন্স ওইহনখি। ( অসাম হাধবা য়াহৈ অসি "আ-সাম-আ" 'প্যার্লেস' 'অনইকুয়েল' হায়বনি হায়না মীয়াম্না থংনৈ অতুগা অহোম হায়-বাসমু অসাম হায়বগা চপ মান্নৈ )।

শোক ১৮৫৭-৫৮ ইংনা শোক্লখিবা অহানবা ভারতকী নিঙতম লাল অতু মায়থিরবদা ভারত অসি ই. ইন্দিয়া কম্পানিগী মখুত্তগী বৃটিশ সরকারনা লৌশিনখি। লাল অতুবু মীয়াম্না সিক্কাই লালহৌ হায়না থংনৈ। মতুদগী হৌরতুনা বৃটিশনা রাজনিতি অমদি

ইকোনোমিগী অঙং-অনৈ কনখৎলক্রে। মতাং অসিদনি অসামদা চা পাম্বী থাবা হৌখিবা, মসিনা অরাং-নোংপোকী ট্রাইবেল-প্র-জাশিংদদি য়াম্না শাথিনা শোকহনখি।

চীংমীশিংগী ইকোনোমিক পুন্সি অসিদি তম্পাকী মীওইদগী ইতোপ তোপই। লৈউ পথাপ অসিনস্থু ইতোপ তোপই হায়বা উংলি। চীংগী ইকোনোমীদি লৌউবনা খ্বায়দগী মরু ওই। চীংগী লৌউ পথাপ অসি থায়নগী লৈউ ঝুম (পামলৌ) হায়না খংনৈ। মফম হোং হোংহনা লৌ উনৈ। উমং কযা য়ানখৎলগা মৈ থাদোক্তুনা লৌ উই। মৈ থাদোকখ্রবা মতুংদা ফৌ হুল্লগা মতম খব থমই। নোং মবাং কায়না তারগা মরু মবাং হৌরকই অমস্থুং মতম চানা থাওই। মথংগী চহিদস্থু মফম অতোপ্পা অমদা অহুমক চথৈ। পথাপ অসিনা লমদম অসিদা শাংনা চথরক্পনা মাংজবা কযা লৈ। ট্রাইবেলশিংগী লমদা লম্নায়গী লম লৈন্দ-বসিনা চাওখৎপা ঙমদবগী মচাক অমনি।

চীংমীশিংনা মখোয়গী ইকোনোমি ফগৎনবা শা-তানবা, ঙা ফাবা, ববব মহি শুংবা, শামু ফাবনচিংবা চিংখোং চীংযাদা তৌনৈ। বৃটিশনা লমশিং অসি হেক পাযশিনখিবদগীদি ট্রাইবেলশিংদি চংবা ঙমখিদ্রে, মরমদি লমশিং অহুদা চা পাম্বী থাবা, বৃটিশশিংনা মখোয়গী তিস্বরগীদমক্তা উযোক থমখিবদগীনি। নৎলমজ্রবদি চীং-মীশিংনা হোং হোংহনা লৌ উজবহু তোকচবা ঙম্নমগদবনি। অমদি মফম অহুদা খুন্দাজবা ঙম্নমগদবনি। চাওখৎপা হায়বসি প্রকৃ-তিদগী মীবু হেন্না নাম্বোকহল্লগনি। অরাং নোংপোকী লমদমদদি

বৃটিশনা ননশিনবিরকখিবা নিয়ম কায়না মথং মথং ট্রাইবেলশিংনা চাওখৎচরক্কদবা কথা বৃটিশনা থিংজিনবিরকখি অদুনা মীহৌরোলগী থাক্তা লৈরম্বা পুন্সি, শিনফম, খুৎজু-খুলায়গা কোন্না অতুমক ছিংবা তাখি। মদুগী ফলদি প্রকৃতিগী য়াওনশিংবু ওন্না-তৈনমবা অমদি থুগাৎবদগী থোকখিবনি। অদুগা বৃটিশকী শাজং অদুদা থাংবা ভন্নকত্রদুনা শিবা-নাবা খংদনা লাল হৈরক্লগা বৃটিশনা মখোয়গী মখুল' ময়ুম মকৈ লোইনা মৈ থাদোকখী, অদুগা মীমু পাক্তক্লা হাত্তোকই। লমদম অসিদা বৃটিশনা পান্নকপদা শোক ১৮২৭তগী ১৯৪২ ফাওবগী ইতিহাস অসি তেথবা নাইত্রবা অমদি ফোংনা শাহিং ঙাহিং চাবগী শাজং চংপগী ইতিহাসনি, বৃটিশনা শাথিনা লাক্লখিবশিং অসি অবোব, মিবি, মিশমি, দফলা নাগা, লুসাই, খাসি, জয়ন্তিয়া অসিনচিংবা অরাং নোংপোক লমদমগী ট্রাইবেলশিং অসিবুনি। অদুবু জাপান্না লান্দাবকপ মতমদদি মখোযগী সত্রাজ্যদা অকিবা পীবক্লবনিনা ট্রাইবেলশিংগী মতেং তঙায়ফরকত্রবদা বৃটিশশিং অদু ট্রাইবেলশিংদা রাশক কয়া তৌদুনা তেথবা তাখি। অদুবু অরোযবদা রাশকশিং অসি মৌনম্বা ওইরমই, মখোয়গী চৎনবী বিস্বাসঘাতকী শাজং অতুমক চংখি।

রাশক ঙাক্তবা হাযবসি বৃটিশকীদি জাপান লাল অসিদমু নত্তে অসিগুম্বসি অনৌবমু নত্তে। শোক ১৮৫৭কী সিফাই লালহৌগী মতাংদমুনি। চহি অদুগী নবেম্বর থাদা ৩৪শুবা নোটিভ ইনফেন্ত্রি বাটালিযন অমা চিতাগোংদগী লাল হৌরকখি মখোয়সি কাছারগী খা থংবা মাযকৈ ফাওদুনা মনিপুর য়োনবা চৎলকখি।

মখোয়বু মায়থিবা পীনবা হোংনবদা বৃটিশশিংনা কুকি স্কাউট-শিংগী মতেং লৌখি । কুকিশিং অদুদা মখো না হেক পামগদবা মতেং পুম্নমক পীগনি হায়না রাশকখি, অদুগা মমৈথংদা নমথাক তৌবিখি, অদুনা কুকিশিংনা অমুক লাল হৌরকখি, অদুবু অরাং নোংপোক লমদমদা বৃটিশ সম্রাজ্যগী মহৌশাগী নমথাক অদুমক চথখি । মথল মথাগী খাজনা নমশিনখি অসিগুম্বা পোৎলুম অসিবু খাংবা ঙম্লক্রদুনা অরাং নোংপোক লমদমগী ট্রাইবেলশিংনা লাল হৌখি, অদুবু বৃটিশশিংনা মখোবগী মাঘোক্তা হৌরকইবা লাল অমমম মথং মথং নমথখি অরোয়বদা ট্রাইবেলশিংদি ঈথেং তাননবতা হৌবা ইহৌ ওইদুনা তোকখি । বৃটিশকী লমচত্তি মখোয়গী ইকোনোমীগী দরকার লৈবদু লেপ্পনি, প্রজা য়োকপা নত্রগা য়োক্তবগী মরি লৈনদে । ট্রাইবেল শিংগী ইকোনোমী কাংখোং চাইহনবা অসিনি, অদুফাওবদা বৃটিশনা মথল কথাগী খাজনা নমশিল্লকখি, খাজনাগী পোৎলুম খাংবা ঙমদবদগী অরাং নোংপোকী ট্রাইবেলশিংনা লাল হৌখি অদুবু লালহৌ খুদিংমক ঈথেং মরক্তা লোইশিনবনি ।

অরাং-নোংপোক লমদম অসিদগী বৃটিশ সত্রাজ্যগী শেল থুম খোমগৎখিবসি যুমথোং খাজনা লমগী খাজনা, ইনকম টেক্স, খনিদা থবক তৌবগী টেক্স, উমংগী পোথোক্কী মাশুল, শামু লোয়বগীসু খাজনা চা পান্বী থাবগীসু খাজনা, হেকপগীসু খাজনা হায়রিবা মথলশিং অসি ট্রাইবেলশিংদগী খোমগৎলমই হায়না বেঙ্গলগী রিপোর্ট ১৯৭২-৭৩ দগী চাওরাকপা উবা ফংই ।

"লমদম অসিবা প্রকৃতিগী পোত্থোক য়াম্না ইনাক থুমি। লশিংগী পোত্থোকতগী প্রোলবসি শিংথানিঙায়নি হায়না লিউটেনেণ্ট গভর্নর-না দশি পীবা রইনা লশিং মযাম অমা মৈ থাখিবসি মুঙায়তবা রাক্ষম অমনি এখোয়না তনৌবা পোত্থোক অমা পুথোক্লবগী খুদোং চাবা অমনা চংগী লমশিংদগী টিম্বরশিং মগুল কৈ রবা কয়ামসু লৈবি, অত্থুগা সরকারনসু উমংগী পোত্থোক অসিদগী মতিক চাবা শেনফম ফংনবা থিজিনগনি। লমলকী শামু মবাং কায়না লৈরি মরু ওইবা মফম্না "খেদ্দা" হায়না থুনা থিজিনবিনবা খুদক্তা পায়খৎকদবনি।"

অসামদা চা থাগতা নত্তনা লাগি পাক চাওনা থাবক্লবদা মথক্কী খাজনাশিং অসি বৃটিশনা খেওইবিবক্তে। লশিংগী লৈবুক কয়া অমদি উমংগী পোত্থোক শামু বযাবু খেশাবিদবসি ট্রাইবেল-শিংগী ইকোনোমীদা শাথিনা শোকহল্লি। অত্থুগা ত্রাইবেল তারা খুঙ্গং কযাদা মখোয়গী চা থাবগী থবক পাকথোক চাওথোবকপনা ত্রাইবেলশিংবু কিহল্লি। মত্থুদগী খংনবা হৌবক্তুনা বৃটিশশিংনা লান্দানবগী মচাক ওইহল্লি। হেখিবা পাবা কয়াদগী এখোয়না উবা ফংই বৃটিশনা এ মডায়রে হায়দুনা বৃটিশ সরকারনা মফম অত্থুগী মীওইবু মখোয়গী পান্দী থরভগীদমক ঙাক শেনহল্লি। মবম অত্থুনা চা বগানশিং থুগায়নবা হোংনরকই মত্থুদা শাত্থুনা বৃটিশনা তুম্না হাংলি। চহি চামগী মতমদি চা থাবশিং অমসুং মহাজনশিং অসি বৃটি। ঙাক্কনা কনবনা ত্রাইবেলশিং মখোয়গী পুন্সিদগী হেন্না লুমখি।

চা থাক্করিবা বৃটিশ মহাজনশিং অত্থুসু মখোয়গী সরকারনা শৌগংলবনিনা লৌশিনবা যামবথৈ লৌশিন্নবা অমদি ত্রাইবেলশিংগী

লম পুম্নমক নমক্নদা খোপ্পচিন্নবা হেন্না চংশিনখি। ট্রাইবেল-শিংনা লমখোপচিল্লিবশিংবু থুগায়দনবা অথিংবা থম্বা অসিনি। পাওথুম ওইনা ট্রাইবেলশী খুন মৈ থাবা হাংপা খোংগ্রবশিং খোক্লকপা য়াদনবা অথিংবা থম্বা। অসিগুম্বা মীওং-মীনৈ অসি মথং মথং ওইনা ট্রাইবেলশিংগী লমশিং, খুঙ্গংশিং মৈ থাবা, হাংতোকপা অমসুং চৎথোক চংশিন থিংবা অসিনি। আবোরশিংগী খুঙ্গং অমদি লমপুম্নমক শোক ১৮৯৩ দগী শোক ১৯০০ ইং ফাওবা চহি তরেৎচুপ্পা চৎথোক চংশিন থিংখি। অমুম্না লুসাই, নাগা অমদি দফলাশিংগী মথক্তসু চথখি।

অসিগুম্বা বৃটিশকী এক্সনশিং অসিনা ট্রাইবেলশিং মশাগী লমদম থাদোক্লনা চেন্নখি, হান্না অসামীশিংদা তৌখিবগুম্না কাংখোং চাইহনখি।

বৃটিশ সম্রাজ্য অসিনা অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা থবক মথল অনি পাইখংখি "ইন্নর লাইন" অমসুং "সাপ্লা স" অসিনি, সিষ্টেম অসিনা মীশিং অহেনববু অপ্পর বুর্ম্মা রোমদা অম্বোক্লবা শিনবনি। "ইন্নর লাইন" অসিনা ট্রাইবেলশিংগী লমদা অনৌবা চাথাবশিং চংলক্তনবনি অহুগা অমনা চীংমী-শিংগী মরক্তা থিংননা পল শাগৎপনি। অথিংবা পল অসিনা ভারতকী মীয়ামদগী ট্রাইবেলশিংবু তোথায় ভাহন্নবা শিনবনি, মরমদি ভারত পুম্বা ওইনা বৃটিশ সম্রাজ্যগী ময়োক্তা পাক-শন্না হৌরকপা ইহোদা ট্রাইবেলশিং মরু ওইনা অরাং নোংপোক লমদমদা লৈবশিং ম্লাওহনখিদে। অমুম্না থাযদোরকপা অসিনা

অকোনবদা ভারতগী তোখায় তানবা ইয়াং অমা লাকহনখি, মসিনা অয়াং নোংপোক লমদম পুম্নমক্তা তোখায় তানিংবগী ইহৌ মায়োক্নরিবসি মখোয়না থম্মীরম্বা খুদোলনি।

অময়োমদা অতোপ্পা পথাপ অমনা লিয়ালনা কলকত্তাগা মণ্ডলেগী মরক্তা লম্বী-থোং ফাংনবা প্রসতাব তৌরকখি। লিয়ালগী মিংথেং:

"মণ্ডলে অসি চিত্তাগোংদগী মাইল ২৫০ তনি, বেল লম্বী লৈরবা মতুংদা কলকত্তাদগী পুং ২০ দগী ২২ মন্নদা য়ৌবা ঙমবগী লম্নেলনি। চিত্তাগোংদগী মণ্ডলে অমসুং অপ্পর বুর্মা ফাওবগী লম্বী শেমবদি সমুদ্র পান্নিংদবা অহেনবা মীশিং অসি রিফিউদি ওইনা অপ্পর বুর্মাদা থাজিনবা য়াবগনি, অতুংগা প্রোভিন্স অনিমক মতিকচাবা খুদোংচাবা ফংলগনি। অপ্পর বুর্মাগী লম্নোল ইতিকসু কলকত্তা অমসুং মণ্ডলে লম্বী ফাওববদি য়াম্না তোংজরগনি।

কলকত্তা অমসুং চিত্তাগোংগী মবক্তা বেব লম্বীসু শোক ১৮৯৩ তা পুমলোই লোইশিনখি।

ট্রাইবেলশিংগী লালহৌ অসি তোয়মনবনা মখোয়বু ইং থহনবা তোঙান তোঙানবা জিলাশিং শেম্নকখি। মতম অতুদা বৃটিশশিংনা শেমখিবশিং অতুদি লুসাইশিংগী জিলা, নাগাশিংগী জিলানচিংবসিনি। ডিষ্ট্রিক্টশিং অসি অসামদা গর্ভনরনা পাযবা প্রোভিন্স ওইত্রিফাওবা অসাম চিফমিনিষ্ট্রেগী মথাদা থমখিখি। অসুম্না গর্ভনর অমগী মখাদা লাকপদা ডিষ্ট্রিক্টশিং অসি ওম্ফো-

কপা মওং অমদা অমুক খায়দোকখি। মহুনা ট্রাইবেল মশেল তত্তনা খুংথোক্রবা মচাক ওইখি। অহুমা অরাং-নোংপোকী ট্রাইবেল মশেল অসি অমত্তা পুনবা য়াদবগীখে লৈহৌই, অহুগা অমরোমদনা ভারতকী লম অতৈদগীমু তোথায় ভাহৌই। বৃটিশ গোইলমগী লৈঙাকপশিংনা 'খায়দোকুম্না শাসন তৌবা' হায়বহ অমুকসু লমদম অসিদা ময়েক শেংনা উংলি।

ট্রাইবেলশিংগী অরাবশিংসি অসিতনসু অয়োয়বা নত্তে। অহানবদা চা থাবশিংনা ট্রাইবেলশিং অসিবু কুলি ওইনা শিজিন্নখি। ট্রাইবেল লেবরশিং অসিনা চা বাগানগী মহাজনশিংগী মায়োক্তা লাল হৌরকখি। লাল অসি হৌরকপগী মরুদি চা থাবা মহাজনশিংনা খুংগুমন পীবিদবদগী হৌখিবনি। বৃটিশ অথো বিটিশিংনা ট্রাইবেলশিংবু লেবর ওইহনবদগী তোকখ্রো হায়না চা থাবা মহাজনশিংবু থিংবিবগী মহুত্তা ট্রাইবেলশিংগী অরাবহ উয় বসু থৌ-রা ওইনা লৌবিদে। অরাং নোংপোকী মীওই অমদি আসামগী মী নত্তবা লৌশিনখি, মরু ওইনা বিহার অমসুং বেঙ্গলগী ট্রাইবেলশিংনি।

মশিনা আসামদা মীতোপ হেন্না পৃশিল্লকপগী রাথোক ওইরকখি, আসাম চা বাগানগী লেবর লৌরকপদগী অকোনবদা আসামদা "মীতোপ ভাহোকপগী ইছৌ" অমা লাকুনা আসাম বৈ হৌহনখিবনি।

নাগা হিল দিষ্ট্রিক্ট অসি শোক ১৮৮১ ইংদা শেমখিবনি, মহু শেমজি মমাংদা বৃটিশ কথোরিটিশিংনা মশিং কল্লবমখৈ

নাগাশিংগী মংতা লাক তৌবা তাখি। বৃটিশ লাকাকপশিংনা তোয়না তোননা তাখোরকপকী য়ুম লৈতবা ওইহনা নাগাশিংনা কোয়চং চংতুনা খাংবা মতমদু লৈরমই। অদুগা মী তাত্রবা শা শিংনা থত্তবা উমং রামংদা কাংপোকশঙ শাগংতুনা লেলুবা তাখি। মদুগী ফলনা নাগাশিংনা মতম চাদনা শিবা হেক্কংলকখি। অদু না অথাং কনবা নাগাশিংবু পুম্নুং মুথংনবা ওমখিদবনি। অদুবু বৃটিশনা নাগাশিংবু পুমলোয় লোযশিননবা তৌবা য়াবমখৈদি তৌ খি। কোলোসেল যহনষ্টোনগী ওবজার্ভেসনদগীসু অশেংবা শকুম উবা ফংই।

কয়ারক হন্না নাগাশিংবু দণ্ডি পীবগী খোংচং কয়া চংখিবা অদুনা ট্রাইব কযাবু মথং মথং নমথতুনা বৃটিশকী মখা পোলহন-খি। মখোয় অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদি, আও, অঙ্গামী, কো নিয়াক সেমা অমসুং অতৈ কয়ামরমনি। মমৈদা নাগা পুম্নমক-পু খুংলায় থাদোকহন্নবা বৃটিশশিংনা থবক পায়খংখি, অহানবদি নাগাশিং অসি খুংলায় মতিক চানা অমদি মরাং কায়না লৈ-রমই।

মথংদা নাগাশিংবু মচোয় মচোয় তাহন্নবা হোৎনখি। মতুম তৌরগা নাগাশিংনা মশাগী লমদা পুন্না অমত্তা ওইনা থক লৈ-তনবা শিল্লকখি। অসিগুম্না থৌশিল অসিনা নাগাশিংবু মপা-ঙল শোন্নহনবনি, মসিনা নাগা অমদি অতৈ ট্রাইবশিংগী মরক্তা থংন-চৈনবগী হোরককম ওইহনখি। ঐখোয়না উবা ফংহ মদু দি ডসি. লৈরিবা নাগাশিং অসি- মনিপুরদা লৈরিবা নাগাশিংনা

অতৈগা শুকয়া য়ানদে, অদুগা আসামগী সিবসগরদা লৈরিবা নাগা শিংগসু অমগা অমগা য়ানদে ।

এন্টি-বৃটিশ ওইবগী রাখলদি তোঙান তোঙানবা যুক্তপকী ট্রাইবেল পুন্নমকনা অদুমক লৌথোকখি । নাগা অমসুং মনিপুরী শিংগী মরক্তা থায়নদগী যেংথিনদুনা লাকপন্থু কাওনবকখি । গোক ১৮৯১ ইংদা মনিপুরিশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তা লান হৌরকপদা নাগাশিংনা হরাওনা খুশন্নখি । নাগা অমসুং মনিপুরী অনিনা পুন্নকপগী কিনিঙায় ওইবরা শক্তি অদু মাংথিবা পীননবা বৃটিশ-শিংনা সিখ রেজিমেন্ট অমসুং গুরখা রেজিমেন্টশিংগী মতেং লৌখি । মনিপুরবুদি দণ্ড ওইনা বৃটিশশিংনা মথোয়গী লমদমনি হায়না লৈজরম্বা লম অদু বুর্মাদা পীখোকখি ।

অরাং-নোংপোক্কী ট্রাইবেল লম পুন্নমক লৌশিনবা লোরগা মতুংদা ট্রাইবেল সমাজ অদুবু চাওখৎহনবা অন্নক্ত যারেরোই দবা মওংদা বৃটিশনা থবক লৌখৎখি । ট্রাইবেল প্রজাশিংগী ইকোনোমী ফগ-নবা থবক অমত্তা পাংখৎলিদে, পোথোক পুথোক্লবগী শক্তিগা নরী লৈনবা পুন্নমক নমথখি । লৈবাক মসুংগী সাসনদগী আসামগী চৌধুরীশিংবু শিজিন্নখিবা পথাপকা চপমান্না ট্রাইবেল লুচিংবশিং অদুগী ফিভম হেন্না কনখৎহনখি । অসাম অমদি বেঙ্গলগা খাজনা খোমহনবা অমদি লৈয়াম চাবগী পথাপ অদুমক ট্রাইবেল লুচিংবশিংগী মরক্তসু ট্রাইবেল চিফশিংনা মীচম ট্রাইবেলশিংগী পুন্সিগা হিরম থুর্দিংদা মকোক থোংহনখি । মহু

না ট্রাইবেলশিংগী পুন্সিদা গন্ত্রত্রিক ওইবা ইহৌ অমত্তা লাক-খিদে।

পথাপশিং অসিনা ত্রাইবেল পুন্নমকপু ভাবত নিংখা তম্বগী ইহৌদা ে‌েথিনহন্ননবা অরাং নোংপোক লমদম অসিবু বৃটিশকী সম্রাজ্যগী মন্নুংচনহন্ননবা হায়বদি বৃটিশকী ইথং অমা ওইহন্নবা অমদি মখোয়না শুপ্পা ঙন্ননবা শিনখি, মতুনা ভাবতকী নাকথং-দা যুতুনা লৈবা তিঙ্খং অমা ওইহনখি। তত্তায়ফরক্রবদি চিনা নত্রগা অনিমকপুন্ন খু লা, ওইনা শিজিন্নরগা ভারত্তা খুদোং থি হন্নবস্থ শিল্লমই। মতুগী শাংলবা মিংরেংদা বুর্ম্মা অমদি চিনা (তি-বেত) গা ভাবতকী সিমনা অসি মরেক শেংনা চপচানা য়াং-থোকলমদে।

নিংতম্নবা ভাবতনা হেক মনিংতম্বা গুমিত্তগী হুকচাং শোকনিং ঙায় ওইরবা ফংত্রবা ময়াম অমা বৃটিশনা থম্বীরম্বদগী পোংলুম ওইহুনা লাক্লবনি। অতুগা ঙসিফাওবদস্থ অমত্তা লোয়শিনবা ঙমদনা লৈবি।

## NOTES AND REFERENCES


1 Dr. R.M. Lahiri: The Annexation of Assam Calcutta, 1975. P1

2 D P. Chaudury quotes in The North-East Frontier of India, Calcutta, 1978. P 102

3. Liut. Rutherford: Accunts: as quoted in the Annexation of Assam. Calcutta, 1975, P 1.

4. idid P 20.

5 idid P 26

6. Minutes on the Treaty of Yandabo, as quoted by Dr. R M. Lahiri P 42

7 ibid P 43.

8 ibid P 74

9. ibid. P 156

10. C. H. Philips The East India Company. London, P 297

11. Dr. R M Lahiri: The Annexation of Assam P 201

12 ibid. P 231

13 G. Dunbar: Other Men's Lives, London, 1938, PP 230-231

14. Karl Marx: Pre Capitalist-Economic Formations. New York, 1977. P 68.

15. E. J. Hobsbawm: Introduction in Pre-Capitalist Economic Formations, P 12

16. Fundamentals of Marxist-Leninist— Theory Moscow, 1982.

17. Prof. N.N. Raina; Link New Delhi, October 17, 1982.

18. A. Mackenzie : History of the Relations of the Government with the Hill Tribes of the North East Frontier of Bengal. Calcutta, 1884. P 2

19. B. C Chakravorty qnotes in British Relatians with the Hill Tribes. Calcutta, 1981 P 36.

20 ibid. P 79

21 ibid P 100



**মরিগুবা তাঙ্কক**

# অরাং-নোংপোক বৃটিশকী পোলিসি

অসাম অমস্তুং থংনবদা লৈরিবা লৈবাকশিং খোপচিনবা হেক লোযবগা বৃটিশনা অরাং নোংপোক লমদমগী য়েংখিনরবা ট্রাইবেলশিংগী সমস্যা মায়োক্নরমই। অদুবু রাফম অদু বৃটিশনদি মযম অদুগী রাথোক ওইনা লৌবমই, হায়বদি মহুদা অন্তরজাতিগী ওইনা খুংথিংজিনবগী রাফম য়াওদে অসিনি। ঙন্নিশুৈগী মতমদা বুর্মানা লান্দারক্কদরা হাযবগী অকিবা লৈরমই, অদুবু পুম্নমক অদু বৃটিশনা বুর্মা লৌশিনবদা লোইশিনখ্রে, অদুনা বৃটিশনা অরাং-নোংপোক লমদম অসি মীরৈবাক্কী শক্তিনা বিহল্লক্রবা মথম্মি হায়না লৌরমই। মতম কুইনগী ওইনা থম্নমই। অদুনা লমদম অসিগী তুংকোয়নগী ওইগদবা পোলিসি অমত্তা অরাং-নোংপোক অসিদা থম্নমদে। ট্রাইবেল য়েংথিনবস্থু থাংশিল্লমই, অমসুং ট্রাইবেলশিংগী লম মফম খুদিংদা আউটো ক্রেটিক্কী অনৌবা মওং অমস্থু হৌদোক্লমই।

উত্তিম্বর অমসুং ররর লক্লোলবা বৃটিশ কম্পাশিং ফাওবনা বৃটিশ পোলিসিবু হুমহুনা পুবা ঙমখিদে, পোলিসি অসিবু "খুং

থিংজিন্দবা' হায়না কৌনৈ। মতম খর লৈরগা অহোংবা অমখক্তং লাকখিবা হায়ববু ট্রাইবেলগা ট্রাইবেল নত্তবগা মরি লৈনবা য়ারোয হায়না চংশিল্লকখিবত্রনি। অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা বৃটিশকী পোলিসি অসি তশেংনা হকথেংননা চংলক্লবনি হায়না ময়েক শেংনা উরে। ট্রাইবেল প্রজাশিংবু ভারতকী অতৈ জাতিশিংগা শম্নর-শ্নদগী তোথায় তাহন্ননবা অমদি ভাবতকী মীযামগী ওইবা অপুনবা পান্দগী থাযদোক্লবা শিল্লকখি। তুংগী চাওথৎকদবা পোলিসি বৃটিশনা লৌখৎলমদবা অত্তগা অরাং-নোংচুপলোমগীনা থবক কন্না লৌ্ৎপসি আর্থ যাম্না লৈ, মরমদি অসাম অসি শোক ১৮২৬, অমসুং পঞ্জাবনা শোক ১৮৪৯ ইংদা লৌশিনখি। মথোযনা হাযখি তুংগী পোলিসি অমা লৌখৎপা অমদি লৌখত্তবা হাযবসি থংনরিবা মীরৈবাক্কী থৌইনশিন লৈরে অরাং-নোংপোক লমদমগীদি ধমকা পীরকপা লৈবাক অমত্তা লৈতে, চিনাগী মঙু নিংথৌস্নু যাম্না শোনবনিনা করিমত্তা তৌরোই, মরম অত্তনা অরাং নোংপোক লমদমসি যাম্না শেমগৎ শাগৎলুদবস্নু য়াই অসিনি। অত্তগা অরাং নোংচুপ লোমগীদমক্তদি মযাইথংবা এসিযাগী শক্তী রুসিয়া অমসুং আফগানিষ্টান্না কিহল্লকপা অমা লৈ হাযবসিনা বৃটিশকী পোলিসী শেমখি। তশেংনমক বৃটিশনা রুসিয়াবু চিনাদগীস্নু হেন্না কিখি। অদুবু খ্বায়দগী মপুং ওইবা বৃটিশকী পোলিসি শেম্বগী মচাকতি ইকোনোমিগী ওইবা খুদোং চাবা য়েংগনি, লল্লোল ইতিকপু ফিরাল্না মতুং ইন্নি। "বৃটিশনা হেক হৌবদগী টিবেতকা লল্লোল ইতিকী মরি থমনিংখি। মরমদি লামাগা নল্লবনিনা খুংশা হৈবগী পোথোক

কযা ভাবত্তগী পুবক্লগা চিনা ফাওনা পুবকপদগীদি হেন্না হোংনা ফংহনবা ঊম্নগনি অদুগা খর হেন্না পোং ঙাক্কনু ফংবা ঊমগনি। চা অসিমক দার্জিলিংদগী থাদোক থাজিন তৌবা ঊম্নগনি, মমলসু তিবেত্তা চৎনব্রিবা অদুগী মবিথোকপগী অমদা অদুগা 'চিনাগী চাদগীসু মগুন্দা হেল্লি" মরম অদুনা তিবেতকা শন্নবা কযাবক হোংনখি। অদুবু চিনাসু লল্লোল ইতিক্তা তিবেত অসি চিনাদগী নাপ্পোকহন্নিংদে। অদুনা বৃটিশনা তিবেত্তা হায়-জিনখিদনবা অকাযবা যান্না পীরম্মী, তিবেত্তানশিংনা বৃটিশনা দার্জিলিংদগী চংলক্কবা হোংনবতু থিংলমই, অদুবু কাশমিব অমসুং পঞ্জাব ফাওবগা নমহনা চংখি।

ইতিহাস হঙ্গংনা য়েংলুবদা বৃটেন্না ময়াই থংবা এসিয়া অসিদা পাওশিল্লকপসি ১৯ শুবা শতাব্দী লোইবমদাইদা হেন্নং-লকখি। অদুনা ময়াইথংবা এসিয়াদগী করি তৌরকদগে হায়বসি কুপ্পা য়েংদবা য়াদে। এংলো রুসিয়ানগী মুকুবসিসু হেন্নংলক্লি, অদুগা অমবোমদনা চিনাগী রাজনিতিদা অকা অকুম তৌরক-পতুসু চেকশিন্দবা য়াদে মক ওইনা চিনাগা তিবেতকা লৈনব্রিবা ম'রি অসি য়ান্না চয়েংনরকই। মাপ্পল শুবা শতাব্দী কাওবদি তিবেত অসি চিনা, ইন্দিয়া, ময়াইথংবা এসিয়াগী লমশিংনা কিনবা অমা ওইরমই। তাং শ্যাগৈনা চিনাদা পানবফাওব্রা তিবেতকা চিনাগা অনিসি য়ান্না তিন্নরমই। টাং শ্যাগৈনা লৈখা তাখিবগা তিবেতসু হিমালয় চীংশাং ম.চম থুপ্লখি, অদুদগীদি অতুম থোক্লকখিদ্রে। চিনাদা মঙ্গোল শাগৈনা লৈখা ভারকপদা

মঞ্চুরিয়া দগী হৌরকপা মঞ্চু শাগৈনা অমুক চিনা জয় তৌখি। মঞ্চুশিংনা তরেৎশুবা দলায় লামা নিংথৌ হাপখি, তিবেত্তা চিনাগী সিফাই ত্রেঙ্গোল অমা অমদি চিনাগী মহুৎ শিনবা ওফিসার অনিগা থমখি। কোনথংদা পাল্লকপা মঞ্চুশিংনা মখোযনা হকথেংননা সাসন তৌদবা ট্রাইব অমসুং জতিশিং খায়াদাকখি। মহুবু মপানগী পথাপ ( আউটর ফ্রোন্টিযার সিষ্টেম ) হায়না খংনরমই। তিবেত অসি অসিগুম্বা পথাপ অসিগী মন্নুং চল্লি। আউটর মঙ্গোলিযা লাকশিন্নবা হোৎনব গুম্না তিনেতপুম্নু লাকশিন্নবা চিনানা মতম পুন্নমক্তা হোৎনরমই। হিরম অসিদা বৃটিশনা চিনাবু শোঁগৎখি।

নোংপোক লমদমদা চিনাবু অকনবা শক্তি অমনি হায়না বৃটিশনা য়াজখি। চিনাগী পাকচাওরবা লম্নোল ইতিকী কৈথেল, লাম্মীগী মিংচৎ, লংলবা অমসুং ফজরবা দরবার পুন্নমকসি খল্লুরগা তরানিপল শুবা অমসুং তরামাপল শুবা শতাব্দীদা বৃটিশকী হিমালয়ন পোলিসি লেপখি। অহুবু চিনা কৈথেলদং নত্তনা মিলিটেরীগী মিংচৎ অহু ফাগী ওইরমলে হায়বসু খংলকখি।

বৃটিশনা মখোযগী সম্রাজ্যগী অপাম্বহু চিনা য়ৌনা শন্দোক্লবা পাম্লমই অহুবু হন্দোকপা তারমই, মরমদি রুসিয়াবু কিবনা তুমিন লৈখি। অহুগা চিনাবু থেম্বদা থল্লায় য়াওখি বৃটেন্না সেন্ট্রেল এসিয়াগী লমশিংগা রুসিয়াগা মরি থাদংনবা হোৎনখি, মরমদি রুসিয়াবু কিবদগীনি। চিনাগা য়াননবা হোৎনরিবা পুন্নমক অহু রুসিযাগী মায়োক্তনি। হায়রিবা বৃটি-

উননিংলমই, অহুবু তিবেত্তানশিংনা গ্যারি অমত্তা প্রীয় যাবনা যা- দবদগী ওমখিত্রে। ফ্রান্সিসনা লাসমদা থুংখিরুবদি অমত্ত অহু য়াম্না থোওইবিত্রবা মগং অমদা লৈত্রে। ফ্রান্সিসনা কোম্না ইকখি "ঐখোয়না মাবু থেংনরুবহু বদি অমগী থাক্তি তিবেত্তানখিনা মডোগনা থারুকপা শেল অহু য়োহন্দযনা চাননরা কাওবা কোন্নমদে, অহুনা মহাক্না ঐখোয়গী শেল পুবা তাখি" মসিনা তাক্লিনদি চিনানা তিবেত্তা মখোয়গী কিভম কগংনবা করিস্ম তৌবা ওম্নমত্রে হায়- বদিনি মিসন অসি শোক ১৯০৪ দা চংখিবনি ।

তিবেতকী মবমদা কুপনা খংলবা চার্লস বেলনা হায়ঃ চিনানা মখোয়গী কিভম কগংনবা তিবেত্তা হোংনরকখিবহু ফ্রান্সিসনা চং- লুরবা মতুংদনি, মহুম বৃটিশ পোলিসিনি চিনাবু মপুং ওইনা কন্না যেংলিবা মলায় লামাগী শক্তি বৃটিশনা থুগায়থি । লেম্বনা হাযখি "ফ্রান্সিসনা লাসা চংলুবগী মযেক শেংলবা ফলদি চিনাগী অথোরিটি অমুক হন্সিন্নবা তিবেতপু ইহাং হাংনা হন্দোক্লমবনি"।

চনানা মখোয়গী শক্তি তিবেততা কৈদৌউদসু মপুংফাবা ওমখিত্রে, য়ংহসবাণ্ডগী মিসন অহু হনদোক্লবসু বৃটিশনা শুপনিংল- মবদি তাপ্পা লৈ । অহুবু ডিঃ পিঃ চৌধুরীনা হায়—য়ংহসবাণ্ড মিসন অহুদি রুশিয়াবু তিবেত চংহন্দনবনি, চিনাবু নত্তে। চিনানা তিবেততা থর কনথংপা হায়বসি বৃটিশনা যানিংখিদে, মহু রুশিয়ানা থুংখিনিকপা মাযোক্লনবনি । মরম অহনা শোক ১৯০৬ ইংদা এংলো-চাইনিস কনভেনসনদা চিনাতনা তিবেতকা পুনগদবনি অতৈ

শক্তি অমত্তনা তিবেত্তা খুদোং চাবা ফংনবগী অধিকারদা লৈরোই হায়না লৌনখি । অতুগা শোক ১৯০৭ ইংদা তেংনবিবা এগ্রিমেন্ট রুশিয়াগা ইংলেণ্ডগা অমুনশু হাপ্লিয়ানা করিগুম্বা কনমৈনা অমত্তা তিবেত্তা ফংবগী হক্ত য়াওহনখিদে । রুশিয়াগী মীহুৎ অমত্তা লাসাদা থম্বগী হক্শু য়াওহনখিদে । অতুগা তিবেতকী করিগুম্বা কারার চথনবা তারবশু চিনাগী মায়কৈবোমদগী ভোগদম্বমি হায়না য়ানখি ।

মতম অসি রুসিয়াদি জারগী যাম্না শোনবা মতমনি শোক ১৯০৫ দা জাপানগী লালদা তুবদা ঙায়রি । মরম অতুনা বৃট্রেনা হায়বা থুদিংমক যাবা তারমই । শোক ১৯০৫ অতুদা রুসতা রি- ভোলুসন হৌরকপতা ঙায়রি । মতুনা পুরকপা পাওজেল অতুদি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিদা যাম্না শেংনা ফাওনখি । অতুনা পাওজেল অতু ভারতকী অরাং-নোংপোক য়োদনবা মখোযনা কন্না থিংননবা হোৎনখি । বৃটিশনা কিবশু রুশিয়াতবুনি, অতুগা কসিয়ান রি- ভোলুসনগী রাখল্লোল অসি যৌরক্তনবা মতুগী মাযোক্তা লেপখি । অসিগুম্বা বৃটিশ পোলিসিদগী চিনানা লপাঙ্গল কনখৎনবা অমসু ওইখি । অতুদগী চিনানা মাগী লান্মী তেঙ্গোল তিবেত্তা থাজিল্ল- ক্তুনা মরায়বক থিরবা লৈবাক অতু শুপচিল্লক্লবা কন্না হোৎনখি । অমস্তুং য়ংহাসবাগু মিসননা তিবেত্তা ফাওজিন্নবা অমদি মখোয়না পায়শিন্নবা হোৎনখি ।

তিবেত্তদা চহি খরি তুপ্পা চিন্নাগা থেংনখি । অতুদু চিনানা শোক ১৯১০ ইংগী ফেব্রুয়ারি ১২ দা লাসা লৌশিনখি । দলাই

লামা ভারতা চেংজখুনা দার্জিলিংদা লৈখি। হিরমগী মতুংদা মিলাই লামা অমুক চৎলুই, মতুং তিবেতকী কল-পুনমক চিনানা লৌশিনখ্রে, অতৈদগী অমুক দার্জিলিংদা চেংজখুনা ব্রোটিশ ওসি-কাওবা মিলাই লামা ভারতা লৈরি।

বৃটিশকী পোলিসি অসিনা তিবেতনা মাগা মরি লৈনবা চিনা অমসুং রুসিয়াগী মরিদা খুদোংথিবা থোকহল্লি, মসিনা হি-মালয়দা তাবা লমশিংদা অমাং অতা য়াম্না থোকখি হৌজিক ফাওবদা। অরাং নোংপোক লমদম অসিদা তরাংবা ওসি যাংবদা লৈরি। মরু ৎইনা নেপাল, ভুতান অমসুং সিক্কিমগা লোয়নুনা চিনানা পুম্না শোক ১৯০৪-১৯০৬ অসিদা লৈতুনতুনা ভারতকী মাংলক্কা হো-নখি। লাসা লৌশিনবগা অসামগী অরাং ৎংবদা লৈরিবা ট্রাই-বেলশিংগী লমদা খুৎথিংজিনবা হৌরকখি। শোক ১৯১০ ইংগী মে থাদা মীজু মীস্মিগী চিফ অমনা রিপোর্ট অমা তৌরকি মতুদি তিবেতকী সুপা অনিথক চিনানা থাংতুনা হুকুম তৌরহে মতুদি তিবেতকী অসাম তাবা লম্বী অমা করকদবনি হায়রি। অমুকসু চহি অদুগী জুন থাদা মীজু মীস্মী অমনা রিপোর্ট তৌরকই লোহিত তম্পাক্তা চেন্নবা মেপাক তুংমনগী মনাক্তা চিনাগী ফিরাল য়ুংশিনখ্রে হায়রি। মিসমীগী লমদা তৌরকইবসিগা চপ মান্না অবর বুর্মাগী থমতি ট্রাইবকী এরিয়াদসু চিনাগী লাম্নী কাংলুপ অমা থারকই হায়না রিপোর্ট তৌরকখি। মসিনা তাকপদি ব্রহ্মপুত্র এরিয়াদা অরাং-নোংপোক অমসুং খা-নোংপোক মায়কৈ অনিমক্কী লম্পানবা হোংখ্রে হায়বা তাক্লি।

[illegible] চিনাগী এক্তিভিটি অসি [illegible] ১৯১১ [illegible] ভারতকী ট্রাইবেলশিংগী [illegible] অমুক চৎখি, পোয়রশিংগী মাখোকতা মখোয়না পায়শিনবা সরকারগী [illegible] চৎখি।

অহুতনস্থ অরোম্বা শাক্তি ওইহল্লি চিনাশিংনা মখোয়গী ফিরালশিং ডিত্রে অমদি লোহিত অমসুং ট্রাইবেলশিংগী লম কয়াদা য়ুংশিনখি, চিনাশিংনা মখোয়গী পাসপোর্ট ট্রাইবেলশিংদা পীখি, মখোয়না লমদম অহুগী প্রজাশিংবু "চিনাগী থুম চাও" হায়না নমখি। অসামগী তম্পাক য়ৌনিংচিত্তা পাসিঘাৎ অমসুং কাবাং খুল য়ৌনা হাইজিন্নমই, চিনাগী কাংবু খরদি তেজপুর মনাক ফাওবা য়ৌবমই।

চাইনিসশিংনা অসুক য়াম্না ট্রাইবেলশিং লমদা মখোয়গী এক্তিভিটি য়ৌশিল্লকপহু বৃটিশশিংনা খোইদোক্লা খাজরমদে, মতাং অসি য়ৌরকপদদি অসামগী তম্পাক অসি য়াম্না খুদোংথিনিংঙায় মওং অমদা লৈরমই, মরমদি বৃটিশশিংনা অরাং নোংপোক লমদমবু লায়খোকপহু খংদোক্লগা চিনানা হায়জিল্লকপনি। সিক্কিমগী পোলিটিকেল ওফিসার চার্লস বেলনা হায়খি "চাওখৎলবা মিলিটেরি শক্তি অমনা লান্দারকপদা অসায়্না মায়োক য়াবা ওমগনি হায়বসি কৈদোঙৈদসু খল্লখিদে, অহুগা লান্দারকপহু থিংননবা মিলিটেরি লায়োং প্রোভিন্স অসিদা ডিফেন্সকী থবক্তা ওর্গেনাইজেসন অমত্তা লৈরমদে, মতম কয়া চুপ্পা হায়রক্লবা ফাওবদা অরাং নোংচুপ য়ৌনা লান্দারকপদা থিংনবা শাক্তি অমদা থমগদবনি হায়বসি ফাওবা খবরদা [illegible]"।

"মরম অমুনা অকনবা পোলিসি অমগী ওভারসীয়রশিংগী বৃটিশ অফিসারশিংদা থেংনা খলেক্লি, অমুবু মহু মুদক্তা চাঁশিনবানি মনুতে ভাইসরোইহি লোর্ড হারদিঞ্জনা অসিগুম্বা পোলিসিমু পামখিদে চিনাগী ধমকা অসি অশেংবা নংতে হায়না মহাক্লা লৌখি। "চিনানবু লান্দাহন্নবদি অসামগী মনাক্তা থেংনরোই, চিনাগী তোর্বান্দা চংলগা থেংনগনি" হায়দুনা ভাক শেনবগী থবক্তা থাদগদবা শেনফম অদু মহাক্লা য়াখিদে। অদুগা অসাম অমসুং বেঙ্গলগী গভর্নরনদি চা বাগানদং কনবা পামখি। চহিদা পাউন্দ মিলিয়ন ৩০ আই লাক্লিবা ইউরোপকী মীওই চনি, ভারত মচা লাগ অমা হেন্না থবক শিজিন্নবিবা চা বাগানশিং অহু মাংখিবনা হেন্না লুরমই, অসামগী অকোযবদা লৈরিবা চীংগী লমদি মাংখিবদা করিসু কায়দে হায়না খন্নরমই। রাখল অসিনা লোর্ড হার্দিঞ্জবু ভাব তাহন্দুনা অসামগী সিমানাশিং ভাক্নবা খন্নহল্লখি। "অসামদা থাদরিবা ইউরোপকী শেলত্ত মাংদনবা অত্তগা ভারতকী অতৈ জিলাশিংদগী অসামদা লৈবিবা মীশিংদগী ইউরোপকী থুম্দাবিবা মীশিংনসু যাম্বা হেল্লি"।

মতম অত্তদা লমদম লত্নগী থবক পুম্নমক শকখংনবা তাখি, অমদি লমখৈ অত্তদা অনৌবা পোলিসি অমা য়াংথোকপা তারমই, মহুদি ""রাম্না থুনমক চিমাগা য়ামবা পুরকপা"। মহুসু ট্রাইবেল-শিংগীদমক্তা নত্তে, মখোয় বৃটিশশিংগী ইন্টরেষ্টওনি, পুম্নমক অসি "চিনাগী ভাব ভানবা" পুন্নমনি, অত্তগা অঙ্গরোজদনা রুশিয়াবু থিংদবা য়াদে মহু থিংবদা চিনা ওসি কান্নবা পর্বত অমা ওইগনি

চায়বগিদা চৈথাবশিংদা লমিংবা নাথরংগিনিদা থুদোহ চাদাবা মুক্ ভুয়া ভারত অমসুং চিনাগী মরক্তা অরাং-নোংপোক্ লমদম অমিদা লেপ্লকদবনি? চৌথিমমক চৈথিবশিংগি ঐখোয়না চপ চানা থংদে, হায়না বৃটিশনা লেপখি। মহুনা চিনাগা হেক খুং থোক্ত-নবা মপালথোংগী পল্লিং অমা শেম্লনবদি হাওরমই, মহুনা অরাং নোংপোক্কী লমদমবু তিবেটকী থায়দোকপনি অহুগা অতোপ্পা পো-লিসি অমনা মকুংগী ওইবা পল্লিং অমসু শেমহুনা তাইবেল নমশিংবু চাবক্কী থায়দোকপনি। মসিসি মখোয় বৃটিশকী পোলিসি অসি। পানগী পল্লিং অহুনা তাইবেলশিংগী লমু চীনাগী থায়দোকনি থংবমই। অহুগা চীনাগা কন্না য়ানন্দ্রিবা তিবেতপুনা চিনামক্তি মায়না হেক্তা লৌই মবমদি চীনাবু মপাঙ্গল কনস্লিংবগীনি অহুগা তিবেতকী লুচিংবশিংদি মখোয়গা য়ুমলোন্নবিবা তাইবেলশিংগী এলাকাদা ইক্তেবেন্ট অমৎতা লৌরমদে। অহুনা মপানগী পল্লিং মাযবা ভারনা শাজিন্দুনা অরাং-নোংপোক্তা থম্মুবা অহুগা মহুসু চীনাগা ভাব তানরগা হায়বসিনা শিল্লমইবদি চীনানা তাইবেল বিযাদা হেক্তা চংশিনবা য়ানবনি।

অহুগা ইতিহাসকী ওইবা রাযস্ম অমনা মমাংঙৈদা তাই-বলশিং অসি অসান্না মপু ওইবহু যানরমই। অহুবু দফলাশিংতদি থাবমদে। মসি মুগালগী ইতিহাসকার সিহাবুদ্দিন টালিসনা ১৭ শুবা শতাব্দীদা হায়খিবনি। অহুবা ভারতকা তাইবেলশিং অসিগা মপলৈ নৈদম্মানী রাযস্ম অমা বৃটিশনা পুশিল্লকইবসি অয়ানবনি।

বৃটিশকী চীনা পোলিসি অসি চীনাবু হেক্তা মপাঙ্গল কনখং-

নবা নিজিয়েক্তা ফুৰ্শিনা মোন্তমনা নকতনা অতৈ কনক কয়াদগী শন্নোয়রনা বার্তন তৌরমখি। চীনাগী য়ানবা মকতা মতাইগী লমশিং অহু মাক্তে তৌরবই, মসুলগী সেকমোহন লাইজন হায়বহু য়াংলকখি। মসিগী চীনাগী য়াবা ওইরমদে। অসুম্না ইয়ংহুসবেন-শিংগী দম অমন্থুং ওথৈ পুথোকপগা বৃটিশনা অতৈ মকক পাংখৎপা হৌরকখি। মহুগী মতুংদা জারগা তিবেত্ত লিমারা লেনখোকপনা মপুং ওইরমখই। চৈরক অসিদা তিবেত্ত অমসুং চীনাগী অহাংবা খর লাকখি। শোক ১৯১১ গী নাকেনথা য়োরকপদা মখু শাগৈ তুকলকপা রিভোলুসন অমা লাকখি, তিবেতসু লাল হৌরকখি। চীনাগী লাম্নীশিং অহু মরৈপাকলোমদা লোইনা তাখোকখি। শোক ১৯১২ দা দলাই লামাসু মরৈপাক্তা হলকুনা শাসনগী চুপাদি মপুং ফানা পায়খি। তরাহুমদোইশুবা দলাই লামা অসি মখু নিংথৌ-দা লয়াই ওইবা রাজভক্তি খর লৈজরমনি, অহুবু হৌজিক্তি মখু শাগৈ মুৎখিবগা লোয়ননা চপচানা মনিংতম্বমহু মপুক্রিংদা ফাওখি। অহুনা চীনাশিংদা হায়খি মহুদি "মখোয়দগী মহাক্না মিংথোল নত্রগা খুদোংচাবা অমত্তা দরকার ৎইত্রে" অসিনি।

তিবেত অসি চীনানা মকোক থোংই, মখোয়গী মথাদা লৈ হায়বা য়াও হায়বা য়াদবদগী থা খরদি ইয়াং কনখৎখি। মহুদা বৃটিশনা লৈবাক অনিমক্কী মীহুং কৌহুনা শোক ১৯১৩ ইংগী ওক্টোবর থাদা সিমলাদা পার্টি অহুমগী কনফেরেন্স কৌখি। মহু পৃথিবীগী অহানবা লাজাও থোক্লমদাইনি। অহুনা বৃটিশনসু লৈ-বাক অনিগী মকক্তা ইদাং লৈরিবহু খুদোংচাবা লোরা পাখি।

অনিমক্কী মরুপ্ শাজিন্নরগা রুসিয়ানা হাইজিল্লক্কনবা মবুক্লিংদা খল্লগা কনফেরেন্স অমুক্ন অহু কৌরুবনি। সিমলা কনফেরেন্স অহু থা ভারুক চত্থখি, অহুগা তিবেতকী ব্রাফম পুন্নমক খন্নখি। অহুবু মীল্লং অহুন্নক মত অমত্তা মাল্লখিদে। তিবেতনা চপচানা নিংতম্বা পামই, চীনানা মথোয়গী মখাদা থম্লিংই, অহুগা বৃটিশনা অনিমক্কী য়ানবা অমা পুরক্লিংই। মমৈথংদা বৃটিশনা তিবেতপু মমিংতবু ওই-রবস্থ চীনানা মকোক থোংই হাযবসি য়াহন্নবা থেমখি। শোক ১৯১৪ ইংগী এপ্রিল ২৭ তা লৈপাক অহুমগী কনফেরেন্স অমুক্তস্থ তৌখি, মহুদা তিবেতপু অনিথোকনা খাযদোকখি "আউটর" অমদি "ইন্নর" হায়না খাইদোকপনি।

আউটর তিবেতনা ভারতকী সিমানা পবিংগা তাইনখি, মহুদা লাসা, সিগাতসে, চমদোনচিংবা যাওখি। অহুগা ইন্নব তিবেতনা চীনাগা তাইনৈ, মহুদা নোংপোক থংবা চাওরবা তিবেতকী শরুক অমা য়াওখি। তিবেত অনিমক্কী মথক্তা অস্নপ্না মপু চীনানা ৎইবত্ত বৃটিশনা যাখি। চিনাগী লাম্মী অমস্থং সিভিল অফিসার অমত্তা তিবেত্তা থম্মোয হাযনা যানখি। অহুবু ইন্নব তিবেত্তদি চীনানা মাগী ব্রাশক ভাকখিদে। অস্নম ভৌহুনা বৃটিশনা পুথোকপা ফোর্ম্মুলানা ইন্নর তিবেত অসি চিনাগী মনুং চনবা শরুক অমা ওনখি। সিমলা কনফেরেন্স অহুনা আউটর তিবেতকা অব্রাং-নোংপোক ভারত্তা লৈনগদবা তাইনবা পরিংস্থ লেপখি। অহুবু মহু লেপনরক্কপদা চীনাদি চপচানা সহি তৌখিদে, আউটর তিবেতকা ইন্নর তিবেতকা অনিগী সিমানা পরিং লেপনবহু যাদে অহুগা

ভারতকা আউটর তিবেতকা খায়নরিবা পরিং অদু য়াই হায়না কোয়া বৃটেনদা হায়খি । মদু সিমলা কনফেরেন্স হেক লোয়বগা চীনানা ওয়-তৈনবা চাক্রা তৌবকখি । শোক ১৯৫৪ গী মতুংদদি চীনানা তিবেতপু লৌশিল্লবনিনা অরাং নোংপোক ভারতকী পাক চাওরবা লমফাওবা মখোযগী ওইগনি, মেক মোহোন লাইন হায-বসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিনা নমশিল্লম্বনি, চীনানা খক য়াখিদে হায়না লাওথোবকখি। শোক ১৯৬১ ইংদদি ভারত ফাওবা লান্দাবকখি, মদু মখোযগী দাবীশিং ঙসি ওকশিন্নবনি।

সিমলা কনফেরেন্সনা যানদুনা ভুতানগী নোংপোকতগী অসাম টিবেত চীনা, বর্মা শন্নবফাওবগী লাইন মাইল ৮৫০ হেন্না য়াং-থোকহৌই। অদুগা তিবেতকা ভারতকা লোন্নবা ঙমখৈদি যাং থোক্লখিদে অদুদস্ু নত্তনা ভারতকী লম কযা অমা তিবেৎতা পীখি, মরমদি মদু ভারতকী বৌদ্ধ লম্বোইবশিংনা লাইখুরুম্বা লাকই অদুগা হিন্দুগী টির্থ ওইবিরা মায়রাবারদি ভারততা পীখিদে টিবেত্তা পীথোকখি। অস্তুম্না হিন্দুগী অতৈ লাইফম কযাসু যাও-খি। অদুগা মেকমোহন লাইন হাযবদুদি ভারততা শোকপা পরিংনি, টিবেততা তোংজবা মদুনা চীনাদসু তোংজবনি । বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিগী পোলিসিনা ভারততদা মাংজহৌই, হৌজিক ফাও-বসু শোকই ( মেকমোহন লাইন হাযবসি সিমলা কনফরেন্সতা যাওবা বৃটিশকী মীহুং অমনি, মহাক্না ভাবনা শাক্তিন্দুনা বৃটিশকী পোলিসি কাযদনবা পুথোক্লম্বা লাইন অদুবুনি মেকমোহন লাইন হায়না খংনরিবসি )। ভারতকা টিবেতকগী ঙমখৈসি অমুক য়েংখিসি

কাশমিরগী অরাং-নোংপোক মতোন্দগী অসামগী অরাং-নোংপোক লমদমফাওবা ভারতকী অরাংদা টিবেতকা লৌন্নবসি মাইল চানি হেন্না শাংনা শন্দোক্লি। খ্বাংদগী নোংপোক থংবা শবকাদোইদা অরুনাচল প্রদেশ লৈবা (থাযনা নোর্থ ইষ্ট ফ্রোন্টিয়ার এজেন্সি নেফা), নোংচুপ্তা ভুতান, নেপাল অমসুং সিক্কিম লৈবাক হুম্‌ অসিনা পুন্না টিবেতকা লৌন্নবিবসি মাইল লিশিং অমনি। নোং-চুপ অমদি অরাংনোংচুপ থংবদা নেপালগা টিবেতকী ডনখৈগা থাই-নবদা ভারতকী উত্তর প্রদেশ, হিমাচল প্রদেশ অমসুং কাশ্মির অমদি লাদাক্ষ যাওনা শন্দোকলি।

চীংগী ষ্টেট অহুমসিগী মনুংদা ভুতান হায়বা অসিগদি যাম্না নগা মফম অমনি, পাক চাওবদা বর্গ মাইল ১৮০০০নি, মীশিংনা ৭০০,০০০ হেল্লি চীনানা নেপাল অমসুং সিক্কিমগুম্না ভুতানবুসু মাগী থদাং মথা থানা লৈগদবা লৈবাক্কি হায়না শক্তলা লৈবাক অমনি। ভুতানবু চীনাগী খা থংবা থোঙ্গালনি হায়না লৌজৈ। শেক ১৯০১ ইংদা বৃটিশকা ভুতানগা সন্ধি অমা তৌনহুনা ভুতানগী মপানগী থৌরম পুম্নমক বৃটিশনা পাযশিনখি। মহুগীদমক ভুতান্না চহিগী ওইনা শেল বৃটিশতা খাজনা পীখি। ভারতনা স্বাধিন্তা ফংলবদা ভারত সরকারনা ভুতানগা অনৌবা সন্ধি অমমুক তৌনখি, "মহুগী মখাদা ভারত সরকারগী পাওতাকনা মপান লৈবাকশিংগা মরি লৈনবগী মতাংদা লমজিং ওইহনা চঙ্গগনি" মহুগী মহুৎতা চহিগী শেনফম থর ভারততা পীগনি। সন্ধি অসি শোক ১৯৪৯ ইংগী আগষ্ট তাং ৮দা তৌনখিবনি।

সিক্কিম অসিনা তিবেত অমসুং ভারতকী মরক্তা লৈবা লম্বোংস ইতিদ্বী মক ওইবা লম্বীনি। শোক ১৯৫০ ইংদগী ডিসেম্বর তাং ৫ দা ভারত সরকারনা সিক্কিমগী অনৌবা সন্ধি অমা তৌনখি। মহুদগী সিক্কিমগী মপানগী থৌরম পুম্নমক ভারতনা পুবা তাখি, সিক্কিমগী ডাকশেন থৌরমসু পায়শিল্লে। সিক্কিমগী মফম পুম্নমক্তা ভারতকী সিফায় থমখ্রে, রেলরে, এরোড্রোম, অমদি অতৈ লম্বী থোংগী থবক পুম্নমকসু সিক্কিমদা ভারতনা শেমই।

শোক ১৯৭৩ ইংদগী মতুং তারকপদা সিক্কিমদা অচৌবা অহোংবা লাকখি। মীযামগী কল্লবা ইহৌ অমা লাকপদগী লৈবাক অসি ভারগা তিনশিনখি। শোক ১৯৭৫ ইংদগী হৌনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরকই। অহুবু চিনানদি মসি যাখিদে, হৌজিক ফাওবদা য়ানিংদ্রি।

নেপাল অসি হিলস ষ্টেট অহুমগী মনুংদা খ্বাংদগী চাওবা অমদি মক ওইবা ভারত অমসুং তিবেতকী মরক্তা লৈবা লৈবাক অমনি। প্রধান মন্ত্রি জবাহাযলাল নেহরুনা শোক ১৯৫০ ইংদা নেপালগী মরমদা পার্লিযামেন্টতা অসুম্না হায়খি "নিংশিংবা থোক্লবা মতমদগী হিমালযানা ঐখোয়গী ফজরবা পল অমা ওইরকই। তশেংবমক ম স লাম্হোকপা ওমদে হায়না লৌনরম্বা অহুমক্তি নত্তে, অহুবু হৌজিকসু লাম্হোকপা পাক হেক্ক য়াদবা অমা ওইনা কাম্নরি। হিমালয় অসি অয়াম্বনা নেপালগী অরাং থংবদা লৈ। নেপাল অসিনা ইন্দিয়া য়োশি-

ফকপদা মরু ওইবা পল অমা ওইরি” মর্মম অহুনা নেপাল মচুং ইংনা তপনা পানবা পামই, মহুম ত্তৌরবদি পল অসি শোষ্ঠ-হল্লোয় অমদি লাম্থোক্লক্লোই, মহুনা শোষ্ঠবদি ঐখোয়গী লৈবাক্তা খুদোংখিবা ওইগনি।”

শোক ১৯৫৪ ইংদা অমুক হন্না নৈহরুনা নেপালগী মর্মদা পলখিঃ „মখোয়গী নিংখা তমজবদা কনানম্ব থুংখিংজিনলোইদবনি মখোয়গী নিংখা তম্ববু শোগৎকদবনি” ।

শোক ১৯২৩ ইংদা নেপাল অসি নিংথৌ পানবা নিংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা ব্রটেন্না শকথংশি, শোক ১৯৫০ দা নেপালগা তৌনখিবা সন্ধি অমদা ভারতনা নেপালগী মনিং তম্বহু চপচানা যাখি ।

নিংতম্নবা ভারতকা চিংগী ষ্টেট অহুমগা লৈনবা মরী অসি চিনানদি থক পামখিদে। মখোয়না মসি তিবেত লৌশিল্লবা মতুংদা ফোংদোরকখি শোক ১৯৫০ ইংদা তিবেত লৌশিনবগা খুনক্তা ফোংদোকখিবনি। মখোয়না জৱাহাবলাল নেহরুবু “সম্রাজ্যবাদিগী হুইবোয় অমনি” হায়না লান্দাখি । তহুগা নেহরুবু “তিবেত, সিক্কিম অমসুং ভুতানবু লৌনিংবগী রাখল লৈ” হায়না মরাল শীখি ।

ভারত অমসুং চীনানা সম্রাজ্যবাদি থেংনরকপগী মতাংথাংদা নেহরুনা লৈবাক অনি অসি অচেৎপা মরুপ ওইননবগী ফনা কন্না হোৎনহুনসু চিনা অসি ভারত অমসুং নেহরুগী মায়োক্তা খ্বাযদগী যেংখিবগী শাজৎ চৎলকই। তাঙ্গা অসিদক্তদনি অমরোমদনা

ইউ এস এগী প্রেসিডেন্ট আইজেনহাৱারনা পাকিষ্টান্দা মিলিটেরী মতেং পৈথখিবা। পাকিষ্টান-ইউ এস এ অনিনা মিলিটেরীগী মিচং চুংশিন্নখিবদু ভারতস্তু চপচানা ভাব তাই। পাকিষ্টানগী রাজনীতি অমসুং মিলিটরীগী লাংনা ভারত কোইশিল্লে হায়না নেহরুনস্তু টৈখি। মতুম্মক সম্রাজ্যবাদিগী শরোনি। মরম অদুনা সমাজবাদপু যাদবা ভারত অমসুং চীনাগুম্বা লৈবাকশিংনা সম্রাজ্যবাদিগী মাযোক্তা পুন্না থেংনমিন্নবা হায়বসি তঙাইফদবনি। নেহরুগী মথাদা ভারত অসিনা অসিগুম্বা এন্টি-ইম্পেরিয়েলিষ্ট ওইবা ফ্রন্ট অমা শেন্নবা হোৎনবা যাবা হোংখি।

অদুবু চীনানা তোঙানবা শাক্তং চংখি। মানা মসি শেংনা হাংখি মদুদি টিবেত চপচানা লেশিন্নবা মতুংদতা ভারতনা হায়রিবদু তৌগনি। অদুগা টিবেত লেশিন্নবা মতুংদা লাদাক্ক, নেপাল সিক্কিম অমসুং ভুতানবু মনিংতহন্নবা চংশিল্লকনি হায়না খংহনখি। "লৈবাক মখা অসিবু য়া মরীনি মদুগী মতেংনা খাথংবা সুমুদ্রু বৌনবা তকথাযবক্কনি" হায়খি। অদুগা সিক্কিম ভুতান, নেফা অমসুং লাদাক্ক অসি ইন্দিয়ান ইম্পেরিয়েলিষ্টশিংনা লান্না পাযশিল্লকনি হায়না চীনানা চৈদুনতস্তু লাকখি। অদুগা টিবেতনা চীনাগী খুবাক্কি ভুতান, সিক্কিম, নেফা অমসুং লাদাক্কনা খুৎশাশিংনি হায়খি। খুবাক অদু চীনাদা হপ্তিন্নক্কে, খুৎশাশিং অদুস্তু মদুগা লোইননা চংকদবনি হায়খি।

মদুগী মতুংদা চীনানা ভারতা লান্দাবকখি। পাকচান্নবা লমগী শরুক কয়া চীনাগীনি হায়গংলকখি। অদুগা মতুংদা নমফুদা

লান্দাহুনা লৌশিনখি। ঙসিফাওবদা ভারতকী প্যাক চাগ্রবা লম কয়া চীনানা খুজুম চন্দুনা লৈবি। অহুগা অরাং-নোংপোক লমদম পুন্নমক্তা .চীনানা তৌরিবা শাজং শিং অসিনা ভাবতকী লাংতক্নবা ওইহুনা লৈবি।

মাথোক পুন্নমক অসি মী ফংত্রবা অমদি খুদোংথিনিংঙায় ওইববা পোলিসি অমা বৃটিশনা চৎলম্বগী যলনি। অদুগুম্বা বৃটিশ শিং অদু ভারত্তগীদি নমফুদা তানথোকখ্রে অহুবু মখোযনা থাবমবা হু পাম্বী অদুদি ভাবতকী অরাং-নোংপোক লমদম অমদি হিমালযগী চীংখোং, চীংগী লমশিংদা অমুম চাওখৎলক্লি মহুনা অকোযবদা লৈরিবা লৈবাক পুন্নমক মাংহনগদৌবি।

## NOTES AND REFERECES

1. The Telegraph, Calcutta, 13 November, 1984
2. L/PS/7/117, No. 1C1B, Enclosure 3 in 189, India to Bangal, 3 Junc, 1899 as quated by premen Addy, in Tibet on the Imperiel Chessboard
3 Paper Ralating to Tibet , Enclosure No 4 in No. 140, H.J.S. Cotton, 22 July, 1895. As quoted by Premen Addy in his book.
4. H.E Rechardson, Tibet and Its History.

London 1962, P 47.

5. ibid. PP 70-71.
6. D P Choudhury : North-East Frontier of India, Calcutta, 1978 P P 101-2
7 Times Literary Supplement, 20 September, 1928.
8. G. N. Curzon : Problems of The Far East, London, 1894, P 421.
9 Hamilton Papers, D 510/8, Cuazon to Hamilton, 10 July, 1901. As quoted by prement Addy in Tibet on the Imperial Chessboard Calcutta 1984, P 78
10 P. Fleming : Cayonets to Lhasa London, 1961. P. 162
11. Quoted in Fleming P 235.
12 A Lamb : Britain and Chines Ceutral Area. London 1950. P 331
13. C. Bell : Tibet-Part and present. Oxfort. 1924 PP 88-98

14, India Office Memo. B 180. As quoted by D.P. Choudhury in North-East Frontier of India. Calcutta. 1978. P 83.

15 Mimitary Record on Assam in Bell to India. Foriegn Dept. North-East Frontier of India P 87

16. Quoted in India to Secy of State 22 December, 1910. As quoted in North-East Frontier of India. P 88

17. Hirtzel to Ritchie, 12 January 1911. As quoted in North-East Frontier of India. P 89

18. ibid P 90

19, ibid P 90

20. ibid P 90

21. Sir Jadu Nath Sarkar : Assam and the Akom in 1660 A.D

22. Abor Blue Book No, 19

23. J.W. Spain. The Pathan Borderland P 119.

24. Charles Bell: Tibet Past and Present. PP 154-6.

25. As quoted by P.C Chakravarty in India-

China Relations. Calcutta 1961. P 48

26 D. P. Choudhury North-East Frontier of India. PP 145-50

27. World Gulture, Shanghai, 16 September 1949.

28. Such comments were repeatedly published in various Chines newspapers and periodicals of that time We shall see from the later events in the North-East the same attitude by China



মণ্ডাশুবা তাঙ্কক

# কান্নিত কাংলমদাই

অরাং-নোংপোক লমদম অসি মহৈশাগী কাংলোন চুম্না মযেক শেংনা চাওখৎচরকপদা বৃটিশ লোইচনবশিংনা রাজনিতি, অর্থনিতি অমস্যুং কলচর অন্নমক্তা লান্দাবরকপনা চুম্না চাওখৎচরকপা পরিং অদু মরক থৎপা, থুগায়রা হায়রবদু ওইখি। উনিশৈ এং ডিং শতাব্দী কাদা মৈতৈশিং (মনিপুরীশিং) কাছাবিশিং, গারোশিং, খাসিশিং, কোচেসশিং, তিপেরাশিং অসিনচিংবশিংগী নিংথৌ পানবা লৈবাক-শিংদা শক্তি লৈরা নিংথৌশিং থোক্লরমই হায়রবা ঐখোয়না থেংনখি। এসকী সিতি ষ্টেটদোনা নাগাশিংগী অমদা খুন্নংগী ষ্টেট ময়াম অমা থোরকখি। অতৈ নিংথৌ মচাশিংনা নাগা খুন্নংগী ষ্টেট মতৈ সি তম্বা ভর্মখিদে। শোক ১২২৮ ইংদা বুরেঞ্জি (রারি লাইরিক ইবশিং) গী মতুং ইন্না অহোমগী শান ট্রাইবশিংনা ব্রহ্মপুত্রগী অম্পাক তাম্না লান্দাবরকখি। মতুদগী মখোংনা শেমগৎলকপা লৈবাকনা অতৈ নিংথৌশিং অমস্যুং নাগাশিংগী মরি থমরকখি। অদুগা যেংথিনবদু অমস্যুং মরূপ ওইনবসু মাঙনরকখি।

অদুগী মতুংদা ধর্মগী রাখলনা মরু ওইশ্রবা যোদাং অমা ওইনা লোখি। অহাম্বনা খৃষ্টেনিতিদা লাইমিং লৌথ্রগা থবনা ভূত

প্রেস্তা পংথা থাজবা ওইনা লৈহৌই। অদুগা অহোম অমসুং মৈতৈশিংনা হিন্দুইজমদা ইতিহাসকী তোঙানবা তাঙ্কক অমদা লাই-মিং লৌনখি।

অহোমশিংনা অরাংলোমদগী মৈতৈশিংনা খারোমদগী নাগাগী ভিলেজ ৫ ট য়াওনা অতৈ চিংগী অমসুং তম্মগী লমশিং তকখত্তুনা মথং মথং লান্দাখংলকখিবদু কয়ারকনি, চিংজাও কযানা লানবন ওইবদু লান্দুনা ট্রাইব কয়াবু জয় তৌখি। মখোযদগী কাঙ্গং লৌখি, চীং, চীংজাও অমসুং খুঙ্গংশিং অসিদা তানচাবা মমিংসু পংথোন থোনখি। প্রজাশিংদা ফাওবা মমিং পংথোন থোন-জিনবসু তৌনরকখি। অদুবু অহোম অমসুং মৈতৈনা লান্দাবসি কুইদে, মতম চুপ্পগী ওইনা থুদুম চনদে, মসি মমুংগী থংনবা অমসুং মপান্দগী লান্দারকপনি। অসাম অমসুং মনিপুরনা বৃটিশকী থুত্তা তাখিবসি শোক ১৯২৬ ইংদগীনি। মতুগী মতুংদগীদি হান্নগী ট্রাইবেল মশেন থংনবদু বৃটিশনা থক্রোমদগী শিল্লাংদুনা থংনহল্লকখি।

নাগা, লুসাই, কুকি, আবোব, মিসমিনচিংবা কয়াবু বেঙ্গলী অসামী, মৈতৈ, কাছারি, মিকিরনচিংবগী মাযোক্তা শাওগং-হনখি, অদুগা ইনশিন্দুনা লান থেংনহল্লি। চীং অমসুং তমগী ওইবা লাল ওইহল্লি। অদুগা বৃটিশনা অমরোমদা চীংমীশিংনা লান্দাবকপদগী তম্পাকসু কনবী ঙাকপীবা মালংহল্লি। নাগা-শিংদি হন্দোকউ হাযবা পাক য়াখিদে, অদুবু মমৈদা থেম্বা অমসুং নমকুনা বৃটিশনা মখোয়বু জয় তৌখি অদুগা নাগাগী দর্যাদি মখোয মশেল লিংজেল মাম্নিরক্তবদুনি।

চীংমী ট্রাইবশিং অসি মথং মথং অমমমতা ওইনা বৃটিশনা জয় তৌরকখি। মখোয়না মনিংতমজনবগীদমক্তা লালহৌরকপদা মীয়ুংশি থংদনা বৃটিশনা চরম মেংথি। অদুগা মচেংময় তাহনখি। নাগাশিংবু অসাম, মনিপুর অমসুং বুর্মাদা তাহনখি, লুসাইশিংবু মনিপুর, বুর্মা, চিত্তাগোং অমসুং ত্রিপুরাদা, মৈতৈবুনা বুর্মাদা মতৌ অমুন্না খাসি, গারো, নেফাগী ট্রাইবশিং অমসুং অসামগী ট্রাইব কয়াবু কোয়চায় চাযহনখি। ট্রাইবেলশিংগী লমদা বৃটিশনা মখুং নামাদা নোংমৈ, অদুগা অতোপ্পা মখুং নামদনা বাইবেল পায়রগা শাসন তৌখি।

মতুং থয় লৈরগা ট্রাইব অমা বৃটিশকী মাযোক্তা লাল হৌবকপদা অরৈ অবা হৈগ্রবা বৃটিশশিংনা অতোপ্পা ট্রাইব অমবু শাজিন্নদুনা লাল হৌবক্লিবদুগা হাক্তোক্লহনবগী মতাং অমা যোবকখি। অসুম তৌদুনা ট্রাইব অমগা ট্রাইব অমগগী মরক্তা অনৌবা মথলগী যেংথিনহনবা অমা লৈঙাকপশিংনা পুরকখি। মদুদমক নত্তনা তম্পাক্কা চীংগময় যেংথিনহনখি। বৃটিশনা চথবিবা পোলিসি অদুগী খ্বায়দগী মচি ওইবা রাফমদি মখোযগী ওইবা অপুনবা ফ্রন্ট অমা ওইনা শেমগৎলক্তুনা থেংনরক্তনবনি।

বৃটিশশিং অসিদা ট্রাইব খবনা মিৎহেং থংহোং হোংলকপা হায়বসিময় ইতিহাসকী অঙকপা থৌদোক অমনি। সাইমন কম্মিসন্না য়েংবা লাকপদা নাগা অমসুং খাসিশিংনা অপুনবা ভারতকী ফ্রন্ট অমনা বৃটিশকী মায়োক্তা লেপ্পদ্র যানিংদে, বৃটিশনা শাসন তৌবনা হেন্না পামই হায়না ফোংদোকখি, চীংমীশিংনা করিগুম্বা

মওং অমদা তম্মীশিং হায়বদি অসাম, মনিপুর, অমদি বুর্মাগা পুনশিন্নবদা য়ারোই হায়না খংহনখি। অদুগা মসিমক্তু মখোয়না খংবা থক ডমখিদ্রে মদুদি চীং-তমগী প্রজাশিংনা মুশিনখিবদু মখোয়না রাকংলুরিবা লোয় মপু বৃটিশশিং অদুনা থোকহনখিবনি।

নাগা, খাসি অমস্তুং অতৈ ট্রাইবশিংনা পারা অমা মনিপুরগী নাগা ট্রাইব অমদগী তমফম থোক্লম্বনি মদুদি শোক ১৯৩০ গী মতুংদা জেলিয়াংরোং ট্রাইবকী লুচিংবা জাদোন্নংনা খা নোংচুপকী নাগা ট্রাইব ময়াম পুনশিল্লগা বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা লাল হৌখি। জাদোন্নংবু ফাঁসি তেংগ্রবদা লালহৌবশিং অদুগী লুচংবগী থৌদাং নহা ওইরিবী নাগা লৈশাবী রাণী গাইদিনলিউনা লৌখি। অদুগা লৈশাবী অসিবু মমৈদা ফাবগা জেলদা চহি কুন্থুা থমখি।

সিভিল ডিস ওবিদিযান্স মুভমেন্টনা ভাবত শিনবা থুংনা নৈ হৌরকপা মতমদা বানি গাইদিনলিউ মশাগী চহি তরামপল তনক ভার্ববি। মাগী প্রজাশিংনা মনংতম্বগী অমস্তুং মখোযদা অখিংবা কয়া পীবিবদু লোর্বশিন্নবগী মং অমা মহাক্লা মংজখি। মশামক্লা নিংতম্বগী ফিবাল হাযগংখি, মদুদা মাগী মীশিংবু যা ওশিল্লক্লবা কৌবকখি। বৃটিশনা তমথিনা মাগী ইহো অদু নম থখি, লমন খুম্বগী থবক তমথিনা চত্থখি। খুঙ্গং কয়া মৈ থা খি, থুগাবখি, অদুগা থৌনা ফরবী লৈশাবী অসিবু ফাখি, পুন্সি চুপ্পা মীরমদা বণ্ডি থম্বগী দন্দী পীখি। পিক্লবা অমম্বা কাখু (জেলগী) অমদা তনৌ তনৌরিবী নহা ওইবগী চহি মতাং অদু

অচিকপদা মাংহনখি। মহাক্না নহা ওইবগী নপলদা পৃথিবী পুম্নমক শুপচিলক্লিবা বৃটিশ সম্রাজ্যবু শীংনরুই। অতৈ লাল-হৌবশিংদা তৌখিবগুমনা জেলিয়াংরোংগী ট্রাইবনা লাল হৌবত্রুম্ন বৃটিশনা মীন্নুংশি খংদনা মুথৎখি। চীং-তম প্রজাশিং মহৈ মহৈ নুংশিদনবা মখোয়গী মরক্তা জাটিগী অমদি কলচরগী ওইবা থেন্নবা কযা লৈবত্রু বৃটিশনা খুদোংচাবা লৌখি, অত্রুগা চীংমীশিংদি মশা না মশাবু সাসন তৌজবগী দরকার ওইবা মচাকশিং লৈজদে হা-হবা থিওরী অমসু পুথোরকখি। মরম অত্রুনা ট্রাইবেল লমশিং বু ভারত্তা যাওদবা লম হায়না দাগ থমখি। অসিগুম্বা লমশিং আসবু গোভর্নমেণ্ট ওফ ইন্দিযা এক্ট ১৯৩৫ গী মথাদা গভর্নর না মনিং তৌনা ঙাক্কদবা ওইবমই।

জৱাহাবলাল নেহরুনা ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেসকী প্রসিদেন্ট ওইরিঙৈ রানি গাইদিনলিউবু শোক ১৯৩৭ ইংগী ডিসেম্বর থাদা শিললেত্তা উনখি। অকোনবদা শিল্লোংগী জেলদা অমুক উনখি, উনৱসি যান্না থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা অৱাবা কযামা ৱাবি শানখি। জৱাহারলাল নেহরুনা মুমিৎ অত্রুদগী অহানবা ওইনা রানিগী মিংথোন পীখি।

ভারতকী তুংগী ৱাধম নৈনবীবা বৃটিশ থিওরিতিসিম্নেন যহন ব্রাইটনা হাযখি ভারত্তদি প্রদেশশিংদা লৈরিবা জাতিশিং অসি তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংগী মচা ঙাক্কনি হায়না লৌ জনবা কন্না থৌগৎকদবনি ঐখোয়বু লোইচন্দবা বৃটিশশিংনা অসিগুম্বা থিওরী অসিদা থবক চথরকখি। শোক ১৯৩৫ গী এক্ট

অতুনা ভারত মনুংদা লৈনা লৈনা প্রদেশশিংনা মনিং তমজবা হায়বতুগী যুক্ষম অমা থোনখি। অতুগী ফলনা প্রজাশিংনা মাগী মাগী প্রদেশশিংদসু নিংনবা অমা লাকখি, অতুগা ভারত জাতি ওইবগী অপুনবা রাখল অতুমদি শিংথারকখি।

পণ্ডিত জবাহারলাল নেহরুনদি মসিগী খুদোংথিবসি শেংনা উরকখি। মহাত্মা হাযখি বৃটিশশিংনা থোগংলম্বা ইরাং অতুনা মরম ওইদুনা "অহানবা রাফমা লুপগ্রগনি, স্বাধিনতামক খুইথগ্র গনি, অতুগা মিংযেং খুথ্রবা মাগী মাগী প্রদেশতবু নিংনবা অসি গী ফংত্রবা মকোক হাযগংলক্লগনি"।

পণ্ডিত নেহরুনা ঙস্তানা রানিং তৌবম্বসি কয়াদা চুম্বগে হায়বতু মতুং তারকপা থৌদোকশিনা শেংনা উংলে। লৈবাক সি গী মাং-তাক্লিংঙায ওইবা থিবৌশিং অতুনা থোগংলতুনা মখোযনা মখা তাবা খোংথাং অমমুক লৌখংলকখি— লৈবাক অসি খায় দোকপা অতুগা অমুকসু হেন্না খাযদোকপা। বিএক্সনবী ওইবা বৃটিশ স্কোলার কুপলেণ্ডনা হাযখি— অমুক্তং ভাবত অসিগী অপুন বসিবু কায়খ্রবদি যৈখায় থুগাযবগী থবকসি অমুক্তংতবু হৌথ্রবদি মুসলিম ষ্টেট অমথক থাদোকখিবতনা লোযবোই, ভারত অনি থোক্লা থুগাযবা হায়বসিনা হিন্দুগী ওইবা ইন্দিযা অসি মচেং মচেং মচেং তাবগনি"।

অতুদগী খায়দোক্লবসি তুরেল তাফমদগী হৌগনি মরমদি অতু য়া খায়দোক্লবনা ইকোনোমিগী দরকার ওইবগা চানৈ, হায়খি। অতুনা ভারত অসি মরি থোক্লা থুগায়নবা, মরুওইনা সিন্ধু, গঙ্গা

দেলটা অমসুং দক্ষিনাত্য হাযবা লম মরি অসি প্রস্তাব তৌবকখি। সিন্ধু অমসুং দেলটাগনা পাকিষ্টানগী ওইবা, গঙ্গা অমসুং দক্ষিনাত্যনা হিন্দুগী ওইহন্নবা পুথোরকখি। ঈশ্বরনা পাম্বিরবদি নোং মদি দক্ষিনাত্য অসিস্থ হিন্দুশিংগী ভাবত্তগী কাযবকপা য়াই হায খি। কুপলেণ্ডগী প্লান অদুনা কাশমিব অমসুং পঞ্জাবপু পকিষ্টান্দা য়াওহন্নবা হোংনখি। দেলটাগী লমদনা আসাম, বেঙ্গলগী অযাম্বা শরুক অমসুং সিক্কিম যাওই। আসামগী চীংগী লম শিং অমসুং অরাং-নোংপোক লম হাযনা খণ্ডনরিবশিং অদুগীনা কুপলেণ্ডনা প্লান অমা তৌবমই। মহাকনা হাযখি— হাযবিবা লমশিং অসিদি ভারত অমসুং বুর্মা অনিমক্তা যাওগদবনিনা মখোয লোণনমক বাজনীতিগী ওইবা অপুনবা লম অমত্তা ওইনা কাংলুপ শেমগদবনি, মদু বৃটিশ ক্রাউন (বৃটিশ সম্রাদ) গী মখাদা হকথেংননা শৈগদবনি"। অদুগা হাযরিবা লমদম অসি মমৈদা "ব্রাউন কোলোনি" হাযনা যোংনা মমিং থোনখি। অদুনা কনাগুম্বনা ভাবত্তা হৌজিক লৈনবিবা অবস্থা অসি কুপনা যেংশিল্লবদি ঙসি ভাবত্তা মথি যোংনবিবা রাথোক খুদিংমক কুপলেণ্ডনা থম্বীরম্বা প্লান অদুগা লোযনা চুনৈ। অদুবু সম্রাজ্যবাদিগী অনিংবা অপাম্বগা ওন্ন-তৈননা পঞ্জাব অমসুং কাশমির ভারত্তা তিনখি। পাকিষ্টান মশা অনি থোকনা শেৎতৎখি, হৌজিকতি বাঙ্গলাদেশ মরোমদোম লেপচগ্রে, নোংচুপ বেঙ্গল, আসাম ত্রিপুবা সিক্কিম অমদি অরাং-নোংপোক লমদমদা তোখায় তানিংবগী রাখল

অসি কুপলেগী পোলিসিনি, অরাং-নোংপোক্কী তোখায় তানিংবগী রাখল্লোল লৈবকপসি চহি কুন্থ্রা ফাবক্লে।

"চীনা কার্ড" অসি বৃটিশশিংনা য়াম্না চেকশিন্না ভল্লিদৈগী শান্নরকই, হৈভিক্তি ভাবতকী অরাং-নোংপোক লমদম মফম খুদিংদা শিনবা থুনা শান্নখ্রে। অরাং-নোংপোক অসিদা য়াম্না নক্লবা যেংলুবদা :

নাগা লালাহৌবগী লুচিংবা অঙ্গামী জাফু ফিজোনা ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল সি রাজা গোপালাচারীদা চিঠি অমা শোক ১৯৪৮ ইংগী নভেম্বর থাদা ইখি চিঠি অদুদা ফিজোনা প্লানগী রাখল খরা ফোংদোকখি। মহু অরাং-নোংপোক্কী রাফমনি। মহাক্লা হায "বৃটিশনা নোর্থ ইষ্টর্ন এজেন্সি" হায়না কৌবা কোলোনি অমা লিংখৎনিংখি। ময়াম্না যেংলবসু নত্রগা যেংত্রবসু মখোয়না বর্গ মাইল লাক্ষ অমা নত্রগা হেন্না ফংবা ইবাই লায়না ভমগদবনি, লাক্ষ অনি শুইববসু ফংবদা মখোয়গীদি খুদোং থিনিংঙায় লৈরমদে, মরমদি মফম অদুগী প্রজানা তম্পাক্কী প্রজাবু যেংথিবমই, বৃটিশকী রা ভাংবা ভাক্তা ওইবমই। মথকলোমদা হায়গৎলগা সডিয়া বোমদা আবোবশিং লৈরে, মিসমী অমসুং তিবাপ ফ্রন্টিয়ার লৈরে, পুম্নমক অসি চীংগী প্রজাশিংতনা চপ চানা শেংগৎলগা অওনবা তাহল্লক্লবদি হেক লিংখৎপা মুমিত্তগী খরা মরুওইবা লৈবাক অমা ওইগনি, মন্নুংগী নৈখায় থিঙ্গায়বগী ইরাংসু অমত্তা লৈররোয়দবা অমা ওইগনি, মরমদি লমদম অসিদা অমগা অমগা মচিন মনাও ওইবগী রাখল অমা লৈনৈ"।

হায়রিবসি চমদে। মরমদি লম অসিগী প্রজাশিং অসিদি বৃটিশনা অমগী মায়োক্তা অমা ইনশিন্দুনা মতম কুইনা কাযনহল্ল-কলবনি, মহৈ মহৈ য়েংথিনহল্লক্লবনি। মসি উশিনবা ঙমদবগী নত্রগা লোংশিনবগী মবাল ফিজোদা লৈ। মহাক্না হায়বা অমত্তংদি চুনই, মতুদি চীংগী মীশিং অসি তম্পাক্কী মীশিংদা চপমান্নবা য়েংথিনবা অমদি লৈ।

ফিজোগী চিঠি অমুক্কা যেংখিসি —

"ঐহাক্না তশেংনা থাজে মতুদি নাগা হিলসকী সাশন তেংব-শিং অসি যাম্না হৈ-শিংই, অতুগা থম্মোয কনবা ওযিসার ঙাক-তনি। মখোযনা খল্লিবা রাথল অসি পাযথংপা য়াহল্লবদি ব্রহ্মপুত্র তম্পাক অসিদং থনম্বা যাব। মবমদি ছিলচরগী তম্পাক্না পাকি-স্থান্দা চংখ্রগনি, অতুগা গারো হিলসনা চীংমীশিংগী অপুনবা ফে-দরেসন্দা য়াওখ্রগনি মমিং অতুনা কোলোনি ওইরবা ফাওবদা"।

মতু পাযথংপা যাবা স্কিমলা? আসামদা দিগবোইগী থাও থোকফম অমসুং কললা থোকফমশিং অসি কোলোনি ততুগী ওইবা যাবমই। চীং অমসুং তমগী মীশিংনা মতদা যানথংনবা য়ানমই। বুর্মাগী এরিয়াদা অমর শান ষ্টেটতা লৈবা যোং থোবফম মিশি খনি তোবাইগী কোঙো খনি, অতৈ ধাতুগী খনি কয়া কোলোনি অসিদা তিল্লগনি, লমশিং অসিগী প্রজাশিংনা বুর্মাগী মথাদা লৈব-বুদি বৃটিশকী মথাদা লৈবনা হৈন্না পামই, আসামগী তম্পাকসু মর-ম্নাথ ওইনা ফেদেরেসন অসিদা য়াওরবা য়াই, থোইদোক হে-ন্দোক্না ইন্দিয়ান ইউনিয়নগা লম্বী থোংগী মতাংদা অশেংবা রাথোক

অমা ওইরক্লবদা মতুনা যাওরগা অসাম প্রজাগী ইকোনোমীদা হেন্না খুদেংচাবা অমা ওইগদৌরিবনি।

কোলোনি অসি বুর্মাগী শরুকশিং অতুনা য়াওশিল্লকপা ঙম-ত্রবফাওবদা অসামগী চাংগী লমদমশিংতনা বৃটিশকী শরৌ অমদি শেল্লেপ্পনা ষ্টেট অমা অতুম শেমগনি, সমুদ্রগী হিথাংফমগী খুদোংচাবস্ত লৈগনি, মীশিংনা মিলিযন অতুম হেনগনি।

মরম কয়ামবম অসিদগী বৃটিশকী প্লানশিং ওইথোকপা ঙমখিদে। মতুগী মতুংদা শোক ১৯৪৭, আগষ্ট থাদা ষ্টেটকী শক্তি শিন্নখি। শক্তি শিন্নদ্রিঙৈদা চাংমীশিং পুনশিল্লগা ভারতকী লুচিংবশিংগা উন্নতনা মখোংগী অপান্বা ফেদোবেসন অতুগী মবমদা খন্নবা নংখিদে অতোপ্পা পল অমনা ভাবতকী লুচিংবশিং অমদি চাংগী লুচিংবশিংগা খংনরমদে মসিমস্ত বৃটিশনা শাগংলম্ন্নি। মতুগী মবমদি শোক ১৮৭৪ দা লাওথোকখিবা ইন্নব লাইন বিগুলেসন অত যান্না হৈশিন্না চংনহনখি, মতুগী নিয়ম অত্ত্দ ভাবত মচাশিংবু চাংদা চংহল্লক্লনবা শিনখিবননি।

বৃটিশনা ভাবতপু মচেং মচেং তাহন্নবস্ত আশা তৌখি। ফিজোনা মাগী চিঠিদা পনখি—"বৃটিশনা হায়রমই মতুদি শোক ১৯৪৭ ইংদগী চহি মঙাগী মতুংদা ভাবত অসি মচেং মচেং ওইনা কায়রগনি" ফিজোনা বৃটিশকী প্রোপেগন্দাশিং মশক শেংনা তাকপা অমনি। মতম অমদা কোহিমাগী দি সি ওইরম্বা অতুগা হান্নগী অসাম গভর্নর সার অকবর হাইদেরীগী এডভাইজরস্ত ওইরম্বা শ্রীঅদমগস্ত রায়া ক্লিবরম্বা নিপা অমনি।

ভারতকী স্বাধিন্তা অমদি একতাগী মায়োক্তা বৃটিশনা শরৌ তৌবকপদি য়ান্না কুইরবনি। লোম্লম নিটিগী তোঙান তোঙানবা থিঙবি কয়া শাগংতুনা শোক ১৯১৯গী এক্ট ( গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট ওফ ১৯১৯ ) হায়বা অদুদা মওং তাহনবা হৌখি, মদু পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাও শোইবকপগা শেমখিবনি, মথংদা শোক ১৯৩৫দা অমুক শেমখি। ভারতকী নিংতম্বগী অন্দোলন কনখৎলক্রবদা এক্টশিং অসি পুথোবকখিবনি। অহানবগী এক্ট অসিনা গভর্নব জেনেবেলনা অপাম্বা লম অমা হেক্রা "চাওখত্তবা লম" হায়না লাওথোকপা ঙমহল্লি, অদুগা অরাং-নোংপোককী চীংগী লম অদুদা মসিনক চৎখি। অকোনবগী এক্ট অসিনা ভাবত্তা " াওদবা লম" হায়না লাওথোকপা ঙমহনখি। মদুনা ভাবতকী স্বাধিন্তা অন্দোলনদা অৱাং নোংপাক্কী চীংগী লমদমশিং অসিব্ব যাংহনখিদে।

ভাবতকী লম পুম্নমক্তা স্বাধিন্তাগী অন্দোলন কনখৎলকপদগী বৃটিশ সবকাবগী মথা শাবা হৌখি। চীংগী লমদস্ন শান্দোবক্কদোবিবদা কবিগুম্বা শান্দোবক্রবদি কন্ত্রোল তৌবা ৱাগনি হায়না মথৱায ৱাবা হৌরকখি। অদুনা নিংতম অান্দাশনগী ঈাহৌবু চীংশিংগী লমদমদা যৌবক্তনবা তৌবা যাবা পুন্নক তৌজখি। অদুনা সাইমন কমিসন্না শেনহল্লকখিবা শোক ১৯৩৫গী এক্ট অদুনা ভাবতকী মন্ত্রি মণ্ডল অমদি বিধান সভা অনিমক ভাবত্তগী খায়দোক্রবা লম অসিদা আথোরিটি অমত্তা লৈহনখিদে। লমশিং অসিদি বৃটিশ গভর্নবশিংতনা শাসন তৌগদবা লম ওইহল্লমই।

বৃটিশকী অসিগুম্বা থৌশিল্ অসি ভারতকী প্রজাশিংনা যাম্না শাংনখি। রাজনিতিদা খুমাং চাওশিল্লবা ভারতকী মীযাম্না মখোয়গী চীংগী মচিন মনাওশিংদা থোংনা লূনা খনবা ব্লাশল অহুবু বৃটিশনা থাজদবনি অমদি মখোযগী কোলোনিগী ওইবা মিং-য়েং অমা লৈনবনি হায়না লৌখি। বৃটিশনা লমদমশিং অসিগী তৌনবগী নিযমশিং শেমখি, মতুনা লমশিং অসিবু ততোপ্পা লৈবাক অমা ওইনা থম্লমই। মবম অহুনা খুদান মিসন্নবীশিং অসি নত্তনা কনামত্তা লমশিং অসিদা চংবা হনখিদে। মসি শোক ১৯৪৯গী কন্‌ষ্টিটুয়েণ্ট এসেম্বলিদা অসামদগী কাবকপিবা রোহিনীকুমার চৌধুরীনা হায়খিদনে। মহাক্না মসা তানা এসেম্বলিদা হায়দি — নাগা হিলসতা লৈবা চীংমীশিং অসি মমাংথংদা মফি মবোল শেং-লমদে। বৃটিশকী দিপুটি কমিসনারনা অদুক লৈরমই, মহাক্না তম্পাক্কী ফৈজোম শে লকপা নাগা খুদিংমক হেক হেক যুবমই। তরুং-নোংপোক্কী চীংমীশিংনা তম্পাক্কী বলচব অমত্তা লৌহনখিদে"। মসিনা গুইরক্কদবদি ভারতকী তুংগী পুন্সিদা অকায়বা থোকহন্নবা শিনবনি।

ডক্টর অনিমেশ বোস হায়বা অহাং নোংপোক লমমনগী শকক খবদা মুন্না খংলবা মিপা অমিনা হায়দি "লমদম অসিদা মতুং তারকপা রাজনিতিগী ইহৌ খুদিংমক নাগা হিলস অমসুং লুসাই হিলসকী লালহৌ যা না মপিরপা ষ্টেট অমদি ইউনিয়ন টেরিটোরিশিং, শাগ শকশনু যানো শোক ১৯৩৫ গী "ভারত্তা যাওদবা এরিয়া' এক্ট অহুনা শাগংলকখিবা মল ঙাক্তনি।

বৃটিশনা লমদমশিং অসিবু ভারতকা শম্নদনা থম্বদা নত্তনা চপ-চানা তশেংনা লায়থোকপীরমই, সমাজ অসিগী ইকোনোমী অমসুং চাওখৎ খোংথাংদা থৌ-ব্রা শাবিদে হাংবসি অরাং নোংপোক লম-দমদা লৈবিবা ময়াম অসিনা শাক্সিনি।

ভারতনা স্বাধিন্তা ফংলবা মতুংদা তোঙানবা চীংগী ষ্টেট শেম্নবা দাবী লাকখি। ভারতকী অতৈ লমশিংগীসু লাকুখি। মবম অত্থুনা ষ্টেটশিং অমুক হন্না শেমদোক শেমজিনগী কম্মিসন অমা শেমখি। ট্রাইবেল এরিয়াশিং অত্থুগী তোখাং ভাবগী রাথোক্কী মতাংদা কম্মিসন অত্থুনা হায়বম্বত্থু খংজিন্নিংঙায়নি—

"লৈবাক অসিদা বৃটিশনা সাশন তৌরিঙৈদা শেম্নম্বা ইন্নর লাইন রিগুলেসন হায়বা নিয়মত্থুগী ফলশিংনা লমদম অসি খায়-দোকখিনবগী খুদোংথিবত্থু উৎলে। অত্থুবু মসিগী পোলিসী অসি ভারত মচাশিংগী মাযোক্তা তৌরগুম্না ইউরোপিয়ান অমদি খ্রীসচান-শিংগী মাযোক্কদি শীজিন্নখিদে। অত্থুগা পোলিসি অসিমক্তসু ট্রাইবেল প্রজাশিংমক ফাওবদা খায়দোক্লত্থুনা অনৌবা কাংলুপ অমা মখোয়গী মরক্কী শাগৎলকখি, অসিগুম্বা কাংলুপ অসিদি হৌজিক-ফাওবদা চীং নত্রগা তম্পাক্কী সাধারন প্রজাশিংদগী তোঙান্না লৈবি।

"ভারতনা স্বাধিন্তা ফংদ্রিঙৈগী বৃটিশশিংনা শেম্নম্বা ইন্নর লাইন রিগুলেসন অসি চীংগা তমগগী মরক্তা পুনতৎ তৎনবা শে-ম্নম্বনি। হৌজিক তোঙানবা চীংগী ষ্টেট অমা তাল্লক্লিবসি খবম-খৈদি বৃটিশ পোলিসি অত্থুগী ফলনি।"

ভারতকী কনষ্টিটুয়েন্ত এসেম্বলিদা গোপিনাথ বোরদোলোইনা হায়খি লম খরদি লানগী এরিয়া ওইরনই হায়না অরাং-নোংপোক লমদমগী মরমদা পনখি। লাল অড়ু শোক্লরিঙৈদা মতম অড়ুগী শাসন তৌবশিংনা ট্রাইবেল প্রজাশিংগী মপুক্লিংদা তোখায তাবা অমম্বুং খাযদোকপগী ভাব অমা কন্না শাগংখি, অড়ুগা লাল লোয়-রকপদা মনিংতম্বা ষ্টেটশিং ওইহল্লগনি হায়না থাজহনখি। প্লান অড়ু ইংলেণ্ডদা তৌনবনি। মড়ু তৌনবদা হান্না আসামদা গভর্নর ওইরম্বা কয়া যাংহনখি।

বোরদোলোইনা কনষ্টিটুয়েণ্ট এসেম্বলিদা অমুক্কম্ব পনখি ঃ লমদম অসিগী প্রজা মীযাম্না তোখাযতাবা অমম্বুং খায়দোকপা পা-ম্নরনদে খ্বাযদগী মচ ওইবিবদি অরাং নোংপোক লমদম অসিদা শোক ১৯৩৫গী এক্ট অড়ুনা মক হুল্লম্বদগীনি, অরাং নোংপোক্না নত্তনা ভারত মফম পুম্নমক্লা তোখায তানিংবগী রাখল লুশিন-খিবনি।

পৃথীবিগী অনিশুবা লাঙ্গাও থোরকখি, মড়ুনা লৈবাক অসিগী মফম কযাদা অহোংবা কয়া পুবকখি। চীংগী মীশিংনা জাপানগী মাযোক্লা শোক্লবা লাল অড়ুদা কন্না শরুক যাখি। জাপাননা কোহিমা পাযবা যাবোই হাযবসি নাগাশিংগী ফিবেপ ওইবমই। লুসাই হিলসতম্ব জাপানগী মায়োক্লা থেংনবদা প্রজাশিংনা অঙম্বা মতেং পাংখি। অড়ুগা ফিজো অমম্বুং নাগালেণ্ডগী মীওই খরনা জাপানিজশিংগা থুংশম্নরমই, অড়ুনা ফিজো অসি বৃটিশশিংনা যাজিনখি। মনিপুরদদি সুভাস চন্দ্রবোসকী ইন্দিয়ান নেসনেল

আর্মিনা ফনা ফজনা চংশিল্লকখি। ইন্দিযান নেসনেল ফ্লেগ মোরেদা চিংথংখি।

লাল অড়ুনা মন্নুং চংশিন্না লৈবা চীংমী পুন্নমক্কুসু অহোংবা অমা পুরকখি। ইহান হানবা ওইনা চীংমী কয়ানা নোংমৈ শিজিন্নবা হৈখি অড়ুগা লাল শোক্লবদা চংগদবা মহৈ খর খরসু লালফমদগী তমখি। চীংগী লুচিংবা ফিজো অমদি ললদেংভামক লান্মীদা য়াওশিনখি।

লাল অসি লোইবগা স্বাধিনতা পীগনি হায়না বৃটিশনা ভাবত্তা রাশকখি। অস্নুন্না মফম তোঙান তোঙানবদা লমদম অড়ুগী মওং য়েংলগা হায়খিবা রাবি কযা লৈবি। অরাং-নোংপোক লমদমদসু বৃটিশনা নিংখা তম্বা পীগনি হাযনা রাশকখি, রাশক অড়ু ভাবত্তগী খাযদোক্লবা মক চেকশিন্না বৃটিশনা হুনখি। মক অড়ু বৃটিশকী সেগাদা মযোল চোংলকখি।

অস্নুন্না স্বাধিন্তা ফংলমদাইদা আসাম অমসুং বুর্মাগী চীংগী লমনখৈ পুনশিল্লগা ভারত অমসুং বুর্মাগী মরক্তা বৃটেনগী ক্রাউন কোলোনি শেম্নবগী থৌবাং কনশিল্লকখি। অড়ুগা চীংগী লমশিং অসিদা লৈরম্বা বৃটিশ ওফিসারশিংনা প্রোপেগণ্ডা তৌবদা চীংগী দিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী তোঙানবা ষ্টেট অমমমসু পীগনি হায়না রাশকখি। আবঃ কোপলেণ্ডগী প্রোজেক্ট অসিবু রোবার্ট রেইদ অসামগী গর্ভর্নর, চীংগী দিষ্ট্রিক্ট সুপেরিনটেন্দেন্টশিং মেক ডোনেলড, সুপরিন্টেন্দেন্ট এঃ জিঃ মেক কোল, সুপেরিন্টেন্দেন্ট এলঃ এলঃ পিটর অসিনচিংবশিংনা শৌগংখি। বৃটিশ ওফিসারশিংনা লমজিংহুনা

নাগালেণ্ডদা নাগা নেসনেল কাউন্সিল শেমখি । লুসাই হিলসতনা মিজো ইউনিয়ন হায়না লৈজরম্বত্থু মুথৎখি, মরমদি মত্থুনা ভারত্তা পুন্নিংখি, মত্থুগী মহুত্তা ইউনাইটেট মিজো ফ্রিডম ওর্গেনাইজেসন হায়না লিংখৎখি । মমৈদা মসিনা বুর্মাদা য়াওনিংবগী ৱাখল শন্দোরকখি, নাগালেণ্ডদগী নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা চপচানা মনিং তমগদবা নাগালেণ্ড অমা তানখৎলকখি ।

লাল মতুং তারকপা চহিশিং অত্থুদি য়াম্না লৈতাদবা মতাংনি । ভারতকী জাতিগী ইহৌস্ন নিংতম্বগী অয়োবী থাক্তা অন্দোলন চংশিনখ্রে । বৃটিশনস্ন মখোয ভাবত্তা কুইবা যাবোইদৌবে হাযবা খৎলকখি । অত্থুবু মখোয়না ভারত্তা ফংলম্বা খুদোংচাবা মযাম অত্থু ভারত্তস্ন মখোযনা হুম্বা ঙমজবম্বত্থু নাম্থোকহন্নিংদবদগী লৈবাক অাস অত্থুম্মক পেন্না মচেং মচেং তানা থম্নগা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদি মখা তানা লৈখখিনবা খুজিন তৌখি ।

কোপলেণ্ডতা নত্তুনা ভাবতপু শিংকুপ শানা মচেং তাহন্নিংবা অমস্ন লৈরি । হান্নগী আসামগী গভর্নব ওইরম্বা সাব রোবার্ট রেইদনস্ন ৱাখলসি যাম্না বম্না খল্লমই । কোপলেণ্ডনা তৌবদোনা নাগা হিলস, নোর্থ ইস্ট ফ্রোন্টিযাব এজেন্সি বুর্মাগী লমশিংগা তাই-নবা চিত্তাগোং হিলস ট্রেক্ট নোংপোক বেঙ্গলগী লমশিংগা নাগা তাবা বুর্মাগী লমশিং পুল্লগা ক্রাউন কোলোনি ওইনবা অমদি অনৌবা জাতি অমা শেমগৎনবস্ন খুদোংচাবা লৈবি হায়খি । "ভারত অসি হিন্দু অমস্নং মুসলিম অনিগী লাম্বেংনফম ওইহৌরগনি মখোয অনিগী লালদা অরাং-নোংপোকী চীংমীশিংবু হুঙ্জিল্লম্বা চুম্মোই ।

চীংমীশিং অসিগী মরমদা করিমত্তা থংদবা রাখলদস্থ লৈতবা ইন-দিয়ান লুচিংবশিংগী মথুত্তা লমদম অসিবু থাদোকলম্বা য়ারোই অহুনা মনিংতম্বা চীংগী লৈবাক অমা হায়বদু শেম্বা তাবনি । শেম-গদৌরিবসি বুর্মাগী চীংগী লমস্থ য়াওই ।

রোবার্ট রেইদকী প্রস্তাব অসি বৃটিশ এডমিনিষ্ট্রেটিভ ওফিসার কযানা অরাং-নোংপোক লমদমগী ডাক্টর জেঃ এসঃ হত্তন, নাগা হিলসকী কম্মিসনর, অহুগা লুসাই হিলসকী সুপেরিন্টেন্ডেন্ট এনঃ ইঃ প্যাবী অমস্থং আসাম গভর্নরগী এডভাইজর জেঃ পিঃ মিলস ট্রাইবেল এফিয়ার্স পুৱনচিংবশিংসিনা শৌগৎখি ।

কোপলেণ্ড প্রোপোজেল অসিস্থ চপ মান্নে, বুর্মা অমস্থং আসামদা লৈবা ট্রাইবেলশিংগী লমশিং অসি ক্রাউন কোলোনিগী মখাদা থম্লগা ভারত অমদি বুর্মা অনি অসিগা বৃটেনগা সন্ধি অমা তৌনবগা লমদম অহুগী অরা মুত্তায শরুক যাম্নিবা অসিনি ।

কোপলেণ্ডনা অস্থম্না ইখি—"মফম অহুদা লৈবিবা লম অহু মপুং ফানা যাওই মহুদা অখন্নবা সেবা চংই হানা লৈই, আসামগী অরাং-নোংপোক থংবদা লৈবা চিংগী লমশিংগা বুর্মাগী অরাং নোং-চুপকী চীংগী লমশিং অসিনি । মহুদা লৈবা মীওইশিং অসি জাতি অমদি কলচর অমত্তা ওইনা তৌই । মখোয়সি ভারতকী মীওইস্থ নত্তে, বুর্মাগী মীওই জাতিস্থ নত্তে তৌইগুম্বস্থং মঙ্গোলগী জাতিনি। মখোযবু বুর্মা নত্রগা ভারত্তা যাওনিংবা জাতি ওইনা তৌদে । মখোয়সি তুংদস্থ ভারত অমদি বুর্মাদগী নিংখা তম্নিংবগী রাখল লৈ । ঘুমলোম্নরিবা চীনাগা কম্মন ফ্রোন্টিয়ার পোলিসি

শেনফম থোকই। ব্রাফম অসি য়ানরবদি লৈবাক অনিসি পুন-
শিন্নগা লৈঙাক সাসন অসি অতোপপা অমদা ইন্দিয়াসু নত্তবা
বুর্ম্মাদগীসু খাযদোকপা সরকাব অমা লৈবা য়াই। অসিগুম্বা
অরাংবা থাক্কী শিন্নাংবসিবু ভারত অমদি বুর্ম্মা অনিমকনসু তরা
ম্না ওকফম থোকই। অহুগা ভারতকী অনৌবা সরকার অসি-
গা বৃটেনগী মপান থৌরম পুবগী মতাংদা সন্ধি অমা তৌনফম
থোকই। অহুগা বুর্ম্মাগী অনৌবা সবকাবগসু অহুমক তৌফম
থোকই। অস্নুম্না তৌনগ্রবদি ঙাক শেনবগী থৌবমদসু পূন্না পু-
মিন্নবা যাবে।

হায়রিবা প্রস্তাবশিং অসি সরকারগী ওইবা লাইরিক অম
দি চে চাংদা ইখিবা থোইনা লৈতে বৃটিশ ওফিসাবশিংনা তো
ঙান তোঙানবা মফমশিংদা অমদি অরাং-নোংপোক্কী ট্রাইবেল
শিংগী লমদা ঙম্বনথৈ শন্দোকখি। অসিগুম্বা প্রোপেগন্দা অসি
বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিতা নত্তে। জপান্নসু অমরোমদা তৌশিন্নকই।
লান্দা মখোয়না মায় পাক্লবদি নাগালেণ্ড অমসুং কনাগীসু মথা
পোল্প্রবা লৈবাক ওইনা জপান্না শকখংগনি হাযনা ব্রাশকখি।
অহুগা ভারত্তগীসু তোথায়না থনগনি হায়খি। বৃটিশশিংনসু
নাগালেণ্ড অমসুং মনিপুব অসি ভাবত্তগী তোঙাননা থমগনি হা
যরি অহুগা জপান্নীজশিংনসু তোঙান্না থমগনি হাযনা অনিমক্কী
মান্নবা ব্রাশক অসি থমখি।

লমদম অসিদা জপানিজশিংনা অতোপ্পা থবক অমসু তৌ
খি। মথোধ মণাগী খুদম উংতুনা ট্রাইবেল প্রজাশিদা শেল

শাবা নম্বা তম্বিরমই। অদুনা মতুং তারকপা চহিশিংদা মসি মদি থেংনদ্রে মতুদি লালহৌবা কাংলুপ খুদিংমক লমসিদা অসি গুম্বা শেল নম্বগী মহৈ অসি পাক চাওনা তৌখৎলকখি।

সম্রজ্যবাদিশিংগী প্রোপেগণ্ডানা অরাং নোংপোক্কী চীংশিংবু তোখায় তানবা কন্না ইহুল অমা শাগৎলবসু জাপান অমসুং বৃটিশকী লালনা পৃথিবী পুম্নমক্কী ট্রাইবেল সমাজবু নাইতোম লৈহল্লম্বদু লোইশিনখি। মখোয় অনিমক্কা শেলগী ইকোনোমী পাকচাওনা হৌদোকখি, মতুনা থাইনগী মপা মপু হাক্কক্কী চংনবক্কবা ইকোনোমীগী মওং থুগায়খি।

অনিশুবদা, ট্রাইবেলগী এরিয়াশিংদা ইহান হানবা ওইনা মিলিটরীগী বিজ্ঞানগী যুক্ষন থোনখি। মনাংঙৈদা বৃটিশকা থেং নরম্বা থায়নগী খুৎলায় অমনবা ঙাক্না শীজিন্নখি। অনিশুবা লাণ্ডাও মনুংদা বৃটিশ আর্মিদা ট্রাইবেল নহারোলশিং লৌশিনখি, গুরখা, নাগা, কুকি, লুসাই অমসুং মৈতৈসু য়াওনা লৌশিনখি। লাল মতুংদা জাপান অমসুং বৃটিশ লাম্মিশিংনা রাইফল, নোংমৈ মরু, পোকথাযদ্রিবা বোম গ্রেনেদ কয়া অরাংনোংপোক্কী মফম কয়াদা হুন্দোক্লমই। ট্রাইবেল প্রজানা মখোয অদু লৌশিনখি। খর লৈরগা মীওই কয়া কয়া মফম কয়াদা হাত্তোক্লখি।

অষ্টম শুবদা, জাপানিজশিংনা লম অসিগী পোথোক লৈখৎলকপা, লান্দা ট্রাইবেলশিংনা মতেং পাংলুবগী ক্ষতিপূরন চাওনা ফংননবা ট্রাইবেল প্রজা খরদি যুদ্ধান কৈবান হেন্না ফগংলক

খি। মতুগী ফল ওইনা ময়াই ওইনা ইনাকখুনবা কাংলুপ অমা চীংগী সমাজদা পোক্লকখি।

মরিশুবদা, যুগ কয়া অরাং-নোংপোক্কী অমদি থংনবা বুর্মাগী ট্রাইবেল কয়া মপানগী লৈবাক্কা শম্নবক্রবদু পোইশিনখি। নাগা অমদি অতৈ ট্রাইব কয়া জাপান অমদি নোংচুপ-পোম্ফমগী লৈবাক কয়াগা শন্নরকখি। হেন্না পাক চাওরবা পৃথিবী অমগী মখোয়মু শরুক অমনি হায়বসি মপুকনিংদা ফাওরকখি। নাগা অমদি অতৈ ত্রাইবশিং শোকন পন্নবা যাদবসিমসু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিশিংনা শন্নহনবা ব্রাংপদগীনি।

মঙাশুবদা, লম্বী থোং ফগংহনবা, রেল লম্বী অমদি নোংথক্কা লম্বী বুর্মা অমসুং ভাবতকী লম কয়াগা শন্নরকপা লাম্মিগী দবকার ওইবদু ফংহন্নবা কয়া অসিনা শেন থুমগী ফিভম, সমাজিক লমচং অমসুং কলচরগী থাক অমা ত্রাইবেল প্রজাশিংদা কন্না ফাওরকখি।

অদুবু বৃটিশনা ত্রাইবেলশিং অসি ভাবতকা শম্নদনবদি যাম্না কন্না হোংনরি, মনিং তমহনগদবসু নত্রি। চাওখংলক্রবসু করিসু হোংদ্রি। হান্নগী অরিবা শক্রম অদু ইকায কায়দনা মিউজিয়মদা থমলগদবা মওংদা অদুমক থনমই। অদুনা ভারতকী অতৈ প্রজাশিংগা ত্রাইবেল প্রজাশিংগা চিংনবা, মুংশিনদবা কন্না হেক্কংলকখি বৃটিশনা কিজরম্বা রাকম অমনা ত্রাইবেলশিংনা নিংতম অন্দোলন য়াওখংলক্রবদি বৃটিশ ইকোনোমীনা শোকনি হায়বসিনি।

অরোইবদা ভারতকী তোখায়না থম্নবা হোংনবদা নগুনা নাগা লুসাই, কুকি, মৈতৈফাওবদা ইচায চায়না লৈখিনবা কন্না শিন-খি। অপুনবা অমদি অমত্তা ওইবা ভারত অমনা বৃটিশকী মা-য়োক্তা হৌরকপা পামখিদে। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিদগী খায়দোকউ অমম্মুং সাসন তৌ হায়বা পোলিসি অসি বৃটিশনা খ্বায়দগী হেন্না শেংনা অমম্মুং পাক চাওনা লমদম অসিদা শিজিন্নখি। লমগী মতাংদস্মু, মীশিং অচ্চুদস্মু, ধর্ম্ম ওইনস্মু অমদি কাংলুপকী ওইনফাও-বদা শিজিন্নখি।

ভারত জাতিগী ইহৌ অসিনা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিগী অসিগুম্বা মচেৎ তাহন্নবগী পোলিসি মাযথিবা পীবা ঙম্নকখি। অজুনা অন্দোলন অসিনা শোঞ্জবনা অমরোমদা মচেৎ তাহনবগী ফংত্রবা হু অসি লোইশিনবদি ঙমদ্রি, মসিগী স্বত্ব ফংহৌবদি বৃটিশকী সো-ইলম পোলিসিদগীনি। ঐখোয়না উবা ফংই- মতুদি মক ওইনা অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা ন্াল লোইরবা মতুং চহি কয়া নিংখা তম্নবা ফাওবদা মখোযগী পোলিসি অসি লৈহৌবি।

## NOTES AND REFERENCES

1 S.K, Bhuyan : A History of Assam, 1681-1826 London, 1933.

2. Jawaharlal Nehru : Unity of India. London, 1948. PP 187–88.

3. Asoso Yuneco : Naga Struggle Against British Rule. Kohima. 1982. P. 121

4 R. Coupland : The future of India London, 1943 PP 164–65.

5. A.Z Phizo : Letter to C. Rajagopalachari. 1948 This letter so far unpublished was discovered and out into the print by 'Dainik Sangbad' a Bengali Daily of Agartala ( Tripura ) in 1983.

6 B. K Roy Burman : Demographic and Socio-Economic Profiles of the Hill Areas of North-East India. Department of Publications, Delhi. 1970. P 113

7. Constituent Assembly Debates. September 6, 1949 Vol X, No. 27

8. Dr. Animesh Ray : Mizoram : Dynamics of Change. Calcutta, 1982· PP 49–51.
9. Report of the States Reorganisation Commission, Ministry of Home Affairs, New Delhi 1956 P 186.
10. Constituent Assembly Debates Vol. IX No. 27.
11. R, Coupland : The future of India Lordon, 1943,



তরুকশুবা তাঙ্কক

# স্বাধিন্তা ফংলবা মতুং

হৌ'িরগী রাক্ষম কথা এখোয় মচা খায়না নৈনখ্রে, বৃটিশকী পোলিসি অসি ট্রাইবেলশিংগী পুন্সি অমদি মখোয়গী লমদম অসিবু তোঙাল্লা থমই অমসুং মন্নং চংশিল্লা লৈবা চীংমীশিংগী ইকোনোমীগী ফিভম চাওখৎহনবদা পুক্রিং ইচং চংখিদে। সাসনসু যারিবমখৈ খবচ চংহনখিদে, মতু ট্রাইবেলশিংনা খংদনবা মন্নুংগী সাসন মখোযদা য়ারিবমখৈ পীননবা বৃটিশনা কল্লা হোৎনখি।

ট্রাইবেলশিংগী লমদা মখোযগী ইকোনোমি চাওখৎহন্নবসু বৃটিশশিংনা হোৎনখিদে, মাযাম্না খংনবিবা হোং হোংহনা উজবা পামশৌ (ঝুম) যানবসিনা ট্রাইবেলশিংগীদি মরু ওইবা ইকোনোমি অমনি। শেম্লোক লৈনবা বৃটিশশিংনা ইতৌ তৌবমদে। মরম অদুনা বৃটিশকী সাসন মতমদা ট্রাইবেলশিংগী ফিভম ইহোং হোংহনখিদে। অদুবু খৃষ্টান মিসন্নবী খবনা মখোযগী নোংচুপলোমগী মওংদা হোংনবা অনৌবা অমদি পুখৎখি। যাম্না পীকচগ্রবা পোথোক অদুদা মীশিং অদুনা অতুম লেন্দুনা লৈরমই, চাবসু য়াম্না হস্থনা ল্লানরমই।

বৃটিশনা অসুক কুইনা সাসনগী চুপলি পাযরবদু অল্লাং-নোংপোকী লমদমদা শেল চংদনবতা খনবদা মখোয বৃটিশকীদি কান্নখি,

অদুবু মনিং তম্নক্লবা ভারতদি খরচ য়াম্না অরাং-নোংপোক লমদম অশিংগীদমক্তা শিজিনবা তারি । তোথাই তাহ্নবা পেন্দনা শাও-নিংনা অমদি হ কামহ্নবা লৈরবা চাওখৎলদ্রবা নাইতোম তারবা ট্রাইবেলশিং অদু শেমগৎনবা অপুনবা ভাবতকী ইমুংদা তেক্ত-কায়দনা লৈমিন্নবা পৈশা যাম্না হেন্না তিংবা তাখি । বৃটিশনদি মখোয়বু অনৌবা যুগকী মীওইবক্লবা করিস্ন তৌবিবমদ্রে, অদুবু ভারতনদি মদু ওম্নবা হোংনবা তারি ।

ট্রাইবেলশিংগী লমদা মরু ওইবা বৃটিশকী পোলিসি অদুম খক্লা শোকহনখি । অহানবদা অরাং-নোংপোক লমদম অমদি চীংমীশিংবু ভাবতকী অপুনবদা, জাতিগী ইকোনোমিদা, কলচবদা, রাজনিতি, অমসুং মহৈ মশিং তম্বদা ভাবতকী মীয়ামগা শম্নহনদবা ।

অনিশুবদা খৃষ্টেন মিসনরীশিংনা ট্রাইবেল প্রজা মীয়াম্বু অমদি সমাজবু মখোয়না পামজবা মওংদা শেমদোক্তুনা নোংচুপ লৈবাক্কী যুমলৈ কৈরৈ, মীবৈবাক্কী মওন কযাদা শেমদোকলমই । অহুম-শুবদা পৈশাগী ইকোনোমি ট্রাইবেলশিংদা বৃটিশশিংনা পুথোক্লমই, শেল শিজিন্নরগা লন্নোল ইতিক্কী মখল কযা ট্রাইবেলশিংদা হৌ-দোক্লমই, পুম্নমক অসিনা ট্রাইবেল সমাজচা ইকোনোমিগী চাং-বৎপা পাম্নকখি । অদুবু বৃটিশনদি করিমত্তা ,তৌবিরমদ্রবনিনা প্রজাশিংদা নিংবা কায়নরকখি ।

অস্নম ভোহ্নবা বৃটিশশিংনা ট্রাইবেল প্রজা মীয়াম্বু পোত্থাফম খদ্রেবা মীওই অমা ওইনা থম্বিরমই, মসিমক্লা জাতিগী ওইবা শেন-থুম অমদি রাজনিতিগী মরা চেৎহন্দবনি । মতম অমাদদা

ভারতগী তোথাংতানবা অমদি ভারতকী মীযামগী পুন্সিদা শম্নদনবা রাখল মীয়ামদা থম্বিরমই । ট্রাইবেলশিংগী রাখলদা লমদম অতুগী ওইবা রাজনিতি পুখত্তুনা দিগ্রিক্ট ওফিসারনা মকোক ওইবা অসিতা ওইরমই ।

ভারতনা স্বাধিন্তা যংলবা মতুংদা মখোয়গী লমথক্তগী থল্লুবা ট্রাইবেল প্রজাশিং অতু পাক চাওরবা ভারতকী অপুনবা জাতিগী ইচেলদা পুশিল্লকপা হায়বসি হক থেংনা লুবা থবক অমনি মতু পাক হেক কোকহনবা উমদে । মোবেল থক্তগী ওইবা অকনবা শক্তি অতু স্বাধিন্তা যংলবা মতুংদা ফাওবদা কোকহনবা উমদনা লৈরি ।

ট্রাইবেলশিংগী রাজনিতিগী উমথৈশিং অসি থুঙংদগী জিলাগী থাক্তা হোংদোক্তনি হায়রি, অতুবু অতুনক লৈরি । হোংবগী মহুত্তা ভারতকী মতুংদা সব-সিষ্টেম ওইনা যান্না শোন্না লৈহল্লি । অরাং নোংপোক লমদমগী ট্রাইবশিংনা থাজবম্বা কয়া এখোয়না নৈনবদা উবা উমই, অসিগুম্বা হু অসি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিশিংনা শাসন তৌরম্বগী খুদোলনি । মখোয়না ট্রাইবেলশিংবু ভারত মীযামগী পুন্সিদা য়াওহন্দনবা শিল্লমই, মতুনা অকোনবদা তোথায় তানিংবগী রাখল লাক্তুনা একট্রিমিষ্টকী থবকশিং হেক লাকখি ।

অসিগুম্নবা ভারতকী জাতি অসিদা ট্রাইবেলশিংগী রাজ নিতি তোওান্না তান্নবা ভারতকী সংবীধানদম্ন শিল্লকখি । ভারতকী সম্বিধান পোত্ত্রিউৈগী মমাংদা ভাওতকী. অরাং নোংপোক লমদম অসিগী চৌগীসম মথৈ ভারতকী মতুংচনবা হায়না

শিল্লমই। অসিগুম্বা মন্নুংচনদবা লমশিং অসিদা দিপুটি কমিশ-সন্নর অমদা শিননরমই। আসামগী চীংগী জিলাশিংদদি মথোয় গী চৎনবী খর লৈবমই, মত্তুদা যুম্ফম ওইকা শাসন তৌনবমই। মতুদি খুনগী নিংথৌ অমদি মকোকথোংবশিংনি, খাসি অমস্তুং জয়ন্টিয়াগী চীংশিংদনা "স্যাম" "লিংদো" অমস্তুং "সারদার" অত্তুগা গারো হিলসতনা "গাউন বুড়া" নাগাশিংস্তু গাউন বুড়া অত্তুম কৌই। লুসাই হিলসনা "লল" শিংনা সাসন তৌই। মীযাম গী অপাম্বা ফোংদোকনবা দিষ্ট্রিক্টকী থাক্তাফাওবা রাজনীতিগী অর্গেনাইজেসন অমত্তা লৈমবদে শোক ১৯৩৫ গী মতুংদা জরাই, গারো অমস্তুং মিকির হিলসনা প্রোভিন্সিয়েল আইন সভাদা ভোট থাদনদুনা খনবা মীহুৎ (হকথেংননদি যাওদবা) মীহুৎ যাওহন বাওমখি। অত্তুবু ভাবত্তা যাওদবা লৈবাক হায়না খংনবা লুসাই, নাগা অমদি নোর্থ কাছার হিলসতদি মীহুৎ অমৎতা থাবা যাখিদে।

ত্রাইবেলশিংগী এরিয়াদা লৈঙাক-শাসন পায়খংকদবা হায়বসি খুদোংথিব্রবা অমনি অমস্তুং স্বাধিন্তা ফংলবা ভারত সরকারনা খোংথাং খুদিংদা চেকশিননখি। ডাঃ এনিমেশ রেগী ডাইনেমিক ওক চেঞ্জ হায়রমত্তুদগী আইদিয়া অমা ফাওরকখি।

কনষ্টিটুয়েণ্ট এসেম্বলীগী মখাদা সব-কমিটি অমা শেমখি, অসামগী প্রেমিয়ার গোপীনাথ বোরদো লোইনা সভাপতি ওইবগী মখাদা আরঃ কেঃ রমধিয়ানীনা সব-কমিটি অসিগী সেক্রেটরি ওইদুনা ট্রাইবেল এরিয়াশিং অসিদা লৈরিবা শাসনগী মওং কুপনা

নৈনখি। কমিতি অত্থুগী রাখলদা ট্রাইবেলশিং অত্থুগী পুন্সি মওং অত্থু য়োকখৎনবা খনখি, অত্থুগা ট্রাইবেল প্রজা মীযাম্মু ষ্টেট অত্থুগী শাসন অমস্থুং রাজনিতিগী পুন্সিদা মতিকচান্না, চপচানা যাওবা ৎইথোক্লবস্থু যোকখৎলি। সব-কমিতি অত্থুগী রাখলদা অসিমস্থু কাওখি মত্থুদি চীংগী লমদমশিং অত্থুনা লালথোংগী মরু ওইবা অরুবা মফমদা লৈবনিনা তম্পাক্কী খব চাওখৎলবা প্রজাশিংনা ৎৎলগনি অমদি শুপ্পকলগনি হাংবগী অকিবা ফাওহল্লোইদবনি হায়বসিম্নি। অত্থুগা মখোয়গী শাজং-লিচং, কস্তম, সোসিয়েল ওর্গেনাইজেসন, খুঙ্গগী চৎন পথাপকী মওং অসিন চংবস্থু নিংথা তমহননবস্থু কুপনা খনখি। মখোযগী পুন্সি মওং অত্থুবু শোযহল্লনবা চপচানা ভাকপী শেনবীবা ডমদ্রবদি লৈবাক অসিগী অতৈ শকক্কা মখোযগগী একতা অত্থু কনহনবা ডমগোই। মসিমস্থু খংজিনখি মত্থুদি ট্রাইবেল প্রজাশিং অসি মখোয়না মশাগী লম, উমংশিং, বিচার মওংনচিংবদা যান্না পাখৎ চাওই মবম অত্থুনা হাযবিবা পোংশিং অসিদস্থু মখোয়গী হান্নগী পুন্সি মংং অত্থু অত্থুম যোকখৎপীনবা হোংনবা তাই হায়বসিমস্থু মখোযনা উখি। মত্থুগী মতুংইন্না মখোয়না হাযখিবদা ট্রাইবেলশিংগী অচুম্বা পাম্বা মরু ওইনা মখোযগী থবক ননথাং শিনবা শিইবা লাংবদা মপুং ফাহনবিগদবনি, অত্থুগা মত্থু ভৌবদস্থু ষ্টেটকী একতাস্থু কায়হনদনবা ভৌগদবনি।

চীংমীশিংনা মখোয়গী কস্তম, স্বত কংহোবগী আইন, বিচারগী মওং মতৌ, লম, উমংনচিংবগী শাসন ভৌরকপদা লমদবগী ওইনা মনিং তমজবা শাসন মওং অমা জিংখৎননবা সব-কমিতি অত্থুনা

প্রস্তাব তৌখি। মওং অসি ভারতকী সম্বিধানগী তরুকগুবা সে-ড্যুল অসিনা পীরিবসি য়াম্না চম্বা শেনথুম য়াম্না চংহন্দনা ট্রাই-বেলশিংগী থৌরমশিং পাংথোকপা ঙম্নবনি। অত্নুগা এরিয়াশিং অসি অসামগী শরুক অমা ওইনা চথগদবনি। তোপ তোপ্পা ট্রাই-বেল কস্তমগী মতাংতদা মনিং তমজবা আতোনোমি লৈজগদবনি, ষ্টেট শাসনগী থবক্তদি অপনবা পীরোই। ষ্টেট অমদি ইউনিয়ন সবকাবনা মখোয ট্রাইবেলশিংগী চাওখৎনবা অমসুং মনিং তম্না শাসন তৌহন্নবা, থোইদোক হেন্দোক্লা মহৈ মশিং অমসুং ইকো-নোমি চাওখৎহন্নবা, অওং-অনৈ কযাদগী কনবীনবগী দাযিত্ব লৌ-গদবনি।

কনষ্টিট্যুসনগী তরুকগুবা সেড্যুলগী মখাদা আটোনোমাস দিষ্ট্রিক্ট তরুকথক অসামদা শাগংখি ঃ ইউনাইটেট খাসি অমসুং জযান্তিয়া হিলস, গাবো হিলস, লুসাই হিলস, নাগা হিলস, নোর্থ কাছার লিলস অমসুং মিকিব হিলস অসিনি। মখোযসি দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সি হায়না খংনগনি, মখোয অসি মেম্বর ২৪ না শাবা আটোনোমস দিষ্ট্রিক্ট ওইনা লৈগনি, দিষ্ট্রিক্ট অমমমদা লৈবা মেম্বর ২৪ গী মনুংদা শরুক মরি থোকপগী অহমদি সাবনক ভোটনা খনগনি। অত্নুগা আটোনোমস রিজন অমখক্তংদি লৈঃ মত্নুদি পারি লাখের রিজননি। মনিপুর অমদি ত্রিপুরাগী মতাংদদি ইন্দিয়ান ইউদিয়নগী মনুংদা মখোয়বু পার্ট সিঃ ষ্টেট ওইননবগী ব্রারেপ তাখি। নেফাবুনা অহুমক থমখি, মমৈদা অরুনাচল প্রদেশ হায়না ইউনিয়ন টেরিটোরী ওম্মোকখি।

প্রধান মন্ত্রি জবাহারলাল নেহরুনা অরাং-নোংপোক্কী লমশিং অসি শোক ১৯৫২ ইংদা ওক্টোবর থা মনুংদা কোয়রকুনা য়েংখি। মানা য়েংশুরবা মতুংদা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিং অসিগী শেন-থুম অমসুং শাসনগী দরকার ওইবশিং থংননবা ওফিসিয়েল ষ্টাদি অমা শেমগদবনি হায়না লেপখি। মতম অতুদা লৈরম্বা দিষ্ট্রিক্ট বোর্দতগী য়াম্না হেন্না দিষ্ট্রীক্ট কাউন্সিলশিং অদুদা পাক চাওনা শক্তি পীরুবে হাণবসি থংলকখি। দিষ্ট্রীক্ট কাউন্সিলনা শিজিন্নরিবা শক্তিশিং অদুম্ন লোকেল আথোরিটিশিংগী শক্তি নংলমদে। মতুদগী দিষ্ট্রীক্ট কাউন্সিলশিং অমদি ষ্টেট সরকারগা অনিগী মরক্তা থবক্কী মতাংদা চয়েংনবা অমসুং থংনবা থোরকপা তাখি।

মনিপুর অমসুং ত্রিপুরাদি অতোপ্পা রাযোক অমাগা মা য়োন্নবমই। মনিপুর (মৈতৈ হাণবসিনা অপুনবা মীশিংগী চাদা ছনফুতরা নিথোইনি) শিংনা পার্ট সিঃ হায়বা ষ্টেটকী থাক পীবা পায়মদে। মরমদি বৃটিশ সম্রাজ্যাবা দিগী মথাদা লৈরবৈদা মথোযগী মশিংতম্বা আইন সভা লৈজরনই। অতুগা অন রোমদনা ভসিদি থাজনিংঙাইবু ওইদ্রে মরমদি ভারতকী নাগবিকশিংনা মনিপুরদা চংবা তাবরদি পাসপোর্ট দরকার ওইরমই। মনিপুরগী মীশিংনা মরম অদুগীদমক্তা মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইবগী থাক অদু তানখি। অদুবু মতুগী পাওখুম ফংখিদে মতম অদু মনিপুর অসি এডভাইজরগী মথাদা লৈরমই। মথংদা মনিপুরবু টেরিটোরিযেল কাউন্সিল অমা ওইহনখি। মপুংফাবা ষ্টেটহুড পীখিবদি শোক ১৯৭২ ইংদা জায়রি। মসি এডভাইজরগী মথাদা

লৈনিংদবদগী মীয়াম্না মায়োক্নখিবনি। মপুংফাবা ষ্টেটহুড তান্নবগী অহানবা দাবীদা মৈতৈ নাগা পুন্নমই অহুবু কেন্দ্র সরকারনা ওন্ন-তৈনবা এডভাইজরি শাসন মথাদা মনিপুরবু থমজিল্লকখি। মহুদা খরদি হেঙ্গংনা ভাবত সরকারনা পীরকখি হায়ববু মপুংফাবা ষ্টেইহড হায়বহুদি নত্তে, টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল ওইনা পীর-কখি। মহুনা সাসন মথল অনিথোক্না লোংহনখি। শক্তি মচেং অমত্তং পীরগা সাসন তৌহনবা কাউন্সিলম্নি, মহু চিফ কমিসনরগী মথাদা লৈবনি। মহাক্না যাত্রবদি কাউন্সিল অহু করিমত্তা পাস তৌবা বিল খুদিংমক এক্ট ওনবা য়ারমদে। অহুগা চিফ কমিসনরগী মথাদ মাগী সেক্রেটরি এইদকা লোইননা হেন্না শক্তি লৈনা শাসন তৌবনই। অহুগুম্বা চিফ কমিসনর অহুনা ভারত সরকা-বনা খনবা মথোযগী মীহুংনি। অসুম্না লৈরম্বদগী শোক ১৯৭২ ইংদদা মপুংফাবা ষ্টেটহুদ ফংখি।

নাগালেণ্ডগী মতাংদদি ( মমিং অসিমক নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্টতগী হোংখিবদগী ) অহুমক থোনখি, মতাং অহুদা য়াম্না চযেৎনবা অমা লাকখি। অহানবা হৌদোরকপদা নাগালেণ্ড অসি মপান যোবন পুনা মিনিষ্ট্রীগী মথাদা লৈহনখি।

ত্রিপুরা নিংথৌপানবা লৈবাক অসি ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা ইহান হান্না পুনবা ষ্টেট অমনি ওক্টোবর থাগী তাং ১৫, ১৯৪৯ ইংদা পুন্নকখি। হায়রিবা মুমিং অসিমক্তদা চিফ কমিসনরনা মহা-বানী রাজমাতা নিংথৌ কিরেট বীকরমগী মমা দগী শাসন লৌ-শিনখি।

কনষ্টিটুসন শেম্নকপগা ত্রিপুরা অসি পার্টসি ষ্টেট ওনহনখি, ভারতকী মখাদা চিফ কম্মিসনরনা সাসন তৌখি। শোক ১৯৫২ ইংদগী ত্রিপুরা অসি এডভাইজর কাউন্সিল অমনা শাসন তৌখি, অমসুং শোক ১৯৫৬ ইংদগীদি ত্রিপুরা অসি সেন্ট্রেল টেরিটোরি ওইখি, অমসুং শোক ১৯৬৩ ইংদগী ত্রিপুরা অসি ইউনিয়ন টেরিটোরী ওইখি। মপুং ফাবা ত্রিপুরাগী ষ্টেটহুদ ওইনা ১৯৭২ জনুয়ারি ২১ দা পীখি।

কনষ্টিটিউসন চংনবা হৌরকপা মতম অতুরাইদা ভারত সরকারনা য়াম্না শোযবা অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা তৌখি। লমদম অসিদা লৈবিবা চীংমীশিংনা অসামবু ফত্তনা লৌবা অমসুং থাজনদবসি লৈরকই। অসাম সরকাব অমসুং মসিগী লুচিংবশিংনা মখোয়গী থবক পুম্নমক্তা ফজনা মাযপুনহনা চীংমীশিং অতুগী চিংনবা অমসুং লাম্না লৌবদি অতুম হেঙ্গংলকখি। অতুগুম্বা চিংনবা কয়া অহনা চাংগী লমদা অনৌবা মওং অমা তাম্নবসী হেঙ্গংহনখি।

চিংননিংঙায ওইবা কযা অসিনা চীংমীশিংগী মবক্তগী চাংগী ওইবা অসামগী আতোনোমস দিষ্ট্রিক্ট যাপ্তনা হিল ষ্টেট অমা শেম্নবা দাবী হেঙ্গংহনখি।

ভারত সরকারনা মখোয দাবী অতু য়েংশিন্দবা য়ারকখিদ্রে, অহনা শোক ১৯৫৫ দা ষ্টেট রি-ওর্গেনাইজেসন কম্মিসন শেমখিবহনি। অতুবু কম্মিসন অহনা লৈরিবা রাথোক-লাম্থোকশিং অতু লুথনা নৈনবা ঙমখিদে, অমসুং দাবীশিং অতু করিমত শেমগৎ শাগৎপা ঙমখিদে, অহনা হান্নগী লৈরিবা থাক অতুদা অতুমক

থম্নবা রিকোমেণ্ডেসন পীরকখি । অদুগা আসাম সরকারনা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিং অদুগা নকশিন্নবা চৎমিন্নবস্থ পল্লকখি । কমিসন অদুনা চীংগী ষ্টেট অমা লৈনবা দাবী তৌরকপদু ককথৎখিবদুদি চুমখি, অদুবু চীংমীশিংনা আসাম সরকারবু থাজরমদবা অমসুং পেন্দবদুদি কুপনা যেংশিনখিদবদুদি লানখি ।

অসুম্না হান্নগী থাক্তা চীংগী দিষ্ট্রিক্টশিং অসি অদুমক চথরকখি । চীংমী প্রজাশিংগী পেন্দবা অমদি অশাওবস্থ অদুম হেক্ষংলকখি । অদুগা হান্নগী থাক্তা লৈরকপনা ইকোনোমি চাওখৎপা যাদবদুনি, মদুনি, চীংমীশিংনা মপুং ওইনা পেন্দবা মরম, চংগদবা খরচকা লাক্কদবা আয়গা আসামগী শাসন য়াম্না মাম্নরকখিদে । দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল-শিংগী খবচ য়াম্না শাথিনা পুবা ঙমথিদে ।

মদুদগী মথংগী খোংথাংদদি মখল মখা কয়াগী শেনফম কায-থোক্লগা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংদা শেল-থুমগী মতেং পীখি । অদুবু যলদি থোইনা অফবদি ওইখিদে । দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংগী মরক্তা সুংঙায়নদবা শেনফম ওইনা থোকখি, ওন্ন-তৈনবদা মীখা পোনবগী ব্রাখল অমদুম মখোয়গী ব্রাখলদা ফাওরকখি । অমরোমদনা মথন্তনা খুদোংচাবা লৌনবগী ব্রাখল কযা চথরকখি । অদুনা ইকোনোমিগী কান্নবা অশেংবা হায়বদুদি ওইখিদ্রে ।

সমাজগী ওইবা হিরমশিংদা মরু ওইবা অহোংবা খর স্বাধিন্তাগী মতুংদা চীংমীশিংগী লমশিংদা লাকখি । বৃটিশনা পাল্লিমেণ্টদা অরাং-মোংপোক্তী ট্রাইবেল প্রজাশিং অসি খুল্লাকপগী মথাদা লৈবা নিয়ম অদুমক চৎনরমই । তৌইশুবসুং মসি এনাক্রোনিজমদি ওইরে ।

অদুবু খুল হোংগনবা ট্রাইবকীদি চিফ অসি তঙাইফদবনি। অদুবু খুলাক্তুনা লেংদনা লৈরক্লবা খুনুংশিংদদি চিফ অসি চুমগী হেডমেন ওইনা লৈনৈ। ট্রাইবেলশিংনা তাবা লমশিংদদি চিফশিং অসি মচিন চৎপা লুচিংবা ওইনা থবক তৌরকই। মখোয় অসি মকম অদুগী মীহুৎ ওইনা সরকারনা থম্লি। বৃটিশনা খুনবু-খাল্লাকপগী চংন-পথাপ অসিবু মপুং ফানা যোকৎখত্তুনা থম্মই, চিফশিং অদুবু শেল পীজরগা নত্রগা মোইথেম তৌদুনা শিজিন্নরগা প্রজা মীয়াম্বু নমথবগী থবক চথহল্লি। চিফশিংদা শেল পীজরগা নত্রগা মোই-থেম তৌদুনা নমথনবগী থবক্তা য়াওহল্লি।

বৃটিশ শাসন লোইশিল্লমদাইদা ট্রাইবেল খুন খুদিংদা চিফশিংবু পেন্নদবগী রাখল অমা চিফশিংগী মাযোক্তা অকনবা ইহৌ অমা হোগংলকখি। মসি প্রজা মীযামবু নমথবগী য়ানিংদবা ইহৌনি। স্বাধিনতা ফংলবা মতুংদা অসিগুম্বা তুক্কচরবা নিতি অসিবু লৌথোক-খি, মসিবু চিফশিংনা ওর্গেনাইজ তৌদুনা লাল হৌনবা হোৎনবমই মসিবু বৃটিশশিংনা মখোয়গী চৎনবী অদুবু যোকখত্তুনা থম্লকপ-দগীনি। শোক ১৯৪৭ ইং আগষ্ট থা ফাওদা সুপেরিন্টেন্দেন্ট এল এস পিটরনা লুসাই হিলসতা চিফশিংবু ওর্গেনাইজ তৌদুনা চিফসিপ লৌথোকপগী মায়োক্তা লাল হৌনবা শিল্লকখি। অদুবু ইহৌ অদু মায়পাকখিদে, অরোয়বদা চৎন পথাপ অদু লৌথোকখি।

মসিনা ট্রাইবেল সমাজগী মরু ওইবা শক্তম অমদা হোংলকখি, ট্রাইবেল প্রজাশিংনা মখোয়গী অনৌবা লোকেল-সেলফ গোভর্নমেন্ট শেমদা ইহান ছানবা ওইনা গনতান্ত্রীক ওইবা মওংদা ভোট থাদদুনা মখোয়গী মীহুৎশিং খনবগী অধিকার ফংখি।

চিঙ্খুশ্রিপুকী চৎন পথাপ অসি মুথৎলগা অনৌবা চৎনপ-থাপকী আথোরিটি অমা শাগৎপা হায়বসি তঙায়ফরক্লে। অদুনা অনৌবা চৎন পথাপ অদুনা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংনা চথরিবসিনি। মসিমসু তঙায়ফদে হায়বদি দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংনা শক্তি য়াম্না লৈরকপদুনা আসামগী শাসন মথাদা মথা পোনবা য়ারকখিদ্রে, হেন্না শক্তি লৈবা নিংথা তম্না শাসন তৌনবা শক্তি লৈজবা কাউন্সিল ওইহনবা তাখি।

অদুবু দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিংগী থৌরম কয়াদা অতোপ্পা খুং-দোংথিবা অমদি অশোযবা কয়ামসু য়াওখি। সরকারনসু মদুগী মরমদা করি তৌগদগে হায়বসি মুম্না ভাব তাখিদে। মদুনা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল শেমখিবা চহি তরা শুরবফাওবদা থোইনা ফগৎপগী অহোংবা লাকখিদে। মদুদগী সরকারনা অতোপ্পা কম্মিসন অমা শেমখি, মমিংনা পাটাস্কার কম্মিসন হায়না থোল্লি। কম্মিসন অসিনা মাগী রিপোর্টতা অস্নুম্না হাযখি— "কাউন্সিলশিং অসিগী থবক মতৌ পুম্নমকতা পেল্লিংঙায় ওইদ্রে। অসিগুম্বা বোডিশিংগী শাসন্দা ইনকারি তৌরমদবসি লাইবক থিবনি, মদু তৌননবা তরুক শুবা সিড্যুলদা প্রোভিজন অমা য়াওরিবনি, মদুগীসু মথক্তা থবক খুংতৌদা পেন্নদবগী চহি কয়ামুক ৱাকৎনরক্লব-নি। শাসন ফগৎনবা অসিগুম্বা ইনকারি অসি অমুক্তসু তৌরগ্রবদি কাউন্সিলশিং অসি ট্রাইবেল প্রজাশিংদা য়াম্না কান্নবা ওইরমগনদ্রবনি"।

ইনক্কারি কম্মিসনশিং অমদি মখোয়গী রিপোর্টশিং অহুবু মখোয়মকনা শুকয়া য়ানিংলমদে। মরমদি মখোয়না কা অমা হে ননা তৌবদি নত্তে। ট্রাইবেলশিংনা য়ানিংদবগী মরু ওইবদি আসামগী শাসনবু থাজদবা অহুবুনি। অহুবু মহু খংনখিদ্রে। মহু খংলমলবদি খুদোংথিবা কয়ামা থোক্লবকপ্রিবহু কন য়াম্না হুন্থহন বা য়ারমগদবনি, অরাং নোংপোক লমদম অসিগী খুদোংথিবসি।

শোক ১৯৫৩-৫৪ ইংদা ট্রাইবেল প্রজা খরনা আসামগী এদমিনিষ্ট্রেসনগী মায়োক্তা মযেক শেংনা পীগ্রবনি। মখোয অহু গী য়াকং মতুংইন্না আসাম সরকারনা চৌংগী লমদা কবি দরকার লৈবগে হাযবা করিমত্তা খংদে সেন্ট্রেল সবকাবনা চৌংগী লম দম চাওখৎনবা থাদবকপা শেনফম পুন্নমক মওং তানা শিজিন্নখি দবা অহুবুসু পেন্নদে অমসুং চৌংমীশিংগী দবকাব ওইবা মওংদা শিজিন্নখিদে হায়খি।

সবকারনসু চৌংমীশিংনা আসাম এডমিনিষ্ট্রেসনগী মাযোক্তা লৈবসি ভাব তাবা ইওম ঙমখিদে। ট্রাইবেলশিংগীদমক্তা থবক থরদি পাযখৎখি, মহুসু ফল মশক খংনা পাক-চাওরবা পোলিসি অমগী মথাদা তৌখিবা নত্তে, নহু মতম থরগী ওইবা থবক ঙাকতনি।

চৌংগী লমশিংদা প্লান পায়খৎনবগী রি-ওর্গেনাইজেসন অহুদা মেঘলয়াবু ষ্টেট ওইহনবা গারো, খাসি অমসুং জরাই আটোনোমস দিষ্ট্রিক্ট অহুম পুল্লগা শেমখি। অহুবু মিকির হিলস অমসুং নোর্থ কাছার হিলসতি আসামদা লৈহৌরে। লুসাই দিষ্ট্রিক্টকী

মওং শেংনা থমখিদে অনৌবা ষ্টেট মেঘালয়দমু য়াওরমদে, অমুনা লুসাই হিলস দিষ্ট্রিক্ট অসি অমুক্তা হন্না আসান দিষ্ট্রিক্ততা চন-খি। শোক ১৯৬৩ ইংদা নাগালেণ্ড অসি মপুংফাবা ষ্টেট ওই খি মহুগী মমাং নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্টকী মিং অমু নাগালেণ্ড ; থান খিবনি। লুসাই হিলস দিষ্ট্রীক্ট অসি শোক ১৯৫৪ দা মিজো দিষ্ট্রীক্ট হায়না ওন্থোক্লগা অমুম লৈহৌই। অমুনা হান্না লুসাই হিলস দিষ্ট্রীক্ট কাউন্সিল অমুমু মীজো দিষ্ট্রীক্ট কাউন্সিল হায়না মমিং হোংদোকখি।

মীজো দিষ্ট্রিক্ততগী তোঙানবা হিলস ষ্টেট অমগী দাবী তৌ-বা হৌরকখি। মমুদা আসামগী অতৈ হিলস এরিয়া অমদি নে ফা যাওনা শেমগদবনি হায়না তাক্লকখি।

মীজো দিষ্ট্রীক্টী মমুংদা অহানবা রাজনীতি দল, মমিংনা মীজো ইউনিয়ন অসিদি মতম পুম্নক্তা আসামগী শকক অমা ওই না লৈগদবনি হাযনা পাল্লবি। মীজো ইউনিয়ন অমুগী মমুংদা অযেংপা খরতনা যেৎলম্বনি। অমুবু মীজোশিংগী লমদা লৈবা স্কুলশিংদা ফাংবা আসামী লোলনা লাইবিক তম্বগী লোল ওই রগনি হায়না চংশিল্লকপদা মীজো ইউনিযন অমুকমু শোকখি। ষ্টেটকী অপুনবা একতা কনবা তারবদি চীংগী লোলমু আসামী স্কুলশিংদা তমগদবনি হায়বা রাযেল অমা মপুক্লিংদা ফাওনরকখি। মসিনা তাকপদি চীংমীশিং অসি আসামীজশিংনা পাযশিন্নবনি অমদি আসামী লোনবা পুন্নমক আসামী ওইনা লোয়না শোক হল্লে, মসিমক্তা দাবী ওইনা তৌরকখি, অমুবু করিমগা পাওখুম

পীরকখিদে। কায়নথংদা মীজো ইউনিয়ন অসিমকী একজেকি-উটিভ কমিটি ফাওবা তোঙানবা হিলস ষ্টেট অমা শেম্বা হায়ব-সিগী রাখল পোল্লকখি ।

শোক ১৯৫৪ ইংদা ষ্টেট রি ওর্গেনাইজেসন কম্মিসন্না আসামদা লাকপা মতমদা মীজো ইউনিয়ন অমসুং লুসাই দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগা পুন্না মেমোরেণ্ডম অমা কম্মিসন অদুদা পীখি, মদুদি আসামগী অপুনবা মীশিংগী মতাংদা আসামীনা চাদা কুন্থ্রামাথোইনি, বেঙ্গলীনা চাদা কুন্থ্রামাথোই, অমসুং, অতৈ অতৈ ট্রাইবেল য়াওনা চাদা কুন-থ্রানিপান্নি। অদুগা থবক হাপ্পগী মতাংদনা চাদা হুমফুনা আসা-মীদা অদুগা অতৈগীনা চাদা নিফুতমক্লি। শেমগৎ শাগৎপগী মতাংদসু অপুনবা শেনফমদগী চাদা হুমফুতরা মওাদি আসামী তাবা লমদা অদুগা লেমহৌবা চাদা কুনমঙা অদুনা অতৈ জাতিশিং তাবা লমদা থাদে। মেমোবেণ্ডম অদুগী শক্তম অদুনা আসামদগী তোঙান্না লৈরগে তাক্লি ।

## মেমোরেণ্ডম অদুগী অরোইবদা ঃ

হায়রিবা আসামগী মফম অসি ভারতকী নোংপোক থমথেং-বদা লৈবা লৈবাক অমনি, ইরাং হৌবদা পোথাবা লৈত্রবা করিগুম্বা মওং তানা শেম্বগী পাম্বে লৈররোইদবা অমা কম্মিসন অসিদা অরুবা, খুদোংথিবগী রাফম অমা উখি, মরমদি ভারতকা হুমথং-ন্নরিবা পাকিস্থান অমদি কম্যুনিষ্টমা লাল তৌরিবা বুর্মা অনিগী মরক্তা ষ্টেট অমা শেম্বগী রাফম অসি অরুবা রাফম অমনি ।

অপুনবা মেমোরেণ্ডম অদুদা অসিমস্থ নিংশিংহল্লি মদুদি মীজো তাবা এরিয়াশিং মনিপুর অমস্থং ত্রিপুরা অসিস্থ লুসাই দিষ্ট্রিক্ট অসিগা শম্নগদবনি অদুগা মীজো তাবা লম মথৈ অদুনা মীজো দিষ্ট্রিক্ট অমা শেনগনি অসিনি ।

অজোপা দাবী অমনা তোঙানবা দিষ্ট্রিক্ট অমা শেম্নবা, মমিংনা হমার হিলস দিষ্ট্রিক্টনি, হমারনা মেজোরিটি ওইনা তাবা লমশিং লুসাই হিলস, মনিপুর কাছার অমস্থং আসামগী মস্থংচনবদা লৈবা নোর্থ কাছার হিলসশিং অসিদগী পুনশিল্লগা শেম্নবনি ।

খর লৈরগা হাইলেণ্ডর ইউনিয়ন হায়বা কাংবু অমনা তোঙনাবা চাংশিংগী ষ্টেট অমা মীজোরামগীদমক্তা হিমাচল প্রদেশগুম্না শেম্নবা দাবী তৌরকখি মদুদা য়াওগদবনা মনিপুর, ত্রিপুরা, কাছার অমস্থং লুসাই হিলসনি হায়না সজেসন তৌরকখি ।

ষ্টেটশিং রি-ওর্গেনাইজসন কম্মিসন্না দাবী অদু কবথৎখি মখোযগী তোঙানবা হিলস ষ্টেট শেম্বগী রাকমদু, অদুবু অসামগী সবকাবনা ট্রাইবেলশিংগী অপাম্বদু ব্যবহার তৌবা ঙমদবদগী লুশি-ল্লক্লিবা ময়াম অদুদি অচুম অরান করিমত্তা কম্মিসন্না খংবা ঙমখিদ্রে । চাংমী প্রজা অয়াম্বনা কম্মিসনগী রিকোমেন্দেসনশিং অসিবু পাম্নখিদে । নাগাশিংনা কম্মিসন অদুবু বোইকোট তৌখি, অদুগা হৌজিক্তি মপুংফাবা মনিং তম্বা লৈবাক ওইনবা মখোয়গী পম্মুংনি হায়না লাওথোক্লদুনা লাল হৌরক্লে । হিলস ষ্টেট অসি তোঙান তোঙান পোলিটিকেল পাটিশিংগী লুচিংবশিংনা মত ত্থেম্নবা কমামস্থ লৈখি।

শোক ১৯৫৬ ইংদা খাসি, জয়ন্তিয়া, হিলস, গারো হিলস, মিকির হিলস অমসুং মীজো হিলসকী লুচিংবশিংনা আইজোলদা কনফেরেন্স অমা তোরগা অসামগী চীংগী দিষ্ট্রীক্টশিং লোইনা পুল্লগা তোঙানবা হিলস ষ্টেট অমা শেম্নবা রারেপ তাখি। অতুগা অনৌবা পোলিটিকেল পার্টি অমা ইষ্টর্ন ইন্দিয়া ট্রাইবেল ইউনিয়ন ( EITJ ) হায়না অমা শেমখি। মসিগী থৌরম পরেংদি হিলস ষ্টেট অমা শেম্নবনি।

তোঙানবা হিলস ষ্টেট অমা শেম্নবা হৌরকপসি অসুম্না লৌবযাই হায়বদি অসাম সরকারনা তম্পাক্কী মীশিংগী অপাম্বতা য়েংহনা ট্রাইবেল প্রজাশিংদা মতম শাংনা তৌনিংবতা তৌবক পদগী হায়বিবা দাবী অসি লাকখবনি।

মসি উবক্রহনা মন্ত্রি জৱাহারলাল নেহরুনা শোক ১৯৫৭ ইংদা শিল্লোংদা চত্তুনা অসাম সরকারদা চংশী প্রজাশিংনা থাজবা রাংলবা অসাম সরকার অসিগী থৌশিলশিং অসি তোক্কদবনি হায়খি। মহাক্না চংলুবদগী ইষ্টর্ন ইন্দিয়া ট্রাইবেল ইউনিয়নগী চিংমী লুচিংবা অহুম অসামদা মন্ত্রিগী ফম পীখি। চীংমী লুচিংবা অহুম অহুদি কেপটেন ৱিলিয়মসন সাংমা, (গারো হিলসদগী ), লাংসিং খিরিয়াম ( খাসি অমদি জয়ন্তিয়া হিলস ) অমসুং ললমোইয়া ( মীজো হিলস ) দগীনি, মখোয়সি অহানবা ওইনা হাপখি, অনিশুবদা ডিপুটি মিনিষ্টর অমা অমসুং অহুমশুবদা পার্লিয়ামেন্ট সেক্রেটরি অমা হাপখি।

নাগালেণ্ডগী রাফম অসিমা তোঙাল্লি মরম অতুনা পায়খৎ-লকদবা মওংস্থ তোঙাল্লি।

নেহরুনা কোয়রকপা মতুং অসি খরমখৈ চীংগী লমদমশিং অসি মতম খরদি লৈতাবগুম তৌখি। অতুবু লোনগী মতাংদা শোক ১৯৬০ ইংদা ব্রহ্মপুত্রা অমদি ববাক তম্পাকশিংদা খৎনচৈনবা থোরকখি। অসাম ষ্টেট লেজিচলেচবনা আসাম ওফিসিয়েল লেঙ্গ্যুইজ বিল অমা শোক ১৯৬১ ইংদা পাস তৌখি। মতুগী ফল অমনা অসামীগী লোলনা ওফিসিয়েল লেঙ্গ্যুইজ ওইনা আসাম মনুংদা চৎনবা হৌরকখি। অতুদগী'দি চীংমী লুচিংবা পুন্নমক অসাম সবকাবদগী রিজাইন তৌখি। অতুদগীদি চীং-গীলমদমশিং পুন্নমক অসামদগী খায়দোকুবা মথং মথং হৌরকখি। মসি অসামগী শাসন পাযবশিংনা শিংবা ব্রাংপদগী চীংমীগী লম-শিংদা খুদোংথিবা পুন্নমক অমুক হন্না থোকহনথিবনি।

মরম অছুনা শোক ১৯৬০ ইংগী জুলাই তাং ৬ অমদি ৭ তা চীংমী লুচিংবশিং পুন্নমক পুল্লগা এমঃ পীঃ জেঃ হগজির কংগ্রে-সনা সভাপতি ওইছনা শিল্লোংদা মিটিং অমা পাংথোকখি। মিটিং অসিদগী অনৌবা রাজনিতি দল অমা শেমখি, মমিংনা অল পাটি হিলস লীডর্রস কনফেরেন্স ( APHLC ) থোনখি চীংগী ডিষ্ট্রিক্ট পুন্নমক্তা লৈরিবা পোলিতিকেল পাটি পুন্নমক পাটি অমদি পুন-শিনখি। শোক ১৯৬০ ইংগী লোইশিন্নমদাইদা হাফলোংদা অল পাটি হিলস লিডরস কনফেরেন্সনা 'চীংগী' ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংমক

অসামদগী থায়দোক্কনা ইষ্টর্ন ফ্রোন্টিয়ার ষ্টেট অমা শেমগদবনি হায়না রারেপ তাখি।

স্বাধিনতা ফংগ্রবা মতুংদা অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা থোকখ্রিবা রাফমশিং অসি অমুক্তং হঙ্গংনা য়েংলুবদা রাফম অমা লোইশিন্দ্রিডৈদা অমা অমুক লাকশিনবা : বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিনা হুপনা থনমন্থনস্ত্র অমদি মীরৈবাক্কী এজেনশিংনা ফনা লৌতুহুনস্থ আসাম সরকার অসিদং লান্নমড্রবদি অরাং-নোংপোক্কী চীংগী লমদমসিদা থুদোং থিবসি য়াম্না থোক্লমলোইদবনি। অতুগা নিংখা তমলবা ভারত সরকারনা বৃটিশশিংনা তৌরম্বা ময়াম অতুস্থ লোই-শিন্নবা মপুং ফাবা থদক অমত্তা পায়থত্তবা অতুগা বৃটিশকী সম্রাজ্য হু চা।রম্বসিবু মতম চানা পায়খৎপা ঙমখিদে।

মীজোরামদা মতুং থোরকখ্রিবা থৌদোক ময়াম অতুস্থ আসামগী শাসন পায়বশিংনা মীন্নুংশি থংদবা, মীগী অরা-অনাদা নাচুংগন-দবা অমদি থন্থবা রাংপদগী থোকখিবা ঙাক্কনি। হায়রিবা মতম অতুদা মীজো হিলসতা শেন-থুমগী অরাবা অমা থোকখি। শোক ১৯৫৯ ইংদা মীজোগী চীংগী লম মফম পুন্নমক্তা রা মপাল শাংখি, মহুদা মীজোগী প্রজানা থায়নদগী থাজনরকপা অকিবহু লাক্রে হায়না মখোয়গী পুক্লিংদা ফাওখি, রা মপাল শাংপমা লোয়ননা মহৈ-মরোং কৌনচিংবা পুন্নমক উচিনা লোইনা চিকথংখি, মহুগী ফলনা অকিবা ফংলবা চাক তাংবা অমা থোকখি, মহুবু মীজো-শিংনা "মাউতম" হায়না কৌনৈ। অহুগুম্বা চাক তাংবহুদগী মীয়ামবু ফনলবা আসাম-সরকারনা লৌথংখিবা থোরাং-অহু য়াম্না মতিক চাখিদে। মরম অহুদগী লেমরক্রুহুনা হান্না কংগ্রেস পার্টিদা

য়াংকবা মীজো এম এল এ পুম্নমক কংগ্রেস লেজিসলেচর পার্টি-দগী তোক্লকখি মরমদি চাক তাংবগী দবা তারবা প্রজাশিংবু স্টেট গভর্নমেণ্টনা পুক্লিং চংদবগী মরাল শীখি। হৌজিক্তি মীজো ইউ-নিয়নস্থু আসামগী পুন্না লৈমিন্নগববনি হায়না তৌরম্বহু আসাম-দগী খায়দোক্লগদবনি হায়না কল্লা হায়গংলকখি মন্থুদি শোক ১৯৬০ ইংদগী ভিলেজ কাউন্সিলশিংগী ইলেক্সন্দা কাউন্সিল ৩০০ গী মন্থুংদা মীজো ইউনিয়ন্না ১৮০ পায়বা ঙমখি।

অন্থুগা মতাং অসিমক্তদা মীজো নেসনেল ফ্রন্ট হায়বহু হৌ-গংলকপা মতাংনি ( হায়রিবা মীজো এক্সত্রিমিষ্টশিং অসি ভা-রতকী একতা মায়োক্লা লালহৌবা কাংবু ওইখি ) অহানবদদি মীজো নেসনেল ফেমিন ফ্রন্ট হায়না খোল্লম্বনি। মীজো নেস-নেল ফেমিন ফ্রন্ট অসি শোক ১৯৬০ ইং চাকতাংবা কুম অন্থুদা লিংখৎখিবনি, এম এন এফ এফনা চাক তাংলিঙৈ মতমন্থুদা মী-য়ামগী সেবা তৌনবা শেমখিবনি, মখোয়গী থবকপু মীয়াম্না থাগৎ-নরকখি অমদি পাক চাওরবা মীয়াম্না য়ারকখি মরমদি দিষ্ট্রিক্টকী শাসন পায়বশিংনফাওবা অন্নাবদা তারবা খুঙংশিংদা রিলিফকী মচাক য়োৎনবা ঙমখিদে। এম এন এফ এফ অসি মীজো দিস্ট্রিক্ট মফম খুদিংদা মীয়াম্না খংনরবা ওর্গেনাইজেসন অমা ওইরকখি।

চাক তাংবা লোইরবা মন্থুংদসি এম এন এফ এফ অসি ফেমিন" হায়বা এফ অমা লৌথোকখ্রে মখোয়গী মীং অসি এম এন এফতা তাযরে। এম এন এফ অসি শোক ১৯৬১ ইংদগী পোলিটিকেল-পার্টি ওইরে; মখোয়গী পাংথোক্লা মীজোরাম অসি

নিংখা তম্বা সোভরেইন ষ্টেট অমা ওইরক্কবা অসিনি। এম এন এফ ( মীজো নেসনেল ফ্রন্ট ) অসিনা মীজোরামগী দিষ্ট্রিক্ট পুন্নমক্কী অপুনবা খোঞ্জেল ওইরকখি।

এম এন এফকী লূচিংবা শ্রীলালদেংঙা অসি দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলদা কেরানি অমা ওইনা থবক তৌবম্বনি। মহাকসি ইন্দিয়ান আর্মিগী এক্স হাবিলদার অমনি। ওর্গেনাইজেসন্দা শিংথাবা য়াবা শক্তি লৈবা অমনি অস্মুম্না মীজো দিষ্ট্রিক্ট যুথশিংনা হুমহুনা ওর্গেনাই-জেসন অসিদা মখোয়না শৌগংতুনা মখিং চনশিনখি মাগী থবক পুন্নমক্কা অওম্বা মতেং পাংগনি হায়না পুশিনখি।

মিঃ কেঃ রোই বর্মনগী মিংয়েংদা "অস্মুক য়াম্না রানববা মতমদা ষ্টেট গভর্নমেণ্টনা যামনা থেংথনা থোরাং পাযথংপসিনা প্রজা মীয়ামদা য়ামনা শাথিনা শোকহল্লে। মতুনা মবম ওইহুনা মীজো ইউনিয়ন্না কংগ্রেস পার্টিগা চংমিন্নরম্ববু এম এন এফ এফনা মীজো ইউনিয়নগী মাযোক্তা ফোংনা কেম্পেইন চংখি। অতুবু মীজো ইউনিয়ন্না কংগ্রেসতগী থায়দোকখিবসি মযেক শেংলবা মরম লৈ চাক তাংবগী রিলিফকী মতাং অমদি ষ্টেট ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ শোক ১৯৬০ দগীনি অতুদগী এম এন এফকী লূচিংবশিংনা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল মীথলদা আসাম সরকারগা মীজো ইউনিযনগী মরক্তা কোচান তোঞ্জানবা মওংদা ওং-নৈখি"।

মীজোরামগী ফিভম অসিদা চাওথং থোংথাং অসি তো-ঞানবা মথক "অমনি 'অল পার্টি হিলস লীডর্স' কনফরেন্সকী লূচিংবশিং দিষ্ট্রিক্ট ক্যাবিনেট চংতুনা প্রধান মন্ত্রি নেহরুগা উমখি।

অদুবু মহুৎগী ফম্‌ করিমত্তা যোকখিদে, অদুদগী শোক ১৯৬২ ইংগী জেনেরেল ইলেক্সন অদু বোইকোট তৌনবা এ পি এইচ এল সিনা লেপখি। অদুবু মীখল অদুদা এ পি এইচ এল সিনা সিট তরা-মাথোইগী মহুৎদা খাসি অমদি জয়ন্তিয়া হিলস, গারো হিলস, মিকিব হিলস ফংখি। অদুগা ইউনাইটেদ মিকিব হিলস অমসুং নোর্থ কাছাব হিলসকী সিট কংগ্রেসনা ফংখি। মিজো হিলসদনা মীজো ইউনিয়ন অমসুং ই আই টি ইউ পুন্না এ পি এইচ এল সিগী ফবাল মথাদা সিট অহুম ফংখি, ( আসামদা মীজো ইউনিয়ন্না সিট অনি অদুগা এ আই টি ইউনা সিট অমা ফংখি )।

অল পার্টি হিলস লীডরস কনফরেন্সনা চীংগী লমদমসিদা লাকপা ইলেক্সনসু অদুমক থেংনবকখি। চীংগী দিষ্ট্রিক্টশিংদা থুংবা সিট মশিং অযাম্বা মখোয়না লোইনা কাবকখি, মিকির হিলস অমসুং নোর্থ কাছাব হিলসদং নত্তনা। অদুবু ইলেক্সন্দা যাও-শিন্নবসু তোঙানবা চীংগী ষ্টেট অমা শেমগদবনি হায়বা দাবী অদদি তোকপা নৈখিদে। শোক ১৯৬২ ইংগী ওক্তোবর থাদা "ডিমাণ্ড ডে" পালন তৌখি, মতম অদুদা এ পি এইচ এল সিগী মীবেপতা কাবকপা লেজিসলেচর পুন্নমক মখোয়গী ফমদগী রিজাইন লোইনা তৌখি। অদুবু চিনানা লান্দারকপদগী মখোয়গী অন্দোলন অদু য়েথোকখি। অতৈ কনষ্টিতুয়েন্সিশিংসু য়েথোকপদু য়ানখি ( অন্দোলন য়েথোকপদু ) অদুধু মীজো ইউনিয়নদি তোঙানবা হিলস ষ্টেট তানবসি অমুক হৌবা পামখি।

মীজো ইউনিয়নদি এপিএইচএলসিদগী মতম থর লৈরগা তো কথি অমসুং মখোয়গী দাবী অদু অহুম হৌথি। ইন্দিয়াগী মনুং দা মীজো ষ্টেট অমা লৈগদবনি হায়না চংশিনখি। দাবী অসি হায়গী মীজো ইউনিয়না মখোয়গী জেনেরেল এসেম্বলিদা পুখং-লম্বনি। মতম অসিদদি এম এন এফ না "সোভরেইন ইন্দি-পেন্দেন্সকী য়াফম শন্দোকপতা নত্তনা" মখোয়গী লুচিংবা অমদি মহুগী থোংবু কয়া নোংপোক পকিস্তান্দা থাথি

এম এন এফ অসি মিজো দিষ্ট্রিক্ট অসিগী মনুং মপাঙ্গল কনথংলকথি, অদুগা মীজো ইউনিয়না মপুংফাবা মশিং যান্বা ওইরি। শোক ১৯৬৩ ইংগী ভিলেজ কাউন্সিল ইলেক্সন অদুদা মীজো ইউনিয়না সিট ২২৮ ফংখি, অমসুং এম এন এফ না সিট ১৪৫ অদুগা কংগ্রেসনা সিট ১৬, ইআইটি ইউনা সিট ১২ অমসুং ইন্দিপেন্দেন্টশিংনা সিট ১০ ফংখি।

মতম অসিদা নাগালেণ্ড অমসুং অতৈ চীংগী লমশিংদা খু-দোংথিবা য়াম্না থোক্লখি। মসিগীদমক্তা প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুনা স্কোটিশ পেটর্ন ওফ আটোনোমি শাগংনবা থাঙ্গংলকখি মতুনা চীংমীশিংগী শকম অমদি কলচরবু কনবা ওমগনি হায়-বনি। সজেসন অসিগী মতুংইন্না, লমদমশিং অদুদগী কারকপা লেজিচলেচরগী অমাবা লৌরগা মিনিষ্টরশিংবু কম হাপ্পা। বিষয় খুদিংমক হিলস মিনিষ্টরগী মথাদা থন্নবা। চীংগী লম-শিংদা লৈরিবা লোল অসিদগী মীয়াম্না শুংবা, য়াম্বা লোল থল-বা। চীংগী লমশিংদগী কারকপা এম এল এশিংনা রেজিনেল

পার্টি অমা শেম্বা। আসাম এসেম্বলিদা পুথংকদবা আইনশিং কমিটি অমসিদা থাগনি। কমিতি অসিগা আসাম সরকারগা মত খেন্নবা থোক্লগনা গভর্নরনা লেপনবা থাগনি।

অদুবু নেহরু ফোর্মুলা অসি চাংয়েং অমা ভৌরমদ্রে, মহাক পায়খংদ্রিঙৈদা নেহরু লৈথিদ্রে অমদি অনৌবা প্রধান মন্ত্রি লালবাহদুর সাস্ত্রিনা ওইখ্রে। লাল বাহাদুর সাস্ত্রিনা নেহরু ফোর্মুলা অদুবু য়েংবগাও য়েংলমদনা পাতাস্কার কম্মিসন হায়বা অনৌবা অমা শেমখি। কমিসন অসিনা হান্নরিবদি ইকোনোমি দিভেলোপমেন্টতা পেন্দ্রবগী চাংমীশিং অসিনা আসামগী চাং অমসুং তমগী প্রজাশিংগী মরি ফংচিল্লকবনি।

পাতাস্কার কম্মিসনগী রিপোর্ট অমসুং রিকোমেনদেসনশিং অদু অল পার্টি হিল লীডরস কনফরেন্সনা য়াথিদ্রে, নেহরুনা সজেসন ভৌরম্বা অদুদগী য়াম্না ৱাংলি হায়খি।

অদুদগী ভারত সরকারনা অতোপ্পা কমিটি শেমখি, ইউনিয়ন হোম মিনিষ্টর গুলজারীলাল নণ্ডনা লুচিংবা মেম্বর তরুকনা শাবা কেবিনেট কমিটি অমা শেমখি। কম্মিটি অসিনা সব-ষ্টেট অমা লৈনবগী ফোরমুলা অমা রিকোমেণ্ড তৌখি, মহাক দি তীংগী অম পুথকলা তোঙানবা লেজিসলেচর অমদি কাউন্সিল ওফ মিনিস্টরস লৈহনবনি, অদুবু মহাক আসামগী মন্ত্রিদা অহুন লৈহনখ্রবনি। অল পার্টি হিল লীডরস কনফরেন্সনা প্লান অসিকুদু য়াথিদ্রে, মোক ১৯৬৭ গী ইলেক্সন বোইকোট

তৌরগা অহিংসাগী অন্দোলন অমা চথরগনি হায়না লাও-থোকখি ।

চৈরক অসিদা লাল বহাদুর সাস্ত্রিমু টাস্কেন্দা শিগ্রে অদু গা ইন্দিরা গান্ধিনা অনৌবা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরক্রে । মহাক্না শোক ১৯৬৫ কী ডিসেম্বর লোইবমদাইদা শিল্লোং চংলুই, অদু দগী মিটিং মথং মথং চথরকপি অমসুং খন্ন-নৈনখি, শিল্লোং অম দি দিল্লি অনিমক্তসু । শোক ১৯৬৭ কী জানুযারি ৩১ দা আলাম অসি অমুক হন্না শেমলগনি হায়না লাওথোকখি।

রাফম অসি কুপনা নৈননবা অশোক মেহতা কম্মিটি হায় বা অমসু শেমখি । কম্মিটি অদুনা রাফম তবেং রিকোমেণ্ড তৌরকখি অদুবু সজেসনশিং অদু চাংগী লুচিংবশিংনা যাখিদে, মরমদি শোক ১৯৬৭ কী জানুযারাদা নেহকনা পুথোক্লম্বা রা-ফম অদু য়ৌগদবা য়াম্না রাংাল হাযখি। অদুগী মতুংদা সর কাবনা ওপোজিসনগী লুচিংবশিংগা ফম্মিন্নবগা পার্লিযামেন্ততা পুথোকনবা লাওথোকখি ।

শোক ১৯৬৮ ইংদা ভারত সবকারনা আটোনোমস ষ্টেট অমা শেমলগনি হায়না লাওথোকখি । হায়রিবা এটোনোমস স্টেট অসি আটোনোমস গারোহিলস, খাসি হিলস অমসুং জয়ন্টিয়া হিলস'অসি আসামগী মনুংদা পুল্লগা শেমগনি হায়না লেপ নখি । অরাং-নোংপোক মাইকৈগী ওইবা অরাংবা থাক্তী এড-ভাইজরি কাউন্সিল অমা শেমলগা নোর্থ-ইষ্টর্ন কাউন্সিল হায় বা'অমা শেম্মহনি, মসিনা ভাক শেনগী মভাংদা একতা-পুরক-

নবা অমস্তুং লমদম অত্থদা চাংথং থোরাং পায়খৎনবনি। শোক ১৯৬৯ ডিসেম্বর থাদা মেঘালয়া আটোনোমস স্টেট শেম্নবা পার্লিয়ামেণ্টনা আইন অমা পাস তৌখি। সব-স্টেট অত্থ প্রাইম মিনিস্টর ইন্দিরা গান্ধিনা শোক ১৯৭০ এপ্রেল তাং ২ দা শঙ্কাখি।

মীজো ছিলসকী মতাংদদি ভারত সরকারনা শোক ১৯৭১ দা ইউনিয়ন টেরিটোরি অমা শেম্নবা প্রস্তাব তৌখি। কুপনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মেঘালয়া সব-ষ্টেটপু মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইহন্নবা সরকারনা লেপখি। মনিপুর অমসুং ত্রিপুরা ইউনিয়ন টেরিটোরিশিং অসিবু লোইনা ষ্টেট ওইরকনবস্থ লেপনখি। অনৌবা ইউনিয়ন টেরিটোরি অনিমস্থ শেম্নবা তৌখি : নোর্থ ইষ্টর্ন ফ্রেন্টিয়ার এজেন্সি (নেফা) অসি অরুনাচল প্রদেশ ইউনিয়ন টেরিটোরী অমদি মীজো দিষ্ট্রিক্ট অসি মীজোরাম ইউনিয়ন টেরিটোরী শেম্নবনি। হায়রিবা ষ্টেটশিং অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরীশিং অসিনা নোর্থ-ইষ্টর্ন কাউন্সিল শেমগনি মসিনা চাওখৎ থোরাং অমদি লমদম অত্থগী ডাকশেনগী থবক য়েংশিনগনি

হায়রিবা মনিপুর অমদি ত্রিপুরা স্টেটশিং অমসুং মীজোরাম অমদি অরুনাচল প্রদেশ ইউনিয়ন টেরীটোরিশিং অসি শোক ১৯৭২ জানুয়ারী তাং ২১ মুমিত্তা পোকখি।

অরাং-মোংপোক লমদম অসিদা নাগালেণ্ডদি ওইরক্লিবা 'খিজ্ঞনি' ইভোপ 'তোঙা মওং অমদা হৌরকখি। 'ঐথোয় মী-[illegible] অরাং-মোংপোক্কী খুংলায় পাম্বা লানচৌ, হায়বসি

ভারতকী মরুংদন্ নাগাল্যেণ্ডনা ইস্থান হাপ্লি অদুগা মীজোরাম না তুংইনখি। অদুগা হৌরকপ্রিবা হিরমশিং অসিদা চাংথাক্লা নৈরক্লবদা অরাংনোংপোক লমদম অসিদা বৃটিশশিংনা হৌদোক লম্বা পুক্লমকনা মাযোক্কনবিনি হায়না হায়রি তৈনখ্রে। নাগাল্যেণ্ড অমদি মীজোরামদা খুদোংথিবা থোক্লিবা অসিগী মথোং মতীদি বৃটিশশিংনা শাক্লম্বা পোলিসিদগীনি, লমদম অসিদগী অতোপ্পা মফমশিংদা শন্দোরক্লিবা খুদোংথিবশিং অসিসু বৃটিশকী পোলি-সিনা হৌদোক্লম্বনি। চৌংগী লমদমশিংদা থোক্লিবা খুদোংথিব সি আসাম সরকারনা লায়া শিজিন্নবদগী থোবপনি, অদুগা বেন্দ্র সরকারনসু চপচানা খংবা অমদি পুকনিংচংবা হাংপদগনি। অমরোমদনা কমিসন, বমিসন হাপ্নরিবা কাংবু অদুনসু মতিক চা দবদগীনি অদুবু থর তৈরগা চৌংগী লমদমশিংদা থরমথেদি হম্বংথিবক্তম উই।

মতম অদুদা নাগা হিলসভা দিপুটি কমিসনর অমা লৈ-রমই, বৃটিশ আই সি এস অফিসারনি মহাকী মমিংনা সার চার লস পোসে কৌই। বৃটিশ অফিসার অসিনা মশামক্লা নাগা সিংগী থাজবিয়রকি, অমসি মশানা "নাগা লেসেংকিলমগী চিংবা হায়না থৌজনই। নাগাশিংবু ক্লমক্লা পোসেনা কোহিমাদা নাগা ক্লব অহানবা লিংখৎপসু মানি। অদিদগী লৌক্লাও মতুংদগী নাগা ক্লব অসি নাগা নেসনেল কাউন্সিল (এন.এন.সি) হায়না [illegible]কখি। এন এন সিগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible], [illegible], [illegible], [illegible], [illegible], [illegible]

চীংগী ত্রাইবশিং চিট্টাগোং হিল ট্রেক্টস অমদি বর্ম্মাগী অরাং-নোংচুপকী লৈবা চীংমীশিং পুনশিল্লগা ফেদেরেল স্টেট অমা শেম্বা মহাক্না ইনশিল্লখি। পোসেগী ইহনদগী নাগা লুচিংবশিং অহনা খল্লবা থরম লৈখি, মহুদি বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রিঙৈদা নাগাশিংগীদমক শেয়দনা কবিগুম্বা থর তৌরমগদরনি। মরমদি অনিগুরা লাল্লাওদা নাগাশিংনা নাগালেণ্ড, বর্ম্মা, মনিপুরদা বৃটিশকী লমম্নীদা পীখিবা মতেং ময়াম অহু মশক খংনবনি।

বৃটিশ কেবিনেট মিসন ভারত্তা লাকপদা, নাগা নেসনেল কাউন্সিল অসিনা মেমোরেণ্ডম অমা ছিজ মেজেষ্টি গভর্নমেণ্টতা পীশিনখিবা অহুদা হায়ঃ (১) নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা নাগা ত্রাইব পুম্নমক অমদি শাসন তৌবদা য়াওখ্রিবা এরিয়া পুম্নমক্কীদমক লেপলি, (২) কাউন্সিল অসিনা আসাম অমদি বেঙ্গলগী কাংলুপ শেম্বগু কন্না য়ানিংদে, অমদি (৩) নাগা হিলস অসি অনৌবা ভারত অসিদা আটোনোমস অমা ওইনা আসামদা য়াওগদবনি অহুগা নাগাশিংগী ইণ্টরেষ্টতা ঙাকচনবা চপ চাবা ফংফম থোকপা অধিকার লৈগদবনি। নাগা ত্রাইবশিংনা তোঙানবা মীহুৎ খল্ল-নবগী অধিকারসু লৈজগদরনি।

মসিগীদমক উবা ফংই মথুদি এন এন সিনা অহানবদদি আসামদা [illegible] য়াগল করিগুম্বা অমত্তা আসামদা লৈরমদে। আসাম, [illegible] মনি, থংনমদা অহুমা মখুগী মচাং ইরা থবক চংবদা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]। অহুগা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]।

নাগা নেসনেল কাউন্সিল অসিমা মতম খর লৈবগা, মখোয় মশেল অমুম্মা লেপলমই মতুংদি তুংদা লাক্কদৌরা নাগালেণ্ডদদি পার্টি লৈতবা গনতন্ত্র থম্নবা নিংশিংবা থোকতিগ্রিউদগী চংনবকপা ভিলেজ বৈঠকী চংনবী চংনবা হোংনবনি, থাইনগী বোম অমদি প্রীসকী সিটি ষ্টেটতৌনা। ৱাফম অসিদগী লেপলহনা এন এন সিনা ভা-রতকী রাজনিতি দল চংহন্দনবা ফ্রি ওইনা লৈনবা পামখি। এন এন সিনা তশেংনা রাবেপ অমা তাখি মতুংদা হায় কনাগুম্বা বাজনিতিগী দল অমগী মেম্বর অমা এন এন সিগী অযাবা যাওদনা নাগা হিলসতা চংবা যাবোই। এন এন সিনা থাইনগী বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিশিংনা থম্নম্বা ইন্নর লাইন বিগুলেসনশিং অতুনা মপাঙ্গল কনবহনখি।

রাজনিতি দলশিং অমদি বাজনিতিগী থবকশিং নমফুদা হৈনহনখিদবনা হান্না লেপলম্বা নাগা হিলসকীদমক বিজনেল আটো নোমি পীবগা আসামদা লৈবা হাযবা রাহৈশিং অতু নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা লৌথোকখি। হৌজিক্তি মখোয়সি সোভরেইন ওইনা নাগালেণ্ডসি নিংথৌ তম্বা ষ্টেট অমা ওইনা দাবী তৌখৎলক্রে। ইউনাইটেদ নেসন্নদি ক্রাউন কোলোনি অমা নত্রগা ট্রষ্ট টেরিটোর অমা পীবগী রাথল অমকাও লৈত্রি, অতুবু এন এন সিনদি নাগালেণ্ডনা আসামগা কন্নিগুম্বা "রাফম অমতা" থম্নবা থাবোই থম্নগা পুন্না-পুন্নি য়াখিদ্রে। এন এন সিনা হিজ মাজেষ্টি গভর্নমেন্টতা পীখিবা মেমোরেণ্ডম অতুনা মরেক শেংনা উংলে। মেমোরেণ্ডম অতুদা অস্রা হায়: "নাগা প্রজাশিংসি মনিংতম-

জবঙ্গনি আক্রামনগী তম্পাক্তা অহোম নিংথৌশিংনা চহি চাতরেং চুপনা পাল্লম্বা মতমদস্তু নাগাশিংগী লৈবাক অসি মথোয়গী মখা পোল্লক্তে। বৃটিশ ল্যাকত্রিঙৈ মমাংদস্তু নাগালেণ্ডসি আসাম অমদি ভারতকী শরুক কৈদৌঙৈদস্তু ওইবক্তে। ত্রিটি ওফ য়ান্দাবোগী মতুং ইন্না বৃটিশনা আসাম গুপ ক্রম্বফাওবদা নাগালেণ্ডগী মরমদা ইথং খংখিদে শোক ১৮৩৯ ইংদা বৃটিশনা অহানবা নাগাশিংগী মথক্তা লান্দারকখি, অতুগা নাগাশিংস্তু চহি ৫০ বৃটিশকা কল্ল লান্থেংনখি, অতুগা শোক ১৮৮৯ ইংদা বৃটিশনা আও নাগাশিংগী লম লৌশিনখি। মতুদগীদি নাগা প্রজাশিংনা বাজভক্তি বৃটিশ-শিংদা লৈনা শান্তিদা লৈরকখি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্চাও অতুদা নাগা লিশিং লিশিং কয়া বৃটিশকা মতেং পাংনবা ফ্রান্সতা চংখি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্চাওদস্তু জাপানিজ আবমাশিংনা নাগালেণ্ড ফাওরগা ভারত চংহুনা লান্দানবা তৌবকপদা জঙ্গলগী লাম্লোং অমস্তুং অরোনবা পাও খোম্বগী থবক্তা নাগাশিংনা মতেং পীহুনা বৃটিশনা জাপানিজশিংবু থিংবা ঙমখি, অস্তুম্না আসাম অমস্তুং ভারতকী জাতিবু মাংহন তাকহনবদগী তৌরকপা লান্দগী বনখি।

" মনিং তম্বা পামজবা নাগাশিংনা হিজ মাজেষ্টিগী সরকারদা চপ চাবা থবকতু তৌনবা মথোয়গী অচুম্বা দাবী অতু পীননবা নাগা প্রজাশিংগী ইণ্টরিম গভর্নমেণ্ট অমা পীবিনবা হায়জরি"। নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা অসাক্তুস্তু তোথায় তাননবা হোং-নখি অমদি- ইনশিনখি। নাগা নুচিবশিংনা অসান্নীয়শিংগা

খুংশয়রগা থবক ভৌমিন্নবা ষ্টেটমেন্ট থোকখি। ষ্টেটমেন্ট অদুদা অস্রুম্মা হায় "মচেৎ তারবা কাংখোং চায়রবা ভারত্তা য়াওরক-দনবা লেপ্পবা নাগাশিংনা মখোয় মশাগী নিংতম্বা লাওথো-রুবগীদমক শেমশারে, অদুগা মনিংতম্বা অসাম অমগা চহি ১০গী শক্তি অমগীদমকসু খনবা ঙমই"।

অসিগুম্বা সন্ত অসিগী মখাদা সার অকবর হায়দেরীগী আইসি এস অসি অসামদা লৈবা ভারতকী অহানবা গভর্ণরনি বৃটিশকী অরোইবা গভর্ণর সার এনড্রিউ ক্লোয়ী মথংদা লাক-খিবনি। হায়দেরী মিসম্না নাগাশিংগী রিপ্রেজেন্টেটিভশিংগা মতম চংনা খন্ন-নৈনববা মতুংদা অরোযবদা এগ্রিমেন্ট অমা ইখি মধ হায়দেরী এগ্রিমেন্ট হায়না কৌই। এগ্রিমেন্ট অসি চহি তরা চংনবা ইনখি। অদুবু এন এন সী মকী মন্নুংদা মত খেন্নখি, মদু লাসহোরা কাংবু অমদি মোদেরেটশিংনা, হায়দেরীগী নাইন পোইন্ট এগ্রিমেন্ট অদু তশেংনা থবক ওইনা কৈদৌঙৈদস্সু শাং-পাংথোক্তনবা হোৎনখি।

মখোয়গী লম্বী অমুক হোংখি, নাগা এক্সট্রিমিষ্টশিংনা খুল্লাই পাৎতুনা লালহো তৌনবগী মতম মাংহন্দনা মখোয মশেল পুনশিন্নগা সেল্ফডিটরমিনেশন লাইনদা চংশিন্নখি।

নাগাল্যাণ্ড অমসামগী কিতাবগী মতাংদা গোপিনাথ-বোরদোলোইনা [illegible] "ঐখোয়না [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] আসাম গোভর্ণমেন্টশিং [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] চৌংগী [illegible] [illegible] [illegible] বুর্মাগী [illegible] [illegible] [illegible]

লমশিংদা অমদি অতৈ। মকমকযাদা ইংলেণ্ডগী মিংথৌ চুহপ মথাদা লৈনবা অথোইবা পোয়লম শেমবা হোৎনরম্ব্ঠতাবদা ফুং ডাইতে। এডমিনিষ্ট্রেটিভ ফাইলশিংদা ঐহাক ফজনা থংলে মহুদি হান্নগী দিল্লিদা লৈবা সম্রজ্যশিংদা ক্রাউন কোলোনি” শে মবা প্লান তেরমই হাধবা, মরমদি হায়রিবা ‘কোলোনি অসি শেমদা ওইথোকপা লৈ হায়বসি মখোয়না উরমই। অতুদগী চাংমীশিংগী পুক্রিংদা তোথাং তানিংবগী রাথলসি চাননা মরা চেংহনখি।

আর কে বামাখৈযানী, আই সি এস, সেক্রেটরি, কনষ্টিটু যেণ্ট এসেম্বলীগী এডভাইজরী কমিটি ট্রাইবেল এফিয়ার্সকী মতম মথক্তা অসি।। মান্নমা উৎখঃ “কমিটিনা কোয়রকপা মতমদা, মী নান্না থংনবাবা বৃটিশ কনজার্ভেটিভকী লিডরশিং অমদি হান্নগী ইউনাইটেদ কিংদমগী প্রাইম মিনিষ্টরনা নাগাগী মতাংদা ইরক পা চিঠিশিং কযানা নাগাশিংবু শোগৎপা থেংনবমই। ট্রাইবেল গী লমশিং অসি ভারতগী থাযদোক্লগা তোঙানবা ষ্টে, অমা শেম্ন গা বৃটিশ সরকারগী ডাকশেল মথাদা থমনবা হায়না বৃটিশ ওফি সারশিংনা থল্লমই”।

এডভাইজরি কমিটিগী সব কমিটিনসু অপ্পুম্না ইরমই। সব-কমিটিগী রিপোর্ট অতুদা অপ্পুম্না হায়ঃ “নাগাহিলস, লুসাই হিলস, গারোহিলস, খাসিহিলস অসিনচিংবদা লৈবা রাথলোলগা চপ মান্নবা অমতু থেংনৈ “চীংগী দিষ্ট্রিক্টশিংদা লৈবা মান্নবা ট্রাইব পুন্নমক পুনশিল্লগা অপুনবা এডমিনিষ্ট্রেসন অমগী মথাদা শৈমিন্নবা।

পাম্বগী মত ক্লয়াম্লু উরকই। বাউন্দরী শিংসু যাংথোক্লবা য়াবী তৌরি। লুসাইশিংনা মনিপুরদা লৈবা কুকিশিং অমদি মখোয়গী বাউন্দরী য়াহনবা অমুগা নাগাশিংনা নোর্থ কাছার হিলসতা লৈবা জেমৈ এরিয়াশিং অমদি মতুগী চিংলম মখা পুনশিন্নবা হায়না দাবী তৌরকই"।

কমিটি অমদি সব কমিটিশিংনা পীথংলকপা অপেংবশিংদু থবক ওইনা পাংথোকখিদে মতু চেদদা লৈখিবনি। মতাংডানা কষ্টিটুয়েন্ট এসেম্বলি অমুনা পীথংলকপা ফেক্টস অমুদগী কেন্দ্র সব কাবনসু অতেনবা মতমগী মনুদা অমাং-নোংপোক লমদম অসি হকথেংনমা সাশন তৌরমবা অমু ওইরমদনা মীজ অমদিমনি পুবিনচিংবগী য়াথোকশিং অসি য়াংথংলকপা চমমলোইদবনি অমদি মখোয়না তৌবমলবসু যাম্না হন্নরমগদবা অমদি ইবাং থো ক্লিবা লমশিং অমুসু যাম্না কোম্না লোইশিনবা ঙমগমগদবদি।

মমাংগী চহিশিংদা লানখিবশি, অমু প্রইম মিনিষ্টর নেহরুনা উরকখি। অসামী ওফিসারশিং চাংগীলমশিংদা থাকবদগী মবম ওইদুনা নেহরুনা অস্মুম্না শোক ১৯৬৩ ইংদা হায়খি 'নগালেন্দা থারুবা ওফিসারশিং অমু অফবা ওফিসার ওইরবসু ফত্তবা ওইরবসু চুনবা ওইখিদে, মখোয়না নাগাশিংবু অঙকপদা থোমদী য়িহনখি"।

নেহরুনা ট্রাইবেল প্রজাশিংবু মুশিঙ্কবমুদু থায়পুম্নমক্না থংনৈ; অমুবু মহাক্না ভারতকী থাযদগী ম'কাক ওইরকপা মতমদা ট্রাইবেল-শিংগী কুইনা ওকংনরকবা পেন্দবগী য়াথোক ময়াম অমু অরোয়বা

থাক্লা পোকথায়রকপনি। নেহকদি খেন্দগী অমদি তায়-তিক্র গী পাক্কেদা য়ায়মক থাজখি, অদুবু মদু নত্তবা অতৈ পাক্কেশিংদা কযাময় লৈরমই।

প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুনা ট্রাইবেল অতৈবু লুংশিবদৌনা নাগা-শিংবুসু অদুমক লুংশিজয়মই, অদুবু নাগাশিংনা তোথায়ত্তাবা হায়ব রাফমসিমদি য়াবা চমখি'দ। মহাক্না হায়খি "অসাময়গী নোংপোক পংবদা লৈবা নাগা তাবা লম অসি দিকচবনা মথন্তা লেম্না ভমোই হাযবসি শেংলবনি ভমমোইদৌরিবসি রাজনিতি অমদুং ইকোনোমী-দনি"। অদুগা "মনুংচন্দ্রবা লম" হায়বদুদু মহাক্তি য়াখিদে, মহাক্ন হায়খি "মনুংচনদ্রবা লমশিং অদু অতৈদা পুমশিনগদবনি" হায়ন নেহরুনা হায়খি ঐদি ট্রাইবেল তাবা লমশিং অসিদা থোয়দোব হেন্দোক্লা ইন্টেরেষ্ট লৈ, অরাং নোংপোক্তা মত্তনা অরাং-নোংচুপ অমসুং সেন্টরদসুনি। মনিংতম্বা ভারত্তা কেন্দ্র অমদি ষ্টেট সরকার-শিংদা অথন্নবা দিপার্টমেন্ট অমা থম্মদুনা ট্রইবেলশিংগী লমশিং অসি চাওখৎহন্নবা হোৎনগনি হায়বসি ঐগী অশানি। লৈবাক অসিগী অতৈ মফমদগী তোঙান তোঙানবা মীশিংনা মশাগী থুদোংচাবশী-দমক্তা হায়জিন্নক্লুনা মখোয়বু লাকহৎপীবা ঐ পামদে"।

পন্দিত নেহরুনা নাগালিদরশিংদা থাজহনখি মদুদি নাগাশিংগী অপাম্বা থুদিংমক ইন্দিয়ান ইউনিয়নগী কনষ্টিটিউসনগী মনুংদা লোইনা থম্নবা য়াবা ঙাক্তনি, অদুনা মখোয়না মহুদা পুক্নিং রাখল শেংনা তৌগদবনি।

এঙ্গৈটফিঙ্গো ফাদোক তাক্লবা মতুং পোক ১৯৫১ ইংদা নাগা

নেসনেল কাউন্সিলগী মহুংশিংগা লোযননা ফিজোনা লুচিংঙ্গনা পন্দিতজীগা অসামদা উনখি। এন এন সিঙ্গী মীহুংশিংনা নাগালেন্দসি নিংখাতম্বা লৈবাক অমা ওইখ্রগে হাযনা পন্দিত নেহরুগী মকমদা কোংদোকখি।

পন্দিত নেহরুনা মখোযদা হাযখি ভারত অসি মনিংতম্লবা লৈবাক অমা ওইরে ঐখোয় অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা লম্বী কয়া য়াংলি "নিংখা তম্বা হাযবসি যাম্না লুই। ঐহাক্না নিংখাতম্বা পাম্লগুম নাগাশিংগীসু নিংখা তম্বগী তোঙান তোঙান লম্বী লৈ। নিংখা তম্বগী রাযম অসি ভাবত্তা নত্তে পৃথিবীগী রাযমনি মসি ওইথোকপা য়াবা ফিভম নত্তে, রাযমসি অকায়বা কয়া লাকপা য়াবগী রাযমলৈ"।

অহুবু খায়দগী মরু ওইবা শোয়বিবদি নাগা ট্রাইবেল এরিয়াগী কন্নবা অবস্তাশিং অহু অকুপ্পক চথংলমই। অসাম সরকারনা নাগা হিলস তা নিউ দ্রেলগী মহুংশিনদুনা থবক চম্বগী শক্তি লৈরমই। মসিনক নাগাশিংনা পামবিদে, চাক্লিবা মৈদা ইকং হুনজিনবা হায়বদু থোকখি।

শাওগৎনরক্লিবদু ইংগহন্নবা তাঞ্জা অমা লাকখি, মদু শোক ১৯৫২ ইংদা প্রাইমমিনিষ্টর জরাহারলাল নেহরু মণিপুরদা লাকপা মতমনি। মহাক্না মাওদসু লাকখি, মাও অসি মণিপুরগী নাগানা অবা চীংতবনি মণিপুর অমসুং নাগা হিলসক হেক তাইনবা মকমদা লৈবনি কোহিমদগীনা মাইল কুনমরিত্তমক লাপই। ফিজোনা প্রাইমমিনিষ্টরগা উনবা থারকপা নাগা ডিপুটেসন অমনা প্রাইন

মিনিষ্টর উনখি। নাগানা ভারতকী খায়দোকপগী য়াফমদি অমুক হন্না সরকারনা থন্নররোই হায়খি। অদুগী মতুংদগী নাগা নেসনেল কাউন্সলনা ভারতকী সরকারগা মরি অমুক লৈনররোই হায়না লাওথাকখি। অদুদগীদি অবয়া পুন্নক ফংচিন্নকখি দ্র। অমসুং এঃ জেটঃ ফিজোনা শোক ১৯৫২গী ডিসেম্বরদা নাগালেন্দ লোয়া থাদোকখি, নাগাগী মনিংমখা তম্বগী য়াফম ইউঃ এনঃ ওঃ দা থাঙ্গংলুনবা চংখি। বুম্বা যৌশিল্লকপদা বৃটিস পুলিসনা ফাখি, অদুগা মহাক নাগালেন্দদা অমুক হন্না থরকখি। অদুবু ভারত সরকারগী খুত্তদি শিন্নরকখিদে।

মথং চহিগী মার্চ থাদা অবস্থা অত্থু হেন্না ফংচিনহন্দনবা থোদোক অমগা থোকখি। প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুবু ওক্কবা পব্লিক মিতিং অমা নাগাশিংনা শিন্নাংখি। মিতিং অত্থুদা বুম্বগী প্রাইম মিনিষ্টর থংকিন উ-গ্নুসু যাওগবা ওইরমই। প্রাইম মিনিষ্টর অনি অত্থু লোযনরকখবনা ইন্দিরা গান্ধি. টিঃ এন কাউল, বীঃ এন' মুল্লিকনি ইম্ফাল কোযরুরবা মতুংদা কোহিমদা লাকখিবনি। নাগশিংনা কোহিমাদা উননবা পুক্কখি। মিতিং মফম অত্থুদা মেমোরেন্দম অমসু পীবগা লোয়ননা নাগা ইন্দিপেন্দেন্সকী য়াফমসু থন্নবা হোংনখি। অত্থুবু অসামগী ডিপুটি কম্মিসনর বরকগাকি কৌবা গুপা অত্থুনা নাগা লুচিংবা অমত্তবু চিন্না অমদি অইবা ভাংবা অমদি পাথোকপা অমত্তা য়াহনখিদে, অত্থুগা প্রাইম মিনিষ্টর অনি অত্থুনা ভাংবা থক্কমক তাও হায়খি। মহাক্না নাগাশিংবু পন্দিত নেহরুগা উহনখিদে। নাগাশিং অত্থু অসুকী মতিক শাওখি, অত্থুগা ডিপুটী

কমিসনর অহুগী খ' য়াক্তা দিসনবা স্লোগান লাওখি। অহুগা মৈহৌবা য়া ওইবা তোকাপ্রিন্ট মিউ অহুদগী চংনখি। অহুগা পন্দিতগি য়াম্না থরায় শোকখি, অতুগা থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক অহুগী মরাল অসাম চিকমিনিষ্টর বীষ্ণুরাম মেধিদা শীখি। মেধিনা ডমুক ডিপুটি কমিসনর অহু লোখোকখি। অস্থুম তৌহুনা নাগা লুচিংবশিং অহু তাশিন্নবগী করবা তাঞ্জা অমত্তু মাংখি, পুম্নমক আস অসাম সরকারনা হৈ-শিংবা রাংপদগী থোক থবান।

মতম অহুদি কেন্দ্র সরকারস্তু মশামক্না পাযথংচনিংবা নাগাগী থবক থর থজরমম্বনি। অহুগা অমুকস্তু অসাম সরকারমা অওক অশা শারকপদগী অনৌবা তাকক অমত্তু মাংখি। অসাম পুলিসনা থুনক্তা নাগা লুচিংবাশিং ফানবা থৌরাং তৌখি (মরমদি মিদর.শিং অহুনা কোহিমা-মিডিং থ.গায়খিবদগীনি) মথোয়গী নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী সেক্রেটরি সগ্রেগী মযুমদা রেইড তৌখি। অহুগা এপ্রিল হৌরকপদা নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী মরুওইবা চেফোং "নাগা হেরোল্দ" হায়বহু থিংখি। অহুগী মতুংদা মরুওইবা নাগা লুচিংবমখৈ অন্দরগ্রাউন্দ চংখি, অহুগা খুৎলায় পায়দুনা লালহৌবগী থৌরাং হৌগৎখি।

পুম্নমক অসিগী মতুংদস্তু অসাম সরকারনা ওৎ-নৈবা তোক-খিদে। নাগা খুঙ্গং ৪/৫ দি খুৎলায় পায়বা পুলিসনা মৈথায়খি, খুঙ্গশিংনা পায়জবা নোংমৈ লোয়না মুমখি, চিংনথা মীওই কয়ামুক থাগৎখি, অহুগা শাওরকপদগী নাগা ভাবা লম খুদিংমকী প্রজা-শিংস্তু অন্দরগ্রাউন্দ চংখি। আসাম সরকারস্তু পুলিস ফোর্স য়ামা

কনখৎহনাখ ।

অময়োমদা কংগ্রেস প্রেসিডেন্টনা মনিপুরদা লাকপা মতমদা নাগা লুচিংবশিংনা উনজ্জাগ হায়বত্থ উনহনখিদে. অদুগা দিল্লিদা ভারতকী প্রেসিদেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্রপ্রসাথকস্থু উনহনখিদে । মরম অদুনা চিংনবা অমস্থুং থাজ্জদবা যাম্না হেঙ্গৎলকখি । অদুগা লাল-হৌবগী ইরাংথুজিল্লকখি । নাগাশিংনা অহানবদা নন-কোওপেরেসন অমদি সিভিল ডিসওবিডেন্স ওইনা চংখখি । স্কুল ওজাশিংবু নমদুনা থবক তোকহনবা তৌখি । লম্বী-পোং টেলিফোনচিংবা থুগায়খি, সরকারগী শম্পতিশিং অমদি স্কুল শংশিং মৈ থাখি । লালহৌবদা যাওগদবা নাগাশিংবু সরকারনা ফুখি, হেন্না কনবা চৈরাক লৌগনি হায়না কিহনখি ।

নাগাশিংনা পুলিস অমাদি সরকারগী ওফিসারপিংদা চানবা চিরাক য়োল্লু হায়বা য়াখিদে গাঁবূড়াশিংদা সরকারনা য়েনখিবা অত্তাংবা কম্বলশিং ডিপুটি কম্মিসনারদা অমুক হন্দোরকখি । ভারতকি ওফিসিয়েল ওইবা হরাও-কুম্মে, পালম্নচিংবা পুম্নমকস্থু বোয়কো, তৌখি, মখোয় অমুবু মাঁরৈবাকৌনি হায়রখি । মসিগী মতাং অসিদদি অসাম সরকারনা মতম থরদি উপায় লৈজবা ভাবোকুম য়েংহন। লৈখি, অমুগা হৈশিংদবা, রাথল থন্দবা থবক ভাক্তা অমুক পায-থংলকখি । পুলিসনা কিহনবা অমস্থুং রানিং কয়া তৌখি, চংনবী অমা ওইনা “মলেক্টেড কাইন” থুন অমবু নত্রগা থরবু পুন্না রাকোং লৌবা নমহুনা চথখি, অমুবু পুম্নমকসিনা অবস্তা হেন্না থংচিনহন্দবা ওইখি ।

মতম অদুদা নাগা "গুড-রিল মিসন" অসামদা লাকখি, অদুগা অসামগী লুচিংবা অমসুং প্রজাদা নাগানা নিংতম্বগী অর্থ ভাব ভাহনবা কন্না হোংনখি অমদি মখোয়গী দাবী অদু তকশিনখি ।

চৈরক অসিদা নাগা নেসনেল কাউন্সিল অদুমক কায়গদৌরমই খর অমা অহিংসাগী ওইবা অন্দোলন চথরমই, অদুবু এক্সট্রিমিষ্টশিংনা খুলায়পায়বা লালহৌগীদমক থৌরাং লৌইরমই । অসাম সরকারগী থৌশিল অমদি শাক্তংনা এক্সট্রিমিষ্টশিংদা তাঞ্জাচাহন্নি অদুগা টুয়েন্সাং প্রিয়ারোমদা হায়া লাল হৌনবা শেমখি, অসুম্না নাগাহিলসতা খুলায় পায়রগা লালহৌবগী থাকসি যৌখি,

মনিপুরগী অরা অনা অসাদ নাগালেণ্ডগা মায়দে, খুদোংথিবগী মরুওইবা হিরমশিংদি শেন-থুমগী মতাংদনি । অদুগা বৃটিশনা লম হুগায়য়িবিরম্বা অমসুং ফংহনাখদবদুগী পেন্দবদুদি অদুমক মুংলমদ্রি ।

মৈতৈশিং (মনিপুরীশিংবু মৈতে হায়না খংনে) না বাজ্য আসগী মীশিং চাদা হুমকুতর্যানিথোয়াদ মৈতেনি । মখোয়গী মপাক্কুংদা রাখল অমা লৈ মতুদি মাখাপোক্সবা ভারত সরকারদগী মখোয়না ফংফম থোক্পদু ফংদ্রি । মখোয়গী লুচিংবশিংগী মতুংইন্না মনিপুরদগী মপুংফাবা ষ্টেটহুদ ফংলবা মতুংফাওবদা চীংগী মীশিংবুদ কেথোক-হল্লি, খুদোংচাবা হেন্না ফংহাল্লি, অদুগা মৈতৈশিংনা সেকেংক্লাস সিটিজেন ওইদুনা লৈহল্লি হায়বসিনি । বৃটিশ সম্রাজ্যবাদিশিংনা লৈবাক কাংথোংচায়নবগী মরু হুল্লম্বনি হায়বসি মদু মণিপুরিশিংনা য়াই অদুবু মখোয়না অমুক হংলিবনা জাতিগী চুচিংবশিংনা বরিগী-দমক অরানবশিং অদু লোইশিনবা ঙমদ্রিবনো হায়বসিনি । মনিপুরদস্র

নাগাট্রাইবশিং মাও, তাংখুল, ৱোংমৈনচিংবা কয়া পাকচাওনা নাগালেণ্ডগা শন্নরি।

খুদোংথিরিবা অমনা উখ্রুল অসি বুমগী শোমরা ড্রেক্টকা হেক চাইননা লৈরি, অতুনা লালহোবা নাগাশিংনা চংলকপদা কোম্না থোকই। মাও অমদি উখ্রুলগী নাগাশিংসু পেন্নদে, মখোয়সু মনিপুরগী মহুত্তা নাগালেণ্ডদা য়াওখিবা পামই। কুকি লুসাইশিংসু মনিপুরদগী হেন্না মীজোরমগা হেন্না নকশিন্না লৈরি।

হান্না মথক্তা পনখিবগুম্না ভাবতনা স্বাধিন্তা ফংখিবা চহি ১৯৪৭ ইংদা মনিপুরবু পার্ট সি ষ্টেট অমগী থাক্তা পীখি। মসিবু মনিপুরগী প্রজাশিংনা য়াম্না রারোখি কৈদোউদেসু য়াবা শুমখিদে মনিপুরগী মপুংফাবা থাক চপচানা পামখি। অতুবু পাওখুমদি ফংখিদে অতুবু মনিপুরবু এডভাইজরিশিংনা পানবা লৈবাক ওইহনখি। মথংগী খোংথাংনা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল পীরকপনি মতুসু মীয়াম্না কল্না হৌরক্লবদদা পীরকখিবনি। মপুংফাবা ষ্টেটহুদতি শোক ১৯৭২ দদা পীবকখি, মতুশু মীয়াম্না কল্লবা শাক্ত পীরকপদগনি।

মৈতৈশিংগী মরুওইবা পেন্দবন্দি মনিপুরদা মপুংফাবা ষ্টেটহুদ যংলবফাওবদা কেন্দ্র সরকারদা চংফম খোকপা পুক্লিং চংদে হায়রবসিনি। মনিপুরবু য়াম্না হন্থনা লৌরকই। য়াকং কয়া তৌরক্লসু খৌ-রা শাবিরক্কে। অদাং অতা খোকত্রবা মতুংদদা থবনখৈ হোংলকখি।

মনিপুরদদি মৈতৈশিংনা তসেংবনক শাসন তৌবা কাংলুপনি।

অদুবু ভারত সরকারনা মতিক-চাবা সন মান তৌবিদে হায়না হায়রৌই। মহি খুদিংগী সেটরদা মনিপুরনা শেল চাওনা চাওনা ফংই, প্লান অমমুং নন প্লানগী শেনফম অনিমক কংই। অদুবু চাও-খ্রবা শেনফম অসি প্রজাগীদমক্তা ফননবদা শীজিন্নদে। মনিপুরগী মশাগী রিসোর্সনিংউদি চহিদা লুপা ক্রোড মরিতনি অদুগা চাওরাক্লা নম নন-প্লানগী ওইনা থরচকীদমক লুপা ক্রোড ১১০ ফংই। শেনফম অসি তশেংনা করম্না শিজিন্নবগে?

খুদম অমত্তংদি লৈ। ইম্ফাল অসি মনিপুরগী কোম্লংনি। কনাগুম্বা অমনা নোংমতং যেংবদা ইম্ফালদা চেল্লিবা একাগাডি মমাম অমুক উবদা ওক্লা থোক্কনি। মরমদি সহর পুম্নমক একাগাডি লোইনা তোংবগুম তৌই। অদুবু ওক্লিবদি চহি অমুক কুইবসিগী মতুংদা মনিপুরগী একাগাডিগী কারখানা অমফাওবা লৈজত্রি পানখৎনবা মফমফাওবা লৈজত্রি।

অনিশুবদা লোক্তাক প্রোজেক্ত। প্রোজেক্ত অসি শারংপদা চহি কয়ামা চংখ্রে। চহি থরত্তমক চংগনি হায়না লাওরম্মতুনা। হুদক্তা লোয়রতুনা থবক পায়খৎলি। ওস্তানা মসিবু শেমগৎপীরম্ম-বদি মনিপুরগী ঊথৈ লোথোংবী সমস্যা অসি চহি কয়াগী মথাংদা কোক্লম্লগদবনি, মতুত নত্তানমু মনিপুরগী ইলেক্ট্রিসিটিমু মরাং কায়না কাংহল্লমগদবনি। মতুনা কল কারখানা কয়া পায়খৎপা ঙম্মগদব-নি।

মসিমক্তু হায়নৈ কেন্দ্রদগী ফংলকপা চাওরবা শেনফম অত্তু চীংগী মীদস্তু ইয়ৌ য়ৌদে হায়রি মসিমদি শেংলে কেন্দ্র সরকারদগী লাকপা শেনফম অসি পাক চাওনা মাংফল্লে অমদি লান্না শীজিন্ন-থোক্লরে। রাফম অসি মফম পুম্নমক্তা থংনরবা রাফম্নি, শেঙ্গা থুমজা অসি পাক চাওনা ত্তোনরে। মসিমক্তা নহারোল কাংবু থরদি একষ্ট্রিমিষ্ট ওইহনখি। টেরোরিষ্ট সুইসাইদ স্ক্বাড (টি, এস, এস) মনিপুরদা লৈরকখি। মথোয়না মোৎপ্রবা ওফিসার থরবুস্তু হাৎপ্রবনি। টেরোরিষ্ট সুইসাইদ স্ক্বাডকী অঙাংশিংনা অসিগুম্বা মীহাৎ মীপুন অসিনা মনিপুরদা শেঙ্গা থুমজা মুথৎপা ভমগদরা হায়নস্তু থাজখি।

মনিপুরদা কলেজ কুন্নিথোই লৈ, চহি খুদিংগী গ্রেজুয়েট ময়াম পুথোকই। অদুবু থবক পীনবগী মফমদি ইরৈ লৈতে। মত্তুদগী মনিপুরগী নহারোলশিংগী নিংবা কায়রকই অমস্তুং অপুন্বা মীয়ামদগী থায়দোক্লিংবগী রাখল পোক্লকই।

মথক্তা লৈনখ্রিবা রাফম কয়া অসিনা মনিপুরগী অবস্থা অসিদা মরম অনিথক্কা মনিপুরগী দষা হেন্না লুশিলহল্লকই। মসিদি নিংবা কায়রবা নহারোলশিংদা মাওসেতুংগী রাখল্লোল, অনিগুবদা রাজ্য অসিদা নোংমৈ বোম তোপ য়ায়া য়ৌশিল্লকপা অনি অসিনা একষ্ট্রিমিষ্ট পোলিটিক্স হৌগৎলকখিবনি।

অস্তোপ্পা মক্ত ওইবা অমনা রাজ্য অসিদা রাজনিতি মরাচেৎ-ভবা মরক্লহনি। কনা কুইনা মনিপুরগী রিজওনেল পার্টিশিং অমদি মীওই থরতনা শুপ্লকই অমস্তুং শান্নরকই। মথোয়শিং অতুনা

জাতিগী একতা মশ ঙম কনখৎহল্লকনি হায়বসিদি আশা তৌরুবা মাবা রাকমদি নত্তে। মহৃদগীস্সু হেন্দুনা হায়গী সরকারগী মন্ত্রি থবদি লালহৌবশিংগা ক্ষোংনা মরি থম্নরকই মহৃগী কস ওইনা রাজ্য-সিগী সাসন্দা য়াম্না .শাকচিনহনখি। অসিগুম্বা মন্ত্রিশিং অসিদগী লৌরগা ওকিসারশিংস্ম লাল-হৌবা একষ্ট্রিমিস্টশিং অসিদা নত্তেং কয়া পাংনম্নকখি মহৃদগী পুলিস ফোর্সশিংবু রাখল ফিভম মাংশিল্লকখি।

মসিগী অবস্থ অসিদনি মনিপুরগী কাহেম্বা একষ্ট্রিমিষ্ট লালহৌ খোয়ক্লিবা।

চহি কয়াগী মমাংদা লোর্ড ইরবিন্না মনিপুরবু ভারতকী স্বীজর-লেণ্ডনি হায়না মশক তাকচরমই। জবাহরলাল নেহরুনদি মনি-পুরবু ভারতকী মণিনি হায়না কৌজরমই। মনি হায়বনা জেরেল অহৃগা পুবনা লম, ময়ম অহৃনা মণিপুর অসি সনাগী লমনি হায়না কৌজখি। রাজ্যসিগী অরাংদা নাগালেণ্ড, আসাম অমস্নুং নোং-চুপ্তনা মীজোরাম অহৃগা নোংপোক্তনা বুর্মা লৈ।

মনিপুর অসি চীং অমস্নুং তম অনিনা শাই, চীং অমস্নুং তমগী তোত্তান তোত্তাম্বা লোল অমদি কস্টম লৈজে। তম্পাক্তনা মৈতৈনা অয়াম্বনি হিন্দু ধর্ম চৎলি, চীংদনা খৃষ্টান্না অয়াম্বনি ট্রাইব অনি খোঙ্কা লৈ; নাগা অমস্নুং কুকিনি। মনিপুরীগী জুগোয় মমিং চৎলি, ফিশা-লোনশা অমদি থুৎ-শা হৈবগী মমিং চৎলি। অসিগুম্বা পোথোকশিং অসি খাইরম্বন্দ কৈথেল হায়না খংনবা বজার অহৃদা ফুপীশিংনা মথোয়গী পোথোক য়োল্লি, মসি ভারতকী মরুদা ফুপী কৈথেল অমত্তা ভায়রবা অচৌবা কৈথেলনি।

কোনুং ওইরীবা ইম্ফাল সহর অসি রাজ্য অসিগী ময়াম চানা লৈ, অমসুং মসি ষ্টেট অসিগী ক'-চর, লম্লোন ইভিক অমদি রাজ-নিতিগী ওইবা থবকশিংগী এযোম্নি। ইম্ফালদগী কিলোমিটর ১১০ লাপ্পা মোরেহ তাউন লৈ, বুম্ম'াগী হেক ভাইনকম বোর্ডরনি। ইম্ফাল মোরেহ শম্নহল্লিবা লম্বী অসি মমিং চংলবা ইন্দো বুম্ম'া রোড হায়রক্নি। লম্বী অসিদা খোংজোম খুল লৈ, খুল অসিদা মেজর জেনেরেল পাওনা মনিপুরগী খ্বাইদগী থৌনা ফরবা মরৈবাক নিংবা লাগ্মী অসিনা লান্দারক্লিবা বৃটিশ সম্রাজগী মায়োক্তা খেন-খেননা শোক ১৮১১ ই'দা শিখি। মফম অদুদা শাগৎলিবা নিংশিং ফুরা অদু জেনেরেল অসিনা শোক্লখিবা থৌনা ফরবা লানফম অদু নিংশিংনবনি। ইম্ফাল সহরগী মরু ওইবা বজার অমসু জেনে-রেল অসিগী মমিংদা থোল্লি।

পংলাপ লাপ্পনা মোইরাং লৈরে। পৃথিবীগী অনিশুবা লান-জাওদা মোইরাং হায়বসি আজাদ হিন্দ ফৌজগী হেদ-কাটর ওইখি মফম অসিদা নেতাজি শুভাসচন্দ্র বোসনা আই, এন, এ,গী ফিরাল ইহান হায়বা ওইনা বৃটিশকী মখুত্তগী নাম্বোকহল্লবা ভারতকী লৈ-মায়দা চিংখৎখি। ওসি মোইরাং অসিমক্তদা আই,এন,এ,গী মেমো-রিয়েল অমদি নেতাজিগী মূর্তি অমা লৈরি।

চৌংগী লমদা মরু ওইবা চৌংগী সহরশিং উথ্রুল অমসুং মাও লৈ। উথ্রুল অসি ইম্ফালদগী নোংপোক থংবদা লৈ, সিমলামুক ইংবা চৌংগী ষ্টেসন অমনি।

অরাং থংবদা কৈরুগী চৌশাং লৈ, ফুজা রারীদা হায়রিবদি

মনিপুরী সিভিলাইজেসন অসি মসিদগী হৌরকপনি, মীওইবগী খুন্দারবসি কৌক্রুদগী হৌরকপনি অদুগা মপাল্লোমদা শপ্লোকখিব'ন। মৈতৈশিংনা কৌক্রুবু য়াম্না লুনা অমম্থুং অশেংবনি হায়না লৌরে।

মনিপুরগী পাক চাওবসি স্কোয়ার কিলোমিটর ২২৩২৭ নি, অপুনবা মীশিংমা শোক ১৯৮১গী সেন্সসকী মতুং ইন্না লাক্ ১৪ লিশিং ১১নি, মসিগী মধুংদা চাদা ২৭'৩ দি ত্রাইবেলনি, নুপা নুপীগী চাংনা নুপা ১০০০ দা নুপী ৯৭২ নি। ত্রাইবেল মৈতৈ অনিমক্কী নুপীশিং অসি য়াম্না ফ্রী ওই, রাজ্যাং রাজাদা থোক্লোক্ শেংনা ওাংই। মথোয়না সমাজ অসিগী মরুওইবা থৌদাং লৌই। অদুবু লিট হুক্ষু লৈবা রাজ্য অসিগী এসেমব্লীদা নুপী অমকাওবা য়াওরমদে। অদুগা ইম্ফাল সহরতনম্ রাজ্য অসিগী অপুনবা মীশীংগী ভংখায়দি লৈ।

মৈতৈ অসী মশাগী নাপঙ তৌজবা জাতী অমনি। মথোয় অসী হুমাংকী লাইনীংথৌগী ধারানি হায়না থাজনৈ। মথোয়গী সরকারগী নীয়ম লৈনা চাওখৎলকই, নীংথৌ পানবগী নীয়মনী। নীংথৌনা খ্বায়দগী মকোক থোংবা শাসনগী মপুনা। লাইগী শক্তী চেন্না হায়না থাজৈ। তরানীপালগুবা শতাব্দগী মৈতৈ নীংথৌনা হীন্দু ধর্ম কোনশীলুই, অদুগা হাদগী লাইগী মচা মগুনি হায়বদুম্ অদুম থাজরকই। মথোয়গী লৈবাক পাকথোক চাওথোক-হন্নবা নাগা খুঙংশীংদা তোইনা লান্দাই, লম অদু লৌশীন্নী। মথুবা পারোল পুরোলগী ওইনা মৈতৈ অমম্থুং নাগা হুংশিনদবা অমা লাকখী। বৃটিশ লাক্লবা মতমদা অসীগুবা মুংশীনদবা অসীগী খুদোংচাবদু লৌখি। ভারতনা স্বাধিন্তা ফংলবদম্ মনিপুরী নাগা মুংশীনদবা য়েংশিনবসি লোইখীদে। তম্পাক্তা চৎনরীবা হীন্দু

বৈষ্ণবীজমগী মায়োক্তা চৌংদা খৃষ্টানীতীনা তুপচীন্নকখী। মরম অহুনা মৈতৈ অমসুং ত্রাইবেলশীংগী মরক্তা য়েংখীনবগী ধর্ম'গীসু ওইনা লাকখী। খৃষ্টানিজি অসি ১৯শুবা শতাব্দীদা নোংচুপলোমদগী লাকখি।

রাজনীতীগী ওইবা মতাংদনা মনীপুর অসী বুর্ম্মানা শোক ১৭৫০ দগী হজীন হজীন লান্দাবকখী। মমাংঙৈদদি মৈতৈনসু বুর্ম্মাদা লান্দাখী। অরোইবদা শোক ১৮২৬তা বৃটিশ সম্রাজ্যশীংনা মনীপুর লৌশীনখী। বৃটিশনা কবো ভেলী মণিপুরদগী খায়দোকখি, মহুগী পাক চাওবনা স্কোয়ার মাইল লীশীং তরেৎনি। মহু বৃটিশনা বুর্ম্মাদা পীথোকখী লমদম অনীমক্কী প্রজাশিংগী অনীংবা অপাম্বা কবীমতা য়েংখীদে। বৃটীশনা শক্তী শীজীন্নখীবা মতমদা মগেশানা তৌবগুম মনীপুরীশিংনা লাল তৌখী অহুবু করীগু কান্নখীদে। মখোযনা মংদা ফাওবা মংফাওনখীদে।

অহুগা অমরোপদা বৃটিশনা মনিপুরদা নাগা তাবা লম ময়াম অমা মনিপুরদা তিনশিনখি, অহুগা নাকল অমবোমদসু লুসাই (মীজো), কুকি তাবা লমশিংসু হাপচিল্লকখি। অসুম্ন হাপচিল্লুবসিনা রাজ্য অমগা অমগা অমদি লম মহুংদা খৎন-চৈনবগী লোইবা নাইত্রবা মুক্ষম অমা ওইহল্লকখি। নিংতম্লবা ভারতনা বৃটিশনা থম্বীবম্বা ফত্রবা ময়াম অহু লোইশিনবা হৈমত্রি, রাজ্য মশেল খৎনবা লম মুন্নবগী মতাংদা লোইত্রিবসিনি।

## ত্রিপুরাগী রারীনা তোঙানবনি:

ত্রিপুরা হায়রবা রাহৈ অসি য়ানশিন্নবা রাহৈনি ‘হুদি টুই', ঈশিং, অদুগা ‘প্রা', মনাক নক্কা লৈবা অরাং-নো পোক লবদমসিদা

লৈকা ষ্টেট মচা। হায়বা য়ানি। এসিগী পাকচাওবসি স্কোয়ার কিলোমিটর ১০৪৮৬দগী হেন্দে পীকচরবস্থ লমদম অসিগী য়াথোক্তি থোয়রুহুমগুরনি। মসিগী মরু ওইবা ময়ম অমনা থুল। লৈত্তাবা মওদো ভারতগী য়াম্না খাগ্দাকননথিবা অসিমু অমনি। নাকল অহুমদা বঙ্গলাদেশনা শগোল লোংথুমদোনা কোইশিল্লি। মীরমগা অাইনবা পরিং অসিনা অকোয়বদা কিলোমিটর ৯০০নি, ভারতকা শম্নবা থোঙ্গাল অমখক ক্যাংলি।

মাগী ভগ্লিচৈগী ইতিহাসতি মথোয়না জয় তৌজরম্বা চাওরবা লম লৈজরমই। গায়ো হিলসতগী অরাকান য়ৌবনি, অদুবু লমখৈ থায়দোকপা কয়া অমা উগ্র। হৌরকপগী মমিংনা টিপ্রা অদুগা বৃটিশনা টিপেরাহ, হৌজিক লৈরিবা মমিংনা ত্রিপুরা হায়না তাখি। লম অসিগী চৌংমী প্রাক্রাশীং খরদী হৌঙ্গীক ফাওবদা থাইনগী মীংগো টিপ্রা হায়না কৌনরী।

লমদম অসিগী রমজ্ঞামালা কোপুংদগী ফংবা নিংথৌরোলগী য়ারীরোমদগী য়েংলুরগদি নিংথৌ ১৫০ রোম্না পাল্লকই, ইহান হানবা নিংথৌচু চে'থুমফা কৌই, বৃষ্ম'গী শান ষ্টেটতগী হোংলকথিবা লান্দা থৌনা ফবা নিপা অমনি। থাইনগী বেঙ্গলগী নিংথৌ গৌডনা হৈ-শিংনা য়াননবা হোৎনবা মওং অমদা "মনিক্যা" হায়বা মিংথোল অসি পীখি। মতুং তারকপদা মহাকপু মহা মনিক্যা হায়না খংনখি। অদুগা মাগী শাগৈনা ত্রিপুরি মনিক্যা হায়না কৌনরকখি। শোক ১৯৪৯ ই দা ষ্টেট অসি ভারত্তা তিনখিবগা শাগৈ অদুনা পানবা লোইশিনখি। শাগৈ অসিগী মিংথৌ গোবিন্দ মনিক্যা কৌবা অমখক্তি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মাগী ড্রামা বিসরজন হায়বকুদা অয়ুর

ওইগন্নরই। অতৈ ট্রাইবেল মিংথৌশিং য়্যাং অমদি জামাতিয়া ত্রাইবনসু শক্তি মুন্নবা হোৎনখি অদুগা থরা থরা মায় পাক্লখি। হৌখিবা শত বদা কয়া অসিদা ত্রাইবেল কয়া চংশিল্লকখিবসি লোইবা নাইখিদে। ত্রিপুরা অদুম লৈরকখিবনা লুসাই, মোগশ, কুকি, চকমা, গারো, হালাম, খাসি নোয়াতিয়া, সনথাল, ভিল, লেপচা, অমসুং ওরংনি। মথোয় খুদিংমক মশা মশাগী শক্তম লোনচৎ ভাক্লবা হোৎনখি। অদুগা ত্রিপুরাদা মখল মথেল য়াম্লবা সমাজ অমা ওইরকখি। ত্রাইবেল মশেল খৎনবসু লেপ্তে। অদুগা ত্রাইবেলগা ত্রাইবেল নত্তবগা খৎনবনা হেন্না শাখিবা হেল্লি। শোক ১৯৮০ ইংগী খুৎথোক্লবদুনা খ্বায়দগী ভমথীবা হেনখি।

মীশিং হেক্সৎলকপা অদুগা মদুদা জাতিগী থোংযাম্নদবা য়াম-খৎনকপনা য়েখিনবা হৌরকপগী মরুনি। শোক ১৯৮১ ইংগী মীকোক থীবদা ত্রিপুরাগী মীশিং লাক্ষ ২০ গী লিশিং ৫৩ য়োখি, সেড্যুল ত্রাইব ১৯ গী অপুনবা মীশিং চাদা ২৯.৬৪ য়োখি। অদুগা শোক ১৯৩১ ইংগী মীকোক থীবদনা চাদা ৫২দা লেপলম্বনি। লম খঙ্গদোক্লরকপদুদা অহোংবা থর লাকখি। বৃটিশনা পাল্লিডৈদা লৌগী খাজনাগা শেন্দোয়চাবশিংগী শেল্লেপকনা লৌমীশিংগী ফিভম খংশোক শোকচিলহনখি। লায়রবা লৌমীশিংনা লম অসি থাদো-ক্লখি। অদুগা বেঙ্গলদগী চেনশিল্লকপশিংনা আসাম অমসুং ত্রিপুরাদা চংশিল্লকখি। বিবিন চন্দ্রগী মোর্ডন ইন্দিয়া হায়বা লাইরিক্তদা বিসোপ হেবরনা লায়রবা লৌমীশিংবু থিজিনখী অদুবু করীমতা থওবা ভমখিদে।

" কম্পানিগী প্রোভিন্সতা লৈবা লায়রবা লৌমী পুরমক অমুম অমুম লায়রথরকপনা হাইরগী মখোয়গী প্রোভিন্সতগী হেন্না নিংবা কায়খি। মসিনা তাকপদি কনা অমত্তনমু দাবী তৌখিদে "

মতম অমদা ত্রিপুরাগী নিংথৌশিংনা লৌউ-শিংউবগী থবক্তা য়াম্না থৌগৎখি, মরমদি মদুতনা মাগী মপুং ওইবা খাজনা লাক-কমনি অরেপ্পা লৌশানগী চাংদা লমশিং অদু লৌউহল্লমই। করি-গুমবা গ্রান অমত্তা পীরমদে, তাদুক মচাশিংদা লৌউজবশিংদগী কাঙৎ তত্তনা লৌরমই।

বেঙ্গলগী লৌমীশিংনা ত্রিপুরাদা চেনশিন্নরকলিবদু লমগী-দমক্তনি স্টেট অসিগী রাংমদগী ট্রাইবেলশিং লাকহল্লিংনবা কন্না হোৎনখি। পামলৌ য়াম্দুনা লৌউনবগীদমক্তা। ( পামলৌ হায়-বগী মতাংদা হাম্নমু পঞ্জে, পামলৌ উবগী মওংদি মফম হোং হোংদুনা উ-রা য়ানথত্তুনা মৈ থারগা ফৌ হুনবনি )। অদুবু লম খায়দোক্লখিবদুনা ট্রাইবেল নত্তবশিংগীদি খুদেংচাবা থর কংখি। ত্রিপুরাগী লম চকলা রোশনাবাদ হায়বদুদগী ইস্ট-পাকিস্তানদা চিখি। ( হৌজিক্না বঙ্গলা দেশ হায়বদুদা )। বেঙ্গলী হিন্দুশিং অয়াম্বনা ত্রিপুরাদা চংশিল্লকখি।

থরায়দগী মশিং য়াম্না চংশিল্লকাখবসি শোক ১৯৫১ অমসুং শোক ১৯৬১ ইংদনি, মীশিং হেক্তৎপগী চাংসু শোক ১৯৪১ অমদি ১৯৫১ ইংদদি ১৪.৪৬ তা লৈরম্মনি, হৌজিকী মীশিংদা য়েংউবদা ৭৪.৭১ অদুগা স্কোয়ার কিলোমিটর অমগী মনুংদা মী ১৯৬ কাওবা লৈরবনি। তম্পাকী শরুক্তগী চাংদনা থর হেল্লিবনি। অদুগা হিন্দু

অমস্তুং মুস্লিম মরক্তা য়েংথিনবদা নত্তনা ট্রাইবেল অমস্তুং ট্রাইবেল নত্তবা মরক্তস্তু য়েংথিনরকখি।

লম অসিদা প্রজাগী মীহুৎনা সরকার শেমগদবনি হায়বা দাবী চংসিল্লকপদা মীদল ক্লাসকী মীওইনা রাজনিতি দলশিং শাগৎলকখি। মতুগী অন্দোলন অতুদগী কংগ্রেস অমস্তুং কম্যুনিস্ট পার্টি তোঙানা থোরকখিবনি। অতৈদি কোন্না লাকখিবনি। কংগ্রেস পার্টিদি আসান্না ত্রিপুরা গুপলিটৈদগী লৈরকখ্রবনি। মরমদি মতম অতুদগী ত্রিপুরাদা আসাম প্রদেশ কংগ্রেস কমিটি হান্না লৈবকখ্রবনি। অতুগা ষ্টেট রি-র্গেনাইজেসনগী মতাংদস্তু ত্রিপুরাগী কংগ্রেসতি আসামদা ত্রিপুরা হাপচিনবা রাকম ফাওবা পুখৎখ্রবনি। অতুনা মরম ওইতুনা ষ্টেট রি-অর্গেনাইজেসনগী দাবী অতুবু প্রজাশিংনা শাওখি অমস্তুং য়েংখি।

অতুগা ট্রাইবেল মরক্তা লৈরা ত্রিপুরা রাজ্য প্রজা মন্দল কৌবা অর্গানাইজেসন অমস্তু লৈরমই। শোক ১৩৪৮-৫০ ইংগী অন্দোলনশিং অতুদা হিংসা থবক ফাওবা চথে হায়তুনা পার্টি অতুবু থিখিবনি। অতুবু মতু মমৈদা অমুক রি-অর্গেনাইজ তৌতুনা ত্রিপুরা রাজ্য গন মুক্তি পরিষদ হায়না খোনখি।

কংগ্রেসকী লুচিংবা খরদি মীয়ান্না য়াবিরবা মীওই রুবরুম লৈবাক মীয়ামগী অবস্থাগীদমক্তা মপুন্সি চুপ্পা কখোকখিবশিং মঙই। অতুবু পার্টি অসিগী অশোয়বা কয়ানা মীয়াম মবক্তা মাগী ওর্গেনাই-জেসনগী বেজ লৈরমদে। সরকার পায়রবা মতুংদা শক্তিদা তোংবা ওর্গেনাইজেসন ওইরকখি। মতুগী ককবতু শোক ১৯৭৮ গী এসেম্ব-

লিগী মীখলদা খংখি, সিত হুফ্ৰ লৈবা ত্রিপুরাগী হাওসভা কংগ্রেসনা সিট অমা কাওবা কাবা ওমখি'দ ।

শোক ১৯৭৮ গী মীখল মতুদা কম্যুনিষ্ট পাটি ( মার্ক্সিষ্ট ) পুম্নু শোগৎপা মকমন্ত্র হোংলকখি হান্নদি পাটি অসিবু ত্রাইবেল শিংগনা থবক চথ্লমই, অদুবু হৌজিক্কি ত্রাইবেল নত্তবশিংদম্মু মা পাক্লকখি, মতুদগী ইলেক্সন্দা শিংথানিংঙাই ওইনা মায় পাকখি। কংগ্রেসপু ত্রাইবেল নত্তবশিং মপুং ওইনা বেঙ্গলী বিষ্ণুজিশিংনা শোগৎলম্বতু মাংখি ।

হাযরিবা মতম অসিদা ত্রিপুরাদা অতোপ্পা পাটি অমগ থোরকখি। মতুদি ত্রিপুরা উপজাতি জুব সম্মিতি হাযবা অসিনি ত্রিপুরাগী রাজনিতিদা মসি থোক্লকপসি শুঙাযতবা থোদোক অমনি পাটি অসি কম্যুনিষ্ট পাটি অনিনা শীজতুনা পুথোক্লম্বনি ত্রিপুর উপজাতি জুব সমিতি টিইউজেএস হাযনা। অদুবু মমৈদা টিজেএস সিপিআই ( এম ) গীনি হায়না তিন্নখি। কাযনবকপগী হৌদোকপ সিপিআই [ এম ] না কযা মরু ওইদবা থবক তাঙ্গা কলবা পা অসিদা পীগে হোৎনরুবদগীনি।

সিপিআই অমদি সিপি আই [এম] অনিনা ত্রিপুরাগী ত্রাইবে নহারোল ময়াম অমা লেফটকী রাখল্লোন্দা পুবা য়ারক্তুনা হে মাং-তাকদবা লম্বীরোমদা চৎখিগদবদগী কল্পনবা ত্রিপুরা উপজাতি যু সমিতি অসি পুথোকখিবনি। টাইউজেএস না ত্রাইবেল নহারো শিংবু য়েংশিন খোৎচিনবীনবা অমদি রাজনিতিগী রাখল্লোন্দা শে দোকপা য়ানবা শেমখিবনি।

অদুগা কংগ্রেস পার্টিনা বেঙ্গলী শাযদাংলকপা হিন্দুশিংবু খক থোশারুদনা ত্রাইবেল মরক্তা মখোয়গী বেক্ত শাগৎলকখি। অদুবু ংগ্রেস পার্টিনা বেঙ্গলী মরক্তা হেননা কল্লি। অদুগা কম্যুনিষ্টকী াহয়া ত্রাইবেল নহারোলগী মরক্তা শিথরকখি। মদুনা তাকপদি াইবেল অমদি ত্রাইবেল নত্তবা কাংলুপ খায়দে.রুবদগী কংগ্রেসম্ বঙ্গলী মরক্তা শিথবকখিবনি মসি মপুং ওইনা ইম্মাজেন্সিগী াতাংদগীনি।

শোক ১৯৭৮ গী ইলেক্সন মায পাক্রবা মতুংদা সিপি আই এম) না ত্রাইবেল মবক্তা শোকথখিবদু ফগৎনবা অমুক হোংনব-খি। অদুবু ত্রিপুবা উপজাতি যুব সমিতিনা মায পাকহনখিদ্রে, মদুনা সিপি আই (এম) গা মখোয় অনিগী মরক্তা মুকবা অমা লবকখি। অদুদগী সি পি আই (এম) না টীইউজেএসকী ইহুন াংহন্নবা ত্রিপুবা হিলস পিপলস পার্টি কৌবা অমা শেমগৎখি: া পি আই (এম) না ত্রিপুরাগী শাসন চুপশি পায়খ্রে. ত্রাইবেল-শংগী মরক্তা অরাংবা থাক্তা সেন্টিমেন্ট শাগৎনবা অয়েবা পাঙ্গল াডুনা হোংনবা হৌখি। অসিগুম্বা ত্রাইবেলশিংগী মরক্তা দল অনি লাংবা পোলিসিসিবু হেন্না চীংনবা অমম্ব পোংহনখি। মসিনা াংন-ক্তনবগী মচাকনি

ত্রিপুরা উপজাতি যুব সমিতিনা বেঙ্গলী শম্নবা হোংনরকখি ংগ্রেসকা থুংশম্ননা চংথিম্নবা হোংনরকই অদুগা কংগ্রেসনা হিরমসিদা জানবা পোকখি। মরমদি টিইউজেএসকা কংগ্রেসকা মরি লৈনবা

হায়বসি য়াম্না লুবা রাকম অমনি মরম অদুনা টিইউজেএসকী মরমদা কংগ্রেসনা থজাম্নখিবনি।

টিইউজেএস অসি কংগ্রেসকা খুৎশম্না চৎথিন্নবগী পোলিসি অসিদা ক্রাইসিস অমা লংখি। মচেৎ অমনা অতৈবা পাটি অমা শেমখি - ত্রিপুরা নেসনেল ভোলন্টিয়ার্স, মসিদি লাল্হৌবা পাটিনি।

ইলেক্সন্দা মায় পাক্লবম্বু সিপি আই (এম) অসি পাটি মখুংগী পুকচেল তিন্নদনা অনাবগুম চোকথবি, কংগ্রেসম্বু অতুমজ্জায়।

ত্রিপুরাগী বাঙালি অসিনা শেন থুমগী ফিভমদা লাইববা, চরা হেনবা বাজা অমা ওইনবে।

ত্রিপুরা লায়ববা ষ্টেট অমনি, মাগী প্রজাশিংগী চাদা ৮১ দি লাইরবা সংখ্যা মখুংদা লৈ। ষ্টেট অসিগী প্লান অমসুং নন প্লান খরচ পুম্নমক কেন্দ্র সরকারনা পুখিবি। ষ্টেট অসিগী শোক ১৯৭৮-৭৯ ইংগী নীক্কোক্লা শুপনগী লুপা ৮৬১ দমক ওইখি, ভারত পুম্বগী ওইবা চাংচত্তা চাওবান্না লুপা ১২৪৯/- ওইবনি।

ত্রিপুরা অসি বঙ্গলাদেশনা পুমকোই কোইশিনবা ফুবিথাও মানবা লৈবাক অমনি। রেল গাড়ীগী লম্বেল ধর্ম্মনগরদগী কিলোমিটর ১২ শাংবা খক্তং লৈ। অগরতালাদগী কিলোমিটর ২০০ লাপ্লতনি।

লায়ববা ষ্টেট অসিগী চংথোক চৎখিনগী অমত্তা তায়রবা পান্থৈদি মোটরতনা চৈন্নে, অদুগা লম্বী থোং অযাম্বম্বু ফত্তে।

কিলোমিটর ৪৫০০ শাংবা লম্বেল অমা শেম্নবগী মখুংদা কিলোমিটর ১৮০ শাংবা ফাওবদি শেহদি থমলে। লালহৌবগী মথুক্তগী তাকথোক্লবা নেসনেল হাইরে, অসাম- অগরতলা রোড অমসু

খোংনচিবো তাক্লবা সি আর পী এক বতালিয়ান অনি থমই। ত্রিপুরাগী রাজ্য সরকারনা অনৌবা লম্বী থোংশিং হাংদোকপা তাক শেন্নবা মিলিটেরী বতালিয়ন মথৌ থম্ব তাই।

মপুং ফানা লৌউবা য়াবা লমম্ব য়ান্না পীকই । লিমোন্নগী মল অমত্তং অম্বুগা অতৈ পব্লিক সেক্টর ইউনিটশিং অমু নত্তনা ষ্টেট অসিগী ইকোনোমি ফগৎহন্নবা ইন্দষ্ট্রি অমত্তা লৈতে। শোক ১৯১৬ ইংদ' চা থাখিবত্থু হৌজিক্কি মথোং নাম্বতা লেপ্পা হৌরে, মুথখ্রে। চা বাগান পুন্নমক নাবে মুৎলমদাই ওইরে। কোওপেরে-টিভকী স্কীম মথাদা অনৌবা বগান খর ত্রাইবেলগী লমশিংদা থাবা হৌগংলি অমুবু মদু সুকশোয় শোযররোই হায়বা ঙমদে ।

শোক ১৯৬৩ রবর ইন্দষ্ট্রি হৌদো'কখি, শোক ১৯৭২ ফাওবদা থাইনা ফগৎখিদে, হান্নগী মুখ্য মন্ত্রি সুখোমোয় সেনগুপ্তানা ত্রাই-বলশিংনা অমুক হন্না যুমকৈ শাবদা বরর থাবগী থৌরাংসি পায-রখি। মদুদ রাথোক অমা ওইখি। থারিবা রবর পার্মীশিং অদু লাইনা যামথংখি ( মদু সি পি আই [এম] না ইংলিশ বনি হায়খি) পুন্নমক মাং-তাকহনখি। হৌজিক্কি রবর অসিনা রাজ্য অসিগী শেন-থুমগী কিভম ফগৎহনবদা মরু ওইবা অমা ওইবে ।

মতম অমদা ত্রিপুরা অসি উমংগী পোথোক্তা শিংথানবম্বা মনি। হৌজিক্কি পাকচাওনা উমং কোকথোরকপা, চহি খুদিংগী ওইনা, মমল য়ান্নবা উ বিম শারকপনচিংবসিনা লমদম অনিগী মৈয়োগী ইকোলোজিদা য়াম্না শাথিনা শোক্রকপদা অকিবা লৈবে ।

অতৈ ষ্টেটতগী পুলিন্নকপা শুংদোক্তিবা শোমদোক্তিবা পেং-

চাকশিংনা ষ্টেট অসিনা মপুংদা হিংনবা হোংনৈ। চিঞ্জাকী পোথোকসু মশাগী চাবা কোয়ক্সদে, অদুনা ফুদ কোর্পোরেসন ওফ ইন্দিয়ানা চহিগী ত্রিপুরাগী অরাংপা মেনখংলি।

মথংদা শেন থুমগী মতাংদা কেন্দ্র সরকারনা দিষ্ট্রিক্ট ৪০৯ দগী ভারত পুম্বগী ওইবা দাতা অমা খোমলকখি, মদুদা ভারতকী ওইবা ১০০ দা ত্রিপুরানা ৩৪ ( হায়বদি ষ্টেট পুম্নমক্তগী লাযরবে। মথাদা হাইখনা লৈখি, নাগালেণ্ডনা ৫০, অসামনা ৫৮, হারিযানা ১৬৬ অমসুং পঞ্জাবনা ২২০ দা লৈখি।

ষ্টেট অসিগী মরু ওইবা ইকোনোমীদি লৌউবনি লৌউবদগী ফংবা ইকোনোমী অসি চাদা ৬০ নি। অদুগা অপুনবা মীশিংগী চাদা ৭৬.৬ তি লৌউবনি। লৌউবনা শিনফম ওইরকই। হৌজিক কাওবদা ত্রাইবেলশিংদি পামলৌ ( ঝুম ) কয়া তৌরি অদুবু হায়-দগীদি খর কম্বরে। চাদা ৫৯ হেক্তর অমমমতমক পায় হেক্তব ২০ দগী মাল্লৈ পায়বশি চাদা মীওই ১৩ মুক্তনি। মীওই ৬০৫ দংদি হেক্তর ১০/১০ গুম্বা পায়নৈ।

সহরগী কারবাররালা অমদি ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুং খরতনা খুঙ্গংগী পোথোক অমদি পোথোক পুথোক্লবগী পাদৈ লোইনমক পায়শিল্লি। মদুগী ফল ওইনা খুঙ্গংগী মীওইশিংনা শেল্লেপ শম্মোকপ-শিংগী দযাদা ভাবগা লোয়নবা হেক্লা হেম্না লাযরথরবই। মরম অদুনা চহি চহিগী লম লৈজলবা অমদি লৌমী মীনাই মশিং হেঙ্গৎ-লকই। অদুনা শেঞ্জাও পাযবা লম মপুশিংনা পোথোক লোইনা পায়শিনবগী মওংশিংসি থিংব ভাই। ওৎপী-নৈবীরবা মীওই কয়াবু

অরাকমদা তাহনববু মশিং য়াম্বা প্রজা। মীয়াম্না শোম্লিবসিদগী খরমখৈ হন্দোকক্কম থোকই।

থবক ফংদবগী দম্বা অসিসু ষ্টেট অসিদা অচৌবা রাথোক অমনি, সবক্কারগী দিপার্টমেণ্টতনা থবক ফংনবগী মফম ওইরমই। অদুগা হৌজিক্কি মতুংগী ওইথোকপা যাবা অদুসু মমি শামথ্রে।

মতাংসিদা বন্দক্তা অরংবা মঙাল অমা লাকপদগী খরদং শাকবা অমদি মৈ, নেচরেল গ্যাস মবাং কাযনা ফংলক্কপা অসিনা। মরাং কাযনা মৈপদৌরি। থাও অমদি নেচরেল গ্যাসকী কম্মিসনা খোং অহুম তৌখিবত্থনা, মহুতসু নত্তনা মফম মরি অমসু তৌগদৌরি। মসি সোভিয়েটকী অথং অহৈশিংনা লুচিংহনা পুথোকপনি, অদুগা থাওস ফংবা যানা মৈবি

অহুবু সরকার অসিগী থৌশিল অমদি মিংযেং জনিবু খৃষ্টিয়ান নিসম্ররীশিংনা খুৎশা হৈবগী খোংথাং অমদি পোথোক অমসুং শেনথুমগী থুমাং চাওশিল্লকপগী মাযোক্তা শাখিখ্রবা প্রচার অমা চথরক্লি।

" লমদম অসি ঐখোযগী লমদমগা মাম্নদে, অতিযাসু ঐখোযগীপা মাম্নদে, নোং থুক্তাসু মহৌশাগী মৈচিনশিংদগী তাদে, নাপীশিংবীসু মহৌশাগী মৈপাক্তগী মতেং লৌদে। চাওখৎলকপসু মৈপাক অসিগী রাংমদনি। মসি পৃথিবীদগী ইতোপ তোপই, ঋতু পুম্নমকসু মখোয়গীদি তোঙাম্লি। অওঁং অশাগী মতাংদসু ঐখোয়দা কনলন ওইরগা মখোয়দা ইংথম ঋতু ওই। লম্বীশিংসু শিবা য়ানা অকিবা কংই। খুনতাক লানশিংখরবা সহরগী পুক্তি মাল্লি। উমং রামংশিংসু অরাবগী শকতমনি। ভুরেলর্তিং অহুসু কনাওম্বা অথং অহৈ-

শিংনকাওবা ইচেলগী মতাংদা হিসাব তৌবগী য়াংমদনি।”

চহি চহুমগী মমাংদা অহোমশিংনা শক্তি পায়রিবৈদা মির জুমল্লাগা লোৎনরকপা মুল্লা দার্বিশনা আসামদা লাম্পারকপা মতম দা ইরম্বা য়াহৈশিং লৈ। হৌজিক্কা অরুনাচল প্রদেশ অসিদা চংলকপা মতমদা লৈরমইবা ইশিং নুংশিংবী ফিভম, ফিরোল যিজেং অমদি মখোয়গী চংন-পথাপ মথক্কা পঞ্জখিবা য়াফম পু মমক অসিগী মতাংদা চংক্লব, অমা পোকখি। হৌখিবা চহি অহুমগী মমাং অহুগা হৌজিক্কী হৌগৎলকপা শতাব্দী অসিগদি ক'বগী চুমলোইদগে। মণো.গী লমদম অমদি মাওইশিং অসি স্বাধিন্তা ফংলবা মতুংদা অহো.বা লাকখিবতা ঙাযরি।

লমদম অাসগী ফজবগী মতাংদা শোক ১৮৪১ ইংদা রিল্লি-য়ান রোবিন্সন্না অস্মুন্না ইরমইঃ “চাংশাং কযা কযা অহুনা চংক্লবা অমা পোকহল্লি, লমদম অহুগী ফ.বা শক্তম অহু যেংঙুবদা পে নবা নাইদে, যেংঙু যেংঙুবা মফম খুদিংদা চাংগী চাং ঙাক্তা হিমালয়গী অল্লাংবা চাংদোলশিং অহুনা মখোযগী চাওথোকচনিং ঙায় ওইরি। অতিয়া পক্লা য়াংখংখ্রিবা মথাম অহুনা অমুক হন্না থিজিন্নিংবা পোকহল্লি”।

“উন্না য়োমলবা চীংদোলশিং অহুনা স্যািং তুরেলগী দৃশ্যা ওইহল্লি, কামেংগী উচাগ পাম্বীশিংনা লোহিত তম্পাক য়োনা শল্দোক্লি, পারকোইগী অল্লাংবা লমশিংদা হৌরিবা মবুকচেল অপা তানিগী উমংশিং অহুদগী চেম্বরকপা ইশিংচাইবী অহুনা যাত্রিক শিংগী মায়থোংদা চাইথবা অহুনা অমুক্কা হেন্না কল্হল্লি। অম

থাদৈ। অরুণাচল ইউনিয়ন-টেরিটোরী অসিগী মিজিং-ক্ত মকম মওংদা লৈপই। আই এ এক ইণ্ডার ক্রাফটস্না শোংজু খুংশা খাক্কনা চয়োল অমগী মনুংদা লৈপনখিবা মুমিংতুদা চীংজাও কয়া লায়া পাইরক্তুনা হিংবদা চংদবা য়াত্রবা পোংচৈ-পুম্নমক তেম-খেৎকিতুনা থম্লিব। চিংথক অতুদা থাদৈ। দবকাব ওইবা পোং-চৈশিং অসি ফে-চংদগী চিনি, মৈথেং উপুদগী বেখোসিন ফাংবা থাদৈ। নোংথক্কগী থাদবিবা পোংচৈশিং অসি নোংথক্কী পে (পেবাচুত) শিজিন্নদুনা, মতুংদা লোইনা তমাং-অতা থোকখীবমই।

নোংচাংগী ফিভম অসিনা নোংথক্কগী পোং থাদবা চংপদা য়াম্না খুদোংখিবা ক ১ নং খ। অরুনাচলগী নোংচাংগী ফিভমদী য়ামনা তমখি। কালেন থাদা ফাওবা নোংথবসিদা লেচীন্না কুপ-তুনতা লৈ অতুগা পুং খবগী মনুংদা থংহৈদনা নোং চুবকই। খোংনা চংপা যান্ত্রিক ফাওবা লম্ব, চংপদা লৈচিন যাম্না থাবনা লম্বা খোং অমদি চংগী খোং লম্বা যা বদা তাপনবা পী। নোংজুথা এপ্রিলদগী হৌখবতুনা সেপতেম্বর ফাওবা শেপ্পুনা নোং চুই। নোংজুথাদা লৈবাক কিল্লগ, লম্বা সোংবোক নিং ১ বা কথা থোকই অতুগা ককফৈ যাম্বনম্ব হায়খিনিংদায় লৈতে। নোংচুবগী চাংস্থ চহিদা ইঞ্চ ১০০ যেনা নোং তাই।

লমদম অসিদা লৈবিবশিং অসি চহি চা কযাদগী হৌনা তিন্ন-তোংনবদা য়াই। মসিনা তাকপদি অরুনাচল প্রদেশ অসিদা কনাংম্বা শক্তি লৈবা নিংথৌ অমত্তম্ব লমদম অসিদা শুকয়ো য়োম্বক্তে হায়বা তাক্লি, অতুনা বৃটিশনা মপুং চনবা লম হায়খিবনি।

মসিমক্কী ভারতনা স্বাধিনতা ফংলবা মতুংদা ফাওবা অরুনাচল প্রদেশ অসিদা সিভিলাইজেসনগী মঙাল পুশিনবা য়ানা থোক্লিবনি।

মরম অমতুনা হৌজিক ফাওবদা অরুনাচল প্রদেশ অসিদা লম্নাইগী লম লৈত্রিবনি। লমদম অসিদা লমগী মপু অমদি শেম্লেপ শাম্লোকপা কনামত্তা লৈত্রি। লৈফম পুম্নমক লম্নাইগী অমত্তা ওইহনজ্রবনিনা সরকারদস্মু তোপ তোপ্পা খুদোংথিবা খর নংলি। অরুনাচল প্রদেশতা বেস্কি শেস্থং লৌমীশিংদা পীবা তাবদা বেক্কী আইনশিং লোয়না শেমদোকপা তাই। লম্নাই সম্পতি লৈতবনিনা লম্নাই মীওইদা পীবা য়াত্রবনিনা কম্যুনিতি বেসিসতা পীরে, মসিগীদমক্তা আইনশিংস্মু হোংদোক্লনা শেমদোক্লে।

অরুনাচলদা লৈবশিংগী খ্বায়দগী মরু ওইবদি :—

নোংমুংশিং, উ, যেনছাংনাপী থাবা অসিনচিংবনি। চিংজাওশিং, উমং-রামং, তুবেলশিং অমস্মুং লোকশিং উন্না পুময়োম য়োম-শিল্লি, শা-উচেক, কুরাক অমদি মীওইবগী থুংশা হৈবসি মশানা পুথোকচরকই মশাগী ইশৈ অমস্মুং জগোইনচিংবা।

অরুনাচল প্রদেশতা সভ্যতা পুরকপা হায়বসি মফম অমতুদা হৌজিক্কী অনৌবা চৎনবী অসি শাসন পায়বশিংনা হৌদোকপা হায়বনি। লম অসি হৌজিকমক ইউনিয়ন টেরিটোরীনি, লেজি-চলেচর মীখলনা মন্ত্রি মন্দল অমা লৈনা দায়িত্ব পুরি। অরুনা-চলগী মীহুৎ জাতিগী পার্লিয়ামেন্টতা থারি : লোক সভা অমদি রাজ্য সভাদা প্রজাশিংনা শাসনগী থবক্তা হকথেনেনা য়াওনবা আটোনোমী চাওনা লৈরবা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলশিং লৈরি। ইউ-

নিয়ন টেরিটোরি অসিগা জাতি মীযামগা পুনশিন্নবগীদমক্তা নেসনেল পার্টিনা হোৎনৈঃ মহুদি ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেস হৌজিক শকনাইববা অরুনাচল প্রদেশকী শাসন পান্নরিবশিং অসিনি।

সিক্কিম অসিনা ভারতকী খ্বায়দগী পিকপা অমম্মুং ইকোন কোনবা স্টেটনি। সিক্কিম অসিবু ভারতকী লুহুঙ্গা হাপ্পা মনিমু-ক্তানি হাংনৈ। সিক্কিম পুম্বা পৃথিবীগী মকম অভৈদা লৈতে, লম অসিগী অৱাং অনেমশিংড অমত্তা মান্নদে ফুট ৮০০ দগী ফুট ২৮০০০ ফাওবা ৱাংই, অহুগা কানচনজুঙ্গানা লুহুপনি। কান-চেনজুঙ্গা অসি পৃথিবীগী অহুমগুবা খ্বায়দগী অৱাংবা চীংদোনম্নি, মসিবু সিক্কিমিসশিংনা অশেংবা লাইফম্নি হায়নৈ।

সিক্কিম অমম্মুং ভারতকী মরী অসি সিক্কিমগী কোন্নুং গাং-তোক্তা শোক ১৯৫০ দা সহি তৌনখিবা ইন্দো-সিক্কিম সন্ধিনা পুরকখিবনি। মহুদগী হৌনা সিক্কিমগী শা-লানগী থবক ভারতনা লৌহুনা লাকখি। শোক ১৯৭৫ ইং এপ্রিল থাদগী ভারতকী মহুং চনবা লৈবাক অমা ওইরকখি।

ভারত্তা চনদ্রিভৈদগীম্মু সিক্কিম অসি ভারত সরকারদগী পুকচেল চাওববা মতেং মতম পুন্নমত্তা লৌহুনা লাকই। শোক ১৯৫২ ইংদগী ভারতকী শেমগৎ শাগৎপগী থবক পুন্নমক সিক্কিমম্মু য়াওহুনা লাক্লবনি।

সিক্কিমগী মহুংগী চাওথৎলকপম্মু গনতন্ত্রগী লম্বীদা লাকখি, ভারতকী স্টেট অভৈঙম মেম্বর ১৭ না শাবা অহানবা স্টেট

কাউন্সিল মীখল শোক ১৯৫৩ ইংদা পাংথোকখি । মতম কুইনা দাদ্বিত্ব লৈবা সরকার অমা সিক্কিমদা থম্বসি প্রজানা পাম্নকখি । অনিশুবা মীখল শোক ১৯৫৮ ইংদা মীয়াম্না ভোট পীদুনা মীখল পাংথোকখি । মীখল অসিদা সিক্কিম ষ্টেট কংগ্রেসনা মেজোরিতি ওইখি । অদুবু সিক্কিম দারবারনা শোক ১৯৬২ ইংদা অতোপ্পা মীখল অমগা তৌনবা হুকুম থোকখি । চহি অদু ভারতা চীনানা লান্দারকপা চহিনি । মথং চহিগী লোযরমদাইদা মহারাজা টাশী নমগ্যালনা চহি ৫০ সাসন তৌরকপদু শিখিবগা লোযননা মহাক্কী সাসনসু লোইশিনখি ।

মহাক্কী মচানুপা অনিশুব বালদেন থোনথুপনা মপাগী খুন্তম ফংহৌই ( ইকুই কুইদনা ইয়ার এক্সিদেন্টতা শিখিবা অহানবনি ), বালদেন থোনথুপ মশানা চোগ্যাল হায়না কৌজখি । সমরূপ ফোত্রাংগী শাগৈগী নিঙোল সঙ্গে ডেকীবু লুহোংদুনা লৌখি, শোক ১৯৫৭ তা মহাক্কী মুপী শিখ্রবদা অনিশুবা মুপী পিখি । অনিশুবা মুপী অসি অমেরিকাগী নিঙোল মমিং হোপ কুকপু লৌখি । কায়নথংদা থায়নখি । চোগ্যালগী মুপী অহানবনা মচা অহুম অদুগা অনিশুবীনা মচা অনি পোক্লমই ।

সিক্কিমগী অহুমশুবা মীখল অসি শোক ১৯৬৭ কী মার্চ থাদা পাংথোকখি । কাউন্সিলগী মেম্বর মশিংসু শোক ১৯৫৮ দা ২০ ওইরম্বদগী শোক ১৯৬২ ইংদা ২৪ য়ৌখি । সিক্কিম নেসনেল কংগ্রেসনা অমুক্কসু মেজোরিতি সিট ফংখি, মথংদা সিক্কিম নেসনেল পার্টি অমসুং সিক্কিম ষ্টেট কংগ্রেস কাখি । চোগ্যালনা মেম্বর

তরুক নোমিনেট তৌখি, অহুম অমনা সবকারগী কর্মচারিনি, অহুম অমনা প্রজা মীয়ামদগীনি ।

শোক ১৯৭৯ ইংদা সিক্কিমদা অহোংবা অমা লাকখি : ষ্টেট এসেম্বলীগী মীংখলদা নেসনেল পার্টিনা মেজোরিতি ওইবা ভমখিদ্রে , রেজিনেল পার্টি সিক্কিম পরিষট পার্টি কৌবা অমনা মেজোরিটি ওইখি লোয়ননা ষ্টেটকী শক্তি পায়খি, পার্টি অহুগী লুচিংবা নর বহাদুর ভান্দারীনা চিফ মিনিষ্টর ওইখি। পার্টি অসি অকোনবদা শোক ১৯৮১ ইংদা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসতা য়াওখি । অহুদগী অমুক্কু সিক্কিমদা অহোংবা লাকখি, ভানদারীগী মিনিষ্ট্রি অসিবু গভর্নরনা মুথংখি । সিক্কিম অসি প্রেসিডেন্ট রুলগী মখাদা থমখি, কংগ্রেস মন্ত্রি মন্দল অমা লাকখি। মথংদা শোক ১৯৮৫ ইংদা মীখল তমুক তৌখি, নব বহাদুর ভান্দারীগী পার্টিনা মেজোরিটি ওইখি, ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসপু মায়খিবা পীখি। মহাক্কী মিনিষ্ট্রী অসি রিজনেলীজমদা যুমফম ওইবনি, হে জিক ফাওবা সিক্কিমদা শাসন পায়রি ।

শোক ১৯৭৩ ইংদা চোগ্যালগী মাযোক্তা মীয়ামগী ওইবা লালহৌ অমা হেৎবকখি । খ্বায় মীযামগী মোত লৌরবা মতুংদা সিক্কিম অসি ভাবত্তা তিন্নবগী রাবেপ লৌখিবনি । অমুম তৌদুনা শোক ১৯৭৫ গী এপ্রিল তাং ২৬ তা ভারতকী ২২ শুবা ষ্টেট ওইখি, মীয়ামগী হোৎনমন্না মরম ওইদুনা ভারতকী সম্বিধান অসি ৩৬ শুবা তাংকক ওইনা শেমদোকখি । অনৌবা সরকার অসিবু কাজি

ত্লেমহৃপ তরজিনা লুচিংশি, মহাক অসি সিক্কিমদা গনতন্ত্র পুন-রুবগী ইহৌদা লুচিংখিবনি ।

সিক্কিম এসেম্বলি মেম্বর ৩২ শুরে, মসিগী মনুংদা ১৭ না সধারন সিটনি অতুগা সিট ১২ না সেন্ট্রাল ট্রাইবশিং, লেপচাশিং অমদি ভুটিয়াশিংগীনি, রিজার্ভ সিটনি, অনিনা সেন্ট্রাল কাষ্ট-শিংগীনি, অতুগা সিট অমনা লম্বোইবশিংগীনি । ইকুই কুইদনা পেরিটি বেসিস্টা সিট য়েম্বোক্লরে, খুদম ওইনা নেপালিশিংগী ১৫, সেন্ট্রালকাষ্টশিংগী ১, অতুগা ১৫না লেপচাশিং অমদি ভুটিয়া-শিংগীনি, লম্বোইবশিংগীনা সিট অমনি ।

সিক্কিমগী অপুনবা মীশিংদস্থু অচৌবা অহোংবা অমা লাকখ্রে । সেন্ট্রাল ট্রাইবশিং খুদম ওইনা লেপচাশিং অমদি ভুতিয়াশিংনা সি-ক্কিম হান্নগী মী ওইজরম্মনি । অস্তবু হৌজিক্কি অপুনবা ষ্টেটকী মীশিংদা চাদা ট্রাইব অনি অসিনা ৩০ দা হম্মরে, মীরমদগী শাই-দাংশল্লকপা নেপালিশিংনা হৌজিক্কি মেজোরিটি ওইররে । অতুগা অতৈ অপিকপা জাতি খরস্থু লৈরি, মখোয়শিং অহুদি লীম্বুশিং, শার্পাশিং অমদি কাজিশিংনি, অতুদগী সিক্কিমদা ভারতগী হোং-লকপা কাংলুপ মচা কযামকমস্থু য়াওরি ।

নেপালিশিং সিক্কিমদা চংশিল্লকপসিনা মীশীংদা অহোংবা অমা থোকহনবতা নত্তনা অতৈ অরুবা কয়ামস্থু পোকহনখি । হান্নগী লেপচাশিং অমদি ভুটিযাশিংগী মরক্তগী পেন্সবগী থোম্নাও থোরকখি। মরমদি মখোয়গী লমদা মীরমদগী লাকপশিংনা ইচাওশুম খুমপ্রগত্রা হায়বগী অকিমা লৈরে অদিনি। মেজোরিটি ওইরিবা নেপালি-

সিক্কিম, কোংগ্রেসকী তোঙানবা টেরিটোরিয়েল ওইহল্লিবগী রাথক লৈ, মসিনা সিক্কিমদা থরুং থিনকম চাদবা নওং অমা থোকহল্লি। অমুসুং মেন্দোন্নুনা নেপালিশিংনা সিক্কিমদা চংশিল্লকপা লেপ্চা মাইনা থোংথাংবনি লোয়ননা মসিনা ইরাং হেন্না কৎহল্লে।

সিক্কিমদা মেজোরিটি ওইরিবা নেপালিশিংগী মতুংগী সিক্কিম ভারতা পুনশিনবগী মায়োক্তা য়ানিংদবা য়াওখি। হৌজিক সিক্কিমগী শক্তি পায়রিবসি নেপালিশিংগী মরক্তগী হৌখিবনি, পাটি অমগী ক্রিয়েপ অসি অতৈ পাটিশিংদগীসু তোঙাল্লি, মসিনা সিক্কিমগী হায়গী ফিভম অহু হপ্পিল্লকবসু দাবী তৌরি। অতোপ্পা রাকম অমনা পাটি অসিবু লুচিংলিবা নর বহাতুর ভন্দারীনা ভারতা সিক্কিম পুনশিনববু অশেংনা পামখিদে।

দাবী অসিগী মপুং ওইবদী অতৈ লমশিংগা মরি লৈনবা দাবীনি, হায়বসি পনবা য়াবা অমনা চীনা অমনি, অতুগা ইউনাইটেট ষ্টেটস্সু সিক্কিম ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা যাৎবা হায়বসি সুকনা য়ারমদে। রাকম অসি নেপালনা হান্না হৌদোকখি, কোন্না চীনানা থুং থিংজিনখি, অসিগুম্বা মীরমগী রাজনিতি অসিনা মরু ওইনা লমদম অসিগী রাথোক ওইহল্লি।

মরু ওইবা অমনা, শা-সানগী মিংয়েংদগী সিক্কিম অসি য়াম্না থুন্নাচাবা মফম অমদা লৈ হায়বসিসু নিংশিংনিঙায়নি। সিক্কিম অসি মীরমগা তাইনবা ষ্টেট অমনি, শা-লাম্না মরু ওইবা মফমনি হায়বসি পৃথিবীনা থংনরিবনি। অমুখৈবা অরুংদা তিব্বত, মোংগোলিয়া নেপাল, অদুগা মোংপালগা অমুসুং তিব্বতকী

চুম্বী ভম্পাক্কি অতুগা খা-লোংপোজল ভুতান খারোমলবা নোং-চুপ বেঙ্গলনি। নাখুলা পাশ হায়বা চীংলম্বী অসি গাংতোক্কী কিঃ মিঃ ৫০ খক্তা ভায়রে। মসি চিনাগী (তিবেত) বোরডরদগী গজ্ঞ ৩০ খক্তো ভায়রবনি।

ভারত সরকারদি মতম লৈবখিবিক্তা সিক্কিমদা পুকচেল চা ওবকপনি। মীকোক্কী ওইবা প্লান্দা সিক্কিমগীদমক্তদি লুপা ৯৪৬ নি অতৈ ষ্টেটশিংদনা চাওরাক্লা লুপা ১৪০গী চাংনি। কেন্দ্রনা সিক্কিমদা মীকোক্কী ওইনা পীবা মতেং অসি শোক ১৯৭৮ দগী ১৯৮৩ গী মনুংদা লুপা ৪৪৩৬ নি অতৈ ভারতকী ওইনা চাও রাক্লা লুপা ২৩৮ রোমতনি।

সিক্কিম প্রজাশিং অসি চাদা ৮৬ তি খুঙংদা লৈ। খুঙ দগী মরু ওইবা শিনফম্না লৌউবনি। চাদা ৮১ না লৌমীনি। অতুবু চাদা ৬০ রোমদি মশাগী লৌকম লৈজদে। লমশিং অতু লৌয়ামচাবশিংগীনি, লৌমীশিংনা পুথোকচবা পোথোক চাদা ৫০দি লৌমপুশিংদা পী। হেক্টর ৮১০০০গী লম অসি লে গী লম নি, ষ্টেট অসিগী অপুনবা লমগী মনুংদা চাদা ১১ গী চাংনি। মেজোরিটি ওইনা মীওই ৩০০০০ মা হেক্টর ৪ অতুগা হেক্টর ৫ থুংবনা মীওই ৭৫০০ রোমনি। শেন থোকপা মহে-মরোংগী মরক্তা দালচিনিনা মরু ওইনা পাক চাওনা হৌই, চা খাবসু ফজনা পায়থংলক্লি, সিক্কিমদগী পুথোকপা চা অসি অফবা মখলগী চানি দার্জিলিংগী চাদৌনা নত্রগা দার্জিলিংগী চাদগী হেন্না অফবা চা পুথোকপা ঙম্মই।

চিন, মতৈ পাঙল অমদি ক চিন পুম্বক্লা ইউনাইটেট মঙ্গোলিয়ান ষ্টেট নেমবা ইউনাইটেট ষ্টেটনা মিলিটেরী, পোলিটিকেল অমসুং শেনথুমগী মতেং পীনবা দাবী তৌখিবগী রিপোর্টসু কংখি।

শোক ১৯৭২ গী জানুয়ারী তাং ৯ দা ইন্ডিয়ান ডেস্প্রোজ কৌবা প্রোভাদাগী দাক্লা কেরেস্পোন্দেন্ট সোভিয়েট কম্যুনিষ্ট পার্টিগী চেকোং প্রোভাদাদা কোংখিবা অমদা 'ভুমিন্না অমেরিকাশিংনা লানগী থুংজু থুংলায় অমদি অতৈ সপ্লাই কয় লানহৌবশিংদমক নাগালেণ্ডগী থপ্নবা মকম কয়াদা এরোপ্লেন্দগী থাদখি। চু সেন্ট্রেল ইন্টেলিজেন্স এজেন্সিগী লমজিং মথাদনি।"

শোক ১৯৭২ ইংদা রিচার্দ নিক্সনগা নক্লা ভিন্নবা মরুপ অমেরিকাগী বণটাইট এজেন্সি ষ্ট ডাঃ বিল্লিগ্রাহম নাগালেণ্ডদা কোইরকখি। খৃষ্টিয়ান নাগাশিংনা দক্লা বিল্লিগ্রাহমনা অমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট নিক্সনগী মকমদা কারগুম্বা থবাদি রানোম্বীরক্লনি হায়না নাগা লানহৌবশিংনা থাজখি।

ফিজো অমসুং রেভেরেন্ট মিকেলস্কোটনা নাগাগী রাফম অসি জেনেভা এ ভুটোনা কৌববীরবদি ইউনাইটেট নেসনদা পুখংনবসু হোংনখি, অদুবু ওইথোকপা ঙমখিদে।

শোক ১৯৫৫ ইংদা নাগা লানহৌবগী থৌরাং হেক পায়খৎপগা নেকা এরিয়াগী তুয়েন্সাং অমদি বুর্মাগী বাউণ্ডরী পরিংদা মখেয়গী লাম্ফা থম্নবা অহানবমক্তদা থম্নখি। নাগ লানহৌবশিংনা বুর্মাদা লৈরিবা ইষ্টর্ন নাগা রিভোলুসনারী কাউন্সিলগী মতেং লৌরগা বুর্মাগী অতৈ লানহৌবশিং লৈখিত্রবা থকিন ভান ছনগী হোয়াইট ফ্লেগ কম্যুনিস্টশিং অমদি কাচিন ইন্দেপেন্দেণ্ট আর্মি ( কে. আইঃ এঃ)

শান. কা'রেন অমসুং কাচিনশিংগা তন্নারগা নাগ লান্‌লহৌবশিংনা মখোয়গী ইনসার্জেণ্ট খোংথাং অসি ওর্গেনাইজ তৌনব' হাংনখি। অদুবু লালহৌবশিংগীদমক থুংজু থুংলায় য়াংকনখি। অদুদগী শেষা ঊপ য় তৌদুনা থুংলায় কনবা হোংনখি। চিজোবা চিল্লাংদুনা পাকিষ্টানদগী থুংলায় সপ্লায় তৌবা শেমগাখি। অদুগা পাকিস্টান দগী বুর্মা কাওবনিদি চীনগী অমদি নাগা প্রজাশিংগা ইমশিগ্না লৈবনা লায়না থোকখি। বুর্মাগী টেরিটোরিদগী প কিস্তান কাও বগা চংপনি মতুংদা নকমা এর্দা 'লব' সোয়রা টেক্ক্তা নাগা লালহৌবশিংগী বেজ অমসুং থাদি।

শোক ১৯৬৫ দা প্রাইম মিনিষ্টর লাল বাহাদুর শাস্ত্রিনা বুর্মদা চত্নুবা বর্মীজ রিভোলুসনারী কাউনসলগী চিয়ারম্যন জেনেরেল নেরিনগা উনদুনা নাগা লালহৌবশিংগী রকম যাওনা হিংম কাংদা থন-নেনাব লুচিবা আন অন অ'সং থুংলায় পায় দুনা হিংসা তৌবা অমদি লম্বগী মকম থাংদগী প্রোয়ান পেরোয়ার তৌদুনা শেন-থুমগী কিভম শোকচল্লকপগী মতাংদগী কুপনা থনখি। থন্ন লনবসদা ভারত অমদি বর্মাগী বাউন্ডগী পাৱিংগী রকমবু থন্নখি বর্মা-এসু বাউন্ডরী কমিসন অমা শেমখি অতুগী বাউন্দারি য়াংথোকখি, অদুবু বোর্ডরদা তাবা প্রজাশিংবু নাকল অনিমক্তা চথোক চংশিন অদুম তৌহনখি।

পনবা য়াবা রাকম অমনা ভারতনা শোক ১৯৪৭ তা স্বাধিনতা ওইরকপা অমদি বুর্মানা শোক ১৯৪৮দগী হৌনা লৈবাক অসি অসিদা ট্রাইবেল থুংলায় পায়বা লালহৌবশিংনা অরাবা পীরকই। বুর্মানা অমুক হেন্না শোকখি। ইউনিয়ন ওফ বুর্মাগী অপুনবা মীশিং মিলিয়ন ২৭ তনি অদুগা লনগৌবা নাগা, মীজো, মৈতৈ অমসুং ভারতকী চৌধৌশিং অমদি কাচিন. চিন, কা'রেন, শান. মোন অমসুং বুর্মাদা লৈবা নাগাশিং পুম্না মিলিয়ন ১৭ লোম লৈ।

শোক ১৯৫৩ ইংদা পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরু অমদি উ নু অনিমক্না পুন্না হোৎনদুনা লৈবাক অনি অসিদা লৈরিবা ট্রাই-বেলশিংগী রাথোক পুম্নমক শান্তিদা তেমশিন্নবা হোৎনখি। অদুবু নোর্থন বুর্মাগী পোথাবা লৈ লৈতনা ইরাং হৌরকপনা চথরিবা রারি অদুবু মরক থৎখি অদুগা নেহরু অমদি উ নুবু শিংনরকপদগী মহৈ য়ানখিদে। শোক ১৯৬২ দা চিনানা মখা থংবা দিফুগী লম মাইল কয়া লামশিল্লকুনা মখোয়গী লমনি হায়না চংশিল্ল-কখি মতুদগী মখোয়গী মিংয়েং অদুনা ভারতকী অরাং-লোংপোক অমদি অরাং-খা বুর্মাদা লাল্লোং ফাংনবগী রাথল য়ানা চং-শিল্লকখি। মতুদি শোক ১৯৬৭ ইংদা ভারতকা বুর্মাগগী মরক্তা বাউণ্ডরী পরিং য়াৎপদা বোর্দরদা লৈবা ট্রাইবেলশিংদি নাকল অনিমক্তা চথোক চংশিন তৌনবা অয়াবা পীখিবনি।

শোক ১৯৬৭ কী ওক্টোবর থাদা বুর্মাগী লাম্মীশিংনা চিনাদগী পুশিল্লকপা চিনাগী থুংজু খুংলাই অমদি মরুশিং কনা য়ান্না ফাখি চাওরাক্না নাগা লালহৌবা ৮০০ না পুবকপনি। অদুগা শোক ১৯৬৮ মার্চ থাদা জেনেরেল নেৱিলনা ভারতা কোৎরকুনা প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধিগা রারি শান্নখি, লূচিংবা অনি অদুনা নাকল অনিমক্কী বোর্দরদা লালহৌবা কাংবু অসিগী মায়োক্তা অপুনবা চেকশিন থৌরাং পায়থৎনবা হোৎনখি। মখোয় অনিনা পাও পীথোক পাশিন অমদি ইন্দিয়া-বুর্মা বোর্দরদা লৈরিবা লালহৌবা নাগা-মীজোশিংবু নমথনবা পেট্রোল্লিং চৎপদা অমনা অমগী মতেং পাংনবগু য়ানখি। চিনানা ভারত অমদি

বুর্মাগা তেংবাংনরগা লালহৌবশিংগী মায়োক্তা পায়খৎলকপবু প্রোতি-বাদ তৌরকখি। অতুদগী শোক ১৯৬৮ গী ওক্টোবর থাদা চিনাদা ট্রেনিং তৌরবা নাগা ২০০ হেন্না বুর্মা সিকিউরিটি ফোর্সশিংনা হাৎখি মসি অপ্পর বুর্মাগী লমশিংদা কাপনবদগী হাৎখিবনি। অতুগা শোক ১৯৬৯ গী জানুয়ারি থাদা 'জেনেরেল' মোঅঙ্গামীনা কাচিন ইন্দিপেন্দেণ্ট আর্মি ( কেঃ আইঃ এঃ ) গী মতেং লৌরগা নাগালেণ্ড চংলবা অপ্পর বুর্মা ফাওবকপদা বুর্মিজ লান্মীশিংনা নাগা লালহৌবা ৪৯ হাৎখি অতুগা নাগাশিংনা কাচিন এরিয়াদা নমফুদা শেন খার্যাখি অমসুং লুটনচিংবা তৌখিবা মতম অতুদনি।

অতুবু বুর্মা সরকারনা লালহৌবশিং অতুবু নমথনবা হোৎ-নবদা য়াম্না মায় পাকখিদে। বুর্মা মনুংগী লালহৌবশিংগী মতেং ভাবক্তগী নাগা লালহৌবশিংনা য়াম্না চাওনা তেংবাংবদগী অসুম চথবকখি। অতুগা নাগা লালহৌবশিং, মীজো, মৈতৈ অমসুং কুকিশিংনা বুর্মাদা লৈবা লালহৌবশিংদগী মতেং লোইনা ফংই অতুগা চিনাদা চত্তুনা চিনাশিংগী মতেং ফংনবা অমদি ঈ পাও ফাওনবদগু মতেং পীবি। মতম অতুদা জোনাথান কোবা লাইরিক নিংথিজনা হৈববা টাংখুল নহা অমনা অপুনবা লিবে-রেসন ফ্রন্ট ওফ নাগা, মীজো, মৈতৈ, কাচিন, শান, কারেন, চিন অমসুং ইন্দিয়া অমদি বুর্মাগী মীওই কয়াবু মাগী লমজিং মখাদা চীনা চৎলমই। ইন্দিয়াগী লালহৌবশিংস্ন বুর্মাগী টেরি-টোরী ফাওবগা বঙ্গলাদেশ ( হান্নগী ইষ্টপাকিস্টান ) চৎপসি লেপ-লমদে, নেরিনগী সবকারনসু বুর্মাগী লম থুংনা শক্তি লৈবা সরকার

ওইরমদে। বুর্মাগী কাচিন লালহৌবশিংনা চিনাগী মতেংনা ইয়ারপোর্ট শাগৎলমই, মতুনা ভারত অমসুং বুর্মাগী লালহৌবা অযাপ্পা চিনাদা থিন্দোক থিনজিন তৌনবা শিজিন্নরমই। ইয়ার পোর্ট অতুনা অতুক্কী মতিক কান্নখ্রে, মতু নত্রগদি নাগাল্যেণ্ডগী লোংনা চীনা যৌনা চৎপদা সুনিং ৭০ নি চাই। বুর্মাগী খ্বাযদগী চাওবা তুবেল লাল্লগা চংলি: ইবারাদি অমদি চিন্দরিন তুবেল অসিনা লম্বী থোং ফাওহনবা ওমদ। নীশিং অসিনা ত্রান্স-মিটরসু পায, মতুনা অপ্পব বুর্মাদগী চানাগী বেডিওগা মবী লৈনহল্লী।

চীনা অসিসু পাকিস্থানগুম্না হকথেংননা চপচানা লালহৌ-বশিংবু মখোযগী থবক খুদিংমক্তা মতেং পাংই। পাকিস্থান্নাগী মিংয়েংদি ভাবতপু মখোযনা মমাংচেদগী যেংথিনবা অমা লৈবক-পত্নননি। অতুগা চিনানা যেংথিবগী মবমদি ভাবত্তা নাগী লম য়াওবি হাযবগী দাবী অতুদগীনি।

শোক ১৯৫৪ ইদা পেকিং সবকাবনা কাম্নিন্টং মতমগী অরিবা মেপ অমা পুথোকখিবা অতুদা যাওবিবা লমশিং অতু সম্রজ্যবা দিশিংনা শোক ১৮৪০ অমসুং ১৯১৯ গী মন্নুংদা চানাদগী মুন-খিবনি হায়রি। মতুদা রুসকী ফাব ইষ্ট অমদি ইষ্টন সাইবে বিয়াগীলম খোগোংপা যাওবি, সেন্ট্রেল এসিযাদা লৈবা সোভি-য়েট রিপবলিকশিং, সিংক্যাং, আফগানিষ্টান, নোর্থনকাশমিব মনাক্তা লৈবা পামিব রিজন, আউটর মঙ্গোলিয়া, আসাম হিমালযাগী মনুংচনবদা লৈবা নোর্থ ইষ্ট ফ্রোন্টিযাব এজেন্সিগীলম পুন্নমক, ইস্টর্ন কাশমিরগী লাডাক, অতুগা কুমাওন হিমালয়াগী ম ায় থংবা সেক্টর,

নেপাল, ভুতান অমদি সিক্কিম, আসামগী লম পুম্নমক অমদি হৌজিক লৈরিবা নাগালেণ্ড, মনিপুর, ত্রিপুরা, মেঘলায়া, নোংপোক পাকিস্তানগী লম মচেৎ খর, কোরিয়া, ভিয়েটনাম, লাউস, কমপুচিয়া (কম্বোদিয়া), বুর্মা থাইলেণ্ড, মালায়া, সিঙ্গাপুর, অণ্ডামানগী ইথংশিং, ফিলিপ্পিনগী মুলু ইথং মপৈ, টাইৱান অমসুং সুরগী ইথং মপৈশিংনি। হায়রিবা লৈবাকশিং অসি চীনাগী লমনি হায়না মশক তাক্লি মতু মখোয়না লৌদবা য়ারোই হায়রি।

শোক ১৯৭১ গী সেপতেম্বর থাদা চিনা রিকনষ্ট্রক্সন অত্রদদি চীনাগী লম অসি ভনোৱা মেপ অত্রদদী সমুদ্রনা লমথৈ শাত্বনা য়াম্না হন্বখ্রে. শোক ১৯৫৪ গীদা যাওখিবা লমশিং অদুস্ত যাওনা, অত্রবু অস্লাই চিন, নেফা, তাইৱান অমদি খা চিনাগী সমুদ্রগী ইথংতগী সেঙ্গুম রিফ ( সাবারাক্কী অৱাং, মলাযসিযা ) গী লমশিং অসিদি মখোয় চীনাগী লমশিংনি হাযবি। ভুতান অমসুং সিক্কিমবুদি মনিং মথা তস্বা ষ্টেটশিংনি হাযরি অদুগা কাশমীরবুনা ভারত অমদি পাকিস্তান্না মুন্নতনা খৎনরিবা লৈবাক হাযনা থারি। অদুগা সোভিযেটকী লমশিংদদি মখোয়গী দাবী তৌখিত্রে।

শোক ১৯৬০ দগী হৌনা পেকিংনা যাম্না থৱায যাওনা ফ্রোন্টিয়ার পোলিসি অমা চথবকখি। ভারতকা খৎনবদা খব শাফনবগীদমক্তা এগ্রিমেণ্ট অমা শোক ১৯৬০ ইংদা বুর্মাদা যোরকখি অদুগা নেপালদনা শোক ১৯৬১ দা য়োরকখি। পেকিংনা মতম লৈবা বিবিক্তা নেপাল, ভুতান, সিক্কিম অমদি নেফা পুন্নগা হিমালয়ান কৈদরেসন হায়বা অমা শেম্নসি হায়না খল্লা থৌমলকখি।

মৌক ১৯৬২ গী অক্টোবর থাদা চীনানা ভারতকী মথক্তা লান্দারকীবি মথোয়গী সিকাইশিং অমদি খুংজু-খুংলায় ময়াম ৎহ । দাদাকী অমমুং মেক মহোন লাইন লানশিন্নকুম্না নেকা ফাওবা মকম মরি অসিদা নোংথক্লগী থাদখি ।

লাল মতুংদা নাগা ফেড্রেল গোভর্নমেণ্টনা ভারতকী মা-য়োকতা চিঠি অমা চীনা গোভর্নমেণ্টতা ইখি নাগা ফেড্রেল গোভর্নমেণ্টনা ভারত অমদি চিনা অনিনা ফ্রন্টিযারগী মতাংদা খানবা পুরকপবু মশক খংদে, অতুগা নাগাশিংনা ভারতকী শরুক ওইববুদি চীনাগী লমগী শরুক ওইবা পামই । লণ্ডন্দা লৈবা ফিজোনসু মতম অসিমক্তদা ষ্টেটমেণ্ট অমা থোকখি, মতুদা ভারতকী মাযোক্তা থেংননবা চীনাগী অংম্বা মতেং পীরক্নবা হায়খি ।

হৌজিক্তি চীনা অমদি পাকিষ্টান অনি মপুং ফানা খুং শম্নবগা ভারতকী মাযোক্তা লালহৌবশিং লাল থেংনবশিং পুন্নমক্তা অংম্বা মতেং পীরি । নাগা লালহৌবশিংগী মিংয়েং হোংদ্রি অতুনদী ভারতকা পাকিষ্টানগা মরুপ শানবোই তায়না মাংগায়না লৌখি, চীনানা মাগী ফোর্স মযাম অসি পাক শন্না থাজিনবদা লালহৌবশিংদা যান্না খুদোংথীবা পু-থাংবা হুমদবা অমা থোরক্তনা পাকিষ্টানগা অমুক শম্নবদা রাগদবা মবমদি ভারত অমসুং বুর্মা অনিগী লান্মীশিংসু মথোয়গী লৈবাক অনিগী কারকসিদা চেকশিন্না ডাক শেল্লি । অতুগা চৈরকসিদা পাকিষ্টানশিংনসু নাগা অমদী মীজোশিংবু খাঙহনবা চীনাবু চত্‌না মতেং পাংউ হায়রকখি ।

মতম অহুদা নাগা লালহৌবশিংনসু ভারত অসিনা মখোয়গী সোভারেইন ইণ্ডিপেনেণ্ট দাবী অসি কৈদৌঙৈদসু পীরক্রোই হায়বসি ভাব তাখি। অহুদগী নাগা লালহৌবশিংগী পার্লিয়ামেণ্ট ( টাটর হো হো ) দা শোক ১৯৬৭ ইং মুমিত্তা য়ারেপ লৌখি মহুদি নোর্থন বুর্মা ফাওরগা চীনাদা মী থাবা হায়না লেপনখি ।

'ব্রেগেডিয়ার' থীনুশিল্লি অমদি তাংখুল মুইভা, নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী সেক্রেটরীবু 'ফেড্রেল গোভর্নমেণ্ট ওফ নাগালেণ্ডগী এম্বেসেডর' ওইনা নাগা অন্দবগ্রাউণ্ড ৩০০গা লোযননা চীনাগী খাথংবা যুনান প্রোভিন্সতা থাখি খোংচৎ অসিদা বুর্মীজ সবকাবগী মাযোক্তা চীনাগী মতেং ফংবশিং কাবেন, শান, কাচিন অমদী বুর্মাদা লৈবা নাগাশিংগা মতেংনা অমদা মখোযগী লমজিং মখাদা বুর্মা টেরিটোবী লাল্লগা চীনা যৌখি। চীনাগী যুনান প্রোভিন্সকা অপ্পর বুর্মাগা মবক অসিদা প্রো-পেকিংগী মশা কচিন ইন্দিপেন্দেন্স আর্মি অমদি পেকিংগা খুংশম্নবা বুর্মাগী কম্যূনিষ্ট পার্টি হৱাইট ফ্লেগকা ইষ্টর্ন নাগা বিভোলুসন্নাবীগী ইহৌগা শম্নরমই।

মইভানা লুচিংলকপা নাগাশিংবু চীনানা অঙাংবা ফিদা থাম্বনা ওকলমই , মখোযনা মিলিটেবীগী ট্রেন্নিং মথল পুম্নমক তম্নমই, অহুগা মখোযবু চিনাগী মফম খুদিংদা মখোযগী সমাজগী যুম্বানকৈবান যেংহল্লমই, মতম অহু মাও সেতুংগী 'কলচরেল রিভোলুসন' হাযবা মতম অহুনি ।

চীনানা নাগা লালহৌবশিংবু মপুং ফানা শৌগৎখি, মখোয়না নাগা নহারোল লিশিং লিশিংবু মিলিটেরী ট্রেন্নিং তৌনবা থারকবা

হাযখি ; মখোয়না লালহৌবশিং মনিপুরদগী মৈতৈ, আসামগী মীজো অমদী নোংপোক পাকিষ্টান, চীন, শান, কচিন অমসুং কা-বেনশিং বুর্মাদা লৈবশিংবু তম্বীখি ।

পাঙল লৈরবা চীনানা নাগাশিংগী থবক্তা মপুং ফানা খুং-থিংজিনখি । চীনা মশামক য়াওনা নাগাশিংগী গুরেরিল্লা খোং-থাংদা য়াওই হায়না মোস্কো রেডিওনা হাযখি ।

তাল্লকসিদা 'ব্রেগেডিয়ার' থাঙ্গুশিল্লী অমদী অতৈ নাগা খোংবু মচা অমা চীনাদগী হল্লকখি । মখোংনা নাগা অন্দরগ্রাউণ্ড লুচিংবশিংদা হৌজিক্তি চীনানা ফোংনা নাগাগী রাফম অসিদা শৌগৎলে অতুগা খুংজু খুনায অমদি অতৈ মতেং কয়া পীবক্লগনি, অতুগা নাগাগী সবকাব অমা ভারতকা চীনাগা য়াম্না নকশিন্নবা মফমদা লিংথৎলে, চীনানা মীবমগী মবীশিংদা অরোনবা সবকার অসিবু লমজীংবীবগনি অতুতসু নক্তনা অতৈ মখল কযাদসু মতেং পীবগনি, লালহৌবশিংগী রেডিও ষ্টেসননচিংবা শেম্বীহ্না মখোযগী প্রোপেগেন্দা চত্থনবসু যাবিবে হাযনা পাওদমখি ।

শোক ১৯৬৮ গী ফেব্রুবারি থাদা 'জেনেরেল' মো তঙ্গামী অমদি আইসেকসু 'ফোবেইন মিনিষ্টর' শেন্ত্রেল গোভর্নমেন্ট ওফ নাগালেণ্ডনা সিফাই চাম্মা চাম্মা পুক্তনা যুনান তাম্না চত্তুনা চীনাগী ওফিসিয়েল ওইবা প্রস্টাব পুমমক ইশানা যাজবে হাযনা হায়রুখি ।

নাগা লালহৌবশিংগা চীনাগা য়াম্না নক্কবা মরি থম্লরুরবসু থবক্তা চংশিল্লকপদি ভমখিদে মরমদী ইন্দিযান সিকিউরিটি ফোর্সশিংগা

নাগা-মীয়ামা ৪০০০ রোম শোক ১৯৬৮ গী মে [illegible] জুন থাংনা শাথিনা খুংথোকখিবদগীনি। অহুম অতোপ্পা য়াকয় অমনা নাগা লালহৌবশিংনা শক্তি লায়া প্রজাশিংগী মখম নয়থবদগী নাগা প্রজাশিংনা লালহৌবশিংগী মায়োক্তা লৈবা মশিং হেক্সং-লকখি। নাগা লালহৌবশিংনা বৃর্মা চংমবা হোৎনরকপদা নাগা লালহৌবা ২০০ মূকম্ থুংথোক্লবদা হাংখি। মথোয় অহনা চিনানা শাবা আটোমেটিক রাইফল অমদি অনকপদা কাপনবা পাকিস্টান্না শাবা রোকেট ফাওবা শিজিন্নখি।

শোক ১৯৬৮ গী জুন ১৯ দা ভারত সরকারনা চীনাগী চার্জদি এফিয়ার্সকী থুংথাংদগী চীনাবু প্রতিবাদ তৌবগী য়ারোল অমা থাখি, ভারতকী মন্নুংগী থবকশিংদা চীনানা লোন্না মপান্দগী খুংথিংজিল্লকপবু যানিংদবদগীনি। প্রতিবাদকী য়ারোল অদুদা য়াফমশিং অসি পনখি, “মতম অমদা চীনা সরকাবগী প্রোপে-গেণ্ডা ওর্গান অমনা ভারতকী প্রজা অমদি সরকারগী মাযোক্তা থোৌনা ফনা কেমপেইন অমা চথখি। মসিনা ভাবতকী একতা অমদি লৈবাক অসিগী অপুনবা পুকচেল খোযজেলবু থুগাযনবা হোৎনখি। মতুগী খুদমদি, রেডিও পেকিং অমসুং নিউ চীনা নিউস এজেন্সিশিংনা ভারতকী অরাং-নোংপোক লমদম অসিদা ‘খুংলায় পায়বা লালহৌ’ থোকহল্লবা অমদি চন্না চৎচবা ভারত সবকারগী আথোরিটিগী মায়োক্তা ইরাং থোকহল্লবা শাওখি। অসিগুম্বা প্রোপেগেণ্ডা অসিগী মৈথুনা তাকপদি চাইনিজ সর-

কাব অসীনা থেংথিনবগা পোননা লালহৌবশিংগী থবক্তা থরায় যাওবা মপুং ফাহন্না হোনৈ"।

প্রতিবাদ অহৃদা অসিনস্থু হাযখি আটোমেটিক রাইফলশিং ১৬ এমএম মোরটরশি, মোবটব বোমশিং, চিনানা শাবা কয় নাগালেণ্ডগী মকম কয়াদা থংনখি। অদুগা দাইরি কয়ামুকস্থু, ফোটোগ্রাফশিং অমদি অইত রেকর্ড মট করা ইন্দিয়ান সে কউ-রিটিশিংনা নাগা লালহৌবশিংদগী ফংখি, মসিদগীস্থু চিনা সর-কারনা লালহৌবশিংবু ত্রেনিং অমস্থুং অইত মতেং পাংনি হায়-বগী প্রমান লৈ হায়না থাখি।

প্রতিবাদ অহৃদা চিনা সরকারনা তুমিন্না লৈখোকনি। অদুগা রেডিও পেকিংনা ত্রেডক, অমদা নাগাশিং, মীজো অমদি কুকিশিংগী মথক্তা খুংলায়না নএগা রাজনিতিগী নমথাক্না নমথবা যাবোই" হায়না লাওখি।

অহৃবু লালহৌবশিং চিনানা মতেংপাবদি অদুম চথখি, অদু-দগী লালহৌবশিংগী কেম্প মনুংদা ব্রাথোক ওইখি। লালহৌবা মশেন থেংথিনবা হোখি। মদুগী ফলনা অসিগুম্বা মনুংগী থো-দোক ব্রাথোক অদুনা 'জেনেরেল' কাইটোবু কাপ্পুনা হাৎখি, মীহাংপশিং অদু ফিজোগী মীওই ওইবস্বদগী তোঙানতাখিবা কাবুননি হায়না রিপোর্ট ফংখি। অদুগা অমরোমদনা 'জেনে-রেল' মো অঙ্গামীনা নাগালেণ্ড চংনবা হোৎনরকপদা ফাখি।

অন্দরগ্রাউণ্ড নাগাশিংনা নিংহন্দনবা চিনাদা থাজবা অশা থম্মনবা হোৎনখি। মখোয়না লোন কয়ামরুমদা ছাপা তৌরহুনা

লিকলেট অমা চাইখি "কিজোনা চিনাগা এগ্রিমেন্ট পুরকখ্রে নাগালেণ্ডদগী ফোবেইনবশিংবু তাম্ফোক্লনা য়াম্না থুনা লিবেবেট তৌবগনি" অত্থগা নাগাশিংবু "নিংথা তম্বগী লরাইগীদমক্তা অথাং কল্ল" হা না হায়খি।

অত্থগা চিনানা না ,, মীজো, শান, কাচিন অমদি কারেন-শিংনা ইষ্ট পাকিস্টানগী চিত্তাগোং হিল ত্রেক্টশিং য়াওনা ফেড্রেল ষ্টেট অমা শেম্নবা ইনশিনখি। চিনানা লালহৈবশিংদা শেল অমদি নোমৈ কয়া পীখি।

অত্থগা যুনান প্রোভিন্স অমসুং বুর্মাদা মিলিটেবী কেম্প কয়া শাগত্তুনা মিলিটেবি ট্রেন্নিং অমদি মাখাযগী ৱাখল্লোন তম্বী-নবা শাগৎখি।

মোস্কো বেডিওনা শোক ১৯৬৯ গী মার্চ থাদা পেকিংগী থৌ-াশনবু ক্রেটিসাইজ তৌখি। "বৃটিশ সম্রাজ্যাবাদীনা নাগাশিংবু ইন্দিপেন্দেন্স পইহনবা পামই হায়তুনা ভাবত প্রজাগী একতা থুগায়নবা দিভাইদ এণ্ড রুলগী মিংযেং অমা থম্মম্বতু হৌজিক পেকিংনা বৃটিশ সম্রজ্যাবাদিনা থনম্বতু অমুক পায়খত্তুনা কিহ-ল্লুরে" হায়খি। নিউ টাইমস ( নং ১০ ) শোক ১৯৭৩ গী মার্চ থাগী রিপোর্ত্তা অমেবিকাগী মীওই খব নোর্থ ইষ্টন বোর্ডব এবিযাশিংদা চত্তুনা তোখায তানিংবা কাংবু চিনানা মতেং পাংনবা মরী অমা থমগ্রে হায়রি।

শোক ১৯৭৩ আগষ্ট ২৬ তা সোভিয়েট কম্যুনিষ্ট পার্টিগী চৈথোং প্রাভদানা চাইমিজ লুচিংবশিংনা খা-নোংপোক এসিয়াগী

ষ্টেটশিংদা পেকিংগী মিলিটরি অমদি পোলিটিকেলনা থুম্ম চম্নবা হোৎনবদা চৎমিম্নবা হোংনবি । "মাওইষ্টকী মেথোদ শিজিন্নদুনা মখোয়গী হেগিমোনিকী পান্দম লৈবাকশিং অদুদা থমইঃ তোথায় তানিংবা লৈবাকশিংদা প্রো-মাওইষ্টকী কাংবুনা শৌগত্তুনা পেকিংনা অপাম্বা ফোবেইন পোলিসি শেম্বা ওম্নবা থবকশিং পায়খৎলি । পেকিংগী মিযেংদি খা-নোংপোক অমসুং খা এসিয়া, বুর্মা, ইন্দিয়া অমদি শ্রীলঙ্কাদা লৈবা বিভোলুসন্নাবী দিমোক্রেটিক ফোর্সশিংবু মরা চেৎতনবা হোৎনবসিনা মখোযগী রাথলগী মিৎযেংনি" । মতম অদুমক্তদা সোভিযেট নিউজ এজেন্সীগী পাওচে নোভোস্তিগী আর্টিকল অমদা ভাবতকী ফিভম থুগাযনবা তোথায় তানিংবগী রাথপ্লোল পুশিন্নবা চাইনিজ লুচিংবশিংনা হোৎনৈ হাযখি ।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে মতুদি শোক ১৯৭২ গী আগস্ট তাং ৮ দা নাগালেণ্ডগী চিফ মিনিষ্টর হোকেসে সেমাবু হাৎনবা হোৎনখি । নাগা লালহৌবা তবেংনা চিফ মিনিষ্টব তোংলিবা কাব অদুদা বুলেট ৭০ কাপশিল্লকখি মদু শিল্লোংদগী কোহিমাদা হল্লকপদনি । কাব অদুগী দ্রাইভব, চিফ মিনিষ্টবগী বোদী গার্ড অদুগা কনষ্টেবল অমগা মী অহুম হাংখি , অদুগা চহি তবাতক শুববা চিফ মিনিষ্টবগী মচানুপী অদুগা অতৈ পুলিস ইস্কোট তানি অমগা নোংমৈ মরুনা শোকখি ।

ঘতনা অসিদগী ভাবত সবকারনা সিজ ফায়াব অদু লোপ্লোকখি, অদুগা নাগা নেসনেল কাউন্সিল, নাগা ফেড্রেল

গোভর্নমেন্ট অমসুং নাগা ফেড্রেল আর্মি থাইনা য়াদ্রবনি হায়না লাওথোকখি ।

এঃ জেং: কিজোনা কংগ্রেসকী ভারত সরকারগী থিরেপ তসিবু চৈরকখি, মহাক্না হায় "ইন্দিয়ান আর্মিনা লাল অমুক হন্না চথনবা শেংনা হাংদোক্লিবনি নাগাশিং তচুম থোবপগী অমদি হাংখ্রবনি, ঐখোয় ইশানা ইশাবু ভাক্কুনা কৈরিবনি। ইন্দিয়ানা ঐখোয়গী ফেড্রেল গোভর্নমেন্টপু লৌথোকপা পাম্লিবসি মথোয় মীপুম খুদিংমক মীহাৎপা নত্তে। বেন তৌবগী মবম লৈতে" অদুগা মহাক্না ইউনাইটেট নেসন্স সেকিউরিটি কাউন্সিলদা নাগালেণ্ডদা "পাক্কন্না হাৎপা" অসিদগী ভাকথোকপীনবসু হায়জখি। অদুবু চিফ মিনিষ্টর হোকেসে সেমাবু হাৎনবা হোৎনববপগী মবমদদি রাইহে অমফাওবা পনখিদে ।

শোক ১৯৭২ ইংগী জুন থাদা ভারত সরকারনা নাগালেণ্ড অসি এক্সটারনেল এফিয়ার্স মিনিষ্ট্রিদগী হোম এফিয়ার্সকী মিনিষ্ট্রিদা ট্রান্সফার তৌখি। অদুগা নাগালেণ্ড মমুংদা লো এণ্ড ওর্ডর ভাক শেনবগী দায়িত্বসু নাগালেণ্ড সরকারদা শিন্নখি ।

অদুগা সেন্ট্রেল গোভর্নমেন্টনা নাগা রেজিমেন্ট অমসু ওর্গেনাইজ তৌরিখি মদু ভারত আর্মি কুমাউন রেজিমেন্টশিংদা এফিলিয়েট তৌখি। নাগা রেজিমেন্টশিং অসি লালহৌরশিংনা সেকিউরিটি ফোর্সশিংদা সরেন্দর তৌরকপনা অনম্বনি ।

নাগালেণ্ড অমসুং অরাং-নোংপোক লমদমগী ওইনা শেনথুমগী ফিভম চাওখংহন্ননবা ভারত সরকারনা নোর্থ ইষ্টর্ন কাউন্সিল

অমা লিংখৎখি। অনৌবা ষ্টেট অমদি ইউনিয়ন টেরিটোরীশিং পনবা য়াবা মমিংদি আসাম, নাগালেণ্ড, মনিপুর, ত্রিপুরা, মেঘা-লয়া, অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মীজোরামনি। লমদম অসিগী অপুনবা স্ক্বায়র মাইল ৯৮,০০০ নি, অপুনবা মীশিংনা চাওরাকনা মিলিয়ন ১৯'৫২নি, মখোয় পুম্নমক নোর্থ ইষ্টর্ন কাউন্সিলগী মখাদা লৈবনি। কাউন্সিল অসি শোক ১৯৭২ গী নভেম্বর থাগী ৮ শুবা নুমিত্তা ইন্দিরা গান্ধি প্রাইম মিনিষ্টরনা শঙ্গাখি।

ভারত সরকারনা পায়খৎলক্লিবা থবকশিং অদু নাগা প্রজা মীয়াম্না হরাওনা য়াজখি। অদুবু লালহৌবশিংদি মখোয়গী হিংসা থাদোকউ হায়বা যাদ্রি। অদুনা নাগালণ্ডদা ইহিং নাইহিং তাবসি অদুম চত্থরি। নাগা চাম্ম-চাম্মা শিখি। ভারতকী সেকিউরিটি ফোর্সকী জৱান কয়াসু শিখি। নাগা লালহৌবা মশেনসু কাপনবকখি। লালহৌবদা মরু ওইবা মীওই কাণ্ডবা হাত্তোক্লরকখি। মরু ওইনা নাগাশিংনা হিংসাগী ইহিং নাই হিংনা চোকথবকখি। অদুনা লৈবাক অসিগী রাথোক অসি ওন্না লোইশিন্নবা মখোয়না পাম্নরকখি। ভারত সরকারনসু ইহিং নাহিং মখা তানা থোক্তনবা থরায যাওনা হোৎনরকখি।

পীছ ওবজার্ভরশিংনা হোৎনবদগী অদুগা ভারত সরকার অমদি দায়িত্ব লৈরবা নাগা লুচিংবশিংনা শৌগৎপদগী শোক ১৯৭৫ গী নভেম্বর ১১ দা শিল্লোংদা একোর্ড অমা য়োরকখি ( শিল্লোং একোর্ড হায়না খংনরিবসিনি )। মদুগী ফল ওইনা নাগা অণ্ডর-গ্রাউণ্ড অয়াম্বা ওভরগ্রাউণ্ডদা থোরকখি। মখোয়বু যুম কৈ

অন্দরগ্রাউণ্ড শাদা, অমসুং মীওই শিংদা হোংনখি। মতুংদা নাগা রেজিমেন্ট, বোর্ডর সেকিউরিটি ফোর্স অমদি নাগালেণ্ড আর্মড পুলিসদসু লৌশিনখি। নাগা অন্দরগ্রাউণ্ড, নাগাগী মরু ওইবা মীওই অমা জেনেরেল জেহোটোদুদি হৌজিক বিঃ এসঃ এফঃ ইউনিটকী কম্যাণ্ডর অমা ওইনা হাপখি। মথংদা নাগা লালহৌবশিংগী 'মেজর' মরি জেনেরেল জেহোটোগী মখমদা সরেন্দর তৌরকখি।

অহুবু লালহৌবা কাংলুপ অমনদী শিলোং একোর্ড অহুবু য়াখিদে। চীনাদগী হল্লকপা কাংবুনা একোর্ড অহুবু থিনা চৈখি। অহুগা শোক ১৯৮০ ইংদা নাগা নেসনেল কাউন্সিল অনি অন্দরগ্রাউণ্ড মখল অনিদা মশিং অযাম্বনা চোংথোকখি। হৌজিক মখল অনি অহুঃ নেসনেল সোসিযেলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেণ্ড (এনঃ এসঃ সিঃ এনঃ) অসি টিঃ মুইভা অমদি আইসেকস্নগী লুচিং মথাদনি, অহুগা অমনা শিঙ্গিযিন খেমুঙ্গানগী লুচিং মথাদা ফেডেরেল গোভনমেণ্ট ওফ নাগালেণ্ড অসিনি।

ওফিসিয়েলগী হিসাব মতুং ইন্না, শোক ১৯৬৭ অমদী ১৯৬৮ কাৎরদা অন্দরগ্রাউন্দ নাগাশিং চীনা চৎপসি মীওই ১৬৫০নি, অদুগা শোক ১৯৬৯ দমু ৭০০ চেন্না চীনাদা চৎখী। ইন্দিযান সেকিউরিটি ফোর্সনা ফাখিবা মীশিং পুন্না ২৭৫ গী মম্লুংদা শোক ১৯৭০ দা ১৫০ থাদোকখি। লালহৌবশিং অসিনা চীনাগী মগুণ নৈরবা খুৎলায়শিংগী ট্রেন্নিং চীনাদগী লৌখি।

মখোয়না লালহৌবশিং য়াম্না য়াম্না সরেন্দর তৌরবু থিংবা ঙম্খিদ্রে। সরেন্দর তৌখিবশিং অহু হিসাব তৌবদা ৯০০০ রোম্নি।

নাগা প্রজাশিংনা নাগালেণ্ডগী শেনথুমগী চাওখৎ থোংথাংদা থরায় য়াওনা মতেং পীবা উরক্নে, অমদী সেকিউরিটি ফোর্সশিংনা লে। এণ্ড ওর্ডরগী থবক্তা ফাওবা মতেং পীরকখি ।

অতুনা এন এস সি এন অমদি এন এফ জি অসি স্টেট অসিদা হিংহৌবা যাবগী তাঞ্জা মচেৎ অমা ফাওবা লৈবক্রে । অদুদগী মখোযগী কেম্প পুম্নমক বুর্মাগী অরাং থংবদা লৈবা খুদাংচাবা চীংমায়শিংদা হোংখি ।

এন এস সি এননা মাওইষ্টকী সোসিয়েলিজম অমা পুরকপা পামই অতুগা ফিজোইজম্বু থিনা চৈখি । মখোযগী মপাঙ্গলদ সিফায ২০০০নি । এন এস সি এনগী সিফায অসি ভাবত্তা লৈবা নাগা ট্রাইবশিং হাযবদী কেনিযাক, টাংখুল অমদি সেমাশিংনি ।

ফিজোগী মিংচং ওইবিবা এন এফ জিনা প্রেসিদেন্টসিয়েল ফোর্ম ওফ গোভর্নমেণ্ট অমা লৈগদবনি হাযরি । অদুবু মখোয়গী মপাঙ্গল ওইরিবা সিফাইনা চাওবাক্না ৪০০ বোমতা ডায়রে ।

এন এস সি এননা অরাং থংবা বুর্মাদা লৈবা কচিন ইন্দিপেন্দেণ্ট আর্মি ( কেঃ আইঃ এঃ ) গা মরুপ মপাং ওইবগী মরী থমখী । কে আই এ গী মতেংনা এন এস সি এন লালহৌবশিংনা চীনাগী য়ুনান চংপা ঙমখীবনি । কে আই এ অসি চীনাগা মরুপ মপাং ওইবনিনা খুজু খুশায য়াম্না ফংলমই , অতুনা এন এস সিএন্না মরক মরক্তা কে আই এদগীসু থুৎলায ফংলমই ।

ভারতকী মাযোক্তা লৈবা এনএসসিএন অমদী এনএএজি অনিমক্কী মরক্তা অমগা অমগা য়েংথিনৈ । হন্দক্তা ইকুই কুইদনা

এন এফ জি অমদি এন এসসি এন অনি খুৎ থোক্নবদা এন এফজি না তশেংনা লাকচখি। অদুবু চহি অমমুক্তী মতুংদা ফিভম অদু হন্দোকখি অদুগা এনএসসিএন্না অমুক লাকচরে। মদুগী ফলনা এনএফজি অসি খরমখৈ শিথরে তাকই। অদুবু এনএফজি সেক্সন অমদি চানাগী মতেং লৌকনবা থাখি।

মমৈদা চীনানা লালহৈবা কাংলুপ পুন্নমক লেপফম অমত্তদা পুন্না লৈননবা পাংতোক পাখি। পুনবতনা চীনাগী মতেং পীবক্নবা ওইগদবনি হায়বগী ফিভম মযেক শেংনা উংলকখি কম্পিসন অদুদি গ্রুপ পুন্নমক শোংদনমক পুনগদবনি অসনি।

লালহৈবশিং অসিগী শেনগী অরাংপদু অমতা লৈতে। বুর্মাদা লৈবিবা মখোযগী বেজশিং হাযবদ মমিং চংলবা "গোল দেল ট্রেঙ্গল" হাযনা কংলবা থাইলেগু, বুর্মা অনসুং চীনানা কোই-শিনবা লম অদুগী মনাক্তা লৈ। লম অসি সনা, মমল যামলবা মুং অচৌবা, অশংবা শামু মযা অমদী অগবনা থন্না লৈ। লমদম অসি নোংমৈ লল্লোনবদসু থোইদোকনা মমিং চংশি।

পুন্নমক অসি লৈদুনসু এন এস সি এন অসি ওসিদি যান্না মযি চংলে। মুইভা অসি মশামক তাংখুলনিনা তাংখুলশিংবু মাগী এর্গেনাইজেসন মনুংদা হেন্না খুদোংচাবা কাংলুপ ওইহন্নবা হোংনৈ। ফারকপা লালহৌবশিংদগী ফংবা দোকুমেন্ট অমদি রীপোর্টকী মতুংইন্না মুইভা মশাগী বোডিগার্ড ১১ লৈ, মখোয় অদু তাংখুল ওাক্তনি।

অতুগা সিফাই যাম্না পুথোকপনা কোনিযাক্লি। অতুবু কোনিযাক, সেনা, আও, অমদি বুর্মাগী হেমিন্নচিংবসিবু সেকেণ্ড ক্লাস কী সিটিজেন ওইনা লৌবিরি।

এনএস সি এনগী লূচিংবশিংনা নাগালেণ্ডদা লৈবিবা কোনি-যাকশিংবু নিংথি মুংঙাযনা লোইনবীদবদগী হন্দক অরোইবদদী কোনিযাক প্রজাশিংনা রাবোনরক্লে। বুর্মা মন্নুংদস্থু প্রজাশিং অসিনা নাগা লালহৌবশিংবু পান্নবক্লে। এন এস সি এনগী মন্নুংদস্থু পাক চাওনা পেন্নরকত্রে, মরমদী লালহৌবনি হাযবগা মুইভা ১মুং অতৈশিংনা নিংথৌগুম্না লৈ অতুগা অতৈ লালহৌবশিংনা মী-নাইদোনা লোযনৈ অসিনি।

অতৈ লালহৌবশিংগী কেম্পতস্থু য়াম্না ময়েক শেংবগী শক্তম লৈতে। ফিজো মশামক লণ্ডন্দা মুংঙাযবগী পুন্সি অমদা লেপ্লি, অতুগা এন এফ জিগী হাওসতনা নাকপাক অমা ভারে। এনএফ জীগী মপাঙ্গলস্থু অস্থুম অস্থুম হন্থরক্লি, লালহৌবা মশেন অমগা অমগা কাপনরক্লি, অতুগা নাগা প্রজাশিংনা শেনথুমগী চাওখৎ খোংথাংদা যাওখৎনরক্লি, মগুদি শান্তি ভাকবা মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা যাদে হাযবসি খংনরক্লি।

নাগালেণ্ড মন্নুংদা ইন্সার্জেন্সি অসি চুম্নগী মমিংতমক ভায়রে, ইন্সার্জেন্সি লৈরি হায়বা তারবস্থু মপান্দগী হাযবদি বুর্মাদগী মরক মরক্তা ওপরেট তৌরকপতনি।

নোর্থ ইষ্টর্ন অসিদা নাগাশিংনা ইন্সার্জেন্সি অসি ইহান হাম্না হৌরকপগী ময়েক শেংনা লৈ, অতুগা মখোয়না শান্তি, চাও

খৎ থোংথাংদসু ইহান হান্না লমদম অসিদা পুরকপন্নু মখোয়না হাল্লি। (মেঘালয় অমদি অরুনাচল প্রদেশতদি মওং অমদা নো য়নগদবনি, মবর্মদি লমদমশিং অসিদা ইন্সর্জেন্সিশিংনা কোয়রক পা লম নত্তে)।

মীজোরাম্না নাগালেণ্ডগা যাম্না নকশিন্নখি। মীজোরাম অমসুং নাগালেণ্ডদা থোক্লবা ইন্সর্জেন্সিশিং অসি বৃটিশনা চল্লাক তৌত্নুনা (ভারত মচা ওইহনদনবা) লৌতুনত্নুনা মীজো হিলস কী প্রজা মায়াম্নু আসাম সবকাবদগী তোথায তাননবা শেন্নম্বা মওংনি।

মিৎয়েং অসিগী মতাংদা পালিযামেণ্টকী মেম্বর খরনা পুথোকখিবত্নু যাম্না ইণ্টেবেষ্ট লৈহল্লি। পি সিঃ বাৰুৱানা বৃটিশশিংনা প্রজাশিংবু তোথাযতাবগী ব্রাথল্লোন পোকহনখিবগী খুদোংথিবগী মখোং মবী থিদোক্নুনা হাযখি। অত্নুগা জি জিঃ স্বেলনা অসাম সরকারগী অবানবা পোলিসিশিংনা অসিগুম্বা খুদোংথিবসি পোক-হনবনি, মরু ওইনা আশামীজগী লোন্না ষ্টেট অসিগী ওফিসি-যেল লেঙ্গুইজ ওইগদবনি হাযনা তকশিনখিবত্নুনি। ডাঃ রাম মনোহবলোহিয়ানসু ললদেংঙানা ইন্দোনেসিযাগী ডাঃ সুকার্নোগী মফমদা ইখিবা চিঠি অমসু পাথোকখি, মহাক্না ভারতকী চীংমী প্রজাশিংনা মীহাং মীপুনগী থবক পাংখৎলকগী থিজিনবা লাক-পদা পীখিবা চিঠি। খুদোংথিবা পুন্নমক অসি থিজিল্লুবদা বৃটি-শশিংনা লমদম অসিবু ভারতগী তোথায তাহন্নবা য়াম্না হৈ-শিংনা হোৎনরমই হাযবসি মীযাম্না য়াফম থোকই।

শোক ১৯৫৯ দগী হৌনা ইকোনোমিগী ক্রাইসিস অমদগী মীয়ামগী ওইনা পেন্নদবা ইরাং অমা লৈবমই। মতু অন্ধবিশ্বাসকা মরী লৈনৈ, মতুদি মীজোরমগী চীং মফম পুম্নমক্তা চহি অহু রা মপাল ইখং থংহোঁদনা শাংখি। মীজোরামগী যুক্তা রারিদা হায়নরিবা অমনা অসিগুম্বা থৌদোক অসি চহি ৫০/৫০ গী মতুংদা অমুক অমুক হেক হেক থোকই, অতুগা দথা অমুক অমুক লাকই হায়নৈ। উচিসু চহি অতুদা অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে, মতুনা মহৈ মবোং পুম্নমক চিকথত্তুনা কিববা চাক-তাংবা অমা থোকখি। মসিবু মখোয় মীজো লোন্দা 'মাউতম' হায়না খংনৈ। চাক তাংবা অতুদা আসামগী সববাবনা মীজোশিংদা উংথিবা থওই-রাওইদবা অতু ফোংদোবকখি।

মতাং অসিদা দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী কেবানি অমা ওইবা রা-ডাংবা হৈবা লালদেংঙাগীদমক্তদি মতম অতু মীয়ামগী ইহৌ শাগংনবা অমদি মাবু শৌগংহনবগী চপচাববা মতমনি। মহাক্না মীজো নেসনেল ফেমিন ফ্রন্ট শেমতুনা চাক লাগ্রবা মীযামদা মতেং পাংনবা মহাক্না যাম্না হৈশিংবগী লোযননা হোংনখি। মহাকপু মীয়াম্না মশক খংবিখি, থাগংনখি অমসুং নোংশা অমনি হায়না মীয়াম্না লৌবিখি। মহাক্কী মথংগী খোংথাংদা এমএনএফএফ অসি ইচং থোরবা মীজো নেসনেল ফ্রন্ট হায়না ওন্থোক্তুনা লাল-হৌবগী খোল্লাও চত্থখি। রারৌরবা থবক থাদোক্লবা সিফাই লিশিং মণ্ডারোমগী পুক্নিং চিংশিনখি, মীজো থুঙ্গংশিংগী শাওন-তুনা লৈরবা নিংথৌশিংসু মতুং ইল্লকখি ( নিংথৌশিং অসিনা

শাওনবনা কেন্দ্র সরকারনা মখোয় নিংথৌশিংগী খুদোংচাবশিং মুখ্থং খিবদগীনি ) অদুগা চিনা অমদি ইষ্ট-পাকিষ্টান্না য়েথায়-থিঙ্গায়নবা নাগা অমদি কুকিশিংদা ট্রেনিং পীরি।

শোক ১৯৭০ গী অগষ্ট থাদা লালহৌবশিংবু ফারকপগী ডকু-মেন্টশিংদগী উংলি। মদুদি পাকিষ্টান আথোরিটিশিংনা অবস্থা ফংচিল্লক্তনবা পাওতাক পীরকই হায়বসি ময়েক শেংনা লৈরে "লম্বী থাদংপা, থোং থুদেকপা, আর্ম্মি কনভোযবু লুমদুনা কাপ্পা, ভাবক্তগী তোখায় তানবা ইহৌ পুম্নমক তৌবা য়াবা তৌদুনা কনথংহনবা" হায়না পীরি।

শোক ১৯৬৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ৮ গী অয়ুক পুং ১০'৩০ অমদি মার্চ তাং ১ গী অয়ুক পুং ৩ তাবদা মীজো হিলসকী মফম কয়াদা অকনবা খুং থোক্লবা থোকখি। মীজো নেসনেল ফ্রন্টনা ( এন এল এফ ) লুচিংদুনা মাগী সিফাইশিংনা হিংসাগী থবক আইজল, লুংলেহ, ভিরেংটে, চোংতে, চিম লুব্রাং অমদী অতৈ মফমশিংদা লম্বী থোং অমস্নুং পব্লিক সার্ভেন্ট কযাবু অপনবা পীখি। অহানবা লান্দারকপনা লোংলেহগী সব-ট্রিজরীদনি, অদুগা লোংলেহগী আসাম রাইফল পোষ্টতা মীজো খুংলায় পাযবা মীওই ১০০০ রোম্না লান্দাখি। অদুদগী মথংগী অয়ুক তাং ২ দনা আই-জলদা লৈবা টেলিফোন এক্সচেঞ্জদা লান্দাখি। মীওই ১৫০ মুক্না আইজল ট্রিজরীদা লান্দারক্তুনা মদুদা লৈবা শেলমথৈ অমদী রাইফল ১০ অদুগা মক্কশিং গার্ডরুমদগী পুদুনা চংখি।

ভিবেংটে খুন অসি আইজলগা ছিলচব লম্বীদা মীজো খুল অহানবনি. খুংলায় পাম্বা মীজো ১৫০ মুক্ত খুঙ্গং অদুদা মীজো নত্তবশিং খুল্লাহুনা লৈবিবশিংবু মীজো দিষ্ট্রিক্টতগী খুদক্তা থাদোক্লুনা চংবিনবা হায়বকনি। মাখায়না পীদ'ব্রউদিদগী পেট্রোল, এক্সপ্লোসিভ অমদি মখোয়দা কান্নগদবা মচাকশিং লালহোবশিং অসিনা জীপ অম। থো নমা পুবগা চংখি। উকুশিং বোম্ব পোকখায়হন্দুনা থুগায়বনই। চাওবদা উক্তাও কয়া যান্থংতুনা ছিলচর আইজলগী লম্বী থিংজিন্নবই।

শোক ১৯৬৬ কী মার্চকি, অহানবা নুমিত্তা দিষ্ট্রিক্ট অসিগী মল ওইবা মফম পুম্নমক্তা অমুক্ত অপনবা থোকহনখি। লোংলেইদা নাকল অনিমক্তা অকনবা নোংমৈ কাপনখি। লালহৌবশিং অসিনা বোর্ডর সেকিউরিটি ফোর্সকী পোষ্ট পায়শিনখি লোংলেইগী এস, দি ও অমসুং অতৈ ওফিসারশিংবু ফারগা পুতুনা চংখি। নুমিং অহুদা খা থংবদা লৈবা অরাপ্পা মফম শংদা বি এস একশিংগা লালহৌবশিংগা নুমিং চুপনা কাপনখি। বুর্মাগী বোর্ডরদা লৈবা চমফাই আসাম রাইফলগী রিং হেডক্বাটরগী সিবাই প্রেট্টন অনিগা। কোম্নমা লালহৌবশিং অসিনা পোষ্ট অদু থুগায়বগা লোয়নন পায়শনখি।

শোক ১৯৬৬ কী মার্চ তাং ১ দা এম এন এফনা 'নিংতম্রে' হায়না লাওথোকখি। সাইক্লোষ্টাইল তৌরগা লালদেংগা অমদি অতৈ মীওই হুমফুনা সহি তৌরগা 'দিক্লেরেসন ওফ ইন্দিপেন্দেন্স' হায়না চায়খি। খুংলায় পাম্নবা ভোলুন্টিয়ারশিং মীজো

নেসনেল আর্মীনা মীজোবাম ভারততগী নিংখা ওমনবা হোংনবি হা বসি ন।

শোক ১৯৬৬ বা তাং ৩ দা ভারত সরকারনা মীজো হিলস অসিগী অবস্থা লাকশিন্নবা আমিদা শিন্নখি। অতুগা এম এন এফ অসি বে আইনগী ওর্গেনাইজেসন্নি হায়না লাওথোকখি। অতুব সাসনগী মক ওইরবা সেন্টরশিং অদু অমুক লৌশিন্নবা হোংনবদা থা অমা লেপ্না চংখি। মার্চ তাং ২৫ দা হোম মিনিষ্টরনা লোক সভাদা হায়খি,

ম ওইরবা পোষ্টি অমসুং সহরশিং লালহৌবা মীজো গেংশিং অমদি মিজো নেসনেল ফ্রন্ট ভোলুন্টিয়ার্স শিংগী মথুংতগী অমুক লেরে, মখোয় উমং রামংদা লোংতুনা লৈখ্রে অতুগা পকিস্থান অমদি বুর্মাদা চেনশিন্দুনা লোংনবা হোংনবি। থীজিন হুমজনবগী থবক হৌজিক চথবি।

মচি মচিদা কাপনবদি অতুম চথবি, এম এন এফ না লুতপাং অমদি প্রজাশিংবু হাংপগী এক্টিভিটিশংসু অতুম চথবি। অতুব মিলিটরীশিংগী অকনবা এক্সনশিং অসিনা মীজো হীলস তা মখোংগী ওপরেসনশিং চথবদা অরাবা অমদি ওইরে, অতুদগী এম এন এফ কী এক্টিভিষ্টশিংনা নোংপোক পকিষ্টানগী চিঙ্গা গোং হীল ট্রেক্টতা চংজফম লৌতুনা লৈখি। শোক ১৯৬৬ কী নভেম্বর তাং ৯ দা দিপুটি মিনিষ্টর ফোর হোম এফিয়ার্সনা লোক সভাদা হায়খি "মীজো নেসনেল ফ্রন্টকী প্রোভিজনেল

মীজোরামদা থোকখিবা থৌদোকশিং অসি নাগালেণ্ডদা থোকখিবা অসিগা মরি লৈনৈ। বোর্ডর এরিয়া ওইরিবা নাগালেণ্ড অমসুং মীজোরাম অসিগী থুংদাংখিবগী থোংহৌদি চীংমীশিংবু ভারতকী মী নত্তগী ইচেলদগী তোঙাল তাহন্নবা শিল্লম্বা পোলীসিননি। অদুম্না চংশিল্লকপা গোংজং নুংসিদা খৃষ্টিয়ান মিসনরীশিংনা মীবনগী কলচর পুশিল্লকুনা চীংমী নহারোলশিংগী মি নেং ব্রাখল, ফিদম পুন্নমক নোংচুপকী ওইহন্নবা নখোয়গী নবা ক্রুকখি। অদুবু বৃটিশকী মতমদগীসু নোংশুমী চাও ৎ গোংথাংদা কপিনবা যেংবিরক্কে।

মিজো হিলসতা সিফাইদগী পোথাবদা মীওই লিশিং নডা মুক লৈরমই। মাংখিনি অসিদা সেন্দদা য়া বমই, নংদি লালগী মতুংদা চহি বাম্নবা নাওশিং অসি পামলে খ্বাং তেকপমখি অমুক ইবা ওনখিরে, পামলো অসি সোল্তাক নাশনসু নত্তে, ছদুগ, তুংলাননচিংবসু নখোয়গীদমক হা বিদে। অসিগুম্বা এয়ার-সার্ভিসমেনশিংবু এস এস এফনা ইম্ফাল শিজিন্নহুনা খাংয পা হন্দুনা লালাঙ্গইদগী কেম্পতা পুশিনখি।

পুন্নমক নাসিগী মথক্ত মীজো ইন্সার্জেন্টশিংবু নাইবেবাক্রা নঙেং পাংই। এস এস এফশিংনা তংংনা মীশিবাকশিংদগী মতেং লেবদা পাকিস্তানগা মরুনি। বিং নক রো বুম্মনা চাওখংনক্রবা ব্রাথোক অসিনা অকুম্না এলাইজ তেখি।

"মীজো হিলসকী লাশহৌবশিং অমসুং শিথরম্নবনি
অদুবু মীরৈনাক্কী মতেংনা মখোয়গী ফোর্সশিং অসি

অমুক পুনশিনহন্নবা হোৎনখি। মথোয় অসি পাকিস্টান গা তান্নরকপসি কুইরবনি অহুগা অনৈবা খোংথাংদা চিনাগা ফাওননবস্থ কন্না হোংনখি।

মীজো লালহৌবশিংনা ঢাকাদা লৈবা চিনাগী কন্সুলেটকা শম্নরগা চিনাগা মরী থন্ননবা শোক ১৯৬৬ কী ফেব্রুযারিগী মনুংদগী থুংশম্নখি। মহু মীজো নেসনেল ফ্রণ্টকী প্রেসিডেন্ট ললদেংঙানা তৌখিবনি, মতম অহু মহাক অমদি মাগী ইম্মুংশিংগা ঢাকাদা লৈরিবৈদা কন্সুলেট অহুগা ফাওনখিবনি। অহুদগীদি পেকিংনস্থ মালহৌবগী লুচিংবা অসিবু চিনাদা কোযরক্ননা চিনাগী লুচিংবশিংগা হকথেংননা থন্ন নৈননবা বার্ত্তন তৌখি।

মীজো অন্দরগ্রাউণ্ডশিংনা বর্মা ফাওবগা চিনা চৎপদা তেংবাংবিনবা নাগা অণ্ডরগ্রাউণ্ড শিংদস্থ মতেং নিখি। অকোনবদা নাগাশেণ্ড অমদি চিনাগী মরক্তা চৎথোক চৎশিনতৌনবা অন্দরগ্রাউণ্ড সেক্সন অসিনা চপচাবা মতেং ফংখি।

তান্নকসিদা পাকিস্টান্না মীজোশিংগীদমক খুলাগ অমদি ট্রেন্নিংগী খুদোং চাবশিং পীনবা অমুক চথরকখি। শিল্লেট অমদি চিত্তাগোং হিলট্রেক্টকী দিস্ট্রীক্টশিংদা হুৱেরিল্লা ৱারফিয়ারগী টেকনিকশিং মীজোহিলসকা তাইনবা মফমশিংদা লৈবা কেম্পশিংদা তম্বীবা

হৌরকখি। মতুতস্থু নত্তনা পাকিস্তানগী মন্নুংদা মীজোগী বেঞ্জ ময়াম অত্তুম্থু লিংখৎহনখি, অত্তুনা ইন্দিয়াগী সিফাইশিংনা মপান্দগী চংলকপা য়াদবা অত্তুননি।

মপুং ওইনা মীরৈবাকশিং অসিনা লমজিংবিরবনিনা এম এন এফ অসিনা চীংগী লমশিংদা লান্দাবগী থবক অসি চথরকখি। শোক ১৯৬৮ অমদি ১৯৬৯ ফাওবদি মতম খর মথোয়গী এক্টি-ভিটিশিং অসি লেপখি। শোক ১৯৬৯ দগীদি চিত্তাগোং হিল ট্রেক্টতগী মীজোশিংনা মিজো দিষ্ট্রিক্টতা চংলকখি। মথোয় অসি মীওই অছুম্না শাহুনা মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈবা মফমশিংদা নোংমৈ মচা অমদি তুম্বদা উপ্পা থাও (গুরেরিল্লাগী স্লিপিং বেগ) যানো মীজো ১০০ খুলায়গা কোন্ননা চংলকখি।

শোক ১৯৭০ গী ফেব্রুয়ারি তাং ১৭ কা ন্নুমিদাংদা ইন্সা-র্জেণ্টশিং অসিনা ওফিসার অমা যাওনা ইন্দিয়ান আর্মি তবেং লুমহনগা কাপ্পুনা হাংখি।

তাঞ্জা অসিগী রিপোর্ট ভমনা মাজো, নাগা অমদি কুকি ইন্সার্জেণ্টশিংবু ইষ্ট পাকিস্তান্দা চিনাগী মিলিটরীশিংগা খুৎ-শয়না অরাং-নোপোক ভারতকী এক্সট্রিমিষ্টশিংবু ট্রেন্নিং পীরি হায়না ফংখি। মথোয় চাওরক্লা মীওই ১৫০০ রোমনি। অত্তুগা ইন্সার্জেণ্টশিংনা গুরেরিল্লাগী লাল্লোং অমা চথখি। শোক ১৯৭০ জুলাই থাদা মীজো ময়াম অমা পাকিস্তান্দগী চংলক্লুনা ত্রিপুরাগা তাইনবা বোর্ডবদা লৈবা খুঙ্গং অহুমদা মোরটার অমদি মেচিনগন শিজিন্নহুনা সেণ্ট্রেল রিজার্ভ পুলিসকী কেম্প থুগায়খি, অত্তুগা

মীওই কয়াবু হাৎখি অমদি কয়ামনা শাখিনা শোকখি। মী-জোশিং অসি সায়িক রেঙ্গতগী চংলকপনি পাকিস্টানশিংনা মফম অদুদা ট্রেন্নিং কেম্প মখোযগীদমক মশিং য়াম্না শিন্নাংহনা থম্নমই।

বঙ্গলাদেশ লিবরেসনগী মতুংদা এম এন এফশিংনা মতম খর মখোয়গী লৈফম থাদোকপা তাখি মরমদি ইষ্ট পাকিস্টান ওইহনবনিনা অরাকান জঙ্গলদগী মখোযগী সুকখ্রবা জঙ্গলশিংদা চংনরকখি। তোইগুম্বসুং শোক ১৯৭৫দা সীখ মুজিবুর রহমন হাৎখিবদগীদি বঙ্গলাদেশ টেরিটোরি মসুং অসিদা এম এন এফ-শিংনা মখোযগী ইন্সার্জেন্টকী থবকশিং ভারতকী মায়োক্তা অমুক তৌবা হৌখি। অদুবু মীজোবাম মনুংদা মখোৎগী বেজ ফংবদি লুনা থোক্লে, মরমদী মীজো লালহৌবা ১০০০ হেন্না আথোরিটি-চংজখ্রে। অসিগুম্বা সরেন্দর তৌবগী খোংথাং অসিনা ফনা কুইনা তৌরকপনা লালহৌবশিংগী মপাঙ্গল শোম্বরক্লে।

অদুবু লালহৌবশিংনা মশা মশা সরেন্দর তৌজরবসু মখোয়গী থুংজু থুলায়দি সরেন্দর তৌখিদে। শোক ১৯৬৬কী রেকোর্ড মতুং ইন্না মীজো দিষ্ট্রিক্ট অসিদা লাইসেন্সকা নোংমৈ ৫০০০ লৈ। অদুগা লাইসেন্স যাওদবা নোংমৈ য়াওনা দিষ্ট্রিক্ট অসিদা তশেংনা নোংমৈ ৭০০০ কোম লৈ। মীজোশিংনা শিজিন্নরিবা নোংমৈশিং অসি বুর্মা অমদি ই.-পাকিস্টান্দগী পুশিল্লকপনা অয়াম্বনি। অদুনা ইন্সার্জেন্টশিংনা শিজিন্নরিবা নোংমৈশিং অসি ৬০০০কী মথক্তনি।

মরু ওইবা সেন্টরশিং অমদি অচৌবা থুঙ্গংশিংদা রিবেলিয়ন শিং অসিবু নমথখ্রবসু হোসটাইলশিং অদু জঙ্গলদা চেনশিল্লগা

মথোয়গী লোৎফম লৌরি । অতুগা দরকার ওইবা চিঞ্জাক, ফিরোল হিদাক লাংথক্লচিংবা শেন থুম য়াওনা প্রজাদগী অমদি মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈবা থুঙ্গংশিংদগী লোই । লালহৌবশিং অতুনা মীয়ামদগী নম-তুনা, কিহুন্দুনা, কারগা লুত তেংই অতুগা য়াদ্রগা হাজোকই । থুঙ্গংশিং অসি লালহৌবশিংগী দয়াদা হিংবা তাখি ।

ওসিগুম্বা প্রজাশিংবু নৈবহ্ থিংননবা সবকাবগী লাম্মীশিং মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈবা থুঙ্গং পুম্নমক্তা থম্বা তাখি । অতুবু থুঙ্গং মচা লিশিংমুক চোযনা চোয়না তাবিবশিং অতুগীদমক থুলায পাযবা সবকারগী ফোর্সশিং থম্বদি ওইথোক্কে । মবম অতুনা থুঙ্গং মচা মচাশিংবু মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈবা থুঙ্গংদগী মেন বোড মযাদা হোংজিন্নবা প্রজা মীয়ামদা হাংজবা তাখি । মসিগী থোংথাং অসিবু থুঙ্গংশিং নৌ হৌনা শেম্বা হাংনা থংনখি ।

অহানবদদি মন্নুং হুঞ্জিন্না লৈপ্রবা থুঙ্গংশিংদা শেন-থুমগী থুদোং চাবসি যৌবা য়ানবলই । অতুনা থুঙ্গংশিং লৌহে না শেমদোকপা অসনা শেন-থুমগী থুদোংচাবশিং থুঙ্গংশিংদা যোহনবসু ঙমহল্লে ।

থুঙ্গং মচা কয়াবু পুন্না থুম্দাহনবা অমদি নৌহৌনা পুন-শিনথ্রবা থুঙ্গংশিং অতুবুঃ প্রোটেক্টেট এণ্ড প্রোগ্রেসিভ ভিলেজ' ( পীঃ পীঃ ভিঃ ) হায়না মমিং থোল্লি । তশেংনা থুন হোংবা অমদী রিহেবিলিটেসম (পীঃ পীঃ ভিঃ) অসি সেকিউরিটি ফোর্সকী প্রোভিজন মথাদা শেমখিবনি । থুন হোংদোক্লরক্তুনা অমদা পুন্না নৌহৌননা থবক অসি য়াম্না থুনা চম্বখি । প্রজাশিংনা মথোয়গী

অনৌবা খুনগী মক্কম শেমগৎনবা হোৎনরকপদা সেকিউরিটি ফোর্স-শিংনা মতেং পীহনা যুম শানবগী মচাকশিং জিংঘ যাওনা চিঙ্গাক অমদি ছিদাক লাংথক লেম্না পীহনা মথংগী লৌরোক য়ৌত্রিকাৎবা রেসন লেম্না পীখি । খুন্দা হল্লবা মতুং থা অমগী মতুংদা সিকিউরিটি ফোর্স শিংনা প্রজা মীয়াম অহ সিভিল এডমিনিষ্ট্রেসন্দা খুৎশিন্নখি ।

ডাঃ এনিমেশ বেগী মিৎয়েংদা "পীঃ পীঃ ভিঃ গী ওর্গেনাইজেসন অসিনা দিষ্ট্রিক্টকী এডমিনিষ্ট্রেটিভকী পেটর্নদা অনৌবা তাঙ্কক অমা লাকখি । থাইনদী খুনশিং অসি মথোয়গী নোংমগী ওইবা পুন্সিদা কনানস্ন শোকপা পনবা তৌরকখিদে, অনৌবা শেট অপ অসিনা মরু ওইবগী থবক্তা খুঙ্গংশিংগা সরকার, সিকিউরিটি, অমদি রেলফিয়ার অমদি দেভেলোপমেন্টতা তিন্ন-তোৎনহনা খুৎশন্নবা ওমহন্নে" ।

অসিগুম্বা মায় পাক্রবা পীঃ পীঃ ভীঃ অসিবু আথোরিটিশিংনা খুঙ্গংশিং পুনশিনববু শৌগঙুনা মখা তানা চথনবা হোৎনরি । অহুগা মথং অনিগুবা কেটাগোরি অসিনা খুঙ্গংশিং পুনশিন্নবদা 'নিউ গ্রুপ সেন্টরশিং হায়না মমিং থোনহনা চথরি । মতুংদা প্রজাশিংনা পীঃ পীঃ ভীঃ অমদী এনঃ জিঃ সিঃ অসি হোংদোক হোংজিন তৌজগে হায়বস্ন য়াবিখি অহনা অহমগুবা অসিনা ভোলুন্টরী গ্রুপ সেন্টরশিং ( ভিঃ জিঃ সিঃ ) হায়না মমিং থোক্লখি ।

মতৌ অস্নম্না খুঙ্গং পুনশিনহনবগী নিয়ম অসি খুঙ্গংগী ওইনা চাদা ৮০ অহুগা দিষ্ট্রিক্টকী ওইনা অপুনবা মীশিংগী চাদা ৬৫গী

চাংদনি। মসি তশেংনা দিষ্ট্রিক্ট অসিগী ইতিহাসতা অচৌবা থৌদোক হমনি।

অদুগা খুঙ্গংশিংবু পুন্না খুম্বাহনবগী থবক চথরবসু অতোপ্পা অনৌবা দরকার ওইবা অবস্থা লাকহিদবা নত্তে। অনৌবা ব্লা-থোকপসু লাকখিদবা নত্তে, মতম কুইনা যুমলিং খুল্লিংবা হায়বত্সু হৈ-নজরক্লবনি। মীজোশিং তসি হোং হোংত্তনা চ-পা ট্রাইব অমনি, অদুগা হন্দক অমুক নৌনা খুল হোংহনবা অসিদা মখোয়গী পুক্লিং য়াম্না শোকখি, মখোয়বু ফুক্তোকপীবকপশুন লৌখি।

অনিশুবদা, অসুম্না পুনশিনহল্লকপা অসিনা খুঙ্গংগী ইকোনো-মীদসু শোকহনখি। মখোযগী লৈউ-শিংউ তৌফমদগী থাপনা থাংদোকপীরবনি। খুঙ্গং পুনশিহল্লকপসিনা মখোযগী নিংথা তম্বা শেনথুমগী ফিভম অসি ওফিসিযেল ওইবা দানভনা হিংবা তাখি। অদুগা অবস্থা অসি ফগৎনবা কোন্না রিএডজষ্ট তৌনবগী হৌশিংবা মণ্ডাল অমা লাকখি।

## NOTES AND REFERENCES

1. Marcees F. Franda: Economic weekly Annual
New Delhi, Feb 4, 1961
P 155

2. Facts about Gradual Development of Political situation in Nagaland have been taken from :
Asoso Yonero : The Rising Nagas
Delhi, 1974.

3. B.K. Roy Burman: Demographic and Socio-Economic Profiles of the Hill Areas of North-Eastern India, Delhi 1974

4. a ) Dr. Animesh Ray IAS : Mizoram Dynamic of change,
Calcutta, 1984
pp. 152-179

b ) Based on the others' discussion with A. H. Scott. a former Chief Secretrry of Mizoram.

# অরোইবদা নিংশিং রাহৈ থর

মথক্তা নৈনখ্রিবা অসিদগী মসিমদি শেংলে মত্থদি অরাং-নোং পোক্তী রাথোক অসিদি তোঙান তাবগী রাথোক্লি। সিকিউ-রিটি ফোর্সশিংনা অথাংকনবা অমস্তুং চেকশিন্না থেংনরকপদগী অরাং-নোংপোক্তী ষ্টেট অদি টেরিটোরীশিং অসিগী মক্সুংদা ইন্সর-জেন্টশিংগী মকোক থম্বা ঙনম্রে। ঙসিদি জ্ঞান তারবা মীওই কয়া থোরক্নুনা তোঙান তাবগী রাথোক অসিবু লাকশিন্নবা থোক্ক-রক্রে। মসিমক্তা মরু ওইখ্রবা মরৈবাক নিংবগী থৌনা ফববা থবক্লি, অত্থগা বৃটিশ কোলোনিয়েলিষ্টশিংনা তৌবম্বা ফুত্তবা অত্থম্র লোইশিন্নবা হোংনরে।

মসিদা বেরা লৈরিবদি আসাম অমস্তুং ত্রিপুরানি, সিঃ পিঃ আই (এম) গী চিফ মিনিষ্টর নৃপেন চক্রবর্তিনা লুচিংবা লেফট ফ্রন্ট সরকার অসিনা রাজনিতিগী অনি লোংবা পোলিসি চংলু-রদগী ত্রিপুরাদা ইন্সরজেন্টশিং অমুক মপাঙ্গল কনখংগ্রে।

নাগালেণ্ড অমস্তুং মীজোরামগী লালহৌবশিংদি মখোয়গী লৈটেকী মীয়াম্না শোগংপিরকত্রবত্থনা মপানগী মতেংনা হিংবা তারি, মরু ওইনা বুর্মাগী নাগাশিং অমস্তুং বাঙ্গলাদেশকী মীজোশিংনি। অত্থনা ঙসিদি নাগালেণ্ড অমস্তুং মীজোরামদা অকনবা ঈরাং লৈরে, নাগাশিংনা বুর্মাগী লোমরা লৈটেকী হৌরকপা তায়, বাঙ্গলাদেশকী সাজক চিংশাংদগীনা মীজোশিংনা হৌরকপা তাই।

ত্রাইবেল মরক্তা লালহোবশিং অহুদি : হালাম ট্রাইব অসি হৌজিক ফাওবদা প্রজা মীযাম্মা শোগতুনা চথরি, অদুগা ষ্টেট সরকারনম্ভ যোকখত্তুনা থম্মীরি । অতৈ ষ্টেটশিং অমদি টেরি-টোরিশিংদা তৌখিবদৌনা সেকিউরিটি ফোর্সনা ত্রিপুরাদা চথবা ওমত্রি মরমদি নৃপেন চক্রবর্টিগী সরকারনা সেকিউরিটি ফোর্সকী থবক পুম্নমকপু যানিংদবা উংলি।

হালাম ট্রাইবকী লালহৌবশিংগা মীজো নেসনেল ফ্রন্টকা রাজনিতিগী ওইবা হোদোক্লবা অমা লৈবে অদুগীম্ভ মথক্তা এম এন এফ অমদি হালাম অনিমকপু নৃপেন চক্রবর্টিনা থোংনা যেংবা অমম্ভ লৈবি।

নৃপেন চক্রবর্টি সবকারগী মকুংইবা পোলিসিদি কেন্দ্রগা মুকশানবর্দিন। মসিনা তোখায তানিংবশিংবু শৌগংপা নত্তনা অতৈ কর্বিমত্তম্ভ কান্নবা নত্তে। অদুদম্ভ নত্তনা ত্রিপুরা সরকার অসিনা ট্রাইবেল প্রজাশিংগী মচা ওইবা ওইর্গেনাইজেসন টিইউ-জেত্রস অসি থুগায়রুই, মদুগী ফল ওইনা থংহৌদনা ট্রাইবেল নেসনেল ভোলুন্টিযাব ( টি এনভি ) থোরকখি। নাগালেণ্ড অমদি মীজোরমগা মান্নদবা অমনা ত্রিপুরাদি মিলিটেরীনা খুং থাবা করিম্ভ ওমত্রিবনা টি এন ভিনা ষ্টেট মনুং অসিগী প্রজাশিংদগী সপোর্ট ফংখিবসিননি।

অসামদনা অবস্থা অসি খর হেন্না চংযেংনরক্রে। ইন্দিয়ান নেসনেল ষ্টেট হায়বসি শোক ১৯৪৭ তগী লেম্বা হৌরক্লবনি। অদুবু চহি ৩০ গী মতুংদা শেমত্রবা জাতি হায়বা তাকপা য়াক্লে মসি

জনতা পার্টিনা পান্নিভৈগী শাসন মহুংনি, অঙ্গনা কম্নিমত্তা ও ক্লিংডায় ওইদে, মরমদি অসামগী অন্দোলন পোক ১৯৭৮ ইংদগী হৌর-কখি। অন্দোলন অসি জনতা পার্টিনা চপচানা শৌগংখি। মী-রৈবাক মচাগী মায়োক্তা হায়বা অন্দোলন অছু তশেংনমক অসামবু ভারতগী তোখায় তাহন্নবা হোৎনবকপনি। পোক ১৯৮১ দা অসা-মগী অবস্থা অসি অনন্নাবানা টাইমুরনা লুচিংবা কংগ্রেস সরকারনা পান্নিভৈদা খরমথৈ লৈতারুরবনি। অছুবু শাসন অছু কুইথিদে। হৌজিক্কি অসাম প্রজাশিংনা অন্দোলন অছুগী কান্নদবস্ থং-নরক্লে, অছুনা অবস্থা অসি ফগৎলক্লে। অমুম তৌহুনা অরাং নোংপোক্কী খুদোংথিববা মফম অসিদা পার্টি কা। রাজনিতিগী মিংথোন কয়াদা মীরৈবাকশিংনা য়াওশিন্নকপগুম তৌরি। মরৈ-বাকপু নিংজবা কাংবুনা পুন্না থেংনহনা অসিগুম্বা খুদোংথিবা পুশি-ন্নকপা পামইবা কাংবুশিং অসি মশক তাকথোক্কদবনি।

---